# অমুরাংবা
## (ৱারীমচা)

অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর,
টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোংজবী : ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবীনা
দ কলচবেল ফোরম, মণিপুরগীদমক ফোঙজবা।

অহানবা ফোঙবা : ২৭/১/২০০৮ ইং, ৱাকচিংগী ২০ নি, নোংমাইজিং।

কোপী রাইট : অইবা

কোপী মশীং : ১০০০ (লীশিং অমা)

মখুম : অইবা

মমল : লুপা ৯০/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম, সঙ্গম বুক স্টোর, শিন্দম বুক স্টোর,
জগৎ মতা অমসুং রাজেস বুক স্টোর।



প্রুফ রিডর : অইবা



নম্ফম : **লময়ানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# কৎথোকচবা

ঐগী তরাশুবা লাইরিক অসিমদি তাইবং মীওইবগী সেবাদা কৎথোকপা ঙমখিবা মীওইবগা নক্লা তিন্নখিবা জীবশিংগী আত্মাশিংদুগীদমক কৎথোকচরি। মখোয়গী আত্মাসু শান্তি ওইনা তাইবংগী মমল য়াল্লবা আত্মাশিংদুগা মতম চুপ্পদা নক্লনা লৈমিন্নবা ওইরসনু!

অইবা

# ৱাহৈ অমা অনীদং

দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা চহী কয়ামরুম চুপ্না মণিপুরী সংস্কৃতি, মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যগী অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি। মে, ১৭, ২০০৮ ইংদা দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর অসিগী মপুন্সি চহী ৫০ শুরদুনা হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী হৌনা চহী অমা চুপ্না গোল্ডন জুবিলী সেলেব্রেসন তৌগদৌরি। অদুগা ১৯৫৯ নবেম্বর থাদগী ঋতু চেফোঙ ফোঙদুনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চৎথদুনা লাক্লি। চাং নাইনা ষ্টদি সার্কলগী থৌরমসু ঙসিফাওবা পাঙথোক্তুনা লাক্লিবা ফোরমনি। মহৈরোইশিংনা তম্নবা টেক্স বুক অমদি অইবা/অইবীশিংগী ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা, লীলামচা, সমালোচনা অমদি অনুবাদনচিংবা লাইরিকশিং লেপ্তুনা ফোঙলক্লি। মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎনবা অমদি জাতিগী সাহিত্যগী অৱাৎপা মেনখৎনবা হোৎনবসু ফোরম অসিগী মরুওইবা থৌদাং অমনি। ঙসি ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিক ১৩ (তরাহুমদোই) শুখ্রে।

দ কলচরেল ফোবম, মণিপুরনা লাইরিক ফোঙবগী পান্দমদা হন্দক ফোঙজরিবা ময়াংলম্বম কান্দেশ, শীংজমৈ চীংঙামখোং চোংথাম লৈকাই, ইম্ফালগী ৱারী মচাগী লাইরিক অমুরাংবা (২০০৮) অসি ফোরম্না পুথোকপা অমদি ফোঙবা ১৪ (তরামনি) শুবা লাইরিকনি। অইবা মশাগীনা ১০ শুবা লাইরিকনি।

ময়াংলম্বম কান্দেশ, অইবা অসি মণিপুরী সাহিত্যবু য়াম্না নুংশিজবা, ৱারী মচা অমসুং উপন্যাসকী লাইরিকশিংদা খুৎ থাজবা অইবনি। অইবগী ৱারী মচা অমুরাংবা হায়রিবা অসিনা মণিপুবী সাহিত্যদা অনৌবা মহাও অমা পীরগনি হায়না থাজে। ফোরমনা হন্দক ফোঙজরিবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা শোয়দনমক্কী ওইরগনি।

ডা. হামোম নবা সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী,
দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর

ইম্ফাল, মণিপুর
১৬/১/২০০৮

# লাইরিকসি পারুবদা

খুৎশেম-ৱারী (ফিকশন) ইবদা ময়াংলম্বম কান্দেশ অনৌবা নৎত্রে। মহাক্কী উপন্যাসশিং অমসুং ৱারীমচাশিংনা তোপ-তোপ্পা মহাউ পীদুনা অপাবশিংগী পুক্নীং চিংশিল্লিবনি। হন্দক অমুক ৱারীমচা কুম্থাহুমদোইনা লৈচন শেমদুনা অপাবশিংদা লাম্থোরক্লি অমুরাংবা। অমুরাংবা হায়রিবা ৱারীমচা অসিমক ৱারীদি খরা কমপ্লেক্স ওইরবসু পাবা য়াবা, পাবদা নুংঙাইবা, ৱাখন খন্থহনবা ফজবা ৱারীমচা অমা ওই। শন অমদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারীসিদা মীওইবগী মচৎ খরসু ফোঙদোক্লবা হোৎনরি। হোৎনরিবসি মহৈ য়াল্লি হায়নীংঙি। অতৈ ৱারীমচাশিংদা হৌজিক্কী মতমগী সমস্যাশিং অমদি পুন্সি অমসুং মীওই-লমচৎকী শক্তম মচেৎ-মচেৎ য়েক্লবা হোৎনরি। নীপা-নুপী মরী অমসুং লমচৎ, লালহৌবগী সমস্যা অমসুং মসিদা থেংনরিবা অমদি থোকহল্লিবা পুন্সিগী মশক, অৱা-নুংঙাইগী পুন্সি, মতমগী শাফু কয়া হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা উৎপা ৱারীমচাশিং কয়া য়াওরি, অদুবু নীপা-নুপীগী মরীদনা হেন্না নম্না খুৎ থাবা থেংনৈ। ৱারীমচা অমা ওইবদা মপূং ফাবাত্তবা ৱারীমচা খরা য়াওরবসু অয়াম্বা ৱারীমচাশিং পাবদা নুংঙাই, ফজবা ৱারীমচা কয়া য়াওই। ৱারীমচা খরদি অপাবশিংবু ৱাখনসু খলহনগনি।

হন্দক পুথোক্লিবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিগা হান্নগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিংগগী মরক্তা থেংনবা খেন্নবা অমদি হন্দক্কীসিদা ৱাহৈগী ইকোনোমিদা মিৎয়েং থন্নকপা অসিনি। ৱাহৈ খজিক্তনা ৱা য়াম্না অমদি মপূংফানা হায়নবা হোৎনবা উবা ফংঙি। অচম্বা লোন্দাদা ফজনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবা অসিমদি অইবা অসিগী হৈনজবীনি। হন্দক্কী লাইবিক অসিদসু মসি উবা ফংঙি। অচম্বা ৱাহৈ-ৱাতাদা থোৎনা-মেঙনা ফজনা ফোঙদোকপা ঙম্মী। থৌদোক্কা চানবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি লোন্দা শেম্বা হৈ। অইবনা পামজনা চঙশিল্লিবা খুৎশেম-ৱারী ইবগী লমসিদা অইবসিগী খুৎই হেন্না মেচ্যোর ওইবকপদুসু উবা ফংঙি। মসি অইবনা হোৎনজবদু মহৈ য়ানবনি হায়নীংঙি।

ৱাকচিংগী ১২ নি পানবা
ইমোইনু থৌনি নুমিৎ
তাং ১৯/১/২০০৮

**আই এস কাঙজম**

# অইবগী ৱারোল

অমুরাংবা হায়না মিংথোঞ্জরিবা ৱাবীমচাগী লাইরিক অসি ঐহাক্কী ফোঙদোকপা ঙমজখ্রবা লাইরিক্কী ওইনা তরাশুবা মশীংনি। ৱারীমচাগী ওইনদি মঙাশুবনি। ঐহাক্না শক ২০০৩ গী মার্চ থাগী তাং ১৭, নোংমাইজিং নুমিত্তগী হৌজরগা পান্দম অমখক থমজখি। পান্দম অদু মমাঙগী মাপলশুবা লাইরিক ফাওবদি ফোঙদোকপা ঙমজখ্রবসু হন্দক্কী তরাশুবা মশীং অসিমদি যুমদা লুহোংবগী থৌদোক অমা থোকচিল্লকপদগী থা অমা চোম্থনা ফোঙবা তাখি। মসিনি মীওইবনা নীংজবা খুদিংমক থুংবা ৱাই হায়নবদু। নুংঙাইতে। ঐগী চাউরবা আশা অমসু কায়খ্রে। মদুদি লাইরিক অসি লৈকং থোং শাঙ্গাদ্রিঙৈগী মমাঙদা ফোঙনীংবগী অপাম্বদুমসু থুংখিদ্রে। করি মরমগী ৱাখলসি খনখিবনো হায়বগী মতাংদুমদি লাইরিক অসিবু পাবীগদৌরিবা মীপূম খুদিংমক্না অমুরাংবা হায়রিবা ৱারী মচাসি পাবীরগা খঙবীরগনি।

হন্দক্কী লাইরিক অসিমসু ঐগা লুনা তিন্নজরিবা শ্রীবীরেন হৈথম্বা, এপ্রুফ লিরিসিস্ট ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফাল, কোংবা নান্দৈবম লৈকায়দা লৈবা ইনাও অসিগী মতেং য়াওজখি।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ মঙা-তরাদং ইৱীনবা হায়জরুবদা হরাও-হরাও য়াবীরকখিবা ইকায় খুম্নজরিবা প্রোফেসার আই এস কাঙজম, প্রসিদেন্ট, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালবু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। মথংদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর, শ্রী তাওরেম মঙ্গি সিংহ অমদি জয়প্রকাশ (জপু) শর্ম্মাবু লাইরিক অসিবু নম্বীবা অমদি ফোঙবা ঙমহন্নবীবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লোইননা বাইন্দিং সেক্সনগী মরুপ-মপাং খুদিংমকপুসু লাইরিক অসি ওইহন্নবীবগীদমক লম্মন তোনশিঞ্জরে হায়না খঞ্জরি।

বনাল লানবা, অশোয়-অঙাম য়াওবা থেংনরকপদা লান্দবা ঙমদবা মীওইবনি খন্না পূন্নমক্না ঙাকপিগনি।

ইম্ফাল
তাং ১৬/১/২০০৮

অদোমগী
**ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ**

# য়াওফম তাকপা

# উনারক্কী হৈরোল

বীরকুমার, বেঙ্ক পি ওগী চাংয়েং পরিক্ষাদা মায় পাক্লুনা ট্রেনীং লোইরগা স্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগী মখাদা থবক চংলে। থবক চংবা চহী অনীরোমগী মতুংদা ইম্ফালগী ব্রাঞ্চ অমদা বেঙ্ক মেনেজের ওইনা থবক পুরে। মানা নৌনা জোইন তৌররিবা বেঙ্কসিদা স্টেট সরকাবগী মখাদা থবক তৌরম্বা পেন্সন ফংলবা মীওই কয়াগী পেন্সন কায়বা য়াথংগী খুদোংচাবা নৌনা পীবা হৌরে। পাউদু তাবদগী ইম্ফালগী ম্যেন ব্রাঞ্চতা পেন্সন লৌরম্বা মীওই কয়ামরুম অনকপা অমদি খরা কোম্না লৌবা য়াবা মফম থিরকপদা বীরকুমারনা মেনেজর ওইরিবা বেঙ্কসিদা নৌনা ট্রান্সফর তৌবা অমদি একাউন্ট হাংবা লাক্লরি। নৌনা একাউন্ট হাংগদৌবিবা মীওইশিংগী মেনশিল্লবা ফোর্মশিংদু মুন্না চেক তৌরগা বীরকুমার মথং-মথং শোই তৌরি। ফোর্মশিংদুগী মরক্তা বীরকুমারনা মমিং ইদুনা তত্তনা শীজিন্নখ্রবা নুপা অমগী মমিং অমদি য়ুম্নাক অমখক য়াওরম্লে। বীরকুমারগী থম্মোয়দা থাহং অমখক মিকুপ্তুদা থোরকই।

— "মহাক অসিবু কনা ওইরিগবা?"

শোই তৌরম্বা কলমদু টেবলদা থম্লগা নুপাদুগী পাশপোর্ট সাইজগী ফোটোদুদা য়াম্না মুন্না য়েংই। ফোটোগী শকফমদু উরম্বদগী অমুক্তা হেন্না চিংনবা হেনগৎলক্লে। বীরকুমার, লাংতক্লবা থাখলদুনা ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা কাদগী থোরকই। ময়াম ফম্নরিবা মরক্তুদা নুপাদু য়াওরিব্রা হায়না য়েংই। মানা উখিবা ফোটোগী শকফমদুগা মান্নবা অহল অমদি য়াওরে। চহী হুমফু খরা হেল্লগদবা অহলদু মানা চিংনরিবা মীশক্তু শোয়দনা ওইরগদ্রা হায়বগী থাখলনা মাবু লৈতাহন্দ্রে। কাদা চংলক্লগা হাংদোক্লিবা ফাইলদু খুমজিল্লগা মখা তানা থবক শুদনা উংলগা লৈরে। মমৈদা অশেংবা অমা খঙনীংবদগী ফাইলদু শুবা তোক্লগা মাগী ব্রীফ কেশতা হাপচিনখ্রে। নুমিত্তু মহাক হকচাং খরা নুংঙাইতে হায়রগা য়ুমদা ঙস্ত হল্লক্লে। য়ুম য়ৌরগা অপোকপী মমানা মাঙ্গোলগী চৌক্রিদা ফম্লগা লৈরম্বদু উবদা খরা থারৌবগুম তৌই।

চান্দনী, — "করি তৌরে, ঙসিদি ঙন্তা হল্লক্লবদি"?

— "করিসু তৌদে, পোৎ অমখক থিবা লাকপনি"। অসি হায়রগা কাগী টেবলদা ঙসাইগী ফাইলদু ব্রীফকেশতগী লৌথোক্লগা থম্মী। মখা তানা ফাইলদু হাংদোক্লগা অহন্দুগী ফোটোদু য়েংই। টেবলদগী ফাইলদু খুমজিল্লমদনা মাগী কাদা চংলগা উপু হাংদোক্লগা পোৎ অমখক কন্না থিরি।

চান্দনী, নুংতিগী মচা হল্লকপা ঙাইরগা চা লোল্লগা মমা-মচা থকমিন্নে। ঙসিসু নহানমখে তৌবগুম ইমুং চংদুনা চা লোল্লুরগা চা কপ অনীখক ট্রেদা হাপ্লগা বীসকুটকা পুন্না পুরগা মচাগী কাদা চংলকই। তেবলদা ট্রেদু থমগে তৌবদা মচানা হাংদোক্লম্বা ফাইলদু উরে। ফাইলদা বেঙ্ককী একাউন্ট হাংনবা ফোর্মদা নপ্লিবা ফোটোদু হেক উরকই। কনাগুম্বা অমা মানবদুদা ফোটোদু নোনথরগা মুন্না য়েংই। চান্দনি, মখুত্তগী ট্রেদু খঙহৌদনা নানথখিদুনা চা কপ্তু বীসকুটকা পুন্না লৈমায়দা তাখ্রে। মকোক ঙাওদুনা চৌক্রিদা ফমথরে। বীরকুমার, চা কপ অমদি প্লেট লৈমায়দা তাবগী মখোল তাবদা — "ইমা! করি তৌরে" হায়না কন্না লাউরকই। মমাগী মনাক্তা চংশিল্লগা মমাবু কোল্লগা ফম্মী। — "ইমা! করি তৌরে, হকচাং ঙমদ্রবা"?

— "ইমা করিসু তৌদে। নঙগী ফাইলদগী ফোটোসে ..."?

— "ফোটোসিবু কনানো"?

— "ফম্মু! ইমা ঙসিদি নঙোন্দা অশেংবা ৱারী অমা লীরগে"? অসি হায়রগা চান্দনী, মাগী পুক্সিগী তশেংনা থোকখিবা ৱারীদো মচাগী মফমদা লীদুনা তাহনখি।

চান্দনী, ইংলিস ওনর্সতা বী এ পাস তৌরগা স্টেনো তম্মী। ট্রেনীং ফজনা তৌবদগী স্টেনো খুৎ ফজনা চৎলে। রিভিনিউ দিপার্টমেন্টেকী স্টেনোগ্রাফর খরা লৌনবা এদভর্টাইজ তৌরকপনি। চান্দনীসু পোস্টু থাবা য়াওই। লাইবক ফবা হায়গদ্রা, মশানা ফবগী ওইগদ্রা, মহাক থবক্তু খনবদা য়াওরকখি। মশক-মতৌ ফজবী, চুং-ফিরাল চাবী, মুরং তৌরগা রাষি লৈবী, মশম ফবী চান্দনীগী মগুণ হন্দক্কী থবক খল্লকপসিদগী অমুক্কা খংহেন-হেনগৎলকখি। ফজবা ফিজেৎ শেৎলগা নুংতিগী ওফিস কাবা উরকপদা কনাগী মচানো, করি থবক তৌবীনো তোয়না হংনরকখি। মতিক-চাবা মচা নুপা পোকপা মমা-মপা কয়ানা চান্দনীবু মমৌ ওইজগে হায়বা হৌরকখি। কোন্নথংদা এস দি সি ওইবা মহাক্কা থবক মফমসু পূনবা কুল্লগা হায়ন-শীঙনদুনা লুহোংলে। তলব চাবী ওইবনে, মশক্লগা ফজবনে, মনেম-মকুনসু লুন-

চান্না তৌই। অসুম্না চান্দনী যুম পানবা চহী অমা হায়রক্লে। অদুবু অঙাং য়াওবগী খুদমদি ফংদ্রি।

হিযাঙ্গেগী নিংঙোল চাক্কৌবা মতম য়ৌরক্লে। চান্দনী, নিংঙোল চাক্কৌবা মপামদা লাকই। যুম্লোন্নবী ক্লাসসু মান্নরকপী, মা লুহোংলবা মতুং থা অহুম কোন্না লুংহোংখিবী, লাতাসু চাক্কৌবা লাকই। লাতানা মচা নুপা ঙৌরোক ঙৌবা, নোয় পেনবা অমা পল্লগা চাক্কৌবা লাকপদু উবদা চান্দনি লাতাবু কল্লকখি। লাতাগী মনাক্তা চংলক্লগা থম্মোয়নুংগী ৱাদু মপাল থোরকখি। — "লাতা নঙদি নরাইবক ওন্থোক্লা ফখ্রেদা! নচা নুপা অমা ফংলেদো! ঐদি নঙগী নরাইবকসে ওন্থোক্লা পামজখ্রে"। অসি হায়রগা লাতাগী মচানুপাদু পল্লগা নুংশিনা অঙাংদুগী মখজাই অনীদুদা চুপ্পি। মখা তানা — "লাতা। ঐদি ইমিত্তা ইচা উগনি হায়বা থাজদ্রে।" চান্দনীনা থম্মোয় শোক্লা হায়জবদু লাতানা ফাগি তাহনবীরগা ফাক-ফাক নোকই,

— "হো ইবেম্মা! ঐখোয়দি নুপাদু এল দি সি ওইবনি। ঐসু থবক তৌদ্রি। নঙদি নুপাসু এস দি সিনি, নশাসু স্টেনো ওইরিবীনি, য়াম্না ৱাৎলিদা!" মতমদুদা অকনবা নোংহৌ অমা লাকপগুম চান্দনীগী মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকখিবদু মতোমতা অমুক মীৎলুদা হঞ্জিঞ্জখি। মদু লাতানদি মনুং-য়ৌনা উবীখিদে। অসুম্না লুহোংবা মতুং চহী অনী খরা হেল্লক্লে। ইমুংদা খমুক-খমুক তৌনবগী ইরাং অমা লাকপা হৌরে। চান্দনী, মতোমতা চিংনবা কোরুবা নোংমা গাইনিগী নুপী ডাক্তব শান্তিগী মনাক্তা চত্তুনা মশাগী অৱাৎপা লৈব্রা হায়না চেক তৌহল্লুই। ডাক্তরনা থোইদোকপা অশোযবা লৈতে, নুপাগীসু অমুক্তং পুন্না য়েংথোকপা ফৈ হায়বকখি। চান্দনী, ৱাফমদু মতাং চাবা য়েংলগা মপুরোইবা কুল্লদা হৌদোকই। অদুবু লাইরিক হৈবা মীনা ঙাংলোইদবা ৱাঙাং অমখক শীজিন্নদুনা কুল্লনা চান্দনীদা ওন্ন-তৈনবা ৱাহৈনা থীনা চৈবীখি। "ষণ অখুংবীগা চপ মান্নবী নুপী অমা লৌরুবদগী ঐসে তশেংনা মাঙজরবনি"।

চান্দনী, কুল্লগী ৱাহৈদু তাবদা — "ইস!" হায়রগা থম্মোয় কায়না কাদুদগী যাম্না ইকাযনা থোরকখি। মহাক মতোমতা লোন্না থম্মোয় শোক্লা কপখি। নুমিত্তুদগী কুল্লা, চান্দনীনা থোংবা চাক চাখিদ্রে। চা পুশিল্লকপা ফাওবা থক্তনা অৱেম্বদা মাঙলে। ইমুংগী চাক থোংবসু মনেমবোক্লা চান্দনীদা থোংনবগী খুদোংচাবা পীবীদ্রে। ইমুংদুদা চান্দনীগী মীচং-কন্নামত্তা লৈরক্ত্রে। অদুগী মথক্তা মনেম্বোক্লা তোয়না চান্দনী তাননবা মচানুপাগী নুপী অমা থিদবা য়াদ্রে হায়বা হৌরকখি। মতুং তারকপদা কুল্লা য়ুমদা

হঞ্জিন্নীংলগা হঞ্জিল্লকপা, হঞ্জিন্নীংদ্রগা হঞ্জিল্লক্তবা কয়া য়াওরক্লে। য়াররোই খঙলদুনা চান্দনী, মাগা হান্নদগী খঙনবী নুপী উকিল অমা তান্নরগা খাইনবগী দলিন অমা ইহন্দুনা শেম-শাবা লোইরে। দলিন্দু মনেম্বোক্তা মচানুপা হল্লকপদা অমুক্তং মুন্না পাবীরগা শোই তৌহনবীয়ু হায়না নোংমা মানা ওফিস কারমদাইদা শিন্নরম্মী। মখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না চান্দনীনা ফজনা শীল্লব্রবনিনা মমা-মচা অনীমক হরাউনা য়ানীংবগুম তৌরে। দলিন্দা কুল্লগী শোই তৌরে। শাক্তি অনীগী শোইসু তৌহল্লে। মতৌ অসুন্না য়ান্না লেন্না কুল্লগা চান্দনীগা পূন্সিগী ওইনা কায়নরে। কুল্লগী পূক্নিংদা হরাউ-নুংঙাইবগী রাখল অমা লাব্রবসু চান্দনীগী মফমদদি কায়নবগী মতমসিদা মীৎলুদা পিরাং পিবোইনখি।

মীওইবগী রাখল অমদি খোঙথাং অঙকপনি। অওনবা অমনা হুমদুনা চৎখিদৌরে। কনা অমত্তনা ফাবা ঙম্লরোই। খাইনবা ইকুই-কুইদনা কুল্লা হান্নদগী থৌরাং লোইদুনা লৈরবনিনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংলে। চান্দনী, মাবু লৌরম্বা কুল্লগী মমাঙদা অশোয়বসি কুল্লগীনি হায়বসি অমুক্তং খঙহন্নীংই। অদুবু মাদি নুপীনি, নুপাগুম্না মাসু অতোপ্পা নুপা অমদা খুদক্তা লুহোংবদি ঙমফম থোক্তে। রাখল নুংঙাইতবা পূন্নমক নুংদা ফুল্লগা মপামদা হল্লক্লবা মতমসিদা মহাকসু হান্নদগী হেন্না ফজবা, অনানবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-চাদুনা থবক কাবা হৌরে।

কৃষ্ণচন্দ্র, চান্দনীনা থবক তৌরিবা ওফিসকী-ওফিসারনি। চান্দনী, মাগী নুপাগা খাইনরে, মপামদা লৈরে হায়বসি ওফিসতা থবক তৌমিন্নরিবা অয়াম্বসু খঙনরে। কা খুদিংদা মখোয়গী রারীনা পিক থল্লে। চান্দনীনা হান্নদগী খরগা হেন্না মশা নানবা, কেবা হেনগৎলকপসিনা অতোপ্পা, অনৌবা নুপা অমা পাম্বগী রাখলনি হায়বসি নুপা অয়াম্বনা খনবীরি। রাখলসি কৃষ্ণচন্দ্রসু মতমগী ওফিসার অমনিনা মঙোন্দসু ফাওরকই। চান্দনীবু মাগী কাদা তোয়না কৌশিনবা, থবক শুমিন্নবা, লম কনশিনবগী থবক খরা তোয়না চৎথরকই। ওফিসকী মী অয়াম্বসু নিমফুং-নিমফুং মবানিগী লমচৎকী মরমদা ঙাংনবা হৌরকই। কষ্ণচন্দ্র, চান্দনীবু লম্বীদা ঙাইরগা ওফিস কামিন্নরকপা, থেংনা কুম্মিন্নবা তোয়রকই। নোংমদি ওফিস কুম্নবা মতম য়ৌরবা ফাওবদা কৃষ্ণচন্দ্র অমদি চান্দনী অনীমক ওফিস কুমদনা কৃষ্ণচন্দ্রগী কাদা মরৈ কন্না তৌনদুনা লৈরে। চান্দনীনা য়ুমদা হল্লক্ত্রবদা মমানা মচানুপা উপেনবু গাড়ী মচা অমদা মচে লৌবা চৎহনখি। উপেন্না চৌকিদারদা হাংলুবদা ওফিসারগী কাদা থবক শুম্মিন্নরি হায়রকই। উপেন, ওফিসারগী কা তন্না চংলকই। থোঙনাওদগী কা মনুংদা মখোয় অনীনা মরৈ তৌনরিবদু তারে।

— "তামো ! ঐদি অঙাংসে এবোর্সন তৌবা শুকঙম ঙম্লোই"। হান্নদগী খরা চিংনদুনা লৈরম্বা উপেন্না মপান্দগী লাওরকই , — "ঙসিদি হুরানবা মশক খঙলে, নখোয় অমত্তা চেনবা য়ারোই থোঙ হাংদোকউ"! চান্দনীনা কাদুগী থোঙদু তপ্না হাংদোরকই।

উপেন, — "ইচে ! নৌপ্পা লৈ, করিমত্তা ৱারুনু"! মখা তানা — "সার ! ঐ ঙসিদগী সারদা ইবাই কৌজবা তারে। ইচেসি পুরগা চৎপিরো ! নৎত্রগদি মৈরা পায়বী ময়াম কৌরগা হৌনবী মতুংইন্না থবক পাঙথোকপা তারে"।

কৃষ্ণচন্দ্র, ইক-আকতা চান্দনী পুরগা চৎতবা য়ারোইদৌরে। কৃষ্ণচন্দ্র, চান্দনী-পুরগা মাগী কারদা য়ুম তানা লাকই। মখোয়গী মতুংদা উপেন গাড়ী মচাদা ইন্নরকই। য়ুম য়ৌবগা কৃষ্ণচন্দ্রগী কারদগী চান্দনী মকোক খুল্লগা কুমথরকই। মদু উবদা ৱেবীকানা য়াম্না চিংননা হংলকই, — "চান্দনীনা নুমিদাংসিদা ঐখোয়গীদা লাক্লিবসিনা করিগীনো ?" উপেন্না পাউখুম পীরকই, — "ইচে ! ঐগী ইচেসিসু ঙসিদগী য়ুমসিদা লৈবা তারে। মহাক ঙসিদগী সার কৃষ্ণচন্দ্রগী লোইনবী ওইরবনি"। ৱাহৈদু তাবদা ৱেবীকা ফুং শাওগৎলক্তুনা ইমুং চংখ্রগা পোৎ-চৈ পায়র-পায়রগা থুগায়বা হৌরকই। কৃষ্ণচন্দ্র, মাগী নুপীবু থেমজিনবা ৱারে। চান্দনী, ফজবা ৱাহৈ অমখক্তা হায়রকই, —"ইচে ! য়ুমসিদা ঐগী হক লৈজদে। ঐনা মরম ওইরগা তামোবুসু বদনাম অমা পীবীরে। পুন্নমকসে ঐনা চফু মফম চাদবদগী থোকখিবা থৌদোক্নি। নুপী ওইবীশিংগী ইনখৎলকপা মতমদা মশা ঙাকথোকচনবা মতিক-চাবা পাঙ্গল ঈশ্বরনা পীবীরমদ্রে। উরী কৌবী পাম্বীনা লৈমায়দগী হৌবা হেক হৌরকপগা য়েৎননবা উপাম্বী থিরকপগুম ঐসু ইথন্তা লেপ্পা ঙমদদুনা তামোবু য়েৎলগা কাখৎলুবনি। হৌজিক্তি ঐগী ইমীত্তসু ইচা অমদি শোয়দনা উরগনি। ঐগী ইনখৎলকপগী মতম য়েন্নীংথাদুসু তপ্না-তপ্না লোইজখ্রগনি। ইমীত্তা ইচা অমত্তং উজরবদি সংসারগী অপাম-নুংশিগী ৱাখল পূম্বা ইচাদা থাদরগা ৱাখল মপাল থোকহঞ্জররোই। ঐহাক ইচেগী অনীংবদা খুৎ থিংজিঞ্জরোই। ঐনা পোক্কদৌরিবা ইচাসি নুপীবু ওইরবসু নুপাবু ওইরবসু ঐনা ঙম্ন-ঙম্নবা শেমজরুরগে; তৌবতবু মী কনা খঙহন্দনা ঐনা পোক্কদৌরিবা ইচাদা ফাওবা খঙহন্দনা অঙাংসিগী অপোকপগী মিংদুমত্তদি কৃষ্ণচন্দ্র হায়না মিং শীজিন্নজগে ? মসিমত্তদি ইচে অমদি তামোনা য়াবীয়ু। ঐ মী কনা খঙনদ্রিঙৈসিদা য়ুমদা হঞ্জখ্রগে ?"

কৃষ্ণচন্দ্র অমদি রেবীকা য়াম্না ঙক্না চান্দনীগী ৱাদু তায়। চান্দনীগী মীৎলুদগী পিরাং য়াওনা ঙাংলকপা ৱাহৈদুদা মৌপ্পা উপেনসু করিমত্তা খুম্বা ঙমদ্রে। মচেনা হায়বা মতুংইন্না উপেননা চান্দনী পুরগা য়ুমদা হনখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা চান্দনীনা হায়জবদগী মহাক্কী পোস্টিং মফম জিরিবামদা ট্রান্সফর তৌখ্রে। চান্দনী, থুনমক জিরিবামদা চত্তুনা মাগী থবক জোইন তৌরে। মহাক বেঙ্গলি নুপীমচা অমগা লৈমিন্নে। মতমগী মতুংইন্না মহাক মচানুপা অমা অশোয়-অঙাম য়াওদনা পোক্লে। অঙাংদু অতে কনাসু নত্তে, বীরকুমারনি।

নোংমা চান্দনীনা গুৱাহাটিগী "নিকোল ইংলিস স্কুলদা" ক্লাস ফাইভ তম্লিবা মচানুপা বীরকুমার উনবা লাকখি। মচানুপাবু স্কুলদগী পুথোরক্লগা পান বজারদা চত্তুনা শামতুগী জরসি অমা লৈগদবগী য়েংমিন্নদুনা লৈ। কদোমদগী লাকপনো খঙহৌদনা কুল্লসু দুকান্দুদা মাগী নুপী অতোনবী শিলাগা চংলকই। শিলানদি চান্দনীবু মশক খঙবা নত্তে। কুল্লা, চান্দনী উবদা শ্বাই লাওই। চান্দনীদি কুল্লবু উদে। শামতুগী ফুরিৎ অশংবদুনা মচাগী মথবাক্তা নাপ তম্লগা চাগদ্রা য়েংই। চারনি খন্দুনা ফুরিত্তু পেক তৌবীরো হায়। চান্দনীনা পৈশা লৌথোক্লগা পীবদু কুল্লা উই। বীরকুমারনা মমাদা, — "ইমা মোজা ফুরিৎ অমগা লৈবীয়ু" হায়। দুকান্দুদা মোজা ফুরিত্তি য়াওদে। পৈশা পীবা লোইরগা প্লাস্টিক্কী খাউদু পায়রগা থোরকপদা চান্দনীনা কুল্লবু উরে। অনীমক কৌনবা ঙম্নদ্রে। কুল্লা, কৌসিরা খনবদা নোংমা মানা চান্দনীদা হায়খিবা "ষণ অখুংবী ... ?" হায়বা ৱাহৈদুনা মা চান্দনীবু কৌবা ঙমদনা লৈহৌরে। চান্দনী, মচাগী মখুৎ পায়রগা দুকান্দগী থোরক্লে। কুল্লনা খলহৌই, — "ও ! মানা হায়খিবা অশোয়বদু মাগী নত্তে ডাক্তরদা অমুক্তা য়েংথোকসি হায়খিবদু চুম্লবোইরে। মা হৌজিক করি খল্লমগনি ? মাগী মচাসিবু মতমদুদা মীনা কন্না ঙাংনখিবা এস দি ও কৃষ্ণচন্দ্রগী মচা ওইরমগদ্রা ?" চান্দনীনা কুল্লা মচা য়াওদবদগী অহুমশুবা নুপী অমগমুক থিরে হায়না তাখিবনি।

চান্দনী, পোৎ-চৈ লৈবা লোইরগা মচাবু স্কুলগী বোর্ডিংদা অমুক থিল্লম্লগা জিরিবামদা হল্লকখি।

অসুম্না মতম্না পুরকপা অহোংবা কয়ানা চান্দনী ঙসিদি পেন্সন ফংলে। মচা বীরকুমারসু বেঙ্ক মেনেজর ওইদুনা ইম্ফালদা ট্রান্সফর লাক্লে। মচা শেম্বা লোইরবনিনা ইম্ফালগী উরিবোক্তা য়ুমগা কোন্নবা ইংখোল অমা লৈরগা লৈরকপা থা তরুক্রোম

হায়রক্লে। অসুক কুইবা মতমসি বীরকুমার, অপোকপা মপাগী মশক অমুক্তং খঙলবদি খন্না পূক্লিংদা চাউরবা ৱাহং অমা ওইদুনা লাকপনি।

চান্দনী, শাংলবা ৱারীদু মচাদা লীদুনা তাহনবদা মীৎলুদগী পিরাং তত্তনা শীঙ্করকখি। মমৈদা খাঙবা ঙমদ্রমাক্লে, মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। বীরকুমার, মমাগী খজাইদা নুংশিনা চুপ্লগা, মমাবু চেৎনা কোল্লগা — "ইমা নঙ লান্দে, লাল্লিবদি মখোয়নি। ঐ হয়েংমক ঐবু পোকপা ইপাদুদা ঐগী অশেংবা শক তাক্কনি। ঐ মখোয়দগী লন-থুম অমত্তসু পামদে"। অসি হায়বগা মমাবু কোল্লগা ইমুংদা পুশিনখি।

তাং ৮/১২/২০০৬

# বিনাসখিগী শম্বুল

হরিদ্বারগী গঙ্গা তুরেল মপান্দা তৃথস্নান তৌনবগীদমক ভারতকী কাচিন কোয়া শীন থুংবদগী মীওই লীশীং কয়া-কয়ানা নুংতিগী লেপ্তুনা থোমজিন্নরকই। অহীং-নুংথিল খায়দনা কনানা শাগোল গাড়ীদা, কনা অমনা ওটো রিক্সোদা, কনা অমনা মশাগী কারদা নৎত্রগা বসতা লাকপা মীগী মশীংসু কয়া-কয়ানি। গঙ্গাগী শেংলবা ঈচেলসিদা অমুক্তংবু লুপচরবদি পাপ খুদিংমক কোক্কনি খঞ্জদুনা লাপ্না-লাপ্না লাক্লরিবনি। মসি চহী লীশীং কয়াগী মমাঙদগী চৎনবী ওইরক্লবনি। কনাগুম্বনা শিথ্রবা মমা নৎত্রগা মপাগী সংসকারগী উৎ পুরকপা য়াওই; কনা অমগীনা (অস্থি) শরু মচেৎ পুনরক্লগা মদু তকখায়রগা গঙ্গাগী ঈচেলদা থাদরগা মীৎলুগী পিরাংগা লোয়ননা অরোইবা মথৌ-মঙন্নি খন্না পাঙথোক্লরি। হৈ-রা, য়ুবীনচিংবা য়াওন্. ধুপ-থাওমৈ কত্তুনা পুজা কৎপসু য়াওরি। অসুন্না পুজা কৎপা অমদি গঙ্গাস্নান তৌবা লাক্লরিবা মীগী মশীংসি মীগী সমুদ্রনি। অশুক য়ামথ্রবা মীয়ামগী অনীংবা, অপাম্বা পূন্নমকপু থুংহনবসিনা গঙ্গা মাতাগী চহী লীশীং কয়াগী মমাঙদগী থাজনবী ওইদুনা লাক্লি। মাগী-মাগী নীংজবা থুংহনবীরগা হলহনখিবা অমদি গঙ্গাগী ঈচেলদা অমোৎপা থোইদ্না য়াওবা উদবসিনা ওইবা তাই, গঙ্গাগী ঈশিংবু অমৃতগুম্না খন্নরিবসি!

অশুক য়ামথ্রবা মীয়মসিগী মরক্তা পীক্লবা মীশীংদসু থোইদনা য়াম্বা নত্তবা মণিপুর তম্পাক লমদগী হিন্দু ধর্ম্মবু পামজরুবা কাংলুপকী মরক্তা মীওই অমা অনীদি নুংতিগী গঙ্গা তুরেলগী ঈচেলগী ঈহৌরকফমগা য়াম্না নকুবা হরিদ্বারগী লমদমসিদা লেপ্তুনা লাক্লরি। মখোয়সু থাজবা অমগী মখা পোন্না লাকপনি।

মধুমঙ্গল, মাগী নুপী রানী অমদি চহী তরামরিগী মচানুপী ইন্দিরাগা লোয়ননা শগোল গাডী অমদা ঈংলবা জানুৱারি থাগী লোইরমদাইসিদা মথুরা, বৃন্দাবন্নচিংবা মফম কয়া চৎলুরবা তুংদা হরিদ্বারগী গঙ্গাস্নানগীদমক মফমসিদা থুংলরে। নুমিৎনা নোংপোক থংবা মায়কৈদগী তরং-তরং হুন্দোরকপা মতমসিদা মধুমঙ্গল ফি-রোল হোংবা লোইদুনা গঙ্গাস্নান তৌনবা গঙ্গাদা কুমথরকই। মধুমঙ্গল, থোরক্লিবা নুমিত্তা

মমায় ওনশিল্লগা গঙ্গাগী ঈশিং খুজোক থন্না শোক্লগা কৎলি। মাগী য়েৎলোমদা পঙলাপ-লাপ্তুনা গঙ্গাগী ঈচেলদা ঈরুপ্পা লোইরগা মমায় নুমিত্তা য়েংলগা নুপী অমসু খুরুমদুনা লৈরম্লে। মাগা হান্না য়াম্না নক্করম্বী মীশক অমবু করিগী শক খঙলোই। মিকুপ থরগী মমাঙদা লৈখিদ্রবী মমাগী মিংদা ঈশ্বরদা পিন্দদান কৎলুবগী, অমদি লৈখিদ্রবী মমাবু নীংশিংলুবগী পূক্নিং নুংশিরিঙৈসিদা ইখঙ-খঙহৌদনা বীনাসখিগী মরূ কোকপা শকফম উরুবদা মধুমঙ্গল খুদক্তা হৌখ্রবা মতমগী ঈচেল অমদা হঙ্গৎনা চেনবগুম লাপ্লবা মীরমসিদা থোক্লরে। বীনাসখিগী ৱাখল খন্না-খন্না গঙ্গা মপান্দা কাখৎলক্নে। মফি-মরোল হোংলিঙৈদা বীনাসখিসু কাখৎলগা মফি হোংবা লোইখ্রে। বীনাসখিনসু মধুমঙ্গলবু উবদা মান্নবা ৱাখল অমদা লম্মুক্লরি।

বীনাসখি, লৈকায়গী মী খরা বৃন্দাবন চৎপগী মতুং ইল্লগা লৈখিদ্রবী মমাগীদমক লাইফমদা ঙমজবা খরা কৎপা লাকপনি। মৈতৈশিংগী চৎনবীদা বৃন্দাবন চৎলুবা হল্লকপদা নুপাবু ওইরবসু নুপীবু ওইরবসু মরূ কোক্লগা য়ুমদা হল্লক্নে। নুপীশিংগী মরক্তা মপুরোইবা লৈরিবা কাঙবুদি মরূ কোক্লদে। বীনাসখিদি মপূরোইবা হিংলবসু কৈদৌরুগবনো খন্দুনা জমুনা মপান্দা ময়াম শম কোরুবদুদা য়াওদুনা মরূ শিৎ নান্না কোক্লগা রাধারানী অমদি কৃষ্ণচন্দ্রগী চরন্দা পূক্নিং-ৱাখল লুপচরগে খন্দুনা হরিদ্বার অমুক য়ৌরকখিবনি। মধুমঙ্গল, মতম কুইনা মশক-উনখিদ্রবী, কাউরুবী বীনাসখিনা চহী নিফুদা মরূ কোক্লগা উরুবদা অৱাবা ৱাখল অমা থুংলবগুম তৌরকই। বীনাসখিগী মরমদা অশেংবা অমা খঙনীংলকই। মহাক্না অসুম ভাবনা শারগা ৱাখল তৌবদা বীনাসখিগী মপুরোইবা লৈখিদবদগী মহাক বৃন্দাবন চৎপা য়াওরকপা ওইরম্বা য়াই খল্লি। ৱাখল তৌনা-তৌনা মাগা লাকমিন্নরিবা মাগী নুপী রানী, মচানুপী ইন্দিরা মফি-মরোল হোংবা লোইরগা চন্দোল-চৱা ফজনা থিল্লগা মন্দিরশিংদা লাই খুরুম্বা লাকই। মখোয়না লাক্লিবা লম্বীদুদা পঙলাপ-লাপ্তুনা মখোয়গী তুংদা বীনাসখিখোয়গী কাঙবুসু লাকই। অরাপ্পা মীরমদা মৈতৈ খরা উনরগা কৌনদবা হায়বসি ফজবা নত্তে। অসি খন্দুনা মধুমঙ্গলনা বীনাসখিগা লাকমিন্নরিবা কাঙবুদুদা য়াওরকপা চহী লেঙ্গা ওইনা তৌবা নুপা অমদা হংই —

— "শোম্বু মণিপুরদগী ওইবীরব্রা"?

— "হোয়, ঐখোয় থাঙ্গদগীনি। শোমদি"?

— "ঐখোয় ইম্ফালদগীনি, শীংজমৈ চীংঙামখোঙদগী"। মখোয় অনীনা ঙাংনরিবদু বীনাসখি অমদি মধুমঙ্গলগী নুপী রানী অমসুং মচানুপী ইন্দিরাসু তায়।

বীনাসখিনদি মধুমঙ্গলগা লোয়ননা লাকমিন্নরিবী অনীদু মধুমঙ্গলগী নুপী অমদি মচানুপী শোয়দনা ওইগনি হায়না খল্লি। অমরোমদা মধুমঙ্গলনদি বীনাসখিগা মাগা কায়নখ্রবা মতুংগী ৱারীদি খঙবা নত্তে। মাগী ৱাখলনা চেৎনা থাজবদি বীনাসখিনা মরূ কোক্লিবদু মাগী অনীশুবা মপুরোইবা লৈখিদবগী শোয়দনা ওইরমগনি হায়বসিনি। মধুমঙ্গলগী ৱাখলদা কাউবা শুকঙম-ঙমদবসি বীনাসখিগী লৈশারিঙৈগী য়াম্লবা মুরবা শম অমদি মাগী ফজবা শম্বুলদুনি। অদুবু ঙসিদি মদুগী ওন্ন-তৈনবদা চহী নিফুগী বীনাসখিনা মরূ কোক্লগা পুঙৌ ফনেক শেৎলগা মকোক্তা অঙৌবা ইন্নফী অমনা কুপ্লগা পুম্সি লেনবা তারবা! মধুমঙ্গল, মদু পূন্নমক খল্লুবদা থম্মোই শোকই। মাগী ৱাখলদু মাগা লোয়নরিবা রানী অমদি মচানুপী ইন্দিরাদি খঙবা নত্তে।

মতমদো মধুমঙ্গলনা বী-ই অহুমশুবা চহী তল্লিঙৈদা য়ুমদা থোক্লকপা তাঞ্জা অমদা মেট্রিক পরিক্ষা মনুং ওইরম্বনি। মতমদুদা ইম্ফালদগী খুঙ্গংদা হাইথরগা পরিক্ষা থাবা য়াম্না চৎনরম্মী। মধুমঙ্গলবু মমান্নবা উতম্না মচন্নুপী মেট্রিক্তা অহুম্লক ফেল ওইরবী রাধাগী অঙ্ক থোকপা নুমিত্তা অঙ্ক হোৎহন্নবা থাঙ্গা তানা লাকমিন্নখিবনি। রাধানা লৈরিবা ইমুংদু বীনাসখিখোয়গী য়ুমদা ওইরমখি। বীনাসখিসু মেট্রিক পরিক্ষা অহুম্লক হন্না থাবা য়াওরি। নুংথিল থোকপা অঙ্কগী পরিক্ষাগী কোইসন মপান্দগী মধুমঙ্গলনা হোৎলগা উতম্না পীশিল্লগা শিলহল্লি। অসুম্না পরিক্ষা লোইরগা থোরকপদা মধুমঙ্গলনা বীনাসখিগী রাষি লৈবা শকফম অমদি নীংথিজবা শম্বুলদু উরুবদা পূমঙাও-ঙাওখ্রে। নুমিদাংদু মধুমঙ্গল য়ুমদা হনবা ফরক তাদুনা মরূপ উতমগা লোয়ননা বীনাসখিখোয়গীদা লৈবা তাখি। নুমিদাংগী চাক চারিঙৈদা বীনাসখিনা হায় — "তামো! ঐখোয়গীদি খুঙ্গংনিনা চাক-এঞ্জাং কয়া জুগোৎ চাদ্রে; ইম্ফালগীগুম্না থোংবসু হৈতে; নোক্লবীনুকো!" মাগী থোৎনা মেঙলবা ৱাহৈদুগা মধুমঙ্গলনা পামজরুবগা বীনাসখিবু অমুক্কা হেন্না নুংশিরুরে।

মধুমঙ্গলনা খুন্নকই — "ইচম্না থোংবা চাক-এঞ্জাং চাবা ফংবসি লাইবক ফবনি, য়ারবদি পরিক্ষা লোইরগা ইম্ফালদা ঐখোয়গী য়ুম খঙবা অমুক্তং লাকউদনা?"

বীনাসখি, — "হোয় তামো! রাধাগা শোয়দনা লাক্কে"।

মথংগী অয়ুক্তা মধুমঙ্গল অমদি উতম ইম্ফালদা হল্লক্লে। মধুমঙ্গলগী মমীত্তা বীনাসখিগী শম্বুলদুনা মফমদুদা মহাক্কী মমীৎকা কায়নবদু খল্লুবদা য়াম্না ৱাখি। য়ারবদি মহাক মফম অদুৱাইদা নৈশিন্দুনা নৈনীংবগুম তৌখিবনি। বীনাসখি উররোই

খনবদা মা তশেংনা ৱারে। য়ুমদা হল্লক্লগনা হেন্না তৌফম খঙদ্রে। মমঙদসু বীনাসখি ঙাক্তা উবগুম তৌরে।

রাধা, মেত্রিক পরিক্ষা লোইরগা য়ুমদা হল্লক্লে। অদুবু বীনাসখিদি মবুংনা লুহোংগদবা হয়েংদা ঙাইরবকানসিদা চৎথোকপা ফত্তে হায়দুনা চৎহনদ্রে। বীনাসখি, মেত্রিক পরিক্ষা লোইবগা লুহোংবগী হায়ন-শীংনবা লোইরবনি। নুপাদু থাঙ্গগী ইনাকখুনবা বস অনী লোইবা স্নাহলগী মচানুপানি।

শোমদা রাধানা ইম্ফালদা হল্লকপদা বীনাসখি য়াওরক্তবদুদা মধুমঙ্গল লৈবা ঙমদ্রে। মানা বেঙ্গলর চৎকদবসু নুমিৎ নীনিখক্তা ঙাইরে। মহাক মতোমতা মোটোরবাইক তোংলগা থাঙ্গতানা লক্লে। ইকায়-ইকি পূন্নমক থাদোক্লগা বীনাসখিখোয়গী য়ুমদা চংলকই। নুমিত্তু বীনাসখি, মাগী মাম্মা কুমারনা চাক্কৌবা চৎকদবগী কেব্বা লোইদুনা ইমুংদা লৈরম্মী। মহাক মধুমঙ্গলনা মখোয়গীদা লাকপদুদা ৱাহৈ পুৎথখিবগী ইকায়জরে। মধুমঙ্গল, ইকায়-ইকায় চংলক্লগা ফম্মী। বীনাসখিগী মনম্মা মেমচৌবীসু মধুমঙ্গলনা লাক্লিবসি মচননুপী বীনাসখি পাম্বদগীনি হায়বসি ভাব তারে।

মেমচৌবী — "ইবুংঙোবু বেঙ্গলরদা ইঞ্জিনীয়র তম্লি হায়বদাই; কৈদৌঙৈ চংবা তারিবগে?"

— "হংচিৎ চংজগে তৌবনি ইচে!"

— "কন্না হোৎনৌ, ঐখোয়গী বীনাসখিসে লুহোংবীরসি হায়দুনা হায়ন-শীংনবা লোইববা! নুপাদু থাঙ্গগী খ্বাইদগী ইনাকখুনবা ইমুংনি। মাবু ঙসি মাগী মাম্মখোয়দা চাক্কৌরিবা; মদু চৎকনি হায়না লাংলিবনি। অদু, ইবুংঙোদি অমুক হল্লগদ্রা"?

— "হোয ইচে। অদুদি ঐ অমুক থোকচরগে"?

— "ফরে, ফরে"। অসি হায়রগা মধুমঙ্গল মমায় লুকথরগা থোরকই। মহাক বীনাসখিগা অমুক্তং উনরগা ৱাহৈ অম'নীদং হায়নীংই। অদুবু বীনাসখিদি মপান থোরক্ত্রে। ৱাখল অমদা উংলগা থোরক্লে। বীনাসখিনা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈরে। বীনাসখি মনাও নুপীগা থোরকই। মাগী য়াম্লবা শমদু ঙসিদি থাদোক্লগা থোবকই। শোমদা খোঙনাং মখোঙদা ঙাইরম্বা মধুমঙ্গল বীনাসখি উবদা ফুক

হৌগৎলগা থৌনা ফন্না চংশিল্লকই। — "বীনাসখি! ঐ নঙনা ঐখোয়গী য়ুম খঙবা লাক্কনি হায়বদুদা ঐগী কাদু ফজনা শেম শারগা ঙাইবনি। অদুবু নঙদি লাকখিদ্রে। অমুক্কা হেন্না লাইবক থীবদি নঙ লুহোংলগনি হায়বগী পাউসিনি। নঙবু অমুক্তং য়েংহনগে খন্না শেমজরুবা ঐগী কাদো নঙনা লুহোংদুনা মীগী ওইনা চৎখ্রবদি মপোকসিমগী ওইথোক্করোই। খঙদে, ঐ নঙগী নশকসে য়েংনীংবনা থাঙবা ঙমদদুনা মফমসি য়ৌরকখিবনি। ঐনা নঙোন্দা হায়নীংবা ৱা ময়াম অমা খন্না-খন্না লাকপনি। অদুবু নঙ উরগদি লোইনমক কাউখ্রে। ঐবু হল্লো হায়ব্রা"?

মধুমঙ্গলগী পিরাং-পিরোইনবা ৱাহৈদুনা বীনাসখিবুসু থম্মোই খংশোন-শোন্থহল্লে। বীনাসখি, মধুমঙ্গলগী মমাঙদা মখোঙ থাংদুনা চৎপা ৱাশিল্লক্লে। মশাগী লৈজবা পূম্বা মধুমঙ্গলদা লোইনা পীথোকখিবদা করিমত্তা পাম্মুদবগুম খল্লকই। নুংশিবা অমগী থম্মোইগী খোঞ্জেল নুংশিবা অমনা তাবোইরে।

মধুমঙ্গল, — "ঐ মফমসিদা নঙনা চাক্কৌবগী চাক চারুবা হল্লক্ত্রিফাওবা ঙাইরমগে"?

বীনাসখি, পাউখুম অমত্তা পীরমদনা মনাও নুপীগা মাম্মা কুমারগী য়ুম তানা চৎখ্রে। বীনাসখি, খোঙথাং খুদিংগী মাবু ঙাইরমগে হাযহৌবা মধুমঙ্গলবু তুং হন্না লৈদুনা য়েংনীংলকই। কোনা থেক্লমদাইদা লেপ্লগা হন্না মুক্তং য়েংলকই। মধুমঙ্গল. মফম লেংদনা লেপ্তুনা লৈহৌরে। মানা হন্না য়েংলম্বদুনা মধুমঙ্গলবু মা হল্লক্ত্রিফাওবা ঙাইরম্মু হায়রিবনি হায়বদু মধুমঙ্গলসু মতোমতা ভাব তাজখি।

বীনাসখি, মাম্মা কুমারগী য়ুম য়ৌরে। মহাক ৱাখলনা চাক চাদনা পূক থনবগুম তৌরে। মনেখোয় ময়াম্না ফাগি তৌদুনা হৌনা-হৌনা নোকপদু বীনাসখি য়াওরুদ্রে। মথোং খঙদনা চাবা চাক্তু চাবা লোইরে। চাক হেক তোকপগা চৎলগে হায়রকই।

মনেনা খল্লি, — "করিগীনো মসিনা অসুক হাথু-হাথু তৌরিবসিবো"? খাম্বা য়াদনা মনাও নুপীগা পুন্না থোরক্লে। মখোয় অনীনা খোঙনাং মখোঙ য়ৌরকপদা মধুমঙ্গল ফমদুনা লৈরম্লে। মধুমঙ্গলগী নুংশিবনা বীনাসখিবু ফাবগুম; বীনাসখি, মফমদু হেন্দোক্তুনা খোঙ থাংবা ঙমদ্রে। মধুমঙ্গল, ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা, — "বীনা! নঙ ঐখোয়গী য়ুমদু খঙদনা মৌগী শীংদা চনবা তারগদ্রা"?

বীনাসখি, মুল্লবা কাঙনা পাইবা ঙমদবগুম্না ৱারে। লাকমিন্নরিবা মনাওবু "নঙ চৎলম্মো" হায়বগা থাদোকখ্রে।

— "তামোগী অনীংবা অপাম্বদু করিনো অরোইবা ওইনা হায়বীরো ?"

— "নঙবু ঐনা হায়বা খুদিংমক য়াবগী থৌনা লৈখিগদ্রা ?"

— "তামোখোয়গী য়ুমদো অমুক্তং খঙলুরগা ঐবু য়ুম তানা অমুক হন্না থিনবীরম্মু !" বীনাসখি, তশেংনা পঙথকুরে। মাগী চল্লবী ৱাঙাংদুদা মধুমঙ্গলসু থোইনা হেন্না নুংশিরুরে।

— "ঐ নঙব্‌ ঐখোয়গী য়ুম য়েংহল্লগা শোয়দনা থিল্লক্কে"।

— "ফরে, অদুদি ঐ তামোনা হায়বদু য়াজরগে, খরা থুনা চৎলসি"। বীনাসখি, নুপা অমগা লুহোংগদবা নুমিৎ খরনিদা ঙায়রবনি হায়বা ফাওবা কাউখ্রে।

মধুমঙ্গল, মাগী মোটোর সাইকলদু স্টার্ট তৌরে। বীনাসখি, মধুমঙ্গলগী গাড়ী মনীংদা তোংদুনা ইম্ফাল তম্না লাকমিন্নরে। মধুমঙ্গলখোয়গী য়ুমদা য়ুম শঙনবা থম্বী পীশক নত্তনা অতে কনা অমত্তা লৈরমদে। শুমাঙ য়ৌরকপদা বীনাসখি, অনীশুবা মণিপুরগী কোনুংগুম্লবা কম্মিস্নার হেরোজিৎকী য়ুমদু উবদা পূমঙাও-ঙাওরে। মধুমঙ্গলনা বীনাসখিবু মাগী কাদা ডাইরেক্ট হেক্তা পুশিল্লে। কাদুদা লৈরম্লিবা লৈতেং, ফমুং, লাইরিক্কী উপু, মধুমঙ্গলগী ফ্রেম চনবা ফোটো, ফক্লাং কাচিন্দা থম্লিবা গল্লাদা হৌরিবা লৈ পাম্বী, পুন্নমক্তুনা বীনাসখিবু শুমহৎখ্রে।

বীনাসখি, মাগী খুঙ্গংগী লায়রবা য়ুমদুগা চাংদন্নরুবদা মতোমতা পাখৎচরে। হায়রকই — "তামো ! ঐবু থিনবীরো"?

— "বীনা ! নঙ য়ুমসিদা কুইনা লৈবা হৈনদ্রব্রা"?

"আ ... আ —" মতৎ-মতৎ, পাখত্তুনা ৱা ঙাংবা ঙমদ্রে।

— "অদু, নঙ কাসিদা লৈরিবা পোৎশিংসিদগী অপাম্বা অমত্তংদি খল্লুদনা"? ঙাইহাক্তং খল্লগা — "কাসিদা লৈরিবা পোৎশিংসে ঐগী ইনাক্তা থম্বা য়াবা পোৎ অমত্তা য়াওদে ! ঐদি কাসিদা ফম্বা ফাওবা মতিক চাদবীনি। তামো ! ঐবু খরা থুনা য়ুমদা থিনবীরো !"

মধুমঙ্গল, মরূ লুকথরগা ঙাইহাক্তং লৈ। মঙক থাঙ্গৎলকপদা মীৎলুদো তময়ানা কোরী চেল্লকপগুম ইঙাং-ঙাংশিল্লকই।

— "ঐ নঙবু থিল্লগে ? লাকও চৎলসি !" অসি হায়রগা মখোয় অনী অমুক কাদুদগী পুন্না থোরক্লে।

ঈশ্বরনা করিবু তল্লিগবা? লম্বীদা মধুমঙ্গলগী গাড়ী বেরা তৌরে। গাড়ী শেল্লিঙৈদা নুমিৎ তাশিনখ্রে। মখোয় অনীনা থাঙ্গগী বীনাসখিগী য়ুম য়ৌবা মতমদদি বীনাসখি মনাও নুপীনা তম্বদগী ইম্ফালগী মধুমঙ্গলদা চেনখ্রে হায়দুনা শুমাঙ-মাঙ্গোল মীনা পীক থন্না লৈরম্লে। মখোয় অনীনা মী কনমত্তা কিদনা চংলকপদু উবদা পাখংমচা খরদি মধুমঙ্গলবু ফুনীংবনা লোইরে। ইকায় খাঙদগী বীনাসখিবু পোকপা থম্বালনা হায়রকই — "নঙনা হল্লক্লিবসি কদায়দগীনো"?

— "বাবা! ঐনা লুহোংদ্রিঙৈদা ইম্ফালগী তামো মধুমঙ্গলনা মখোয়গী য়ুম অমুক্তং খঙলম্মু হায়বদুদা য়ুম খঙবা চৎলুবনি।"

— "য়ুমদি খঙলক্লবা নৎত্রা"?

— "খঙলক্লে, তামো মধুমঙ্গল, ইদুগেসন কম্মিস্নার পাবুং হেরোজিৎকী অমত্তা পোকপা মচানুপা ওইরম্লে।"

— "অদুদি নঙ য়ুমদুদা অমুক হনখ্রো! হয়েং অয়ুক হায়দোকপা লাকহল্লো! মফমসিদা পূল্লিবা মীয়ামসে নঙ চেনখ্রে হায়বগী পাউ তাদুনা হংবা লাক্লরিবনি। নঙ ইপাগী ইজৎ অমুক্তং কল্লু"!

মধুমঙ্গল — "পাবুং! ঐখোয় অনী অরানবা অমত্তা তৌখিবা লৈতে। চুন্না মহাকপু য়ুম খঙহঞ্জরুবনি"।

— "মদুগী পাউখুম থেংমল্লে। নঙ, ইচাসি পুরগা অমুক হনখ্রো মদুনা নঙগীসু ঐগীসু অফবা ওইরগনি!"

মধুমঙ্গল, বীনাসখিবু ইমুং চংদ্রিঙৈদা খুদাং পায়রগা থম্বালগী মনাক্তা পুশিল্লগা মখোয় অনী পুন্না থম্বালবু খুরুম্মী। ময়াম ৱা অমত্তা ঙাংদনা য়েংদুনা লৈ। মধুমঙ্গলনা বীনাসখিবু ইম্ফালদা পুরগা অমুক চৎখ্রে।

শোমদা মমা-পাবুংনা পামদ-পামদা বীনাসখিগা মধুমঙ্গলগা লুহোংলে। লুহোংবা লোইবগা মধুমঙ্গল ইঞ্জিনীয়রগী কোর্স লোইশিনবা অমুক বেঙ্গলরদা চংখ্রে। মধুমঙ্গলনা ইঞ্জিনীয়র তম্বা লোইরগা থোরকপদা বীনাসখি য়ুমদা লৈরমদ্রে। মপোৎ-মচৈসু লোইনা পুখিরম্লে। মধুমঙ্গলগী মমানা তম্বদা বীনাসখি অতোপ্পা নুপা অমদা কৈন্যা কৎখ্রে হায়রে। চপ মান্নবা পাউদু মরুপ উতম্নসু তম্লে। মধুমঙ্গল, বীনাসখিবু তশেংনা ৱারৌদুনা মমানা হায়বা ইন্দুনা হায়স্কুল ওজা ওইবী রানীগা অমুক লুহোংলে।

মতমদুদগী অশুক শাংলবা মতমসি মখোয় অনী অমুক ফাওবা উনরক্তি। মধুমঙ্গলদি বীনাসখিগী ৱাখল ঙম্নমক কাউখ্রবনি। অদুবু বীনাসখিনদি কাউবা লৈখিদে। ঙসি লাপ্লবা মীরমদা উনবসিদা মধুমঙ্গলনা বীনাসখিদা ৱাহং খরদি হংনীংলি। মীরক-নারক য়েংলগা বীনাসখিনা চংখিবা মুর্ত্তি য়োনবা দুকান অমদা মধুমঙ্গল চংখ্রে। থংনবা দুকান্দনা মাগী নুপী রানীগা মচানুপীগা কোরীগী পাত্র য়েংহৌরি।

মধুমঙ্গল — "ৱা অমত্তা ..."

— "ঐবু ওইবীরব্রা"?

— "শোম্বু বীনাসখি নত্ত্রা"?

— "মানি! ঐ বীনাসখিনি"।

— "ঐবুদি খঙবীরিব্রা"?

— "করিগী খঙদনি, নুপী ওইবীগী পৃঙ্গিদা পৃঙ্গিগী অহানবা খোঙলোয়বু ইবায়-লায়না কাউবা ঙম্বসিবু লৈরমগদ্রনে"?

— "অদু, অদোমগী ইপুরোইবা লৈখিদংবা কয়াম কুইরবগে"?

— "ইপুরোইবা হায়বদি"?

— "হায়রিসিবু, নঙবু ..."?

— "অদোম্না খল্লিবদো অরানবনি। ঐ নোংমা নৎত্রগা নোংমদি অদোম্না ঐবু থিরক্কদ্রা খন্না ঙাইজখি। অদুবু থিবীরকখিদ্রে। অদোমগী অনীরকশুবা লুহোংবা নুমিত্তা ঐ লুহোংবা থুগায়গে খন্না লাকখি। অদুবু অদোমগী লাইবক্না কনখিবনা ঐখোয়না তোংলকপা ভান্দু এক্সিদেন্ট থোকখি"। ৱারী লোইদ্রিঙৈদা মধুমঙ্গলগী নুপী রানী চংলক্কুনা ৱারীদু মখা তাখিদ্রে। মধুমঙ্গল, গোপাল কৃষ্ণ মচা অমা লৈরগা বীনাসখিদা পীরবে।বীনাসখি, গোপালকৃষ্ণদু হরাউনা ফিগাও শানা লৌশিল্লি। মখোয় অনী মফমদুদা অমুক কায়নরে।

তাং ৯/২/২০০৭

# অমগী মীনোক অমগী পিরাং

শীংজমৈ চীংঙা মখোঙদা চহী তরামঙা-তরাতরুক্কী লোন ওইগদবী নুপীমচা অমা মশম-মনা ইফা-ফানা চেল্লক্লগা রিক্সো অমগী মখাদা পাকথরগা লোত্তুনা লৈ। ময়াম্না করিনো, করিনো ঙাংনৈ। খরা লাপ্তুক্লা চহী য়াথ্খেগী লোন ওইগদবা নুপা অমনা য়াম্না ফিংনা শোমদা নুপীমচা অমা চেল্লকপা উহৌব্রা হংই। মাগী ৱাহংদু তাবদা নুপীমচাদু অমুক্কা হেন্না পাখৎখিদুনা রিক্সোগী স্প্রিংদু চেৎনা পায়রগা মরূ লুকথদুনা নুপাদুনা উদনবা লোৎপা লাক্লরি। অউবা মীশিংদুনদি নুপী মচাদুনা করিগুম্বা পোৎ অমা লাকউরগা চেনখিবদা মপুনা ফাগদবগী তান্নরকপগুম; নৎত্রগা মীগী ইমুংগী মীনাই ওইদুনা লৈবদা য়ুম্বুনা নমজা-নমথেক্লগে তৌবদা কিজবদগী চেল্লকপগুম; মাগী-মাগী ৱাখলগী তোঙানবা মীৎয়েংদা উনৈ।

অহন্দুনা নুপীমচাদুবু খুদাং পায়রগা রিক্সো মখাদগী চিংথোকপা লাক্লে। নুপীমচাদুনা স্প্রিংদা চেৎনা পায়রগা খাঙবদুনা চিংথোকপা ঙমদ্রে। শাওনীংবগা ইকায়বগা অনী পাখিদুনা নুপীমচাদুবু অহন্দুনা মীয়াম মমাঙদা খুপাক্লা শেৎ-শেৎ থাদুনা ফুবীরে। নুপীমচাদু কপ্লগা লাউরকই — "ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো"। চীংঙামখারোমদগী উকিল বীরবলগী মচানুপা রোসন, মমান্নবা অমগা মখোঙনা লাকপনি। তাঞ্জাদুদা, রোসন, তৌরিবা অহন্দুগী মতৌদুদা খঙহৌদনা শাওনীংবা পোক্লুরে। মহাক নুপীমচাদুগী মনাক্তা চেনশিনখ্রে। মাদি হান্নসু অসিগুম্বসি কয়া য়াজদবনি। নোংমসু ময়াং দব্বলরুটি য়োনবা অমা অঙাং খরনা দব্বলরুটি মুল্লগা চাবীবা থেংনরুবদা মানা অঙাংশিংদুবু ফুরগা তানখি। রোসন্না অহন্দুগী গলা তাপ পায়রগা মমায়দা কিন্না অহুম-মরিরক থিন্দুনা ফুই। নুপীমচাদুদি রোসনগী মখোঙ কোল্লগা — "ঐবু কনবীয়ো" হায়বা তোক্ত্রি। রোসন্নদি অহন্দুনা নুপী মচাদুবু ময়ুমদা নমজা-নমথেক্লগে তৌরুবদগী কিদুনা য়ুমদগী চেনথোকখিবদা মী খঙখিবা তারে খন্দুনা ফারগা পুনবা হোৎনরিবগুম খল্লুবনি। ঙাইহাক্তুদা নুপীমচাদুবু পোকপী একাসিনিসু চেল্লক্তুনা মফমদু য়ৌরক্লে।

একাসিনিনা হায়রকই — "হো ইবুংঙো! অহন্দুবু ফুগনু! মহাক নুপীমচাদুবু পোকপনি, ঐনা নুপীমচাদুগী মমানি।"

থম্বৌ, রোসন্না কিন্না মমায়দা অনী অহল্লক থিনবদুদা মাতোন্দা নাহি চারে। রোসনসু কোনথংদদি ইকায়রক্লে। ইকায়-নুংশি য়াননা মমান্নবদুগা চৎমিন্নখ্রে।

নুপীমচাদুনা রোসনগী মখোঙ কোল্লগা — "ঐবু কনবীয়ু, ঐবু কনবীয়ু" হায়না লাউখিবদু রোসনগী নাকোঙদা তত্তনা তাবগুম তৌরে। মচন ওইনা খল্লিব্রা নৎত্রগা নুংশিবী ওইনা উরিব্রা হায়বদি ঙমদে। চহীদদি মখোয় অনী য়াম্না খেন্নে। রোসন্না মখা তানা খল্লকই — "ঐবু অহন্দুগী য়ুমদা চৎলগা লাক্লে অমুক্তং হায়রুসিরা"?

শোমদা থম্বৌ অমদি একাসিনি, মচানুপী ইবেমনুংশিবু ওটোরিক্সো অমদা থেল্লগা কাখৎহন্দুনা পুরগা চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা শাওনা নুপীমচাদুবু মমাঙগী কাদা মপান্দগী থোঙ শো লোনশিল্লগা থম্বীরল্লগা মখোয়গী থবক চৎনখ্রে। অসুন্না নুংথিলগী মতম হৌখ্রে।

অহীংদা রোসন তুম্বা য়াদনা নুপীমচাদুগী ৱাখল খল্লি। অমুকসু মানা কিন্না থিনবদা নাহি তাখিবা অহন্দুগীসু খল্লি। নোংঙাক্লে। অয়ুক ঙন্তা রোসন্দু নুপী মচাদুগী য়ুম থিরকই। মথং-মথং হংলগা লাকপদা নুপী মচাদুগী থোঙ্গালদা চংলক্লে। নুপীমচাদুগী মমিং ইবেমনুংশি কৌই। মথক্তা মবুং অনী লৈ। মবুং অনীদুগী মথক্তা মচে অমসু লৈ। মচেদু ময়ুম পানখ্রে। মচেশু মাগী লায়নাদুগা মান্নবা মতাং অমা লাকখি। মচেগীদি বী এ লোইরগা হৌরকপনি। মাইবা অমনা ময়ুম থুনা পাল্লগা ফগনি হায়বদগী ময়ুম থুনা পালহনখিবনি। মতা চারুদুনা ময়ুম পাল্লবা মতুংদা মশাগী অনাবদু অদুম ফখ্রে। হন্দক অমুক মচা অতোম্বীদা তৌরকপসিদা মমা-মপা অনীমক নুংঙাইত্রে।

ইবেমনুংশি লাইরিক য়াম্না ফৈ। লাইরিক ঔরাইবদা পুক্লিং য়াম্না চঙই। মমা একাসিনিসু লাইরিক অদুম ফরকই। অদুনা সরকারগী থবক ফংদুনা ইউ দি সি ওইরি। ইবেমনুংশি, মমাগী ব্রেন লৌদুনা লাইরিক ফবা ওইগনি। মপাদি লাইরিক য়াম্না তমহৌদে। মচানুপা অনীসু লাইরিক্তা অমত্তা য়াদ্রে। মপাগী উপু-কাংথোল চনবা য়াওদুনা পৈশা তানবরোমদা মীৎয়েং চংলে।

ইবেমনুংশি, কুমসি মেত্রিক থাগদৌরি। লাইরিক্তা ঙাওজবী ওইবনা অয়াম্বা মতমদা লাইরিক্তা পাদুনা লৈ। নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা পূং অহুম্লোম লাইরিক পারম্বদগী ফুক হৌগৎলকপদা মকোক ঙাওদুনা তুগে তৌই। মমানা চেনশিল্লক্তুনা লৱাইদা ঈশিং থাদুনা লাক্লে। নুমিত্তুদগী ইবেমনুংশি লাইরিক পাগদবা তশেংনা অকিবা পোক্লে। অদুবু মেত্রিক্কী পরিক্ষা নোংম-নোংমগী অসুম নকশিল্লকপা মতমসিদা থৱায় ৱাবনা অমুক্কা হেন্না তুম্বা-চাবা য়াদ্রে। তৌফম খঙদদুনা ইবেমনুংশি মমাদা কোল্লগা কপ্পি। মমানা ফার্মাসিদা হংলুবদা ভিটামিন ৱাংলম্লগনি, ভিটামিন পীথকউ হায়রকই, ভিটামিন লৈরগা পীথকই। অদুবু ইবেমনুংশি লাইরিক হেক ফাক্তোকপগা মকোক ঙাওরক্কদ্রা হায়না কন্না কিবগুম তৌরে। মমীৎ শোক্লমাল্লে খন্দুনা মীৎকি ডাক্তরগা অমুক তানৈ। অনোক হাপত্রবদি য়াররোই হায়দুনা অনোক অমুক হাপ্লে। মদুনসু ফবা ঙমদ্রে। লাইরিক পাবা য়াদবগী লায়না অমা লাকপসিদা ইবেমনুংশি ৱাখলগী লায়না নাবা হৌরে। মেদিসিনগী ডাক্তর অমগা অমুক তানরুবদা হিস্ট্রিয়ানা নারে অমুক হায়রক্লে। মাগী লায়নানা মরম ওইদুনা ইবেমনুংশি মেত্রিক পরিক্ষা থাবা ঙমহৌদ্রে। পোজিসন লেপকদ্রা খন্নরম্বী ইবেমনুংশিনা পরিক্ষা য়াওদবসিদা ওজাশিং অমদি ক্লাসকী ছাত্র-ছাত্রিশিং পূন্নমক নুংঙাইনদ্রে। মেত্রিক পরিক্ষা লোইরগা মমান্নবীশিং ইবেমনুংশিগী অনাবা হংবা লাকই। ইবেমনুংশি, মমান্নবীশিংদু কোল্লগা কপ্পি। মাগী মতৌদুদা মমান্নবীশিংসু লোইনা কপমিন্নে। মখোয় হনখ্রবা তুংদা ইবেমনুংশি খঙহৌদনা ৱাম্বখ্রে। জ্ঞান খরা তারকপদদি মহাক মীরোল ঙাংনবা য়াদ্রে। অঙাওবীগুম তৌরে। মাগুম্বী চহী মতাংগী নুপীমচা অমনা অসুন্না লৈবসি উরগা কনানা নুংঙাইগনি। মপা থম্বৌ অমদি মবুং অনীদি উ শুবা, ওর্দর লৌবা, হিসাব পাবদা মথৌ চিল্লি। মচাগী, মচনগী ৱাখল চংদবগুম তৌই। মমানা চাক চারগা ওফিস কানবা হোৎনৈ। ইবেমনুংশিগীদমক খরা খল্লিবসি মমাদা ঙায়রে। মমাসু ওফিসকী মথৌ চিনবগা খরা ৱারে। মচাবু ডাক্তর অফবা অমদা পুদুনা লায়েংবীগদ্রা হায়রগা থম্বৌনদি মচা নারগা শাওবগুম, ইকায়বগুম তৌদুনা লৈরে। মবুং অনীসু চপ মান্নে। অদুবু নারিবসিদি ইবেমনুংশিনা নানীংদুনা নাবদি নত্তে। মসিনি, লাইরিক-লাইশু হৈহৌদবা মীগী ৱাখল; চাউখৎপগী মতমগী মঙাল ফংবা ঙমজদবগী দষা হায়বদু। থম্বৌদি মচানুপী অহনগী মতমদা মাইবা অমনা হায়খিবদু ঙসিসু কাউদ্রি — "মদুদি মসিগুম্বা ইনখৎলকপী নুপীশিংগী লায়নাসিদি ময়ুম ঙন্না পাল্লগা ফগদবনি।" মচাশিংসু মপাগী ৱাখলদু মচেগী হাক্তক্তসু চুমখিবনিনা চুমগদ্রা হায়না খল্লি। নুপা তান চাবা লৈরবদি থাজখ্রসি হায়নদুনা নুপা অমা খুঙ্গংদগী ঙাংনরুনবা মী

থাখ্রে। ঙরাংগী থৌদোক্তু ময়াম স্কুল চৎনবা মতম য়ৌরকপদা ইবেমনুংশি লাইরিক খাউ অমা য়াল্লগা য়ুমদগী থোকখিবনি। ইমুংগী মী অমত্তা উহৌদবনি। থম্বৌনা উশঙদগী কেরোশিন খরা লৌগে চংলকপদা ইবেমনুংশি কাদা লৈরমদবনি। পাখত্তুনা কোয়থি-থিবদা শড়ক য়ৌখ্রে হায়নরকপনি। থম্বৌ, মফি হোংদোক্লগা ইবেমনুংশি থিবা থোরকপদা চীংঙামখোঙগী থৌদোক্তু নংখিবনি।

রোসন্না ইবেমনুংশিখোয়গী মাঙ্গোল কাখৎলকপদা ইবেমনুংশিবু কা অমগী মনুংদা ফাজিল্লগা মপান্দগী শো লোল্লগা থম্বীরিবদু উরে।

রোসন্না থোঙনাওদগী মরূ লুকথরগা উংদুনা ফল্লিবা ইবেমনুংশিবু উবদা হায়ফম-তৌফম খঙদবা নুংশিবা অমা পোক্লুরে।

— "মেম্মা, মেম্মা" অনীরক কৌই।

ইবেমনুংশি, ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা রোসন্না লেপ্লিবা থোঙনাও তানা চংশিল্লক্লগা করিমত্তা কোইদনা রোসনগী থোঙনাও পায়রিবা খুৎ অনীদু পায়রগা — "তামো! ঐবু কনবীয়ু! ঐ স্কুল চৎনীংই, ঐ পরিক্ষা থাগে" অসি হায়রগা জ্ঞান ফজনা তাবী নুপীমচা অমনা ঙাংবা ৰাঙাংদা কপ্পা-কপ্পা হায়রকপদুদা রোসনগী থম্মোই পুবা য়াদ্রে। মা তশেংনা কপ্লে। রোসন, ইবেমনুংশিগী মমাঙদা মপি চদুম-চদুম শীঙ্করক্লে।

মহাক নুপীমচাসিবু অমুক্তং ফনবা লায়েংবীগে চপ য়ুংনা পূক্লিংদা লেপ্লে। রোসন্না থোঙনাওদা লেপ্লিঙৈদা একাসিনি থোরকই।

রোসন — "ইমা! ঐ ঙরাং পাবুংদা অরানবা থবক অমা তৌখ্রে, মদুগী ঙাকপীয়ু হায়জগে লাকপনি, অদুগা ঐ ইচলগী অনাবসে ফনবা লায়েংবদা অঙম্বা মতেং পাংজগে; মাবু লাযেংবীসিবা!"

— "খঙদে, ইবুংঙো নখোয়গী পাবুংগা অমুক্তা তানসি। ইমা নখোয় পাবুং কৌথোরক্কে"। অসি হায়রগা একাসিনি থম্বৌদা পাউ পীরুরে। থম্বৌ থোরক্তুনা রোসনগা উনৈ।

রোসন, মানা কিন্না অহুল্লক থিন্দুনা ফুবদা নাহি তাখিবা থম্বৌগী মশক উবদা মমায থাঙ্গৎপা ঙমদ্রে। য়াম্না তপ্না খোনফমদা হায়রকই — "পাবুং! ঙরাং নচানা পাবুংদা যাম্না লানবা থবক অমা তৌখ্রে, মদুগীদমক নচাবু ঙাকপীয়ু।"

— "এ ! মদুদি দরকারবু লৈতেদো ! পুন্নমকসে ইচা অঙাওবীসিনা থোকহন্নর্বনি"।

— "পাবুং ! ইচলবু অঙাওবীনি হায়বীগনুবা ! ঐ মদু তাবদা য়াম্না ৱায় ! ঐ মাগী অনাবসি ফনবা লায়েংবদা শরুক য়াজগে হায়বা লাকচবনি"।

— "মদু ওইবা য়ারোই ইবুংঙো ! মাগীসিদি ময়ুম হেক পানবগা ফগদবা অনাবনি।"

— "এ ! পাবুং, ইচনসিবু করম্না অশুক নৌনা ..."?

— "ঐগীদি হায়রিবসিনা অরেপ্পনি। লায়েংবা হায়ববু নুপা অমা থিরগা ময়ুম পালহনবনি। ইবুংঙোনা ইচাসিবু তশেংনা নুংশিরগা ইবুংঙোনা ইচাসি লৌরোনে ! অদু ওইরবদি ইবুংঙোনা মাবু লায়েংবীগে হায়রবসু কায়দ্রেদনা"?

রোসন, মকোক পায়রগা ৱাহৈদু ৱানা তায়। মানা খল্লি — "ঐনা ঙরাং মাবু ফুখিবদুগী শাউবা হন্দ্রিবোইরে। মসিগী অহনসিদি ঙাংনবা খবা ৱাবা অহন্নীদনা !"

রোসন্না পাউখুম অমত্তা পীদনা তুমিন ঙাইহাক লৈবদুদা থম্মৌনদি মাগী ৱাদু রোসন্না য়ারবোই নীংলুরে।

— "ইবুংঙো ! ঐনা হায়রিবা ৱাফমসিদা নহাক্লা য়ারগদি ইপা ঐগী ইচানুপীসে ইবুংঙোদা হৌজিকমক কৈন্যা হেক্তা কৎলগে"?

রোসন — "অস !" হায়রগা উংলগা লৈ।

মানা খল্লি — "নুপীমচাসিবু কন্ননবা অমত্তা ঙায়বা উপাইদি মাবু লৌরগা লায়েংবা পুবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈররোই। মপাসিনা ফোঙদোরক্লিবা ৱাফমসিনদি মচানুপী লায়েংবগী মহুত্তা মচাসি অফংবা নুপা অমদা নমদুনা পীরগা মাঙহনবীগদৌরি। ঐ করি উপাই তৌসিগে? মানা হায়রিবসি য়ারে হায়রসিরা? ঐনা মচানুপীসি কৈন্যা কৎলগা লৌদুনা য়ুমদা থল্লবদি মাবু লায়েংবদা অয়েৎপদি লৈরোইদৌরি। অদুবু য়ুমদনা করি হায়রগা পুশিনবা? ফরে, মখোয়গী ইমুংগী মী অমত্তনা কনাগুম্বা অমত্তদা ইবেমনুংশিগা ঐগা কৈন্যা কৎপগী ৱাফমসি খঙহন্দ্রবা; অদু ওইরবদি মচন শক্লগা লায়েংলুবদি অকায়বা করিসু লৈররোই। অদুবু রোসিনিনা পাউসিবু তারগদি লান্না অমুক লৌখিগদ্রা? নুপীমচাসিগী চহীগা ঐগী চহীগা য়েংনবদদি ফাক যাম্না লৈ। মরম অসিনা ঐনা মঙোন্দা ফজনা হায়রবদি মাসু য়াবা য়াইনা।"

রোসিনি, ইংলিস দিপার্টমেন্দতা রিসার্স তৌবা লোইশিল্লক্রবনি। রোসন্না ইকোনোমিক্সতা রিসার্স তৌবা লোইদুনা থেসিস সবমিৎ তৌরগা ভাইভাগী মতম ঙাইরিবনি। মখোয় অনী থবক অমমম হেক ফংবগা লুহোংনবা ৱা লেপ্পরবনি। নোংমগী অমুক্তং উনদবদা অমনা অমবু ৱারৌনবা হৌরবনি।

রোসন, ঙাইহাক ৱাখল তৌরবা তুংদা থম্বোগী ৱাদু "য়ারে" হায়না পাউখুম পীরে। লাইৱক য়াম্না ফবা অমনা রোসনগা ইবেমনুংশিগা য়ুম্নাক, য়েক লৌনবা য়াদবা অমত্তা ওইরমদবসিনি।

মীতোপ অমত্তা য়াওদনা খুদক্তুদা ইবেমনুংশিবু রোসন্দা কৈন্যা কত্তুনা পীরে। থম্বোগী নীংবসু থুংলে, রোসনগী আশাসু কায়দ্রে। রোসন্না ইবেমনুংশিবু য়ুমদা পুরগা লাক্লে।

করি মতৌনো, ইবেমনুংশিদো রোসনগী মতুং ইল্লগা চৎখিবদা জ্ঞান ফজনা তারবী অমগুম্না মতুং ইনখি। মা ঙাওরবসু মবক-মবক্তা জ্ঞান্দি অদুম তারিবনি। মাগী ৱাখল্দসু মপানা মাবু রোসন্দা শিন্নরকপসি ভাব খরা তাবগুম তৌই।

য়ুম য়ৌরগা রোসন্না মমা-পাবুংদা ঙরাংদগী থোকখিবা থৌদোক মথং-মথং ৱারী লীদুনা তাহল্লে। অদুবু মহাক্না ইবেমনুংশিবু মাগী নুপী ওইনা পুব্রক্রবনি হায়বসিমদি ফোঙদোক্তনা চেৎনা লোৎলি। মচল শক্লগ লায়েংবীনবা পুরকপনি হায়রি। মচানুপা অমখক্তং তাংনা পোকপা, মচানুপী য়াওজদবা বীরবল অমদি ৱাধেস্না, নুপী মচাদুগী মশক উবদা মচা ওইনা য়োক্লবসু, মমৌবু ওইরবসু কায়দ্রে হায়না লোন্না ৱারী শানৈ। তৌবগীদি রোসন্না মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা মাগা রিসার্স তৌমিন্নরিবী বীরবলগী মরুপ রঞ্জনগী মচানুপী রোসিনিগা মরী লৈনৈ হায়বগী পাউদি মখোয়সু হান্নদগী তারবনি। মশক্তি ইবেমনুংশিনা য়াম্না হেন্না ফজে। বীরবলদি অহল-লমন সেবা তৌগদবী মশক-মতৌ ফজবীনবু হেন্না পাম্বনি। ইবেমনুংশিগী মশকসি বীরবলদদি য়াম্না হেন্নবু চানরুরে। রোসন, য়ুমগী মমা-পাবুংদা মতম খরা ইবেমনুংশিবু বেঙ্গলরগী নিমহান্সতা পুরগা লাযেংলুগে, মদুগী অচংবা পৈশা খরা পুথোকপীয়ু হায়। লিকপদা মমিং চৎলিবা উকিল বীববল, মচাগী থম্মোই শেংবা ৱাদুদা হরাউনা য়াবীরে।

বেঙ্গলর শোয়দনা চৎলগনি হায়বগী নুমিৎ লেপ্লবা তুংদা নোংমা রোসন, ইউনভর্সিটিদা রোসিনি উনবা লাকই। রোসিনিসু পাউদু নিমফুং-নিমফুং হান্না তারম্লে। রোসিনি, জ্ঞান লৈবী ওইবনা রোসনগী ৱাদু য়ানীংবা পোক্লগসু চৎকদৌরিবা খোঙচত্তু

পোকমিন্নদবা লৈশাবী অমগা পুন্না চৎমিন্নগদবা খোঙচৎ ওইবনা চিংনবা খরদি অদুম ফাওই। অদুবু থৌরাং পূন্নমক লোইরগা হায়রবা ৱাফম্নিনা 'মঙ্গোল ওইবীরকউ' হায়রগা লৈহৌরে।

রোসন, মমা-পাবুংনসু য়ারবনিনা বেঙ্গলর চৎনবা কোলকটা ফাওবগী ফ্লাইট টিকেট কক্লুরে। কোলকটা টু বেঙ্গলর ফাওবগী কোরমন্দল এক্সপ্রেশকী ট্রেন টিকেটসু কক্লে। অসুম্না ইবেমনুংশি অমদি রোসন বেঙ্গলরগী নিমহান্সতা লায়েংবা চৎখ্রে। বেঙ্গলর য়ৌরগা নিমহান্সতা মিং চন্দুনা লায়েংবা হৌরে। ব্রেন অমদি স্কলগী সিটি স্কেন লৌরে। থোইদোকপা অশোয়বা য়াওদ্রে। মখা তানা ই. ই. জি অমুক লৌরে। ই. ই. জিদা ফংবা রিজল্ট মতুংইন্না ইবেমনুংশিগী অনাবসি শারৈগী মওং ওইনা তৌবা, ব্রেন্দা মথৌ খরা হেন্না তৌরুবদগী হৌরকখিবা লায়নানি; চহী অমরোম হিদাক অমখক লেপ্তনা নুংতিগী তূম্লমদাইদা চারগা শোয়দনা ফগনি হায়রে। পৈশা ইচং-চংদনা অনাবা ডাইগ্নোজ তৌবসিদা রোসন হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। ইবেমনুংশিবু ডাক্তরগী এদভাইস মতুং ইন্না হিদাক পীজবা হৌরে। য়ুমদা থুনা হনবা য়াবদু হন্দনা হোটেলদা লৈরগা য়েংবা য়াবা, কোয়বা য়াবা বেঙ্গলরগী মফম অয়াম্বা চত্তুনা য়েংই। ইস্কোন টেমপল চত্তুনা লাই খুরুম্মী। ইবেমনুংশি, অনাবা ফবর্দ্রিনা মাবু পৈশা চংনা লমদম তাম্না পুবীরক্তুনা লায়েংবীরিবা রোসনগী মঙ্গল ওইনবা বর নিবা হৌরকই। রোসন্নসু ইবেমনুংশিগী ৱাখল খরা নুংঙাইজনবা ফি-রোল মানা পাম্বা খল্লগা লৈবী। অসুম্না হিদাক চাং-নাইনা চাদুনা থা মখায়মুক কা অমদা পুন্না লৈমিন্নরকপসিদা মখোয় অনী খরগা হেন্না নকশিন্নরে; করিমত্তা কোইনরক্লে। ইবেমনুংশিগী অনাবদু অমুক মখা তানা হৌখিদ্রে; মহাক নোর্মেল ফজনা তারে। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং মখোয় অনী লোয়নরকপদা পোকমিন্নবা মচিন-মৌপ্পামক্তি নত্তবনা মখোয় অনীগী ৱাখলদসু তোঙান-তোঙানবা ৱাখল পোক্লরকই। ঙৌরবা থাজগী ফজবা মঙালদা পাক্লবা সমুদ্রগী ঈমায়না ঈংনা-চিক্লা লৈবা ঙল্লক্তদুনা ঈথক-ঈপোম হৌনীংলকপগুম; নোংমা ইবেমনুংশিনা অয়ুক ঙস্তা বাথরুম চংদুনা মকোক তূম্না ঈরু-লুজবা লোইরগা মশম কংহল্লবা তুংদা দ্রেশীং টেবলগী মমাঙদা ফম্লগা রোসন তূম্লি খন্দুনা ফিদোন চিংখৎলগা ফুরিৎ লীত্তনা মমায়দা পাউদর থাদুনা লৈরিঙৈদা রোসন্না কাজ্বল মনুংদগী উরুরে।

রোসনগী থম্মোইগী ঈপাক্তসু অয়ুক্তুদা মিংশেন্দা তাবা ইবেমনুংশিগী ঙৌরবা, থোৎনা মেঙলবা থাজগুম্বী মায়থোঙদু উরুবদা ঈথক-ঈপোম হৌরক্লে। ইবেমনুংশি,

মাগী ফিভমদু রোসন্না উরগা করিসু খল্লোই খল্লুরব্রা; নৎত্রগা তৌগে য়াওনা তৌকরিব্রা? ইনখৎলকপা মতমদা লৈতাফম খঙদবা পূক্নিংগী ঈঙ্খলবু কনাগুম্বা অমগী মফমদা কৎথোক্লগে খল্লুরব্রা? মাগী অনৌবা থম্মোইগী ইরাংদুবু রোসন্নসু পামজবগুম তৌরগে। রোসন, খুদক্তুদা খংনীং-নীঙশিংলকই, মদুদি ইবেমনুংশিগী মপা থম্বৌনা ইবেমনুংশিবু মঙোন্দা কৈন্যা কৎখিবগী থৌদোক অমা। য়ুম্নাক, শাগে, য়েক থোক্লখিদবদুসু লোইনা নীংশিংলকই। কয়াদা থুনা নক্লবনা খলহল্লক্লিবা মীওইবগী অওনবা ৱাখলনো? স্বর্গগী জগোই শাবী মেনেকাগী মমাঙদা বীশ্বমিত্র মুনি ফাওবা ঙাওখি। মদুনা শাকুন্তলা মিতমখি। মসিবু লাল্লি করম হায়সিগে? হঞ্জিল-হঞ্জিল খল্লকখি। মাগী ৱাখলদা রোসিনিগা শর্ক্লখিবা ৱাশক ঙন্নমক ঙাইহাক্কী ওইনা কাউথোকখি। রোসন, তপ্পা ফমুংদগী হৌগৎলগা মশাদু জ্ঞান ইতা-তাদনা ইবেমনুংশিগী মনাক য়ৌরকখি। মহাক্লা দ্রেশীং টেবল মমাঙদা চংলক্লগা লেপ্লবদু ইবেমনুংশিনসু মিংশেলদা উবে। ইবেমনুংশিগী থম্মোইদসু তয়াং-তশোইবগুম মিঙ্খলগী ঈচেল কনখৎলকই। থম্মোইগী থোঙ্গালদি অনীমক হাংনবগুম তৌরে। রোসন, মখুৎ অনীদুনা ইবেমনুংশিগী ঙৌরবা লেংবান অনীদুদা থল্লুরে। কংফাল ইকায় থবীনা খুৎনা শোক্লুবদা মনা থুনা উমশিনখিবগুম; ইনখৎলকপী ইবেমনুংশিগী তুখোঙ খুদিংমক লোইনা মীৎনা কুপ্পদা উমশিনখ্রে। তুখোঙদা নত্তুনা ইবেম নুংশিগী মীৎস্না অনীদুসু তপ্না-তপ্না উইশিনখ্রে। তনৌরবী মখুৎ অনীদুনা রোসনগী কল্লবা খুৎ য়েত্তা পুন্না পায়রগা ইবেমনুংশি ফল্লম্বদগী হৌগৎলক্লগা রোসনগী ফুরিৎ য়াওদবা হাংলবা থবাক্তুদা মাগী মোল্লবা খজাইদুনা ঙাথরগা — "তামো! ঐবু পুন্সিগী থাদোকপীনু" হায়রম্লগা লেপ্পা ঙমদ্রবা লুম্লবা হকচাংদু তুরোই-ঙাল্লোই মখোয় অনী পুন্না ফমুং থক্তা হাইথখ্রে।

লায়েংবা চৎখিবদা মচিন-মৌপ্পা ওইনা চৎমিন্নখিবদু হল্লকপা মতমদদি অনৌবা, অওনবা পূক্নিং, ৱাখল অমমম পুরগা হল্লক্লে। অনাবা ফরবসু ইবেমনুংশিবু রোসন্না ময়ুমদা থিনদ্রে। অহনশিংনসু থিনবীকরো হায়দ্রে। মপামগী মীনা পাউ তারবসু হংলদ্রে। অদুগা ইবেমনুংশিনসু ময়ুমদা চৎলগে, থিনবীরো হায়দ্রে। কা তোঙান্না, ফমুং তোঙান্না লৈববসু মমা-পাবুং উদবা মতমদদি মখোয় অনী য়ুম্বালমিন্নববা মতৈ-মনাওগা চপ মান্নবা লমচৎ চৎলে। মখোয় অনীনা খঙলোই খঞ্জরবসু মমা-পাবুংনসু মখোয় অনীগী লমচৎতু ফজনা খঙলে। রোসন্না অসুন্না ইবেমনুংশিগী ৱাখলদা ঙাওদুনা বোসিনিবু নীংশিংবীদবসিনা রোসিনি শাওবনা লৈবা য়াদ্রে। মহাক

পাউ খুদিংমক তাবদগী চিংনবদু কোক্লবা রোসনগী য়ুমদা চংবদি হঙোইদুনা ইবেমনুংশিগী মপামদা চৎলি। একাসিনিনা অশেংবা কৈন্যা কথখিবগী ৱারোল পূম্বা তম্লক্লে। রোসিনি, থম্মোই শোক্লা হল্লকই।

লোৎপা য়াদ্রে, ইবেমনুংশি মীরোল্লে হায়বগী পাউ তানরক্লে। তঙাইফদনা ইবেমনুংশি লৌখৎপা তারে। পাউদু তাবদা রোসিনি, নুমিৎ কয়ানি মপাল থোক্তনা কপ্পুনা লেনখি। মতম খরা লৈরগা ইবেমনুংশি মচা নুপা অমা পোক্লে। ষষ্ঠি চাউনা শোল্লে। মবকসিদা রোসনগী পি আইচ দি ভাইভাগী নুমিৎ লেপ্লে। মাগী ভাইভা তৌবদা রোসিনিবু পাউ পীদ্রে। রোসিনিনসু মাগী ভাইভা তৌবদা রোসনবু পাউ তাক্রে। মখোয় অনীগী মরী খংলাপ-লাপথোক্লখ্রে। উনবদা থৈদোক্লরে। অদুবু রোসিনি, অফবা নুপা কয়ানা হায়রবদা লুহোংসি হায়বা য়াদে। অমরোমদা রোসনদি, ইবেমনুংশি লৌবদগী দাও মথং-মথং য়ারে। মহাক কলেজগী ওজা খল্লে। মরকসিদা মচা থা তরুক ফারকপা কান্দা ইবেমনুংশি মেত্রিক পরিক্ষা থাই। মহাক ফার্স্ট দিবীজন্দা মার্ক ৱাংনা ফংদুনা পাশ তৌরে। বীরবল হরাউবনা লোইরে। ঙা লৈরুদুনা মমৌবু থোংহল্লগা চামিন্নে। মশুনুপা অমা ফংলে, মচা কলেজগী ওজা ওইবে, মমৌ মেত্রিক ওইরবসু ফার্স্ট দিবীজন্দা পাশ তৌরে। মসিদবু করিগী নুংঙাই[illegible]২। অমরোমদা রোসিনিদি থম্মোই চাক্লা লেল্লি। মকুবোক্লা শীনবীদুনা ইবেমনুংশি প্রাইবেৎতা এলেভেন অমুক থারে। টুৱেলফকী পরিক্ষা অমুক য়ৌরপা মতমদদি ইবেমনুংশি অনীশুবা মচা অমমুক মীরোল্লে। টুৱেলফকী পরিক্ষা হেক লোইরগা মচানুপা অমসু পোক্লে। বীরবল, মচা নুপা অমত্তা পোক্লবসু মশুনুপা অনী শুবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাই। ইবেমনুংশি, হন্দকমুকসু ফার্স্ট ক্লাসতা পাশ তৌরে। মমৌ নুপীনা ইথা-থাজদনা লাইরিক য়াম্না ফরম্বসিদা বীব্বলগী ৱাখলদা অপেনবা পোকই।

অসুম্না প্রাইভেৎতা থাদুনা ইবেমনুংশি বী এসু ফার্স্টক্লাস ফংদুনা লোইশিল্লে। মনেম্না মচাশিং হোৎনহৌরগা ইবেমনুংশি মৌ ওইনা-ওইনা এম এ অমুক তম্মী। এম এদসু চহী খুদিংগী মানা ফার্স্ট তারে। ইবেমনুংশি, ঙসিদি এম এ লোইরে। মকুম্না চত্তুনা থবক অমুক থিবী। সবস্টিট্যুট ওইনা হয়ার সেকেন্দরিগী ওজা ওইরে। রোসনগী ইমুং নুংঙাইবা ইমুং হাযবদু ওইরে। ওজা খল্লবা তুংদা ইবেমনুংশি মচা নুপী অমা পোক্লে। বীরবলগী নুংঙাইবা খম তেংলে। মানা নীংজবদুমক থুংলে। মানা খল্লি, — "ইবেমনুংশি হাযবীসে ইমুংসিগী লক্ষ্মিগী রুপনি।" অদুবু বীরবল, মশুশিংগী কুম্মে মতম শাংনা উবা ফংদনা নোংমা অহীংদা হার্ট এটেক্ট তৌদুনা লৈখিদ্রে।

অসুন্না অৱা-নুংঙাইগী তাইবংগী খোঙচত্তা চহী কুন্নমঙা হৌখিবা খঙহৌদ্রে। রোসন, ইদুগেসন ইউগী ডাইরেক্তর ওইরে। ইবেমনুংশিসু হয়ার সেকেন্দরি স্কুলগী প্রিনসিপাল ওইরে। মচা নুপা অনী অমনা ডাক্তর অদুগা অমনা ইঞ্জিনীয়র তল্লি। মচা নুপীনা টুৱেলফ ক্লাস তল্লি।

নিংঙোল চাক্কৌবা মতম য়ৌরক্তুনা মচানুপা অনীমক য়ুমদা পুজা ছুটি থোরকপদগী চংদ্রি। ইমুংগী মী পুন্না লৈবা মতন্নি। মতম অমগী রোসনগী চান্নবী রোসিনি মোইরাং কলেজদা ভি পি ওইরি। নোংমা চুরাচান্দপুর কলেজদা সেমিনার অমা হৌদোকপগী থৌরমদা চিফ গেস্ট ওইনবগীদমক রোসন চুরাচান্দপুর চৎখি। থৌরম য়াওরুবগা হল্লকপগী লম্বীদা রোসিনি মোইরাং লমখায়দা মখুত্তা খাউ অমা পায়রগা বস ঙাইদুনা লেপ্লম্মী। ডাইরেক্তরগী কার উবদা রোসিনি ইকায়দুনা মমায় হুৎ লৈথোকখি। রোসন, রোসিনিবু উবে। ড্রাইভরদা কার অমুক্তা খাম্মু হায়। ড্রাইভরনা কারদু খাম্মী। রোসন, রোসিনিবু মাগী কারদা চৎখ্রসি হায়। রোসিনিনা য়াদে। রোসন, কারদগী কুমথরগা রোসিনিদা হায়রকই — "নঙনা ঐবু ফন্ন য়াম্না ৱারৌবা লৈরবসু ঙসিদি কারসিদা চৎমিন্নখ্রসি কৈদৌবগে"?

রোসিনি, রোসনগী ৱাহৈদুদা য়াদবা ঙমদ্রে। রোসন্না কারগী থোঙদু হাংদোক্লগা রোসিনিবু কাখৎহল্লে। ড্রাইভরনা কারদু থৌরে। মখোয় অনী ড্রাইভরগী মমাঙদা ৱাহৈ অমত্তা ফোঙদোক্নবা ঙম্নদে। কার মনুংদা হৌখ্রবা মতমগী ৱারী মথং-মথং নীংশিংনরি। অদুবু ৱাহৈদি অমত্তা কাঙথোক্নবা ঙম্নদ্রে। কন্না থৌবা কারদু খঙহৌদনা কাকৈথেল য়ৌদুনা লৈরম্লে।

রোসিনি, — "য়ুম য়ৌরে, কার খাম্বীবো! ঐ লৈজহৌরগে"?

রোসন, তৌফম খঙদদুনা মীনা হাপ্লকপা মরু কয়া চংদ্রিবা য়োংচাক চরোং অনীদুদগী খরা য়াম্বদু খল্লগা রোসিনিদা পী।

রোসিনি, — "য়াজরে, পুবীখ্রো! ঐগীদি ইমাগা ঐগদনি, পীবীরমদ্রবসু য়ারে।"

— "য়াবোই! করিগীনো নঙনা ঐবু অদুক য়াম্না ৱারৌরিবা? সে! সি পুখো-ও!"

রোসিনি লৌবদা তারে। মাসু মানা মমা-মচাগীনি লৈরকপা ঙাবেম্মা অয়াইবদু তংখায়-খায়দোক্লগা রোসনগী শরুক তাংখায় অমা পীরে। রোসনসু মদু হরাউনা লৌরে। মখোয় অনী কায়নরে।

য়ুম য়ৌবগা রোসন, ৱা অমত্তা ঙাংদনা ফি হোংদোক্লগা ফমুং চংখ্রে। মমানা চাক লোইরবা কান্দা মচানুপী মেমিনা মপাবুং চাক চানবা হৌদোকপা চংলকই। অদুবু রোসন, চাক চাররোই হায়রে। মেমিনা মমাদা তল্লুবদগী ইবেমনুংশি চংলক্লগা — "মোইপাবুংবু মোইরাংদা হেলোই থেংনবীরক্রব্রো ? ঐনা খল্লিনে, মহৌশা অমুক্তা তৌদবা ঙাবেম্মা অয়াইবা পুরক্রিবসে থায়নগী মোইপাবুংগী পাখং ওইরিঙেদা তিন্নরম্বী মরুপ অমনা পীরকপা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না। চাক্তদি নিঙাই তৌবীনু, চারুবসি লাকও ! ঙসাইগী মোই পাবুংনা পুবীরকপা য়োংচাক শিংজু অমসু য়াওরিবনি। অদো, মোইপাবুংদি থায়নগী চান্নবীদুদা য়োংচাক খরা পীবীরম্বা য়াদ্রা ?"

ইবেমনুংশিগী অচুম্বা ৱাঙাংদুদা থৱায় নুংঙাইতদুনা ফমুংদা ৱাখল তৌরুবা রোসন নোকথোরক্লে। টেবলদা ফম্লগা মপাবুং থোরকপা ঙাইরিবা মচাশিংগী মনাক্তা ফম্লগা নোক্লা-নোক্লা চাক চামিন্নখ্রে। রোসন, খুদক্তা রোসিনিগী ৱাখল অমুক কাউখ্রে।

অদুবু রোসিনিদি চিক্লবা, চাউরবা মানা শাজবা য়ুমদুদা মমা-মচাদা তরক-তরক লৈবনা মাগী থম্মোইগী অৱাবদু পাউদমফম খঙদনা অহীং চুপ্পা পাক্লবা, ফজরবা ফমুংথক্তা মীৎলু পিরাং পুঙলুপ-লুপ্পমখৈ কপ্লগা লেপ্লি।

তাং ১৮/৯/২০০৭

# গোবিন্দগী উৎসব

মালা, মচানুপীগী মিংদা মানা ঙমজবা মী মঙাদংগী মাঙজৌননা টোকল লৌদুনা গোবিন্দদা মচাগী চহীগী দিন তাবা নুমিত্তা উৎসব কৎনবা খুঙ্গংদগী ঙন্তা কারকই। লাকমিন্নরিবা মমা-মপা, লৈকায়গী অহল অনীগা গোবিন্দদা লৈ-শু, লফোই, হৈ-রা কৎতুনা খুরুম্মী। মন্দিরগী অকোয়বদু পরিক্রমা লোইরগা মান্দবতা থারিবা ফক্তুদা ফম্লগা লৈ।

শোমদা ইম্ফালগী নিমাইগী ইমুংসু লৈখিদ্রবী মচানুপী চনচলগী মিংদা গোবিন্দদা উৎসব কৎলি। ময়েক্কীদি উৎসব অনীসি অমত্তা ওইফম থোকপনি। অদুবু ইমুং অনীগী নুংঙাইনদবা থৌদোক অমনা মরম ওইরগা মালা অমদি নিমাই কায়নদুনা লৈবনিনা উৎসবসু তোঙানবনি। কৎলিবা উৎসবসি অমগা-অমগা খঙনদনা কৎনরিবনি। মায়গৈ অনীমক্কী মী অয়াম্বা লাক্লরে। অউবা খরনদি নিমাইগা মালাগা অমুক হঞ্জিন্নরবরা হায়না খনবসু য়াওনৈ।

তশেংবদি নিমাইগা মালাগা কায়নবা মতমদা চনচল মমা মালাগী মতুং ইন্দুনা চৎখি। মীনা শেম্বনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়নবগুম মালাগী মচানুপী চনচল নারক্কুনা ডাক্তরদা লায়েংনবা পুরকখি। চনচল, অরুবা ব্লদ কেন্সরগী লায়নানা নারম্লে। মালা, মতোমতা কপচবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। মহাক মচাগী মরমদা নুপা ময়ুমদসু পাউ তাকখিদে। নোংমা মনেম্বোক কবোক্লে মখোয়গী খুঙ্গংদা মশু উনবা লাকখি। অদুবু মশুগী অনাবগী ফিভম হেন্না লুশিল্লম্লে। কবোক্লে, য়াম্না থুনা য়ুমদা হল্লক্লগা য়ুমদগী কার পুরগা মশুবু লৌরে। নুমিত্তুদা চনচল পুবা য়ানি, য়ারোই হায়না খরা নিংঙাই-শাংদানবা লৈখি। অদুবু কবোক্লেনা নমদুনা মশুবু ইম্ফালদা পুরক্লগা ডাক্তরদা পুখি। ঈ কাপ্তুনা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মালাদি নিংঙাই-শংদানবদুনা মরম ওইরগা মচাগী মনাক্তা লাকপা ঙমদ্রে। ইমুং অনীগী নুংঙাইনদবা মরক্তা চনচলগী অনাবদু ফরকপগী মহুত্তা হেন্না ফিভম শোকচিল্লকখি। চনচল, মাগী অরুবা লায়নাদুনা মরম ওইরগা সংসার থাদোকখ্রে।

চহী মঙরোমগী মমাঙগী ৱারীনি। মালা, ইম্ফালদা মেত্রিক কম্পার্টমেন্টেল পরিক্ষা থাবা লাকখি। নিমাই, মালানা পরিক্ষা থাবগী লৈররিবা ইমুংগা থংননা লৈবনি। নিমাইখোয়গী ইমুংদি মমা লুখ্রাবীনা য়োক্লবসু মীনা ব্যবহার তৌনরিবা ইম্ফালগী ইনাকখুনবা ইমুংনি। নিমাই, মালাগী মশক-মতৌ ফজবদু উবদা ঙাওখি। মতুং তারকপদা নিমাই মালাখোয়গী খুঙ্গংদা তোয়না চত্তুনা মালাগা উনবা লাকই। অপাম-নুংশিগী মরীনা পুনখিদুনা নিমাই, মালাখোয়গী খুঙ্গংদা মমান্নবা অমগী য়ুমদা লৈরগা পোইনু থাদা খুঙ্গংগী লৌ য়ৈবা য়াওদুনা মালাগা তোয়না উনবা, ৱারী শাবা ফংখি। য়াওশঙদা কুপ্পক্তুনা মালাগা খুৎকা-খুৎকা পায়নদুনা থাবল চোংমিন্নখি। অসুম্না মালা, নিমাইনা ইম্ফালদা পুরক্তুনা মখোয় অনী চেল্লে। লায়রবা ইমুংগী নিঙোল ওইবনা নুপা ময়ুমদা লুহোংলে। মালাগী অউনপোৎ অমত্তা তম্লক্ত্রে। ফনা ইনাক খুল্লবসু, ফনা নুংঙাইরবসু লমদমসিগী চৎনবীদা নুপী ময়ুমদগী অউনপোৎ খরা য়াওরকপসি লোইনমক পান্নবদি লৈ। অদুবু মালাগীদি অউনপোৎ করিমত্তা য়াওরক্তবনা ইমুংগী মীনা মাবু কয়া লুনা তৌবীদ্রে। মতমগী মতুংইন্না মালা মচানুপী অমা লৈরে। মমিংনা চনচল হায়না থোনবীরে। য়াম্না শিংবা, ঙাংবা-শকপদা মী শুম্বা অঙাং ওইনা তৌই। মবোক কবোক্লৈনসু লুনা তৌই।

কবোক্লৈ, থা অমরোম বৃন্দাবন চৎপা য়াওরুই। মানা বৃন্দাবন চৎখ্রিঙৈদা মচানুপী বীজয়া মরক-মরক্তা মীরক-নারক য়েংলগা মপামদা লাকই। বীজয়াগী নুপাদু দ্রগতা লাইচুরবা মীওইনি। নুপাগী য়াথং ইন্নবা হোৎনবদা বীজয়া মপামগী পোৎ শোক্লকই। নোংমা বীজযা মপামদা লাকই। নুমিত্তু মালাসু মপামদা চৎনবা থৌরাং তৌবা লোইদুনা লৈরম্মী। বীজয়ানা য়ুমদো মা শঙবীরমগে চৎলুরো হায়দুনা মালা মপামদা চৎলুই। বীজয়াদি মমাগী উপুগী শো হাংলগা মীনা বন্ধান থম্লম্বা সনা মরী অমা লোন্না লৌথোক্লে। মালানা মপামদগী হল্লকপগা বীজয়া অমুক চৎলগে হায়রল্লগা চৎখ্রে। মালাদি বীজয়ানা সনা লৌখ্রে হায়বদি খঙহৌদ্রে।

কবোক্লৈ, বৃন্দাবন চৎলুবা হল্লক্লে। বন্ধান থনম্বা সনা মরীদু মপুনা হন্দোকপা লাক্লে। সনাদু উপুদা য়াওরমদ্রে। কবোক্লৈনা মমৌ মালাবু চিংনরে। মালানসু বীজয়া লাক্লম্বনি, মানা লৌরম্বা য়াই হায়বা ঙমদ্রে। মাদি চুম্না খঙদবনিনা খঙদে হায়না অদুম খুম্মী। মাইবী য়েংলুবদা য়ুমগী মীনা লৌই হায়না ফাওরক্লে। কবোক্লৈনা মচা নিমাইদা নুপী ৱারক্তে হায়না চৈবীরে। নিমাইসু মমাগী মীচং চংদুনা মালাবু থীনা চৈবীরে। মমানা তোয়না অসুম ঙাংবদু তাবা ঙমদদুনা নিমাইনা মরাল লৈজদবী মালাবু — "হায মালা! নঙনা নপামদা থৈখিবা সনাদু পুরক্ত্রবদি নঙ য়ুমসিদা লৈবা

যাবরোই, নপামদা হৌজিকমক চৎলো" হায়রকই। চুম্না চৈবদা নত্তনা মালাগী মমায়দা খুপাক্লা থাদুনা ফুবীরে। মমাবু-মপানা ফুবদু উবদা কিজ্রদুনা চনচল মপাগী মখোঙ কোল্লগা "বাবা ! ইমাবু ফুবীগনু" হায়রম্বদগী ৱাম্ভখ্রে। লৱাইদা ঈশিং থাদুনা লাকন্নবদগী চনচল জ্ঞান খবা তারক্লে। নুমিদাংৱাইদু মালা মচা চনচল পুরগা মপামদা তুমিন্না চৎখ্রে। নোংঙানবদা চনচল লাইহৌ কন্না তৌদুনা নারে। মথংগী নুমিত্তা ডাক্তরদা য়েংহল্লুবদা ঈ টেস্ট তৌসি হায়রক্লে। ঈ টেস্ট তৌরগা নুমিৎ খরনি রিজল্ট ফংবা ঙাইরে। চনচল, অরুবা ব্লদ কেন্সরনা নারে হায়না কনফার্ম তৌরে। মালা, মতোমতা কপচবা নত্তনা উপাই লৈখিদ্রে।

ঙসিগী গোবিন্দগী উৎসব নুমিৎসিদা মালানা পুঙৌ ফনেক শেৎলগা ইন্নফি অঙৌবা অমা ইল্লগা লৈরম্বদু উবদা নিমাইগী পুক্নিং খঙহৌদনা নৌথোরকই। মহাক মালাগী মশক উবদা নুংশিরকই। মনেম কনোক্লেসু মালাবু অমুক লৌশিনবীবনা ফরগদ্রা খল্লকই। অদুবু ৱা হৌদোক্লুবদি মতাং চাদবনা নোংমা চৎলুরগে খল্লগা তোক্লে। অসুম্না ৱাহে অমত্তা ফোঙদোক্নদনা উৎসব লোইদুনা য়ুম-য়ুমদা হন্নখ্রে।

মালা, মনেম্বোক্লা ৱাহে অমত্তংদি ফোঙদোরকদ্রা খনবনি। অদুবু করিমত্তা হায়রমদনা চৎখিবদুনা নিমাইগা মখোয় অনী পুন্সিসিদা অমুক হন্না হঞ্জিন্নবগী ৱাফম লৈররোই খল্লকই। বীজয়াসু চনচলগী মিংদা কৎপা গোবিন্দগী উৎসবতু য়াওই। উৎসব নোংঙানবদা বীজয়া মপামদা লাকই। মাসু ঙরাং মানা উখিবা মনম্মা মালাগী মশক্তু উবদা নুংশিবা পোক্লকই। মাগী অশেংবা মরালদু মমাদা ফোঙদোক্লগা মনম্মবু লৌশিনবীৱো হায়গে লাকপনি। অদুগী মথক্তা মবুং নিমাইসু নুপী অমা থিগে হায়বগী ৱাখল লৈতে। বীজয়া, মমাদা কপ্না-কপ্না মানা তৌখিবা অশেংবা ৱারীদু লীরকই। বীজয়াগী নুপাসু লৈখিদবা চহী ফারক্লুবনি। কবোক্লে, ৱাফমদু মচানুপানা তারবদি শাউগনি খনবদগী তমদ্রে। মদুগী মহুত্তা মচা নিমাইদা মমৌদু নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা লৌবীরুরসি হায়রকই। নিমাইসু ৱাফমদু হৌদোক্লীংদুনা লৈরম্বগা মমানা হায়রকপদুদা হৱাউনা য়ারে। উৎসব মতুং মরিনি শুবগী নুমিত্তু য়াম্না ফৈ, য়ুমশকৈশনি। নুমিত্তুগী অয়ুক্তা শোয়দনা চৎপা হায়না লেপ্পরে। নিমাই, মাগী কাদু খরা লুনা-নান্না শেংদোকহল্লি। ফমুং অনী ফজনা থারগা কাম্বল অহনবা শিন্দুনা হয়েং লুহোংগদবগুম শেমদুনা লৈরে। নুমিদাংদু নিমাই ৱাখল য়াম্না নুংঙাইনা তুমথখি।

অয়ুক্তা মালা শোয়দনা লাক্লগনি খন্দুনা শ্বর য়েংলগা হৌগৎলকই। মমীত্তা গোবিন্দগী মান্দবতা মালানা ইন্নফি অঙৌবদুনা মকোক খুম্লগা মঙোন্দা ইকায়না

য়েংখিবদু উদুনা অসুম লৈরে। মালাগী মশক্কু হান্নদগী খরগা হেন্না ফজবগুমসু তৌরম্লে। কবোক্রে, লফোই, শেম, অঙ্গুর, বীসকুৎনচিংবা লৈরগা প্লাস্টিক্কী পোলাং অমদা হাপ্লগা পুনবা থৌরাং লোইরে। নিমাইনা মারুটি কার থৌদোরক্কুনা মমা-মচা তোংলগা পুন্না লাকই। মখোয়না মালাখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌবদা পুং তরারোম তারে। থোঙ্গাল ময়াদা কার অনীগা কেন্টর অমগা খান্নম্মী। শুমাঙদসু সেমিয়ানা থনবা উই। ফিঙৌ শেৎপা, ফনেক ময়েক্নাইবা শেৎপী নুপী খরসু উই। নিমাই কারদু খাম্মী। কনা করি তৌবা য়াওবনো খল্লি। কবোক্রেদি কারদগী কুমথদনা ঙাইহাক লৈ। মালাগী মনাও নুপীগী ব্রারোইপোৎকা পুরিব্রা খল্লি। নুপীমচা অমা থোরকই। কবোক্রেনা হংই,

— "ইবেম্মা! ইমুংসিবু কনা কৈদৌবা য়াওবগে"?

— "ঐখোয় ইচে চাউবী মখা লৈকায়গী হান্না মন্ত্রি ওইরম্বা শাপম কুবেরদা কৈন্যা কৎপগী থৌরম পাঙথোকপনি। কৈন্যা কৎপদি লোইরে; থিন্নবা ময়াম লাংলিবনি"।

— "ইচে চাউবী হায়বদি ..."? — "মালা!"

কবোক্রে, ইকায়বনা মকোক পায়রগা মমায় লুকথদুনা ঙাইহাক লৈ। নিমাই মমায়দু ইকায়বনা থাঙ্গৎপা ঙমদ্রে। মাদি তশেংনা মীৎলুদা পিরাং শীঙ্খরবনি।

মানা খল্লি — "কুবের হায়বদি চহী য়াম্খে হেল্লবা মচা-মমৌ লৈরবা, নুপী শিখ্রবা অহন্দু ওইবা তারে। অদু, মালাদি শুপ্নগী চহী কুনমঙাদগী হেনখিরোই। অস! ঐনা নহান গেবিন্দগী উৎসব নুমিত্তা মাবু কৌহৌদবসি কয়াদা চাউনা লানখ্রবা" নিমাই, তশেংনা মমাগী মমাঙদা কার মনুংদা কপ্লে। কবোক্রেসু নীংঙমদবা শকফন্না গাড়ীদগী কুমথবা ঙমদনা মচাদা হায়রকই, — "উপাই লৈতে, ইমা ইচা অমুক হল্লসি।"

নুপীমচাদু নিমাইগা কবোক্রেগা মশক হান্নদগী খঙবনিনা ইমুংদা থুনা চংলগা মচে মালাদা লোন্না পাউদু তম্লুরে। — "ইচে! ইচে! ইম্ফালগী ইতৈদো মমাগা কারদা লাক্লগা থোঙ্গালদা লৈহৌই।" মালা পাউদু তাবদা — "হা" হায়রগা ইকায়-ইকি খঙদনা থোঙ্গাল তানা কন্না চেম্থোরকই। অদুবু মানা থোঙ্গাল য়ৌরকপদা কারদু উফুল হৌবমখৈ কন্না থৌরগা চৎখিরম্লে। মালা, মখোঙ তপ্না থাংলগা মরূ লুকথরগা মীৎলুগী পিবাং লৈমায়দা পোপ-পোপ তারদুনা অৱা-পোৎলুম পুরগা চংখি। ঙাইহাক লৈরগদি মালা কুবেরগী য়ুমদা থিনখ্রে।

তাং ২৭/১০/২০০৭

# ইথা থাজদনা

লম্বীদা চৎলম্বা ময়ান্না লাউনরকই — "হনুবী অসে, শড়ক লাম্বোক্লিবসে গাড়ীনা থেংবা তাবে"।

হায়রিঙৈদা সন্তোসকী কারনা হনুবীদুগী চৈশুদা খজিক্তং থেংবদা হনুবীদো লম্বী ময়ায়দা হেক তুরে। ময়ান্না অমুক লাউনরকই, — "তো! হায়রিঙৈদা থেংলে, শোকপ্রা য়েংউ।"

সন্তোস, মাগী কারদু মফম চানা খাম্লগা ময়াম য়োম্লিবদুগী মনাক্তা চংলকই। অদুগা অবোকপু চিংখৎপা য়াওই। করিমত্তা শোকপদি য়াওদ্রে। — "অবোকপু কদাইদা চৎপীগদোইনো"?

— "খোংমন্দা ইশুনুপীগী মনাক্তা চৎলুগে তৌবনি"।

— "অদুদি লাপ্পা নত্তে, ঐ ওইনা থিঞ্জরম্মগে? ঐগী গাড়ীসিদা কাখৎপীরকও"!

— "ঙম্মোই, মাইদা! ঐ খোঙনা 'সুম চৎচগেদা"।

— "হো! ওসিগীদি ঐনা অবোকপু ইশুনুপীগী মনাক য়ৌনবা থিঞ্জরম্মগে"? অবোক্তু সন্তোসনা থম্মোই শেংনা হায়জবদুদা য়াদবা ওমদ্রে। গাড়ীদুদা সন্তোসনা অবোক্কী মখুৎ পায়রগা কাখৎহল্লে। সন্তোসনা অবোকপু খোংমন তাবা লম্বীদা কারদা হাপ্পুনা পুরকই। লম্বীদা গাড়ী থৌনা-থৌনা সন্তোসনা হংই, — "অবোকপু করি লৈকায়দৈনো"?

— "চীংঙা মখা ক্ষেত্রি লৈকায়দৈনি"। সন্তোস চিং হেক লাওই।

— "ইশুনুপীগী মনাক্তদি করি থবক্কী চৎপিরিবা?"

— "হো! ঐগী ইচাগা ইমৌগনা ইশুনুপীগী অহানবা মচানুপা অমা পোকপগী ষষ্টি শোনবদা মবোক ঐবু হনুবীনি হায়দুনা চৎহনবীদবা। ঐনা থোরক্লিবসে মখোয়

খঙহন্দনা লোন্না থোরকপনি। ইশুগী অহানবা মচানুপাদুসু য়েংনীংবা। লুপা তরাদংসু ইশুদুগী পুন্সি শাংনবা দান থাদরগা বর পীরুগে তৌবনিদা!"

— "অবোক্কী ইশুনুপীদুগী মিংবু করি কৌবগে?"

— "বীজয়া কৌই।" পাউখুমদু তাবদা সন্তোস খংপ্রেক খংই।

মখা তানা — "অবোকখোয়বু কৈয়ুন্নো"?

— "মাইস্নান্নিনে!" — "হা" হায়রগা সন্তোস অমুক্কা হেন্না চিংনরকই।

— "অদু অবোক্কী ইচানুপাগী মিংবু ...?"

— "মাইস্নাম জুগোল হায়বা চিফ ইঞ্জিনীয়র ওইরম্বদু তাব্রা?"

সন্তোস — "ও! ঐনা খনবদু চুল্লবা! ঐবু বীজয়াদুবু উনবা ঙমখিগদ্রা? উদি উনীংইদা মাগী মশক্তো! মাবু করম লেপ্লিগবা?"

সন্তোস, ৱাদু মখা তানা হংখিদ্রে। গাড়ীদু অসুম থৌরকপনা খোংমনগী বীজয়াখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে। গাড়ী খাল্লগা অবোকপু মখুৎ পায়রগা গাড়ীদগী কুমথহল্লে।

— "অবোক ইতোমতা চংবীখিবা ঙল্লগদ্রা?"

— "ঙম্মুদি ঙমগনি, অদুবু ঐগী ইশুগা শক অমুক্তংদি খঙনরখোদনা! চা কপ অমত্তংসু থক্কুখিসি!"

অবোক্কী য়াম্না ফজবা ৱাহৈদুনা সন্তোস চংদবা ঙমদ্রে। অদুগী মথক্তা মহাক বীজয়াবুসু উনীংই। অবোক্কা পুন্না তুংথ-মাংথ চংমিন্নরকই। সন্তোস, বীজয়া উনরবদি কমদৌনি খনবদা ৱাখলদু মফাং-মফাং লাকই। য়াম্না ঈংনা-তপ্না অবোক্কী মতুং ইল্লগা চংলকপনা ফজরবা চেক্কী মথোল অহুমগী দলান্দুগী শুমাঙ য়ৌরে। অবোক্কা ইমুংগী মী-কৌবদা বীজয়াগী মনেম্বোক থোরক্লগা মখোয় অনীবু মী ফম্নবা কাদা পুশিল্লগা ফমহল্লি।

মখোয়না কাদা ঙাইহাক ফল্লিঙৈদা সন্তোস মমাঙগী থৌদোক অমখক মমীত্তা শং-শং উরকই।

মতমদো কালেনগী লাই হৱাউনবা থানি। নুমিত্তো বীজয়া চীংঙা মখাগী লাইব্রেম্বী হৱাউবগী জগোই য়াওনবা কেনা মমাগী মাঙ থারগা থোরকই। মৈতৈগী ফনেক

ময়েক নাইবা, থম্বাল লৈখোক, নঙ্গন্দা অপাবা লমথাং, লাইবক্তা নীংথিবা চন্দোল, নাদা নাইন, যেৎথংবা লুমাংগী হায়থরিবা শমদুদা লৈহাউ লৈরেন; তুংয়ানগী শমদসু লৈহাউ অনী; চিম্বালনা থম্বাল লৈকাগুম নীংথিজরি; পীগুম অনীদুসু করিদবু থারসিগে? হাইফেৎ নোম্বরগা ফনেক মপাল কোনশিল্লিবদু শেম্বদা জ্বাই লাউনা হাইথরক্লিবা য়াম্লবা শম্লাংদুগী মরক্তা লৈহাউ অনীদুনা নিঙাইদনা ওন্না-থোইনা শান্নজবদু উরুবদা পাখং ওইবা মহাক্তি থম্মোই মথুম-মরাং হৌবে। শোমদনা লাইবুংগী নুংশিরবা বেন্দা — "হৈরাং খোইনিদা চানবা হৈনিদা ..." হায়না নুংশিনা, তপ্ন-ঈংনা খোংবগী মখোলদুনা নাকোঙদা য়ৈররি। নুংশি-নুংঙোনগী ঝাখলনা থম্মোইদা য়ৈরবসিদনি, তাইবং মীওইবশিংগী মপোক্তা শাবী-শানৌশিংনা মশা পান্দুনা পাইনীংলক্লিবা! বীজয়াগী ঙকশমগী সনা পরেংদুগী মরক্তা ময়ায় চপ চানা থিল্লিবা অঙৌবা চন্দোন্দু উবদুনা হেন্না পুক্লিং লৈতাদ্রে। সন্তোস, বীজয়া উনগে খন্না লাকপদা বীজয়ানা লম য়ৌনা কেরগা থোরকপা মতাংদা উরুবসিদা বীজয়াবু কনাগুম্বা অমগী ওইখ্রগদ্রা হায়না পাখৎপা পোক্লকই। মতম খরা মপান্দা লাইরিক তম্লুরগা য়ুমদা অহানবা থোক্লকপদা বীজয়াবু উনীংবনা ঙাওদুনা লাকপনি। সন্তোস, বীজয়াবু ফারগা মনাক্তা লেপহল্লগা কুইনা পেন্না য়েংনীংবা পোক্লকই।

মমা যাওবনা কৌনবদি ঙম্নদ্রে। মীৎস্না থম্বাল জুরা অনীদুদি হেক মায়োক্লবদা ঝারী শানখ্রে — "কৈদৌঙৈ লাকই, ঐ উনবা লাকপা নত্রা"? — "মানি, নঙ নুংঙাইরিবা নৎত্রা? ঐদি নঙগী ঙসিগী ফিজোল, হকচাংগী লৈতেংনা য়োম্লবা মুর্ত্তিসে লাত্তুনবু থমনীংই।" অসিনচিংবা।

সন্তোসনা ঝাখল অমদা উংলিঙৈদা শুমাঙদা বীজয়া মপুরোইবা ইঞ্জিনীয়র রাজেনগা লোইননা পীক্লিবা মচা পম্লগা ডাক্তর চৎলুবা হল্লক্তুনা কাবদগী কুমথরকই। বীজয়া, মাগী কাদা তপ্না চংলগা অঙাংদু নাওশুমদা থম্লুরগা মবোক্কা সন্তোসকা ফল্লিবা কাদুদা চংলকই। সন্তোসকী মশক উবদা বীজয়া শ্বাই লাউই। মশক-মচু ওনবগুম শকফম হঞ্জিনখ্রে। অদুবু কৌদবদি য়াদবনা সন্তোসপু কৌরকই। মমিং পনবসু হেক হঙ্গোইবা, তামো হায়সি হায়ঙমদা! নমহায় ওইনা — "কদোমদগীনো তৌবীরক্লিবসিবো? ইথা থাজদনা"?

অবোক্না, — "হৈমা! নখোয় অনীবু হান্না খঙনব্রনে"?

সন্তোস, — "হোয় অবোক!"

মখা তানা সন্তোসনা, — “ঐগী গাড়ীনা অবোক্কী চৈশুদা থেংলুবনা মরম ওইরগা অবোকপু শোমগী য়ুম তানা থিঞ্জরকপনি।” বীজয়াগী নুপা রাজেন কার থৌরগা অমুক থোকখ্রে। অবোকসু অঙাং য়েংবা চংখ্রে।

বীজয়া — “ও! শোম্বু হৌজিকপু ...”?

— “ঐগী থবক্কী বারা নৎত্রগা ফেমিলিগী বা ওইরব্রা?”

— “অনীমক্কী ওইনা ফোঙদোকপীরবসু কায়দে।”

— “ঐ পব্লিক রিলেসন্স ওফিসার ওইনা লৈজরি। ফেমিলিদি লৈত্রবসু য়ারে খল্লে”।

— “চহী লৈশিনখ্রগা ফগদ্রনে হায়বীরিবসিবো”?

— “ঙসিগী অসি য়ৌনা মোৎলবা সমাজসিদা ঐদি তুংদা ঐগী ঈ মরীনা সমাজসিবু অমুক্কা হেন্না মোৎহন্নীংদ্রবা!”

“হায়বীরিবসিবু তুংগী সমাজসিবু য়াম্না থাজবীদবগী বারা”?

— “তৌরিবা ইনভাইরন্টমেন্ট মতাসিদা তম্বা ঙমদবদুগী বানিদা!”

— “তুংগী সমাজ অমা মোৎহন্দবা হায়বসিদা ঙসিগী ঐখোয়গী দাইত্ব লৈ হায়বসি য়াবীনীংদব্রা”?

বারী লোইহ্রিদ্রিঙ্ডেদা বীজয়াগী মনেম্বোক্কা চাগা বীসকুটকা পুথোরকই। মনেম্বোক চংলকপদুদা বীজয়া “ফম্বীরম্মু” হায়রম্লগা হৌগৎলগা মপাল থোকখ্রে।

সন্তোস, চা থক্লা-থক্লা বাখল অমদা উংলি।

মখোয় অনীনা কায়নখিবসি সন্তোসনা জর্নেলিজমগী কোর্স লোইরকপগা মপা চানা পাউমী খরনা আরব চৎলুসি হায়না হৌরকপদা মাসু য়াওনা আরব চৎখি। অদুগদি চহী অমরোম মাঙলুরবা তুংদা অমুক হল্লকখি। মী অয়াম্বনা মতমদুদা অমেরিকাগী বোম্বিং তৌবদা সন্তোস শিখ্রে, মাগী মমিং দিল্লিদা ফোঙবা খবরদা অমদি ভারত মচা কুনমঙা শিবগী লিস্টতা য়াওরে হায়বদু তশেংনা উবদগী থাজনখিবনি। মদুমক নৎলমদ্রবদি সন্তোসকা বীজয়াগা থুংনজরম্বা য়ারম্বনি। মীনা মশা শিখ্রে হায়রবনিনা বীজয়াসু রাজেনগী অহল-লম্মম্না লুহোংনবা কন্না তকশিল্লকপদা য়াবা তাখি। রাজেনসু এ ই গী ফম পায়রিবনি।

সন্তোস, মতোমতা ফম্বদুদা বীজযা অমুক্তংগা থোরক্লবদি চৎলগে হায়রমগে খন্না লাংতক্লনা ঙাইরি।

বীজয়াদি মানা মতম কুইনা অমুক্তং শিন্নগে খন্না থমজবা অরুবা পোৎ খরা উপু হাংলগা লৌথোক্লগা পুথোরকই। মী কনা লৈত্রবা মখোয় অনীতা ঙায়বা কাদুদা মতম অমদা মখোয় অনীগী মরী চেৎলিঙৈদা খুদোল তন্নখিবা চিঠি, ফোটো অমদি খুদোলপোৎ কয়া পুল্লপ মীৎলুগী পিরাংগা লোয়ননা সন্তোসতা শিন্নররে। তাঞ্জাদুদা অবোক হেক চংলক্লে। মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা অবোকসু থম্মোই পুবা য়াদ্রে। ৱাহৈ অমথক্লা হংলকই — "হৈমা! ইবুংঙো নঙবু ঐখোয়গী য়াইস্কুলদগী লালমনিগী মচানুপা সন্তোস হায়বদুরনে"?

"মানি অবোক"।

"ও! চ - চ -চ .. নুংশিরকইদা।"

বীজয়া, মবোক্কী ৱাহৈদু তারুবদগী হিক-হিক তৌনা কপখৎলকই। সন্তোসসু মনাতোন্দু রুমালনা তৈথোকই।

পিরাং-পিরোইনবা ৱাহৈনা — "অবোকপু লৈহৌথিগদ্রা নশুগা চৎমিন্নখ্রসিরা"?

অঙাংগী মশক উরবনিনা ইশুগা হনমিন্নরবসু য়ারে"।

সন্তোস — "ইহে! ঐদি ইকাওবু কাওই, বীজয়াগী কাদা অমুক্তা চংলুখিগে? অঙাংগী দান খজিক্তং তৌজবমগে"?

বীজয়া অবোক অমদি সন্তোস কাদুদা পুন্না চংমিন্নরকই।

সন্তোস, চামঙা চৎপী অমা শৎলগা অঙাংদুগী মথক্তা থাদরগা "পুঙ্গি নুংশাংউকো!" হায়।

— "অদুদি অবোক অমুক চৎলসি!" অসি হায়রগা সন্তোসকা অবোক্কা থোরকই। বীজয়া, মাঙ্গোলদা লেপ্লগা নীংঙমদনা য়েংদুনা লৈহৌই।

তাং ১৪/৯/২০০৭

# হরিদ্বারগী সৈন্যাষি

নিংথেম, মতম কুইনা লাইনীং ওইজরকপা, কুমসি চহীদা মাবু পোকপা তোমাল লৈখিদবগা মপা চারুদুনা তৃথযাত্রাগী খোঙচৎ অমদা হরিদ্বার য়ৌরক্লে। অপোকপা মপাগী মিংদা গঙ্গাগী ঈহৌরকফম ওইরিবা হরিদ্বার মপান্দা পিন্দদান কৎপা লোইরে। ঋষিকেশ অমুক্তং য়ৌরমগে খন্দুনা বস তোংলগা লাকপনা মফমদু য়ৌরে। নীংবু নীংলবদি থুংদবা লৈতে হায়নবদু চুম্বগুম নিংথেমগী মফমদসু থোক্লরে। মানা শাংলবা পুন্সিদা অমুক্তং উনগে খল্লকপা অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিনা তিন্নবম্বা মরুপ বালকৃষ্ণ, হৌজিক্কীনা 'হরিদেব মহারাজ' হায়না মিং ওনখ্রবা মহাপুরুষ অদু মফমদুদা উরুরে। মীয়াম হুপ্পুনা হরিদেব মহারাজনা লুচিংলগা মফমদুদা হিন্দু ধর্ম্মগী সভাগী নুমিৎ হুন্নিগী চাউরবা মীফম অমা পাঙথোক্লম্মী। মীয়ামগী মফমদা হরিদেব মহারাজনা ঈশ্বরগী মনাক কমদৌনা য়ৌগনি অমদি সংসাবসি কমদৌনা য়াম্না লায়না থাদোকপা ঙমগনি হায়বগী মতাংদা পূং অমা চুপ্না লেকচর পীবদু তাবদা নিংথেম মাগী মহৌশাগী মরুপ বালকৃষ্ণবু অমুক্তং চেজেৎ কোন্নীংলকই। ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদা লুনা তিন্নরকপা মীশক অমনা ঈশ্বরগী শক্তম লৌরক্লবদা ঐনা করিগী নুংঙাইরোইদগে? পীকখ্রবা মণিপুরগী খুঙ্গং অমদা পোকখিবা বালকৃষ্ণনা কমদৌনা ঋষিকেশকী চাউরবা মফম অমা কন্দুনা মী লাক্ষ-লাক্ষনা মাগী ভাষন তাগদবগী অরাপ্পা মফমদগী লাক্লরিবা? মহাক্না মহারাজ হায়বা মিংথোল কমদৌনা ফংখ্রিবা? শাংলবা মতমগী অচেৎপা লাইনীং, হোৎনবা কয়াদগী ফংলকখিবনি হায়বসিমদি মতম চুপ্পগী ওইনা হংনদুনা লৈহৌরগনি। পুন্সিদা নীংবা কায়বা ঋখল অমনা লমজিংলগা নীংবা থুংবা য়াওখিবা পুন্সি কয়াগী ঋারী তাখ্রে। অদুবু নীংবা কায়বা অমদগী মাঙখিবা পুন্সি কয়াবুদি ঐখোয়না মশীং খক থীরুবা য়াওনদে।

বালকৃষ্ণ য়াম্না পীক্লিঙৈদগী হৌনা তোপ-তোপ্পা মশাগী অচুম্বা জ্ঞান্না মাঙ থারগা পুন্সিগী শৈহৌ ওইরকখি। মহাক্না মমা তিন্নদবা ময়াম্বা গোপেশ্বরবু য়াম্না

লূনা তৌজে অমদি নীংজে। চানবা পোৎ অমা ফংবদা ময়াম্বগা চামিন্নবা ময়াম্বা ঙাইগনি। চাক চাবসু ময়াম্বগা চাগে হায়দুনা নিঙাই তৌগনি। মতম চুপ্লদা ময়াম্বগা শান্নগনি, তূমগনি, স্কুল চৎমিন্নগনি, লাইরিক পামিন্নগনি। গোপেশ্বরনসু মনাও বালকৃষ্ণবু য়াম্না লূনা তৌই। নুংতিগী অযুক্তা মনাওগী মখুৎ শম্বীদুনা স্কুল কামিন্নে। লৈখোম থোকপা মফম লৈরম্বদা মনাওবু মযাম্বগী মনঙ্গদা পোরগা লাম্থোকপী। মদুদা মনাওনা ময়াম্ববু অমুক্তা হেন্না নুংশিজে। অউবা লৈকায়গী মীশিংনা হায়নে — "মখোযগী মচিন-মনাওসে মমা তিন্নদ্রবসু ওম্থোক্লা নুংশিনখ্রে। য়েংউ! নুংশিদ্রা, ময়াম্বা অসিনা মনাও পোরিবসে, চাউবদি মান্নরে"।

ইমুংগী ৱাহৌ মচা অমদগী গোপেশ্বরবু পোকপী শ্রাদা মপুরোইবা উদয়গী মীচৈ খাঙবা ঙমদদুনা মপামদা হনবা তাখি। শ্রাদানা মপামদা হনবদা মানা পোকচবা মচা গোপেশ্বরসু মমাগী মতুং ইনখি। ময়াম্বা গোপেশ্বব উদ্রবদা বালকৃষ্ণ চাও, থকউ, স্কুল চৎলু হায়বা অমত্তা যাখিদ্রে। অহীংচুপ্পা তূমদনা কপ্পুনা লৈরে। মপা উদয়না শাউনা চৈবদা বালকৃষ্ণ তশেংনমক ৱাম্থখ্রে। লৱাইদা ঈশিং থাদুনা লাক্লে। মবোক্লা হয়েং নোংঙানবগা মহাক চৎলগা ময়াম্বা লৌরুগে হায়বদগী তূমথখ্রে। নোংঙানবগা মবোক্লা গোপেশ্বর লৌরুববা তুংদা মচিন-মনাও পুন্না পুখম অমত্তদা নুংশিনা চাক চামিন্নে।

খরা লৈরগা গোপেশ্বরবু পোকপী শ্রাদা অতোপ্পা নুপা অমদা মযুম পানখ্রে। মদু তাবদা অঙাং ওইবিবা গোপেশ্বব মথ্বায় নুংঙাইতবনা ৱাখল লায়নানা নারে। নোংম-নোংমগী অনাবা হেঞ্জিল্লকপদগী গোপেশ্বর চহী তরানিথোইদা সংসার থাদোকখ্রে। ময়াম্বা লৈখিদ্রবা তুংদা বালকৃষ্ণ অঙাওবগুম তৌহৌরে। মমাদা — "ময়াম্ববু অমুক্তং উনবা য়াররোইদ্রা, মঙোন্দা হায়হৌগদবা অরুবা ৱা ময়াম অমা হায়হৌদ্রে" হায়না কয়ারক হন্না তকই। তৌফম খঙদদুনা মাইবী লাইমাঙ ফমহল্লি। মাইবীনা — "ময়াম্বনা মাবু শুক্কাও কাউদে, মাদি স্বর্গদা লাইয়াম মরক্তা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরি" হায়না ফাওরে। ময়াম্বগী মনাক্তা কমদৌনা চৎলগা উনবা য়াগদগে খনবনা মাগী অচেৎপা লাইনীং ওইরকই। মহাক ময়াম্ববু নোংমতা কাউগে ঙমদে। নুংতিগী ময়াম্বগী ফোটোদা লৈ কৎলি, ধুপ-থাওমৈ কৎলগা খুরুম্মী। মাইবীনা হায়বদু চুম্বগুম বালকৃষ্ণগী মমঙদা ময়াম্বগা উনরে। ময়াম্বদু স্বর্গদা নুংঙাইনা সিংহাসন্দা ফল্লগা ৱাখল খন্দুনা ঙাক্তা লৈবগুম উরে। মহাকসু হয়েং মানা স্বর্গদা লাকপা কান্দা উনসি, মখোয় অনী উনবা য়াবা লম্বী থিরকউ হায়না ৱারী তৌনরে।

মঙদুদা তাকপীরে। মিকপ থোরকপদা বালকৃষ্ণ ময়াম্বা উনবা য়াগদবা লম্বী থিরগে হায়না চপ য়ুংনা খল্লে। মাগী মতৌ উবদা মমা-মপাসু হায়নিঙাই লৈতনা ৱারে। বালকৃষ্ণ, অতোপ্পা মী অমত্তগা তিন্নদে। অদুবু নিংথেমদি মাগী মনাক্তা তত্তনা লাকই। মাগী অপাম্বা পূন্নমক নিংথেম্বুদি খর-খরা খঙহল্লি। অসুন্না নোংম-নোংম হৌখিবনা বালকৃষ্ণ মেট্রিক পাশ তৌরে। মহাক ঙসিসু ময়াম্ববু কাউদ্রি। মাগী লাইনীং অমগা লোইননা ময়াম্বগী মুর্ত্তি লাৎন-লাৎনা মহাক বী এ পাশ তৌরে। মমা মপাগী অতৈ মচাসু লৈবা নত্তে। মাগী মতৌ উরগা মমা-মপানা লোন্না বালকৃষ্ণবু মালিকা কৌবী ঈং-তপ্পী নুপীমচা অমগা লুহোংনবা থৌরাং তৌরুরে। মদু খঙবদগী বালকৃষ্ণ অহীং অমা ঈখঙ-খঙহৌদনা ময়ুম থাদোক্লগা লোন্না চৎখ্রে। মা চৎখ্রবা তুংদা চাউরবা ইমুংদো চীংনুং-মানুংগুম্না চিকহৌরে। নুংতিগী শেৎনা-খায়নবগী অৱাবনা ইমুংদো শান্তি মাঙখ্রে।

চহী নিফুরোম হৌখ্রবা তুংদা মতমগী মতুংইন্না বালকৃষ্ণগী অপোকপা, অপোকপী অনীমকসু লৈখিদ্রে। হৌখ্রবা মতমগী শাংলবা ৱারী অমা অসুম নীংশিংলম্বদগী খাঙবা ঙমদদুনা নিংথেম চেনশিল্লগা হরিদেব মহারাজগী হকচাংদা চেজেৎ কোল্লুরে। ময়াম পূন্নমক ঙক্লা য়েংনৈ। হরিদেব মহারাজনা নিংথেম্বু কনানো হায়না পরিচয় হংলকখি। নিংথেম, মীৎলুদগী পিরাং চদুম-চদুম শীঙ্থরগা হায়রকই — "ঐ মহারাজগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ নিংথেমনি। ঐবু খঙবীদ্রব্রা? নহাক্কী খোঙ্গুল লীজরকপনি। নহাকপু উবদা ঐহাক হৱাউবনা ঙাওরে। অদুননি ঐনা নহাক্কী হকচাংদা চিংনদনা কোল্লরিবা। হায়নবদাই, ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী গবর্ধন্দা যণ শেল্লিঙৈগী মরুপ শুদাম্না দ্বারকা তানা খোঙনা লাক্লগা মবুংঙো কৃষ্ণগা উনখিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনসু শুদাম্বু নুংশিনা কোনবীখিবদাই। ঐদি নঙগী শুদাম নত্তবরা? ঙসি ঐনা নহাক্কী অয়াবা য়াওদনা অশুক য়াম্বা মীয়ামসিগী মমাঙদা নহাক্কী শেংলবা হকচাংদা কোনবগীদমক নহাক্লা ঐবু ৱারৌব্রা"? হরিদেবনা নিংথেমগী খোয়থুম্নরবা ৱাহৈদু তাবদা মীৎলুদগী পিরাংগা লোইননা চেৎনা মতাওবু কোনবীখি।

তাং ১৪/৯/২০০৭

# মরী

মোহেন, নুংতিগী মতৌগুম বীনাবু এসেমব্লি সেক্রেটরিএটতা থিল্লম্লগা মাগী থবক মফম য়ুথ এফিয়ারস অমসুং স্পোর্টস দিপার্টমেন্ট তম্না মারুতি কারদা লাকই। মী হায়বসিমক্তবু অতোপ্পা মীগী মরমদা ৱারী শারগা, ফত্তবা পুথোক-পুথোক্তুনা ঙাঙনরগা খরা নুংঙাইবগুম তৌই। মশাগী মরমদা শারগনা মশা য়াম্না ফবগী তুলশিমনাগুম শেংনা ঙাঙগনি। মোহেনগী ওফিসতা থবক তৌমিন্নরিবা অয়াম্বনা মোহেন কনানো মহাক করম হায়না লুহোংখি, হৌজিক মোহেন মচা কয়া শুরে হায়বা লোইনা খঙলিবনি। খরা ঙন্না ওফিস কারক্লগা ৱারেম ঙাঙগনবা চাউবসু য়ৌরক্লে। মোহেনগী পিওন তোমচাসু য়াওরে। তোমচাদি মোহেনগী য়ুমদা তোয়না চৎপনিনা মোহেনগা বীনাগা লৈনরিবা মরীগী মতাংদা মুন্না খঙই। চাউবনা হংলকপা ৱাহং অমগী পাউখুমদা তোমচানা মাগী সার মোহেনগী মরমদা কনখক্তুনা খুম্লকপনি। "ঐখোয় সার মোহেনগা বীনাগা অনীসি ওষ্ণোক্না নুংশিনখ্রে; চৎথোক্লবসু পুন্না-পুন্না হেক্তা চৎলি; সিনেমা য়েংলবসু পুন্না, ঈশৈ তাবা চৎলবসু কারদা পুন্না হেক্তা চৎমিন্নে। করিগুম্বা কান্দনা মচাশিং পুরগা পিকনিক চৎপা, হোটেল অচৌবদা চঙলগা চাক্নাসু অদুম চামিন্নে। য়াম্না ফজবা, নুংশিনবা য়ুম পানবগী মহাও অমা মখোয় অনীদগী উবা ফংই"।

চিনফেল ফবী মেমচাসু তোমচাগী ৱাদু তাহৌদুনা পাংশিল্লকই, — "অদুগুম্বী নুপীগী লাইবক্তু ঐখোয়দদি হেক থোক্তেদো!"

চাউবনা মখা অমুক শমথরকই, — "হেরা, নখোয়না মুন্না খঙদবা ৱারী অমা তমগে, ঐখোয় সার মোহেন্না মাগী নুপী বীনাবু পামজবসিদি পৎ-তৎপজাৎনি। মানা মোহন বগান ক্লবতা ফুটবোল শান্নবা য়াওরিঙৈ, মমিং য়াম্না চৎলিঙৈদা পৈশাসু য়াম্না ফংই হায়নখিবনি। মতমদুদা মানা য়ুমদা থোক্লকপদা বীনাসে মানা কোয়গে হায়না কন্না লুমজবজাৎনি। অদুদা ৱাদি অমুক্তা হৌদোকপা ঙমদবা, মতমদুদা বীনাদি

ৱাংখৈদগী রাজেন কৌবা মাগা কলেজ অমত্তদা পুন্না তম্মিন্নবা নুপা অমগা কন্না নুংশিনবনি। রাজেনসু মমান্নবা অমনা তম্বদগী বীনাবু মোহেন্না য়াম্না পাম্মী হায়বসি তারে। চুম্নতা পাম্বগী ঙাক নত্তনা অহল-লমন থাজিল্লগা হায়নহল্লগনি হায়বগী পাউ ফাওবা তম্নরবজাৎনি। অদুদগী রাজেনগা বীনাগা খুদক্তা চেল্লগা নুমিৎ হুন্নি লোৎখিবনি। পাউদু তাবদা মোহেন মপাল থোক্তনা থৱায় নুংঙাইতদুনা কপ্তুনা লৈবজাৎনি। শোমদনা বাজেনগা বীনাগা মশা-মশা য়ানরগা চেল্লবনিনা লুহোংবীনবা তৌরসি হায়দুনা খাইদোক্নরে। মোহেন্না মৱোল অমা বীনা লৌদ্রবদি শান্নবা তোক্লগনি, হু চারগা শিবনা ফবে হায়রবজাৎনি। মাগী মতৌদুদা মোহেনগা লুনা তিন্নবা কুমারনা মাগা মুন্না খঙনবা ইমুং ওইবনা বীনাগী অহল-লমন্দা চৎলগা মোহেনগী ৱাদু হৌদোক্লুবনি। বীনাগী অহল-লমন্দু রাজেন্দগীদি মোহেন্না পৈশা থোকপা হেনবা, মীনা মশক খঙবা হেনবদুদা খরা হেন্না পাল্লম্বজাৎনি। য়াম্না কুপ্পা অহল মশেল পাউ ফাওদোক্লবদা মোহেন্না বীনাবু হৌজিকসু লৌগে হায়বা লৈরগদি রাজেন্দা লুহোংবগী মহুত্তা মোহেন্দা ওইনা হোংলসি হায়না য়ানবনি। বীনা মশাবুদি খঙহন্দনা বীনাবু মবুংগী নুপী সখিনা দুকান চৎলুসি হায়না পুথোরক্লগা মোহেনখোয়গী য়ুমদা থিল্লকপনি হায়। অদুদগী চেল্লবনি হায়না পাউ মথং-মথং শন্দোকপীরে। ৱাফমসি লৈবা অদুৱাইদদি মতমদুদা সেগাক কায়না তান্নখ্রবনি। রাজেনখোয়গী ইমুংনসু শাঊবদগী কেশকা থাঙ্গৎখিবনি। অদুবু পৈশানা, শঙ্গনা পুন্নমক ঙমদুনা, মোহেনগী মরাইবক্তা কনখিবগা বীনাসে মানা লৌখিবনি। রাজেন্দু হৌজিক ফাওবা নুপী থিদনা ঙাওচৎনদুনা লৈরিবনি। রাজেন্না ঐখোয়গী সার মোহেনখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা লাক্লগা নুংতিগী লেপ্লগা অমুক'মুক য়েংলৈ হায়না অউবা মীনা তম্মী। অদুননি সার মোহেন্না বীনাবু শুকথা থাদোক্লিবা। অদুগা নুপী হায়বসিসু ঙম্বজাৎনিকো। অমদা নুংশিনদুনা চেল্লুরগা লুহোংলনি হায়দুনা নুমিৎ ফাওবা লেপ্লরুরগা অমদা অমুক চেল্লে হায়বদা হেক্তা য়ারিবদুবু ঙক্লা"?

তোম্বনা হায়রকই, — "হেরা ভায়! পৈশাগী যুগনিনে, পৈশাদা লোইনা লৈরবনি। ঐখোয় সার মোহেনগী দলান মথোন মরিগী য়ুম, মাগী কারগাসি উৱেদনা"!

মখোয় ময়াম ৱারী শানরম্বদো মোহেন চঙলকপদা তুমিন-তুমিন লৈনখি। মাগী-মাগী মথৌদা লোইনা পুক্নিং চংনখ্রে।

মোহেন্না তোমচাবু মাগী কাদা কৌশিনখি।

— "নখোয়না শানরম্বা ৱারীদু করি ৱারীনো"?

— "চুম্না শুম শানরম্বনিদা সার!"

— "অদুগা করিগী ঐ লাকপদা খংলেপ-লেপখিবা? ঐগী মিং পল্লিবদুনা করিগী"?

— "সার! চাউবনা ৱাংখৈদগী রাজেন কৌবা অঙাওবা অমখক্কী ৱারী মথং-মথং শারকপদা রাজেন্দু সারখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা নুংতিগী ঙাইহাক্তং লেপ্পী হায়ব্রা কৈনো অমা পনখিবনি"।

অকোনবগী তোমচাগী ৱাহৈদুদগী মোহেন মখা তানা ৱা হংখিদ্রে। মোহেন ৱাখল অমদা উংদুনা লৈখ্রে।

নুমিত্তু মোহেন ওফিসতগী খরা ঙল্লপ য়ুমদা কুল্লকই। বীনাসু ওফিসতা লৈরমদ্রে।

ওনথোকপা দাও হায়বদুনি, মোহেন্না ৱাখল নুংঙাইতনা য়ুমদা হল্লকপা নুমিৎসিদা বীনাসু য়ুমদা ঙন্না হল্লক্তুনা লৈরম্লে। খ্বাইদগী নুংঙাইতবা থৌদোক অমনা বীনানা রাজেনবু মোহেনগী য়ুমদা পুশিল্লগা চাক পীজদুনা লৈরম্বসিনি। মোহেন্না বীনাদা হংই — "কনানো চাকখুমদা চাক চারিবা মকোয়-মরাং চোম্বা নুপাসিবো"?

— "ঐগী মহৌশাগী চান্নবা মরুপ্নি"।

— "এ! নঙগী চান্নবা মরুপ হায়বদি রাজেল্লা"?

— "অং, মানি তাবাজেন্নি, মা মরাইবক থীরবনি, মীমান্নদ্রবনি।"

— "অদুদি ঐনা নঙগী কনা তারবা"?

— "মোয়'বানা ঐগী ঙসিগী ইপুরোইবা!"

— "বীনা! নঙবু ঐনা শাউবদগী ফুবা য়াই। অদুবু ঐ মদু তৌরোই। ঐখোয় অনী য়ুম পানমিন্নদুনা নুংশিবা ইচা অনী লৈরে। ঐখোয় অনী-ইচা অনীগীসু খন্দবা য়াদে। ঙসি ঐগী থম্মোইদা ফাওরিবা নুংঙাইতবা ৱাখলসে রাজেনগী মফমদদি নঙবু ঐগী ওইখিবা মিকুপ্তুদগী নুংতিগী লেপ্তুনা খনবদগী মহাক ঙাওখিবগী মরম্নি। হৌজিক রাজেনগী ফিভমদগী ঐগীনা খরদি হেন্না ফরিবা নৎত্রা? নঙসু থম্মোইদদি যাম্না ৱারমগনি। মোহেনগী ৱাহৈদা বীনা কপ্পী।

মোহেন্না মখা তানা হায়রকই, — "ফরে, হৌজিক রাজেন বুদ্ধি চোইয়ে, মানা বুদ্ধি চোইরমদ্রবদি ঐ অমুক্কা হেন্না ব্বারৌরমগনি। মাগী অরাম-খৌরাংবনা থল্লবা মবুক্তু পেন্না পীজরগা মাবু চৎহন্‌খ্রো।

তাং ২৫/৯/২০০৬

# মীনাই

সেখর, যাম্না তোল্লবা মী অমগী ফিজেত্তা হাওবম মরক্তা লৈবা ইকজিক্যুটিভ ইঞ্জিনীয়র ধীরেনগী গেৎ হাংলগা চংলক্কুনা শুমাঙ যৌরক্লে। শুমাঙদা ঙাইহাক লেপ্লগা কোইয়েং-য়েংদুনা লৈরিঙেদা মেমচৌবী ইমুংদগী থোরকই।

মেমচৌবী, — "কনা হংবনো ইবুংঙো"?

শেখরনা খুম্লকই, — "ইমা ঐ থবক থিবা লাকপনি, ইমাসু-ইপাসু অনীমক লৈখিদ্রে। ঐ খুঙ্গংদগীনি"। অসি হায়রগা শেখরনা ৱারী অশাংবা অমা লীদুনা মেমচৌবীদা তাহল্লি। মেমচৌবী, শেখরগী মশক-মতৌ, শেৎলি-চারিবা ফিজেৎ অমদি ৱাঙাং কয়াদু তারু-উরুরগা পুক্লিংদা শেখরবু খুদক্কুদা নুংশিবা পোক্লুরে। মানা লীখিবা ৱারীশিংদুবু অচুম্বা ওইনা খল্লুরে। মহাক্কী নুপা হল্লকপা ফাওবদং ঙাইরো হাযরগা শঙ্গোয়দা মোরা অমদা ফমহল্লগা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইহল্লি।

শেখরনা খল্লি, — "মখোয়গী নুপাদু মবুক-মপাও ফরল্লবদি ফগনিদা!" নুমিদাংৱাইগী ওফিস কুন্নরকপা মতম য়ৌরক্কুনা ধীরেন, মাগী মারুটি কারদা মচানুপী মোন্দাকিনি কলেজদগী লৌরুরগা পুন্না হনমিন্নরক্লে।

মোন্দাকিনিদি কলেজদা প্রাক্টিকেল তৌরুবগী ৱারদুনা য়ৌরকপগা ফমুংদা চংখ্রে।

শোমদা শঙ্গোয় মচিদা মোরা অমদা ফল্লিবা পাখংদু উবদা শেখরনা কনানো হংই। মেমচৌবীনা ৱারী অতেনবা অমা লীদুনা মপুরোইবদা তাহল্লে। অদুবু ধীরেন্না মেমচৌবীগী ৱাদু য়ানীংদ্রে। শেখর, নীংবা কায়রে। ঙাইহাক্কুদা নোংমৈ মখোল খরা শড়কলোমদা কাপথিবা তায়। শেখর, গেৎতা থোক্কে তৌরুবদগী কিদুনা চেনশিল্লগা কার মরুমদা পাকথরগা লৈ। ইকান-কান্নদনা পুলিস অনীখক ধীরেনগী গেৎতগী চংলকই। মখোয়না শেখরবু কার মরুমদা লোৎপদু উরুরে। ফারগা শুমাঙদা

পুথোরক্লে। পুলিসনা শেখরবু কনানো হায়না তকখৎলক্লে। শোয়বা তারে খন্দুনা ধীরেন থোরক্লগা শেখরবু মখোয়গীদা থবক শুনবা লৈহনবনি হায়না খুম্বীরে। ওফিসর অমনা হায়বা ব্বাফম ওইবদুদা পুলিসশিংদু থাজদুনা মখা তাবা ব্বাহং হংলমদনা থোকখ্রে। মেমচৌবীনা মপুরোইবদা শেখরবু ঙসি অহীংদং ওইরবসু লৈনবা হায়নবদগী ধীরেন্নসু য়াবীরে। শেখর, ঙসি অহীংদি ইমুংসিদা লৈবা তারে। অদুবু কদাইদা করম্বা কাদা লৈগদগে হায়বদি খঙদ্রি। চাক ঈশিং থোং-থাকপা লোইরগা মেমচৌবীনা শেখরবু চাক পুখম অমদা শঙ্গোয়দা পুথোরক্লগা পীজরে। শেখর, চাক্কু মবুক থন্না চারগা কোন্দু ফজনা ফেংলগা পুশিল্লকই। চাবা লোইরবনিনা তূম্বগী মতাং খন্নরকই। শেখরনা হায়জবগী মতুং ইন্না মখোয়গী কার মনুংদা তুমজগে হায়রে। মানা হায়বদু য়াবীদুনা মহাক অহীংদু কারদা তূমহল্লে।

অহীংদা ধীরেন, চিংনরক্কুনা মাগী নুপীগা থোরক্লগা শেখরবু কারদা তূল্লিব্রা নৎত্রগা চৎখ্রব্রা য়েংই। অদুবু শেখর, ইশি-শিনা তূমদুনা লৈরম্বদু উবদা চিংনবদু কোক্লে।

মেমচৌবীনা ব্বা অমা হৌদোরকই — "মোইবা! হন্দক্কী পাবুংগী ফিরোইগী থবক অমা-অমা নোমহন্নবা ফিরোই নুমিৎ ফাওবদি অঙাংসি থম্বীরসি কৈদৌগে"?

— "খঙদ্রেনে, নুপী নখোয়না মীনুংশি চাউমনবসিনা! হৌজিক্কী মতমদা পাখং অমা য়ুমদা থম্বদা ফজনা ঙাংনবীনবা মী লৈতবনিকো!"

— "হেরা! মী খ্বাইগীসু থবক শুনবা মীনাই লোইরিবসিদি?"

— "হোয়নে, হোয়নে নঙনা ঙমদ্রিমখৈ হেক য়াদবসিনা! হয়েং ফত্ত-নুংদা থোক্লক্লবদি কনানা দায় পুগনি"?

— "ঐ পুজগে মোইপাবুং"।

নোংঙাল্লকপদা শেখর ঙস্তা হৌগৎলগা শুমাঙ ব্বাই শিত্তোকই। লৈ-শু ঈশিং চাই, নাপী, লৈ-মনা কেল্লকপা য়াওবদু অমমত খুল্লগা দসবীন্দা হাপচিল্লি।

ধীরেন অমদি মাগী নুপী মেমচৌবীসু হৌগৎলক্লে। শেখর, মাগী পোৎয়োম মচাদু পায়রগা চৎনবা মেমচৌবীদা ব্বা হায়বা চংলকই।

"ইমা! নচা অমুক অতোপ্পা ইনাক খুনবা ইমুং অমদা চৎলগা মখোয়গী মী দরকার লৈব্রা হংজরুগে"?

— "ঙাইখো! ইবুংঙো! নঙ চৎখ্রনু! নঙ লাক্লিবা তাং ২১ ফাওবদি ঐখোয়গীসিদা লৈরো! ঐগী ইকুবোক্কী ফিরোই তাং কুন্দা থোকই। মদু ফাওবদি থবক-ইনখাং নোম্নবা লৈরো!"

— "অদুদি ইমা'বেম্মা! ঐবু করি থবক তৌজৌ হায়বনো"?

— "নঙগী পাবুংনা হ্রাউজনবা কারসি খরা শেংদোকউ!"

— "অদু, ইমা'বেম্মা! গাড়ী শো অমুক্তা পীবীয়ু!"

— "হৈমা! নঙবু কার থৌবা হৈব্রনে?"

— "হোয়! মতম খরা ৱার্কশোপ যাওরম্বদগী হৈহৌবনি।"

— "ও! মোইবা' হো' মোইবা' ইবুংঙো শেখরসে কার থৌবা হৈ হায়রিয়ে।"

— "হা! অচুম্বরনে? নঙবু লাইরিক্তি কয়াম তমহৌবগে"?

— পাবুং! ঐ মেত্রিক অমুক্তং থারুবদা পাশ তৌবা ঙমদদুনা অদুম তোকখ্রে"।

— "সে, সে' গাড়ী শোসি হাংলগা গেরেজদগী গাড়ীসি মনীং হন্দোরকউ, হৈব্রা য়েংগে"?

শেখর, কারগী শোদু ধীরেন্দগী লৌরগা স্টার্ট তৌরগা য়াম্না ফজনা মনীং হল্লগা থৌদোরকই। মাগী হৈ-শিংনা গাড়ী মনীং হল্লগা থৌদোরকপদু উবদা ধীরেন্না খল্লি, — "মসি ঐবু মরক-মরক্তা ওফিস কাবদা থিলহনবা য়াগনিসে! ঐসু ড্রাইভর অমবুদি থম্বা ময়ারবনি"।

শেখর, গাড়ী নীংথিনা চামথোক্লগা ওফিস চৎপদা তোংনবা মফম চানা থম্লে।

শেখরনা যেংজনীংবা মোন্দাকিনিদি হৌগৎলগা মনীংলোমদা মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা মাগী কাদা লাইরিক ঔরাইদুনা লৈরি। লাইরিক ঔরাইবা লোইরগা মাঙ্গোলদা থোরকপদা পাখং অমনা মপাবুংগী খোঙউপ কাপ থাদুনা লৈবদু হেক উরুরে। মমাদা নুপাসিবু কনানো হংই। মমানা শেখরগী মবমদা তমদুনা খরদি খঙলে। মবুক্তা খল্লি, — "ঐবু নুপাসিবু উখিবগুম তৌইদা"।

— "ইমা! নুপা অসিবু ঐখোয়দা কয়াম কুইনা লৈহন্দোইনো"?

— "হো ! নখোয় ইবুবোক্কী ফিরোই নুমিৎ ফাওবদি লৈহল্লসি হায়রিবা !"

— "অদু, ইমা ! ঐদি হায়বীদে হায়নু, য়ুমদা মীতোপ থম্বসি কিজেকো !"

— "হোয়নে, হোয়নে, ইচানা য়ানীংদ্রগা ফিরোই নোংঙানবগা কোকহেক চৎহনখ্রগা লোইরে"।

শেখরনা খোঙউপ কাপ থাবদু উবদা মোন্দাকিনি মাগী খোঙউপ খুনিং ব্লাংবী অতৎপদু পীরগা শেখরদা খরা শেমহল্লুচো হায়। শেখর, খাউ অমদা মোন্দাকিনিগী শেন্দলদু হাপ্লগা সাইকল অমা তোংলগা খোঙউপ শেম্বা চৎখি। শেখরনা হায়রিমখৈ য়াবা অমদি থবক খুদিংমক মচু তানা তৌবদুদা মেমচৌবীদি থোইনবু নুংশিরুরে। নোংম-নীনি লৈরগদি শেখরনা ধীরেনগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও ইস্ত্রি তকপা খোঙউপ কাপ থাবা, কার শেংদোকপা নুংতিগী তৌরে। মোন্দাকিনিগী ফিসু ইস্ত্রি তক্লবা পীশিল্লকপা য়াওই। পূম্নমক্তু মীগী মীনাই ওইনা লৈরবনিনা করিমত্তা চিংনদনা তৌই। শেখরনা কার ফজনা থৌবা হৈবদুদা নোংমদি পার্টি অমা চৎপদা শেখরবু ধীরেনগী ড্রাইভর ওইনা পুরম্মী। ওফিসার অমগী ময়ুমদা মখোয় মমা-মপা, মচানুপী পুন্না চংখ্রগা শেখরদি কারদা ফমদুনা পার্টি লোইবা ঙাইদুনা লৈহৌই। অচৌ-অশাংশিং ঙাক্তা চাক চানবা মফম্নিনা শেখরবু মেমচৌবীনা কৌশিন্নীংলবসু পাক হেক ঙমদ্রে। শেখরদি মশাদা পৈশা য়াওবদুনা হোটেল অমদা অহাওবা চাক য়েঞ্চাং চাথোক্লুরে। চাবা-থকপা লোইরগা মখোয় পুন্না য়ুমদা হল্লক্লে। ধীরেন্দি অশাবা খরা পায়রকপদুনা মশাদু মুম্থরে। মেমচৌবীদি শেখর চাক চাবল্লরোই খন্দুনা য়ুম য়ৌরকপগা প্রেশর কুক্করদা চাক খরা কাম্বীরি। মানা শোমদা চাক লোইরকপদা শেখরবু চাক পীজনবা কৌগে চংলুবদা শেখরদি কার মনুংদা নুংঙাইনা তুমখুল তাল্লম্লে। মানা নুংঙাইনা তুমজবদুদা হৌদোক্লুরগা তুম্বা কায়রগদ্রা খনবদগী মেমচৌবী হৌদোক্তনা তোক্লে।

ঙসিদি ধীরেন, মাগী থবক মফমদা ওফিসকী গাড়ীনা মরাম তানা চৎকদবনি, মচানুপীবু শেখরদা কলেজ ফাওবা খরা থিনবীয়ু, হোরেন কলেজ কুম্লকপা মতমদসু খরা লৌবা চৎপীয়ু হায়না শিন্নরম্মী। শেখর, পূক্লিংদা মানা কার থৌরগা মোন্দাকিনি পুরগা চৎকনি খনবদা থোইনা নুংঙাইবা ফাওই। কারদু নীংথিনা শেংদোক্তুনা শিং নান্না তকথোক-নানথোক্তুনা থম্লে। অদুগাদি মোন্দাকিনিদি মাগী গাড়ী মচাদা মতোমতা চৎচগে হায়দুনা শেখরবু থিলহন্দ্রে। শেখর, নীংবা কায়রে। মহাকপু ঙসি ফাওবা মোন্দাকিনিনা নোংমতা কৌবীদ্রি।

শুম থোকউ হায়বা তাঞ্জা অমা লাক্লে। মোন্দাকিনিদু লম্বীদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা রিমসকী কেজুএলটিদা পুখত্তুনা লৈরে হায়না পাউ লাক্লে। শেখর, মেমচৌবীগা কারদা হোসপিটাল তানা লাকই। মোন্দাকিনি, মখোঙ খোঙনমদা স্কুটরগী কিক্লা ফনা থীনা কোৎথোকখ্রে। মাগা থেংজিন্নবা পাখংদুসু অদুৱাইদা লেপ্তুনা লৈরি।

মেমচৌবীনা হায়রকই — "নঙবু শেখরনা কারদা থিলহল্লু হায়না নপাবুংনা শিন্নরম্বদো য়ারম্লবদি মসি থোক্লোইদবনি। মমা-মপানা হায়বা ইন্দ্রবদি শোয়নিঙাইমক্তনি।" ডাক্তরনা ইরকপা হিদাক কাপ্পবা ইঞ্জেক্সনচিংবদু ঙসাইগী পাখংদুনা মা লৈজরুগে হায়। অদুবু শেখরনা চেল্লগা লৈরুই।

নুমিদাংৱাইদা ঙসাইগী গাড়ী থেংজিন্নবা পাখংদুনা পাউ পীবদগী মাবু পোকপা মমা-মপা লাক্তুনা অশোকপা হংলরে। পৈশা-নুংশা, পাংবা য়াবা-পাংজগে হায়ররে। মিং, লৈকায় থিগৎনরকপদদি ধীরেনগা হান্না খঙনরকপা এগ্রিকলচরগী দাইরেক্তর মঙলেম ওইরম্লে। নুপীমচাদুগী মশক্লে, মমা-মপাগী ফিভম ফবদুনে, মঙলেম অমদি মাগী নুপী কুঞ্জা অনীদু লোন্না ৱারী শানৈ — "মোইবা! হন্দক্কী থৌদোকশে মতাংবু চারে, নুপী মচাসে ইমৌ ওইনবদম ঙাংনহৌরসি।" তাঞ্জাদুদা ধীরেনসু থুংলরে। মখোয় পুন্না উনদুনা ৱারী ঙাইহাক শানরে। মঙলেমগা মাগী নুপীগা — "হয়েং অমুক লাকচরগে" হায়রম্লগা হনখ্রে। মঙলেমগী মচা উপেনসু মোন্দাকিনি উরম্বদগী পূমঙাও ঙাওদুনা ময়ুমদা হন্দনা অদুৱাইদা নৈশিন্দুনা অদুম লৈ। মদুমক্লা ওইরমগনি মমা-পাবুংদা পাউ থুনা পীদুনা লাকহল্লিবা!

শোমদা শেখরসু অহীং য়ুমদা হন্দনা মোন্দাকিনি শঙবা য়াওদুনা হোসপিটালগী বরেন্দাদা ফক অমা থারগা হিপ্লি। মেমচৌবী, সেখরগী চমজবা মতৌদুদা মচাগুম্না নুংশিবা হৌরকই। খল্লকই, — "শেখরগুম্বা ইচা নুপা অমত্তং লৈজরম্লবদি"। অৱাৎপা অমা লৈবদা, পাখোল অমা শীবদা 'ইমাবেম্মা' হায়রগা নংনবা কোয়চেন-চেন্দুনা হোৎনরি।

অয়ুক্কী চিন-য়া শেংবা লোইরগা শেখর, পারোথা হৌবা হোটেল থিরগা মোন্দাকিনিনা চানবা পারোথা লৈরগা পুরকই। মমা'বেম্মদা পীবগা মচানুপীনা চাবা য়াগদ্রা য়েংবীয়ু হায়রম্লগা অমুক থোকখি। মোন্দাকিনি, ঙসিদি শেখরনা লৈরকপা পারোথাদু মখুৎ অনীনা শেৎ-শেত্তুনা চাবদু শেখরনা অরাপ্পদগী উবদা কয়াগী মতিক

নুংঙাইজে। অসুম্না নুংঙাইরবা আশা অমদা শেখর ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈরিঙৈদা ঙরাংগী মঙলেমগা কুঞ্জগা ঙসিদি অথুম-অহাও ময়াম অমা পুরগা লাক্লে। চুম্নদা অনাবা হংবা লাকপা নত্তনা য়ারবদি মোন্দাকিনিবু মচানুপা উপেনগী মৌ ওইজরগে হায়না ফোঙদোরক্লে। ৱারী ঙাইহাক তৌনবগা মখোয় অমুক হনখ্রে। মখোয়গী ৱারীদু তারগা শেখরদি খাঙবা ঙমদনা শাওনীংলি। পাউদু মেমচৌবীনা শেখরদা অমুক হন্না মচা খায়না তম্বা তারগা শেখরগী থম্মোয়দা তানা থিনবগুম ৱারে। মীৎলু অনীদা পিরাং পিরোইনরকই।

নুমিৎ হুম্নি শুবদা মোন্দাকিনিবু হোসপিটালদগী য়ুমদা পুথরক্লে। মোন্দাকিনিগী বী এস সিগী প্রাক্টিকেল নুংতিগী তৌশিল্লকপনা, মপাবুংগী ওফিসসু ফাইনেনসিয়েল ওইবগী চিনশিল্লকপগা মোন্দাকিনিবু মপাবুংনা কলেজ অকা-অকুম থিনবা ঙমদরে। তঙাই ফদনা শেখরনা লৌবসু-থিনবসু তৌবা তারক্লে। মখোয় অনী ঙসি ফাওবদা ৱা থোইনা ঙাংনদ্রি। মোন্দাকিনিগী মখোঙ ফজনা থাংবা ৱারি। মোন্দাকিনিনা কলেজগী সিরি কুমথবা মতমদা খরা ৱানা থোকপদু শেখরনা মখুৎ পায়দুনা মতেং পাংনীংলবসু হায়জবদি ঙমদে। অদুবু নুংঙাইতবদি ফাওই। ঙসিদি শেখর, মোন্দাকিনি অসুম ঙাইরম্বদগী বজারদগী কার পুরগা অথুম-অহাও মমল তাঙবা ঙাক্তা পেকেৎ অমদা নীংথিনা পেক তৌহল্লগা সেম, অঙ্গুর য়াওনা হাপচিল্লগা মোন্দাকিনি থোরক্লগা পীজগে খন্না ঙাইরি। প্রাক্টিকেল লোইদুনা মোন্দাকিনি থোরক্লে। শেখরনা কারগী থোঙদু হাংদোক্লগা কাহল্লে। মোন্দাকিনিনা কারদা ফম্বগা — "মেম্মা! নঙ য়াম্না ৱারমগদবা মাল্লি; সে! সি চাও!" অসি হায়রগা চানবা পেকেৎতু পী।

মোন্দাকিনি — "য়ানি, ঐ চারোইদা!" হায়।

শেখর, য়াম্না নুংশিবা ৱাহৈ অমখক্তা হায়রকই — "নখোয়দি ইনাক খুনবনিনা সিগুম্বসি নুংতিগী চাবা ফংবনিনা করিসু ওইনা খল্লমদবা য়াই। ঐনা নখোয়গীদা মীনাই ওইবা তোক্কদবা নোংমা নীনিদা ঙায়রে। ঐসু নোংমতংদি নঙোন্দা অহাওবা অমত্তংদি পীজবা য়াই খন্দুনা লৈরম্বনি। নঙনা চানীংদ্রবদি কমদৌনি!" ৱাহৈদু হায়বা লোইবগা শেখর কারদু স্টার্ট তৌই। মোন্দাকিনি, খঙহৌদনা শেখরনা মখোয়গী মীনাই ওইবা তোক্কদবা নোংমা নীনিদা ঙায়রে হায়বদু তাবদা ৱাবগুম তৌরে। খল্লকই, — "শেখর চৎখ্রবদি মাবু কনানা কলেজ চৎপদা থিনবা অমদি লৌবা তৌবীগনি"? মা শেখরগী মরমদা খজিক্তং খনবা হৌরকই।

হায়রকই, — "কদায় ! নঙগী অচাপোৎতো ঐ চারগে" ?

শেখর, য়াম্না হরাউনা অচাপোৎ য়াওবা পেকেৎতু মোন্দাকিনিদা গাড়ী মনুংদা লাম্নগা পী। মোন্দাকিনিসু হরাউনা লৌই। মোন্দাকিনিনা শোম্থাংনবা ৱাহৈ অমনা মখা তারকই — "তাদা ! নঙবু তাং ২১দা শোয়দনা চৎলগদ্রা" ?

— "মতম্না লাক্লবদবু কনানা মতমগী খোঙচৎপু খাম্বা ঙম্লুদগে ? চৎপা তাবনি"।

— "কদায়দা, কনাগী য়ুমদা" ?

— "খঙদে, হায়বা ঙমদে, লাইনা তম্বা মফম অমদা হেক্তা থুংলুগদবনি"।

— "অদুদি মফম অমা খঙদ্রি ফাওবদি ঐখোয়গীদা অদুম লৈখোদনা !"

— "ইমা, পাবুংনা য়ানীংলমদবসু য়াই"।

— "ঐ য়ানবা হায়নগে !"

মোন্দাকিনি, শেখরনা পীবা অথুম-অহাও য়াওবা পেকেৎতু রবর লৌথোক্লগা হাংদোকই। — "বা ! সিবু কদায়দগীনো" ? বরফি, গুলাব জমুন, জিলিবী, সিংহারা, সেম অমা, অঙ্গুর খরা। মোন্দাকিনি, গুলাব জামুন্দু অমা লৌরগা শেখরদা পী।

— "তাদা ! অমসি নঙ চারো, অমসিনা ঐ চারগে" ? মখোয় অনী হরাউনা চামিন্নরে।

শেখরগী পুম্সিদা থ্বাইদগী লুবা পরিক্ষা অমা পূম্নমক্কী মকোক্তা ফাওবমুক নুংঙাইরে। ৱাখল খরা নুংঙাইনা মখোয় অনী কারদুদা য়ুম য়ৌরক্লে। য়ুমগী মী অমত্তা উদবদুদা শেখরনা মোন্দাকিনিবু দারী কাখৎপদা মখুৎ পায়রগা শৌবদু মোন্দাকিনি করিমত্তা হায়দনা য়ারে।

নুমিদাং চাক চারিঙেদা মোন্দাকিনিনা মমাদা হংই,

— "ইমা ! ঐখোয়গীদা লৈরিবা তাদা শেখরবু তাং ২১ দা চৎখ্রগদ্রা" ?

— "অং ! নবুবোক্কী ফিরোই নোংঙানবদা চৎচখ্রসনু ! থবক থোইনা লৈবসু নত্তে"।

— "অদুদি ঐগী কলেজদি কনানা থিন্দোইবা" ?

— "থোকঅ-থোকঅবা লাক্কনি, চাকতুম চারো!"

মোন্দাকিনি তূম্লমদাইদা নোংমত খনবীরুদবা শেখরনা কার মনুংদা মতোমতা তূম্বসে য়েংনীংবা অমা পোল্লক্লে। লাপ্পা অসুম য়েংলম্বদগী মনাক-নক্কা চংশিন্দুনা য়েংলুরে। শেখরদি মৈ মুথৎলগা তূম্বনিনা মোন্দাকিনিনা উবদি ফংদ্রে। অদুবু নুংঙাইনা তূম্লি হায়বদি মাগী শ্বর মখোলদুনা খঙই। মচানুপীনা অহীংদা শঙ্গোয় তানা চৎলগা কার মনাক য়ৌরুরগা হল্লকখিবদু মেমচৌবীনা থোঙনাওদগী উহৌরে। ঙসাই চাক চারিঙেদা মচানা হায়খিবা ৱাহে খরদুনা পুনশিল্লগা মেমচৌবীদা ৱাখল অমা ফাওহনবগুম তৌরে। মদুদি মচাসি শেখরগা মরী লৈনরবজাৎলা?

মথংগী নুমিৎনি, ঙসিদি করি খল্লুরবনো, মোন্দাকিনি, নহানমখৈগা মান্নদনা মকোক্তু শেমপু লুজরগা শেখরনা গাড়ী চাল্লিবা মনাক অদুৱাইদা শমচেৎ অমা পায়রগা মশম হাক্তুনা লৈ। শেখরসু নোংম-নীনি লৈরগা শোয়দনা চৎলগদবা লৈবনা মোন্দাকিনিবু পেন্না হুরান-হুরান্দুনা য়েংই। মানা হুরান হুরান-য়েংলিবদু মোন্দাকিনিদু পূক্নিং য়াওনা উবগুম তৌই। মখোয় অনীগী হোংলক্লিবা মওংদু মেমচৌবীসু খঙবগুম তৌরে। মোন্দাকিনি, খরা হেন্না কেরগা কলেজ চৎনবা শেম-শাবা লোইরে। শেখরনা মোন্দাকিনি কারদা হাপ্লগা কলেজ চৎখিবদু মেমচৌবী য়েংদুনা লৈহৌই। প্রাক্টিকেল লোইরগা নুমিদাংৱাই হনমিন্নরকপদা মোন্দাকিনিনা শেখরদা হংলকই — "তাদা! নঙনা নহাল লৈরকপা অথুম-অহাওগী পেকেৎতু য়াওবা দুকান্দুদা ঐবু খরা পুবীয়ু! ঐগী নুংশিবী ইমান্নবী অমখক লৈ। নহানগী অথুম-অহাওদু য়াম্না হাওই। নুংশিবা মরুপ্তা পীবা পোৎসে অথুম-অহাও পীবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়। ঐ নহানগী তাদনা লৈরকপদুগা চপ মান্নবা অমা মঙোন্দা পীগে!"

শেখরনা মোন্দাকিনিবু অথুম-অহাও য়োনবা দুকান্দু তানা পুরক্লে। মানা নহাল লৈখিবা মখলদু খল্লগা শুনা লৈরে। সেম অমগা অঙ্কুর খরগসু হাপহল্লে। মোন্দাকিনিদি কার মনুংদা অদুম লৈহৌরি। মোন্দাকিনিনা পৈশা পীবদু শেখরসু অদুম লৌরগা দুকান্দুদা পীরুরে। পোৎ লৈবা লোইরগা মখোয় অনী লাকমিন্নে। শেখরনা খল্লি — "মাগী মরুপসি কনা ওইরিগবা? চৎলুখিসি হায়রক্কদ্রা"?

মোন্দাকিনিনা করিমত্তা হায়রক্তবদুদা য়ুম য়ৌনবা থৌরক্লে। নুমিদাংদা চাক-ঈশিং চাদুনা মী লোইনা তূম্নখ্রবা তুংদা মোন্দাকিনি মপান থোরক্লগা মখোয়গী কারদা তূম্লিবা শেখরদা মানা ঙসাই লৈরকপা অথুম-অহাওগী পেকেত্তু পীবা চংলকই।

ঙসিসু শেখরদি কার মনুংদা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্লে। কারগী হাংদোক্লিবা থোঙনাওদুদা খুৎ থিংজিল্লগা শেখরবু মশা নোমদুনা হৌদোকই। শেখর, য়াম্না খংনা ফুক হৌগৎলকই।

মোন্দাকিনি, — "তাদা! নঙনা ঐঙোন্দা পীজখিবা অথুম-অহাওদু মসিনা কোক্সরসিকো! নচনবু ৱারৌবীগনু!" ৱাহৈদু হায়রল্লগা অমুক পম্বরমদনা মোন্দাকিনি ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংখ্রে। শেখর, ৱাখল অমদা উংলগা লৈহৌরে।

নুমিৎ নীনি লৈরগা ধীরেনগী মপাবুংগী ফিরোই য়ৌরে। ফিরোইদা নহানগী মঙলেম, কুঞ্জ অমদি মচানুপা উপেন লোইনমক ফিরোইগী চাক চাবা লাকখি। উপেনগা মোন্দাকিনিগা হন্দক এক্সিদেন্টনা মরম ওইদুনা শক খঙনখিবসিনা মখোয় অনীগী পুন্সি লৈপুন শেম্বগী লম্বীদা ইমুং অনীগী অহলশিংসু য়ানখ্রে। মদু তারুবদা মোন্দাকিনি ৱাবা হৌরে। শেখরসু খোইদৌ শাওগৎপদা লোইরে।

ফিরোই লোইব্রবনিনা হয়েংদি শেখর শেয়দনা চৎলগনি। মা চৎখ্রগনি হায়বসিদা মোন্দাকিনি পোৎথাফম খঙদনা শেখরগা পুন্না কারদা তোংদুনা চৎমিন্নরগা অচিকপা মফম অমদা ৱাফম খরা ফোঙদোক্লবদি কয়াদা নুংঙাইগবা খঞ্জরুই। ৱানা লেনবা অহীংদু লোইরে। নোংঙানবা ঙাইবা ঙমদনা মোন্দাকিনি, শেখরনা কারদগী হৌগৎলকপা য়েংগদবগী থোঙনাও হাংদোক্লগা লৈরি। নহানমখৈ মপুং-ফানা শেখরবু মীনাইনি খন্দুনা ফজনা য়েংখিদবদু ঙসি চৎখ্রগদবা নুমিৎসিদদি থোঙনাওদগী পেন্না য়েংদুনা লৈরে। মোন্দাকিনিগী মীৎলু অনীদা শেখরবু য়েংনা-য়েংনা নুংশিবগী পিরাং শীম্ববা হৌরকই! মাবু চৎখিনু, পুন্সিগী য়ুমসিদা পুন্না লৈমিন্নরসি হায়নীংবা পোক্লকই। খনবা হৌরকই — "করিগীনো মানা মীনাইগী মপোক্তা পোক্লম্লিবসিবো"?

শেখরদু অয়ুক্কী তৌগদবা মাগী মথৌ পুম্নমক লোইরগা শিৎ নান্না ঈরুজরগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মমা বেম্মা অমদি মপাবুং ধীরেনদা চৎলগে হায়বা চংলকই। ধীরেনগা মেমচৌবীগসু লুপা লীশীং অনীখক্তি পীবীখিসি হায়না খন্নরগা মেমচৌবীনা পৈশাদু পায়রগা পুন্না থোরকই। মোন্দাকিনিদি থোঙনাওদা পিরাং থিংবা ঙমদনা লোন্না কপ্লগা য়েংলি।

— "সে, সে! য়ামদি য়ামদ্রে, নখোয় পাবুংনা নঙগী মপাং-মপাং ওইনবা লুপা লীশীং অনীখকসে পীখো হায়দুনা ইমাদা শিন্নরে"।

ধীরেন, — "লৌশিল্লু! হয়েং, তুংদা অমুক তাঞ্জা চাবকান্দা উনসি! চৎলো, চৎলো"।

শেখর, চংশিন্দুনা অহল অনীবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। খুরম্বা লোইরগা- "লুপা লীশীং অমখক্তা লৌজগে, লুপা লীশীং অমদি ইচন মোন্দাকিনিগী লুহোংবগী অউনপোৎ লৈবদা মতেং ওইবীয়ু!"

মোন্দাকিনি, শেখরগী ৱাহৈদু তাবদা লোন্না কপ্লম্বদগী মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

মচাগী মতৌ উবদা মেমচৌবী খাঙবা ঙমদ্রমাক্লে; মাসু মপি তারকপদু ইন্নফি মচিদা তৈথোকই। মচাবু নুংশিনা কোল্লগা — "করিগীনো, ইচানা নবুং চৎখিবদা পুক্লিং অদুক নুংঙোল্লুরিবদুবো"?

শেখর, মীৎলু পিরাং পিরোইননা মপি ঈরা চেল্লগা থোকখ্রে। শেখর চৎখ্রবা মতুংদা ইমুংদু উন-ৱাইমুক চিকহৌরে।

শেখর, থোকখিবা পূংমুক লৈরগা ধীরেন্দা শিলোংদগী টেলিফোন কোল অমখক লাকই।

— "হল্লো! শোম্বু ই-ই ধীরেন সাহেব ওইবীরব্রা"?

মানে হায়বা, ঐ কুঞ্জমোহোন্নে; শিল্লোংদগী, নঙগী মহৌশাগী মরুপ! শুমদৌবনি, সাহেবখোয়গী য়ুমদা ড্রাইভর ওইদুনা লৈবা পাখংদু ঐগী ইচানুপানি। মহাক এম. বী. এ লোইরগা য়ুমদা থোক্লকপদা নোংমা মহাবলিদা শোমগী ইচানুপীনা লাই খুরুম্বা লাকপদা শোমগী ইচানুপীবু পামজবদগী শোমগী য়ুমদা মীনাই শারগা লৈবনি হায়না তারে। মহাকপু লেংদনা থম্বীরম্মু! ঐহাক হয়েংমক সাহেবখোয়গী য়ুমদা মমাগা য়ৌজরক্কে। ঐ হৌজিক এস বী আইগী এসিসটেন্ট জেনেরেল মেনেজর ওইনা শিলোংদা লৈজরি; থমজরে।

তাং ২৪/১২/২০০৬

# ঈরৈ অমা হিদেন অমা

— "হায়! খোমদোনবী! মখোয়গী ইমুংসিবু মীগা লৈতবজাৎলা? খোমদোনবী! নঙবু লৈবা নৎত্রো? অমুক্তা থোরকউ!" রাধানা শুমাঙদগী কৌরকপনি।

খোমদোনবী ইমুংদগী শুকথরপ তৌনা থোরকই।

— "ইচে! ঐ মোরা অমত্তা লৌথোকচরুগে"?

— "য়ারে, ঐ মোরাদা ফম্বা লাকপা নত্তে। নহান নঙনা ঙসি পীগে হায়বা পৈশাদু হৌজিকমক পুথোরকও! ঐ চৎলগে"?

— "ইচে! শেনফমদু য়াগদবা মান্রে। ঐগা ঙাংনবা ইমুংদুগী তাইবুংঙোদু বী পি স্ট্রোক তৌদুনা হোসপিটালদা আই সি ইউনিৎতা জ্ঞান তাদনা লৈরি হায়রে। নোংমা-নীনিদংগা য়েংবীখিবা তারে"।

— "য়াররোই ইবেম্মা! নঙগী নোংমা নীনিসে মশীং থীবা ঙমজদ্রে"।

ৱা ঙাংনা-ঙাংনা রাধা মোবাইল ফোন্দা মচানুপী অমদি মমৌবু য়াম্না থুনা মাগী মনাক্তা লাক্কবা পাউ পীখ্রে। অদুদগী ৱা মখা অমুক শমথরকই।

— "ইচা অতোম্বদু নঙনা ঙসি পৈশা পীরগা হয়েং বেঙ্গলর চৎপগী এরোপ্লেন-টিকেৎ কল্লবনি। পৈশাদু শৎ-শৎ পুথোরক ও! নৎত্রবদি নঙ কয়া মওং চারোইকো! ঐদি হায়বীরিসিনি"।

— "ইচে! ঐ নোংমা-নীনিদংগা য়েংবীখো হায়বসিদগী হেন্না খুন্নবা পাউখুম লৈজদ্রে"। ৱাহৈদু হায়বগা লোইননা রাধাগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী।

— "এ! এ! এ! তাৎকাসু হৈরিনে! খোঙদকা তুরদনা তৌজশারিসে!" হায়রিঙৈদা কাইনেটিক হোন্দা অমদা রাধাগী মচানুপীগা মমৌগসু থুংলরে।

রাধা — "নখোয় অনী য়ৌরক্রেদনা! পৈশাবু পীবা ঙম্মোই হায়রিনে"।

— "অদুবু হেক্তা য়াব্রনে? মানা হয়েং-হয়েং হায়রগা শিথশিন্নদুনা লৈরক্লিবসি কয়াদি কুইরে। পীরোই হায়রগনা পীদবগী থবক তৌবা তারেদনা!"

খোমদোনবী, ইমুং চঙখিবদগী থোরকপা ঙমদদুনা লৈখ্রে। রাধানা অমুক কৌরকই — "হায়! ইকায়খঙদবী! লোৎপনা কান্নরোই, ইচাগা ইমৌগসু লাকএ! ঙসিদি চপ-চাবী অমা খঙদোক্নরসি!"

খোমদোনবী, শুৎ-শুৎ তৌরগা থোরকই।

— "নঙগী কপশিন্নবদুনা য়াররোইকো! ঐদি চহীসিনা নঙোন্দা খুৎ থানীংদ্রে"।

— "ইচে! ঐ ঙসিদি পৈশাদু পীবা ঙমজররোই, নোংমা-নীনিদং ঙাইবীখো, হায়বসিদগী হেন্না অতে ব্রাহৈ লৈজদ্রে"।

রাধাগী মচানুপী অমদি মমৌ অনীমক থথা য়াবী নুপী অমত্তা নত্তে। মখোয় অনী চঙদুনা খোমদোনবীবু মশম ফোয়রগা ফুবা হৌখ্রে। মফি-মরোলকা মফম খঙদনা লৈমায়দা তুদুনা লৈরে। মশমদু পায়রগা চিংবদা খোমদোনবী — "ঐ শিরে, ঐ শিরে", হায়না লাউরগা চৈনা খাঙই, মখুত্তি শুকহন-হন্দে।

রাধাসু মচানুপীগা মমৌগদা "ফূ- ফূ" হায়না ইনশিল্লি। খোমদোনবীগী মচানুপী অনীগা মচানুপা চহী ১৩ গী অমা লৈবদুদি ইমুংদা তৌফম খঙদনা উংলগা লৈ। মঙ্গোলদা মমানা "ঐ শিরে, ঐ শিরে" হায়রিবদু তাবদা থম্মোয় মনুংদদি নুংঙাইত্তবনা পিক থল্লে।

থংনবা ইমুংগী লোকেশ্বরগী থোঙনাও কারক্তা খোমদোনবীগী মাঙ্গোলদা তৌরিবা ইরাং পুন্নমক্তু লোন্না কুম্মৈগুম য়েংলি।

ফুবা য়াবা ফুরবা ফাওবদা খোমদোনবী, মাগী ব্রাহৈ ঙসিদি পৈশাদু পীবা ঙম্লরোই হায়বদুদি হোংদ্রি।

রাধাগী মমৌনা হায়রকই — "ইমা! মখোয়গী মাঙ্গোলদা কোল্লিবা ফিসে ফনবু ফজে, কক্লগা খরা পুখ্রসিরা"?

ব্রাদু তাবদা ইমুংদো তুমিন তাশিল্লগা তৌফম খঙদনা ফল্লিবা খোমদোনবীগী মচা ইবেমহল খঙহৌদনা শাওনীংবা পোক্লকই। ফুক হৌগৎলগা থোরকই।

ইবেমহল — "ইচে ! নখোয়গী পৈশা তোনবগী ইমা ফুবা ফাওবদা ইমানা লাল্লুরে হায়বগী তুমিন লৈবনি। ঐগী ফিদি শোকপা য়াবোই"।

— "হে, হে! মচানুপীসিসু লায়রোইদৌরি। মসিসু মশমসি ফোইরগা হাইগনিসে!"

ইবেমহল, — "ঙম্লগা হাইররো য়েংনরসি" হাযবগা মশমদু চেৎনা পুনশিল্লি।

মানা মুকপদুদা খরা কিবগুম তৌদুনা তপথরকই।

রাধানা হায়রকই — "নঙসি ইবেম্মা ! হু চারগা শিজখিবনবু হেন্না ফরবনি। ফরে, ইচাশা মানা নোংমা নীনি হায়রিবসি হংচিৎ য়ুমশকৈশা ফাওবদি য়েংবীরসি!"

উপাই লৈত্রবনিনা রাধা খোমদোনবীবু মচা-মমৌ অনী থাজিন্দুনা ফুহল্লবা তুংদা মখোয় অহুম ঙাং-ঙাংদুনা থোকখ্রে। মখোয় থোকখ্রবা তুংদা খোমদোনবী, মচাশিংগা ইমুংদা পুন্না লৈখিদ্রবা মপুরোইবদু ঙরাংদা শিকগুম কৌদুনা কপখৎলক্লে। য়ুমথংনবা লোকেশ্বর, খোমদোনবীগী ইমুংগী থৌদোক্তু উবদা নুংঙাইতবনা তৌফম খঙদ্রে। মাসু তুম্বা, চাবা, চৎপদা খোমদোনবীগী ইমুংগী থৌদোক্তু উদুনতা লৈরে। মাদি চুন্নগী অয়ুক্কী স্কুলগী ওজা মচা অমা ওইবনিনা মখোয়গী মতেং পাংগে হায়বসু ঙমদে। হংগদবসু মখোয়না ইকায়জগদবদু খল্লুবদা হংবা ঙমদে। পৈশা পুৎথখিবদুদি মরুপ শীল্লুবদা হুন্নদবা য়াওরকপদগী খর-খরা পুৎথবা হৌরকপদগী ফুগৎপা ঙম্নবা শেন্দোয় চাউনা পুবা য়াওরুব্বদগী ৱাখল কয়া খম্বুবা য়ৌহৌদবদগী য়ামখৎখিবনি। রাধাগী খোমদোনবীদা তোল্লিবা পৈশাসি শেন্দোয় য়াওরগা লুপা লিশিং মরিফুনি। অতৈগীদি মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী থৌদনা তোকপসু য়াওখ্রবনি।

লোকেশ্বর, অসুম খল্লম্বদগী ভাব অমখক লাকপগুম তৌরকই। মহৌশা খোমদোনবীনা লৈশারিঙৈদা খোমদোনবীবু পৎ-তৎপমখৈ পামজরম্বা ক্বাকৈথেলদগী শরতপু নীংশিংলকই। শরত, ঙসিদি মণিপুরগী লৈবাক্না শকখঙনরবা ইদুগেসন দিপার্টমেন্টকী কম্মিস্নার ওইরি। ময়ুম-মকৈ, জিপ-কার অমত্তা ৱাত্তনা নুংঙাইনা লৈরবনি। মতম অমদা শরতনা খোমদোনবী লুহোংবা মতমদা মমীত্তা মপি তানা লোকেশ্বরদা তমখিবা ৱাহৈশিংদু ঙসিদি লোকেশ্বর লোইনা নীংশিংলকই। মতমদুদা শরত মহে তম্বা লোইদ্রিবনি। মাগী থম্মোয শেংনা নুংশিজবী খোমদোনবী কায়নখিবদু নীংশিংলুরগা লোকেশ্বর, শরতকী য়ুমদা খোমদোনবীগী অৱাবা মপাওদু তম্বা লাকই।

লোকেশ্বর, শরত উনদুনা খোমদোনবীগী অৱাবা থৌদোক্তুগী ৱারীদু মরিক-চুন্না তম্মী। শরত, লোকেশ্বরনা তম্বা পাউদু তাবদা খোমদোনবীবু মিকুপ্তুদা মাগী লৈশারিঙৈগী শকফমদু ওইনা উরকই। খোমদোনবীনা লুহোংখ্রবা মতুংদা নোংমা মাগী পুন্সিদা অৱাবা মতাং অমা লাক্লবদি মতেং পাংগে খনখিবনি। শরত, খোমদোনবীগী মতেং পাংলগে লেপ্লে।

শরতনা হংই, — "মরুপ মঙোন্দা মীগী তোল্লিবা শেনফমসি কয়াদি ওইগনি"?

— "ঐনা তাববু রাধা হায়বী, শেন্দোয় চাবীদুগী পৈশাদু শেন্দোয়-শেল্লেপ পুন্না লুপা লিশিং মরিফু হায়মাল্লে"।

— "মরুপ! মখোয়গী ইমুংদদি তাহনবীগনু! ঐ লাইবক য়েংগে"?

— "মপান্দা অতোপ্পা মী খরসু মরুপ উনবা লাক্লিমাল্লে, অমুক য়ৌজরগে"?

লোকেশ্বর, ৱাখল খরা নুংঙাইনা হল্লকই।

খোমদোনবীগী ইমুংদদি য়ুমশকৈশা নুমিত্তু রাধা অমুক লাক্কনি খনবদা তূম্বা হৌগৎপা তন্নবগুম তৌই। ইবেমহলদি ঙস্তা হৌগৎলগা মাগী কোন্দা ফি নাৎ অমংং শাগে খন্দুনা ফম্লগা লংচাক য়াওবা উপুদু ইল্লগা হাংদোকই। করি পোৎ য়াওবনো খঙদবা থাউ অমা লংচাক উপুদা য়াওরম্লে। হাইফেৎ চিংননা খাউদু হাংদোকই। য়াম্না পাখৎনা — "ইমা! হো ইমা! করিনো অমা লৈরে"। খোমদোনবী, মচাগী মনাক্তা য়াম্না থুনা চেনশিল্লকই। মচানুপী অতোনবী, মচা নুপা লোইনমক চঙলক্লগা য়েংমিন্নে। লুপা লিশিং চৎপীশিংদু উবদা খোমদোনবী কপ্পী। ইবেমহলনা খাউ মনুংদা য়াওরম্বা চে অমদা ইরিবা ৱাহে খরদু পাবা হৌরকই। "পৈশাসে ঈশ্বরনা নঙগী নতেং পাঙউ হায়না পীরকপনি খল্লু। পুন্সিগী ঈরৈদা অদুম লৈশিন্দুনা লৈবসু য়াদে; হিদেন অমদা ঙাইহাক্তংসু পোৎথাগদবনি। পৈশাদুনা নঙগী হিদেন্নি। পৈশা থল্লম্বা মীশক্তু অমুক থিরুরনু!" চেদা ইরিবা মরোলদুনসু পৈশাদু কনানা থনম্বনো হায়বা খঙদ্রে। ইমুংদো ঙাইহাক্তুংদি চেক-মোক লাওনখিদ্রে।

রাধা, মচানুপীগা মমৌগা পুন্না য়ৌরক্লে।

য়ৌরকপগা খোমদোনবীবু কৌথোরকই। খোমদোনবী থোরক্তে। মচানুপী ইবেমহলগা মনাওনুপীগা মৌপ্বাগা পুন্না থোরকই।

ইবেমহলনা ঙসাইগী ময়োমদুদগী লুপা লিশিং মরিফু থীরগা রাধাদা পী। পৈশা পীবা লোইরগা চে অমদা মরোল শুনা ইরগা শোই তৌবীয়ু হায়।

রাধা — "ইবেম্মা! নখোয়গী পৈশাসিবু কনাদগী পুরুবনো"?

— "ইমা! পৈশাসিগী মরমদা অমুক হংবীরক্লনু!"

"হায়মা! হংবা য়াদ্রবো? জলিনোটকা ওইরমদননে"?

ইবেমহল — "ইমা! চেসিদা পৈশা থৌবা লাকপীরিবা মীওই অহুম্মক্কী শোই তৌবীয়ু"।

— "তৌগে, তৌগে" অসি হায়রগা মখোয় অহুম শোই তৌরে। ইবেমহল শোই তৌবা চেদু পায়রগা ইমুং চঙখ্রে। রাধা হন্না য়েংল-য়েংলগা মরুম-মুরুম শোল্লগা থোকখি।

লোকেশ্বরনা থোঙনাওদগী থংনবা ইমুংদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক লোইনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংই। মানা খল্লি — "ও! মরুপ শরততো খোমদোনবীবু ঙসিসু কাউদ্রিবোইরে"।

তাং ১/১২/২০০৬

# ইম্ফাল তুরেলনা নম্বুলদা

কান্তা, মন্ত্রি থোইবগা যাম্না লুনা তিন্নৈ। অয়াম্বা মতমদা থোইবগী ক্বাটরদা ময়ুমগুম্না লৈ। ভোত্তসু কান্তনা থোইবগী মতেং চাউনা পাংখি। থোইবনসু কান্তবু যাম্না লুনা মনাওগুম খল্লি। মন্ত্রি থোইবা চহী নিফুরোমতমক শুরি। কান্তনা চহী ৩২ গী পাখংনি। থোইবা মন্ত্রি ওইরবা মতুংদা নুপী অতোম্বী অমা থিদুনা নুপী অনী শুরে। অদুবু মন্ত্রি হায়বসিদি তৌগেদা ঙম্বনিনা নুপী অনী লোনবদা করিসু ৱাদে।

কান্তা, মণিপুরী সিনেমাগী ফিল্ম কুম্বী মমিং কন্না লৈখৎলক্লিবী ববীতাদা কন্না ঙাওজরি। ববীতানা কুম্বা ফিল্মনিবু হায়রবদি মা লেম্না খক থাদে, শুনবা য়েংই। মশক-মতৌ তৌথোরকপা এক্টিং, পূম্নমক্তু উরগা কান্তা কয়াগী মতিক নুংঙাইজে। অসুম মমিদা খব-খরা ঙাওরম্বদগী হৌজিক্তি ববীতাগী লৈকায়, য়ুম্নাক, শাগৈ, মমা-মপা, মবুং-মৌপ্না, মচিন-মনাও লোইনা খঙলে। মরক-মরক্তা ববীতাখোয়গী থোঙ্গাল মপা ফাওবা তোয়না লাকপা ঙমশিল্লক্লে। অদুবু নোংমতা তাঞ্জা ফংদবনা ৱাহৈ অমত্তং ফাওবা ফোঙদোকপদি ঙমদ্রি। অমরোমদা ববীতানদি কান্তবু মশক খঙবা নত্তে। মানা খঙলিবদি ফিল্মগী কাঙবু, হিরো, হিরোইন, মপা শাবা, মমা শাবী, ডাইরেক্তব, প্লেবেগ শিঙ্গর, মাগী মেক অপ তৌবা, জগোই তম্বীবা ওজাগুম্বা মক্তনি। অতৈদি মাগী ৱাখলদা থোইনা চঙলুদে। কান্তনা মরক-মরক্তা কার অমা পুরগা ববীতাখোয়গী লৈরক মচিন্দা ববীতা থোরকপা ঙাইরিঙৈদা ফিল্ম কাঙবুনা মারুটি ভান্দা ববীতা পুরগা চৎখিবদু উবদা কান্ত থৱায় চাকই। অসুম্না মানা ববীতা তান্নরকপসি থা তরুক্লোম শুরক্লে। মায়য়োক্লনা থেংনবসু য়াওখ্রে। অদুবু ৱাহৈ অমফাওবা হায়বদি ঙমদ্রি। কান্তনা ববীতা উননবা হোৎনবদা ফিল্ম নমফম খরদা তোয়না উরকপদগী ঙসিদি ববীতানা কান্তবু মশক খর-খরদি খঙবগুম তৌরে। ঈশৈ ময়েক ইবরা নৎত্রগা স্ক্রিপ্ট ইবরা অমদি শোয়দনা ওইরম্বা যাই খল্লি। নোংমদি কান্তনা ববীতাদা মমিং কৌদুনা করি লমদা ফিল্ম নম্বা চৎকদবনো হংই। ববীতানা সেন্দ্রা মনাক্তা লোক্তাক্তা ঈন চিংবগী শিন অমা নমগদবনি হায়না খুল্লম্মী। মদু তাবদা কান্তা লৈবা যাদ্রে। মাসু

ফিল্ম কাওবুনা চৎকদবা মতম শেন্নদুনা ময়ামগী মতুংদা মারুটি কার অমা তোংলগা ফিল্ম নম্বা য়েংবা লাকই। ববীতানা ঈন চিংবগী ফিজেৎ হোংলগা য়ুমদোমপোক অমদগী থোক্লকপদু উবদা কান্তা ববীতাবু পামজবনা পূমঙাও ঙাওরে। কোক্তা কোকশেৎ, ফিদোন চিংখৎলগা শেৎলিবা মঞ্জুনরবা ফনেক; খ্বাঙদা তুঙ্গোল অমসু য়াল্লি, য়েংবদা ওম্থোক্লা পাকচরে। কান্তা, ফিল্ম নল্লিবা ময়ামগী থরুবা মোইরাং তানা মারুটি কারদা চৎলগা লিপ-শিপ পেকেৎ অনীখক লৈরুরগা থুনা হল্লকই। ময়ামদা মশানা অমমম য়েল্লি। ববীতাদসু অমা পী। ববীতাসু হরাউনা লৌরগা থকই। মদুদা কান্তা পূক্লিংদা হারউজে।

মন্ত্রি থোইবা মাগী নুপী অতোম্বী প্রেমিলানা তম্বদগী খঙলে, মদুদি কান্তা ফিল্ম কুম্বী ববীতা কৌবী অমদা কন্না ঙাওরি। নোংমা থবক খরা কোম্বা নুমিত্তা ক্বাটরদা ববীতানা কুম্বা ফিল্ম "চৎলসিনে মঙলৈবাক্তা" হায়বা সিনেমাদু কাপ্লগা য়েংই। তশেংনা সিনেমাদুদা ববীতানা তৌবা এক্টিং, মঙগী তাইবং অমদা হিরোদুগা মখোয়'নী চংমিন্নখিবা শুরুংগী লম্বী; শুরুং মনুংদা মখোয় অনীনা থেংনখিবা লম্বীগী অৱাবা; মফমদুদা লৈরম্বা উচেক, লিন, মি ময়ামদু উবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইনা অওইবমক তাইবংদা ওইরবোই খল্লুরে। মন্ত্রি থোইবনা খল্লি, — "মণিপুরী সিনেমাসিদি য়েংবা য়ারেদনা ! ঐখোয়গীনি হায়বদা পঙনোপ-নোপত্রে"। ফিল্মদু য়েংলুবদগী থোইবসু কান্তনা ঙাওজবী ববীতাগী ৱাখলদু মঙোন্দসু খরহেক লাকপগুম তৌরুরে। তূম্বা, চাবা, চৎপা খুদিংদা থোইবগী মীত্তসু ববীতাবু তোয়না উরক্লে। তশেংনা মমি নত্তবা তাইবংদা মশক খঙনীংলক্লে। থোইবনা খবরদা সিনেমাগী মরমদা ইবদা য়াম্না খুৎলোয়রবা ক্রিটিক মানসু মুন্না খঙনবা আনন্দ শর্ম্মা উনবদা ববীতানা কুম্বা "চৎলসিনে মঙলৈবাক্তা" হাযবা সিনেমাদুগী মরমদা ৱারী তৌই। য়ারবদি সিনেমাদুদা কুম্লিবী ববীতা কৌবী হেরোইন্দু মশক্তা নত্তনা এক্টিংসু য়াম্না হৈ, মাগী মরমদা খরা থাগৎতুনা অমুক্তা ইবীয়ু; অদুগা ঐনসু (মন্ত্রি থোইবনসু) মাবু য়াম্না থাগৎলি হায়না পনবীয়ু হায়।

আনন্দ শর্ম্মনা য়াম্না থুনা হাপ্তা অমগী মনুংদা সিনেমাদুগী মতাংদা খবরদা ইদুনা ফোঙলক্লে। মন্ত্রি অমনা মাবু থাগৎলকপগী মতাং য়াওরকপদুদা ববীতা অমদি মাগী ইমুং লোইনা হরাউনৈ। মন্ত্রি থোইবগী ক্বাটরদা ববীতা মাবু পোকপা-পোকপী অনীমক্কা লোইননা উনবা লাকই। ফিল্ম স্টার ববীতানা মন্ত্রি উনবা লাকই হায়বদুদা সন্ত্রিশিংদু লোইনা গেত্তা থোরক্লুগা ববীতাবু য়েংই। অথিংবা অমত্তা পীদনা মী

উনফম কাদা পুশিনখ্রে। মন্ত্রি থোইবসু ঙসিদি অয়ুক্তুদা য়াম্না লেম্না থোরকই। ববীতানা ৱা হৌদোরকই — "ঐখোয়গী সারনা ঐবু খবরদা থাগৎলি হায়না পল্লকপদুদা অমুক্তং নুংঙাইবা ফোঙদোকচবা লাকচবনি"।

থোইবা, — "ঐখোয়দি হৈরবদি হৈ, ফজরবদি ফজৈ হায়বসি মশানা তাবনি খল্লি। ইবেম্মগী এক্টিং, তৌথোরকপা খুদিংমক য়াম্না পকচৈ, সিবু লানৱনে?"

— "ঐদি হৈজপোৎ নত্তেদা সার! সুম তৌরিবাইদুনি"।

— "এ! মদু হায়বা য়ারোই, য়াম্না হৈরে, থাক ৱাংলে"।

— "সারনা পঙথাদা থাগৎপীরে"।

থোইবনা ববীতাগী অপোকপদা ওনশিল্লগা — "খুরা ইচানুপীসে য়াম্না থাক ৱাংলবনিকো!"

— "হোয় ইবুংঙো!"

— "খুরাগী ইচাশিং থবক তৌবা য়াওরব্রা"?

— "য়াওদে, ইবুংঙো! অমত্তাহেক য়াওদ্রি"। হাইফেৎ খল্লগা

— "ও! অদুদি থবক খরা কৌগদৌরি, থাহনবীরকউ! ঐ য়েংজগে"?

— "ফরেদা! ঙসি ইবুংঙোগী নাক্তা লাকচবসিদি ওম্থোক্লা নুংঙাইজৈ"।

কান্তা, থংনবা কাদা মখোয়না শানরিবা ৱারীদু তাবদা লৈবা ঙমদ্রে। "করিনো ঐখোয়গী তামোনা তৌরিবসিবো! ঐগী শেম্বীয়ু হায়রগা মাগী ওইদুনা তোক্কদৌরিব্রা"? কান্তনা খল্লি।

ৱারী শানবা, থাগৎনবা লোইদুনা ববীতাগী ইমুংগী মী হনখ্রে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা ববীতানা কূম্বা ফিল্ম — "হো লৈচিল্লক্কী থাজ" হায়বা জি গোপাল শর্ম্মনা — প্রদ্যুসর, দিরেক্তর ওইবা; স্ক্রিপ্ট রাইটরনা দোন নিংথৌজা, ঈশৈ ময়েক; রাজেন খুমন, শৈশকপনা খেলেন ইরোম, লতারানী, অমদি ললিত থোঙাম। ফিল্মসিগী রিলিজ ফঙ্কসন্দা মন্ত্রি থোইববু চিফ গেষ্ট ওইনবা বার্ত্তন তৌরকই। থোইবা, মাগী নুপী অতোম্বী অমদি অহন অনীগী মরক্তা করম্বা পুগদগে খনবদা মকোক ঙাওই। অনীমক পুবসু মওং তারোই। মুন্না খল্লুরগা অতোম্বী পুরবদি মচা য়াওদ্রিবা অমদি নহাসু ওইবদুদা কল্লক-খনবন চাউরক্কদবদু উবদগী অহনগা চৎশি

হায়রুরে। প্রেমিলা, নুমিত্তু শাওদুনা অয়ুক ঙস্তা মপাম চৎখিবদগী হল্লকহৌদে। শোমদা পাউসি কান্তসু তারে। মাদি হন্দক ববীতা অমদি মখোয়গী ইমুংনা মন্ত্রি থোইবদা কন্না নকশিন্নবা হোৎনরকপা, ববীতাগী মপানা মন্ত্রি উনবা তোয়না লাকপসিদা পাখৎপা অমসু যাওরে।

য়াম্না কেনা মন্ত্রি থোইবা সন্ত্রিশিংগা লোইননা বোটতা ফিল্ম রিলিজ তৌবা চৎখ্রে। ববীতা, থোইবনা মতম চানা লাকপা উবদা হরাউই। য়াম্না কোইদনা ববীতা, মন্ত্রি থোইবগী মনা ক্না চংলক্লগা ঙাইহাক ফম্মিন্নে। মহাক্কী মবুংগী থবক্কী মতাংদা ৱাফম অমখক হৌদোকই! শোয়দনবা তৌগে, নোংম-নীনিগী মনুংদা থোক্লগনি হায়। ঙাইহাক লৈবগা হে মগী গিলাস অনীখক শেল্লগা ববীতা মশানা মন্ত্রিদা অমা মাগী নুপীদা অমা লাল্লি। পূং তারক্লুনা হৌনবী মতুংইন্না মন্ত্রিনা মৈরা চুখত্তুনা ফিল্ম রিলিজ তৌরে। থোইবা, মাগী নুপী জমুনাগা সিনেমাদু থৱায় তানা য়েংই। মতাং-মতাংদা থোইবনা ববীতাগী এক্টিংদু ফজদ্রা হায়রকপদা জমুনানা খল্লি, — "ও! মহাক্লা কান্তনা খোয়দাজবী ববীতাসি অমুক পাল্লবোইরে!"

ফিল্মদুসু থোইবগী মমীত্তা অদুম ফজে হায়না খল্লি। পামজবা ৱাখল অমনা থোইববুসু ববীতানা চিংদুনা পুবগুম; থোইবা ববীতাগী ময়ুমদা মশামক লাক্লুনা মবুংগী থবক্কী এপোইন্টমেন্ট ওর্দর পীররে। মন্ত্রিগী মবুক-মপাও ফবদুদা ববীতানা ঙা থোংদুনা, সেবা নীংথিনা তৌবগা থোইববু মখোয়গীদা চাক পীজরে।

পাউদু তাবদা কান্তা লৈরা যাদ্রে। থোইবসু কান্তগী ৱাখল, মাগী নুপী অতোম্বী প্রেমিলাগী ৱাখল ঙন্নমক কাউরে। শোমদা কান্তগা প্রেমিলাগা শারৌ অমা তৌরগা মখোয় অনী কায়ননবা শিনসি খন্নরিঙৈদা থোইবনা মাগী এমবেসদর কারদা ববীতা পুরগা লৌকোয় পাৎ য়েংবা চৎমিন্নখ্রে। সরকারগী রেস্ট হাউসতা ববীতা পুরগা চঙদুনা কা অমা লৌরগা থোঙ লোনশিল্লগা লৈখ্রে। ববীতা থোইবনা হায়বা খুদিংমক য়াদুনা মহাক থোইবগী অহুমশুবী নুপী অতোম্বী ওইদুনা য়ুমদা পুখ্রে। শোমদা প্রেমিলাগা কান্তগা মারুটি কার অমদা মায়গৈ ওন্ননা থিরুবদগী ককঙাওনরে। কোন্নথংদা লৌকোয় পাৎতা চৎখিবনি হায়না তম্নবকপদগী লৌকোয়পাৎ তানা লাকই। মতমদু নুমিৎ ময়ুম চঙখ্রে। অশোমদা-অহীংদা পাউ পীনদুনা ববীতা থোইবদা কৈন্যা কৎখ্রে। লৌকোয় পাওা গেস্ট হাউসকী মীনা তম্নদা ববীতাগা থোইবগা শোয়দনা লৌন-লৈনরগদবগী মওংদা তল্লে। প্রেমিলা অমদি কান্তা হার্ট কায়রে।

কান্তনা নুপাদুদা লুপা চনিখক পীরগা মখোয়না লৈরম্বা কাদু য়েংগে হায়। নুপাদুনা য়াদুনা য়েংহল্লি। কাদুগী লৈরল্লিবা ফমুংদুগী মওংদু উবদা প্রেমিলা মখোল থোক্লা কপ্পি। কান্তসু টেবলদা খুত্তুম্না শুদুনা অশাওবা খাঙই। মখোয় অনী ফমুংদুদা ফম্লগা ৱারী শানৈ। মখোয় অনীমক থোইবগী মথক্তা লমন খুম্বা য়াবগী মরমদা খন্নে। কান্তদি থোইবা হাৎলগে ফাওবা হায়রকই। মাগী ৱাদু তারগা প্রেমিলানা তপ্না হায়রকই — "নীংবা কায়রিবসি নঙদা নত্তে ঐসুনি। ঐখোয় অনীনা মাগী মথক্তা লমন খুম্নবা চাউরবা লম্বী অমদি লৈরে। মদু পাঙথোকপদা নঙ য়াগদ্রা ? ঐ ইথন্তনা পাঙথোকপদি য়ারোই। ঐখোয় অনী চঙদুনা পাঙথোকমিন্নগদবনি।"

— "করিগী ঙম্লোই, মানা ঐবু চংহাৎ-হাৎপদি ঙম্লগা ঐনদি করিগী ঙম্লোই"।

— "হৌজিক পূং কয়া তারে"?

— "নিপান তারে"।

— "মতমসিসু থেংখ্রে, অদুদি কান্তা! নঙ থবকসি শোয়দনা পাঙথোক্কে হায়না ঐগী খুদাংসে পায়রগা অমুক্তা ৱাশকউ!"

— "হে সৈত্যনা শাক্ষি! ইমা হাৎপা পাপ পুগে, ঐ পাঙথোকপা ঙমগনি"।

— "অদুদি নঙ ঐগী মীৎসিদা অমুক্তা য়েংঙকউ!"

কান্তা, প্রেমিলাগী মমায়দু থোইবগী নুপীনি, মতৈমনি খনবদগী নোংমতা মুন্না য়েংলক্তবনি। ঙসি প্রেমিলানা মাগী মমীত্তা য়েংঙকউ হায়রকপদুদা য়েংউবা মতমদদি প্রেমিলানা ববীতাদগী শরুক কয়া হেন্না ফজবগুম তৌরক্লে। মানা মুন্না য়েংবদুদা প্রেমিলা হন্দকমুক্তি ইকায়রমাল্লে, মমায়দু হাইফেৎ লৈথোকখ্রে। করি খল্লুরবনো, কান্তা মপান থোকখ্রগা ঙসাইগী কা শেন্নবদুদা লুপা চনী অমগা পীরগা মী থাজিল্লকনু হায়রগা থোঙ লোনশিল্লগা অমুক হান্নগী ফমফমদা হঞ্জিল্লক্লে।

প্রেমিলা, হিক-হিক তৌদুনা কপ্লগা ৱাহে অমখক্লা হায়রকই — "কান্তা! নঙ ঐবু নঙগী নুপী ওইনা লৌশিনবা ঙমখিরোইদ্রা? মদুতনা মন্ত্রি থোইবগী মফমদা লমনশিংবা ওইগদবনি"।

কান্তা, ঙাইহাক্তং ৱাখল তৌই — "ববীতানা করিসু লৈতবা নুপী অনী লোনবা নুপা অমদা লৈবা ঙম্লগা ঐনদি করিগী অতোম্বী অমা লৌবা ঙম্লোই"। ৱারেপ লৌরবা তুংদা নীংখায়নীং-নীংখায়নীং তৌরবা ঈচেলগী লৈরাইদু ঈরম থৈরগা

ববীতাগী ঈচেলদগী প্রেমিলাগী ঈচেলদা থৈদুনা চেনগদবগী হোৎনরকই। মিৎকুপ খবগী মতুংদা চাক্লবা থম্মোই অনীগী শারবা ঈচেল অনীদু পুন্না উনদুনা ঈচেল অমদা চেম্থমিন্নখি। চুম অমখক মখোল হৌনা খোংলকপদা কান্তা জ্ঞান লাকই। প্রেমিলা, লেপমুক ৱাংবা দ্রেশীং টেবলদুগী মমাঙদা ফম্লগা ফারিবা মশমদু শমচেৎ অমা পায়রগা নীংথিনা মওং তানা হাৎতুনা লৈ। মিকুপ খরগী তুংদা মখোয় অনী চংদুনা ফমুংদু নীংথিনা শেমজিন শাজিল্লয়গা কাদুদগী তপ্না থোরকখি।

তাং ৩/৯/২০০৭

# ষষ্টিদা অমুক

দিল্লি ইউনিভর্সিটিদা ইংলিস সবজেক্তা পি এইচ দি তৌরিবা রাজেন্দ্র রাকেশনা পীরকপা চিঠি অমখক পারুবদগী পূক্লিং লৈতাফম ইখঙ-খঙদ্রে। যুমদা য়াম্না থুনা থোক্লিংবগী ৱাখল অমখক ফাওরকই। মফি-মরোল হোংদোক্লগা ট্রাভেল এজেন্সি অমখক্তা চত্তুনা মথংগী নুমিৎকী কোলকটা-ইম্ফালগী টিকেট অমখক্তা তঙাইফদনা এরেঞ্জ তৌবীয়ু হায়রুরে। য়াগদৌবগী মওং উবদুদা রাজেন্দ্র ষষ্টিগী দান থাদনবা বেবী শুইট অমা লৈরগা পুরকই। নুমিদাংৱাইদা ফোন তৌদুনা হংবদা ঙসাই অয়ুক হায়নরম্বা টিকেটতু য়ারনি লৌররো হায়রক্লে। রাজেন্দ্র, টিকেট লৌরুবা হল্লকপগা নুমিদাংগী ট্রেন্দা কোলকটা চৎপা তারে। মহাক্না চৎলমদাইদা রাকেশতা ষষ্টিগী বার্ত্তোন অমদি মাগীদমক মচেদা হায়রগা পীহল্লকউ হায়না খঙহনখি।

বাজেন্দ্র, নুমিৎ নীনিগী মনুংদা যুম য়ৌরক্লে। মানা যুম য়ৌরকপগা মচন্নুপীনা মোনিকাগী অহানবা মচানুপা অমা ফংবগী ষষ্টিগী বার্ত্তোন্দু শিন্নে।

চাক য়াওনা খরা চাউনা শীনবা মাল্লি। রাজেন্দ্র, করিগীনো খঙদে, মোনিকাগী মচাদুবু য়াম্না উনীংবগুম পূক্লিংদা লাংতক্কবা, ঙাইঙমদবা অমা তত্তনা ফাওরকই। ষষ্টিদি হংচিৎনি। পূক্লিংনা নীংলুবা ৱাখলদু ফোঙদোক্লীংবনা হেনমনখিদুনা রাকেশতা টেলিফোন্দা মরোল হংই। রাকেশনা হায়রকপদা মচে মোনিকা হৌজিক-হৌজিক লৈরিক মেমোরিএলদা লৈরি; হয়েং অয়ুক যুমদা পুথগনি হায়রি হায়না খঙহল্লকই। মখোয় অনী ফাওনবা পাউদা বাজেন্দ্রনা মোনিকা হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা অমুক্তং উননবা শীল্লু হায়রকই। রাকেশনা মানা চাক থিনবা চৎপা মতমদা শীল্লগে; হোরেন পূং ১১ গী অদুৱাইদা লৈরিক মোমোরিএলদা লাকপীরো হায়রে। রাজেন্দ্র, হায়নখিবা মতুংইন্না পূং ১১ চপ-চানা লৈরিক মেমোরিএলদা লাক্কুনা রাকেশকা উনরে। মচে মোনিকাদসু রাজেন্দ্র লাক্লে, মপান্দা লৈহৌরে হায়রুরে। মোনিকা, হাইফেৎ পাখৎপগুম তৌই।

তাঞ্জা অমা লাকপা ঙাইবদু ফজনা ফংলে। মোনিকাবু পোকপী চাওবীনা মচা রাকেশতা হায় — "ইবুংঙো! নঙ লাক্লিবঁদা ইমা য়ুমদা অমুক্তং চৎলুখিগে? নবাইসু লাকপা য়াই, ননেসু পূং বারোদা য়ৌরক্কে হায়রম্বনি; নঙ নচেগী মনাক্তা খরা লৈবম্মুকো!" রাকেশ তাঞ্জা ফংবদুদা হারাওনা — "হোয়, হোয়" হায়দুনা মমা চৎহনখ্রে। মমা থোকখিবগা রাকেশনা থোরক্কুনা রাজেন্দ্রবু মচে মোনিকাগী মনাক্তা পুশিনখ্রে। রাজেন্দ্র, মোনিকা উবদা থম্মোয়দু মপান্দা চোংথোরক্কদবগুম তৌরকই। মচানুপা অমা ফংজরবা মোনিকাগী মশক্তু ঙসিনা হেন্না লৈশারিবঁদগী ফজরবগুম রাজেন্দ্রগী মমীত্তা উখি। মোনিকাসু চহী অমগী মতুংদা য়াম্না তাংনা রাজেন্দ্রবু উবদা মীৎলুদগী পিরাং শীঙ্করকই। মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা রাকেশ বাথরুমগী থোঙদু হাংলগা চঙখ্রে।

নাওশুমদা হিপ্লিবা অঙাংগী কাঞ্চলদু রাজেন্দ্রগী মখুৎনা পায়রগা হাংদোকই।

রাজেন্দ্রনা ৱাহৈ অমনা — "মোনি! অঙাংসি কিশ অমুক্তং তৌগেকো!"

ৱাহৈদুনা মোনিকাবু মমায় খুম্লগা কপহনবীরে। রাজেন্দ্রদি পূক্লিংগী ঈথিলদু কনমনখিবনা নোঙ্করগা অঙাংদুগী মখজাইদা নুংশিনা চুপ্লি। মাগী মচিন্না থেংলুবদা অঙাংদু কপথোরক্লে। রাজেন্দ্র, অঙাংদুবু থাঙ্গৎলগা মোনিকাগী তম্পাক্তা থম্বীরে। মোনিকানা হরাওনা অঙাংদু লৌবদা মখোয় অনীগী মখুত্তু হাইফেত্তংদি শোক্লখি।

রাজেন্দ্রনা মানা পুরকপা বেবী শুইটতু বেগতগী লৌথোক্লগা — "সে! অঙাংগী বেবী শুইট অমখক লৈরকপনি। মসিমদি অঙাংসিগী অহানবা ফিজেৎ ওইনা থোনবীয়ুকো! নখোয়গী মী মথং-মথং লাক্লরবদি ৱাথোক ওইদনবা ঐ অমুক থোকখ্রগে? পূন্নমকসে নঙগী নৌপ্পা রাকেসনা নঙ-ঐগী অশেংবা মরী খঙবীবদগী তাঞ্জাসি ফংবনি। নখোয়গী বীজেন্দি মাগী হান্নগী দিপার্টিমেন্টতা অদুম লৈরিবা নৎত্রা"?

মোনিকা, করিমত্তা খুমদে। রাজেন্না চৎলগে হায়না হৌগৎলকপগা মোনিকা ৱাহৈ অমখক ফোঙদোরকই — "হংচিৎ অঙাংগী ষষ্টিগী চাক অমা শীল্লিবসিদদি চাবা য়াওরগা চৎপিখ্রবদি নুংঙাইজগদবা!"

— "ঐ তাঞ্জা য়েংগে? নঙগী মায়থোঙদুনা নঙ নুংঙাইনা লৈরি হায়বসি উবা ফংবদা ঐ য়াম্না নুংঙাই। নঙনা নুংঙাইবা পুন্সি অমদা লেনবসিনি ঐগী অপেনবা! ঐ চৎলগে"?

ৱারী লোইহবগা রাকেশ বাথরুমদগী থোঙ হাংলগা থোরক্লে।

রাজেন্দ্র, মোনিকানা লৈরিবা হোসপিটালগী কাদুদগী থোরক্লে। মোনিকা, রাজেন্দ্র থোকখ্রবা তুংদা চহী অমগী মমাঙদা মাগী লুহোংবা হয়েংনি হায়বা নুমিৎকী অহীংদা রাজেন্দ্রগা মাগা অরোইবা ওইনা উনরিঙৈদা ইমুংগী মীনা ফারগা লৈকায় খঙহন্দনা লোইশিনখিবা ঘটনাদুগী ৱারীদু মথং-মথং নীংশিংলকই। রাজেন্দ্রনা নুংশিনা চুপ্লিরম্বা মচানুপাদু হয়েং চাউরগা রাজেন্দ্রগী মশক মাল্লকদ্রা হায়না মুন্না য়েংলগা লৈহৌরে।

তাং ১১/১২/২০০৬

# পূন্সিগী মরুমদা

হেমা, শুনাবগী চৈনাখোল খাঙবা ঙল্লক্তদুনা কন্না নাহেরি। য়ুম্লোন্নবা দাইরেক্তর গৌরোগী য়ুমদনা মচানুপী স্নাথোই লুহোংবগী লাংলি। চহী তরুক্লোমগী মমাঙগী ৱারীনি। হেমা অমদি স্নাথোই, ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকপী য়াম্না লুনসু তিন্নরকপী মমান্নবীনি। টুৱেলফকী পরিক্ষা লোইরগা মেদিকেল এন্ট্রান্স টেস্ট য়াওননবা ট্যুসন চত্তুনা কন্না হোৎনৈ। মমাঙগী চহীদা মেদিকেলগী সেলেক্সন ফংখিবা রিমসতা এম বী বী এস ফার্স্ট ইয়ার তম্লিবা উতমগা হেমাগী মবুং শরতকা তিন্নবদুদা কোইনদদুনা শরত উতমদগী মাগী মমাঙগী পরিক্ষাদা নৈনখিবা ক্বোইসন অম্সার ময়াম অমা লৌবা লাকই। উতম, সরতকা তিন্নবদা নত্তুনা মচননুপী হেমাবুসু পাম্মী। হেমানসু উতম্বু পাম্মী। মখোয় অনী নুংশি মরী লৈনরে। মবুং শরতসু খঙন-খঙনা খঙশিন্নদবা শাদুনা উতমগা অদুম লোয়নৈ।

তোয়না য়ুমদা লাক্তুনা চাক ফাওবা কয়ারক চামিন্নবা য়াওখ্রে। মদুনসু হেমাগা উতমগা হেন্না নকশিন্নবগী মরম ওইহল্লি। উতমগা শরতকা তিন্নবসিদা নবকান্তসু য়াওশিল্লক্তুনা মখোয় অহুম পুনবা হৌরে। উতমগা হেমাগা অচেৎপা মরী লৈনরে হায়বসি নবাকান্তসু খঙলে। নবকান্তনসু হেমাবুদি য়াম্না পামজে। অদুবু মতাং মতম চাদবনা ফোঙদোকপসু য়াদবগা উতমগী মতেং পাংবা ওইনা লোইনৈ। হেমাদি ইৱাং খরা তৌরিঙৈদা লাইরিক হোৎনবা ৱাৎখিবনা মেদিকেল এন্ট্রান্স খনবা ঙমহৌদ্রে। মাগা লুনা তিন্নবী য়ুম্লোন্নবী স্নাথোইদি সেলেক্সন ফংদুনা ডাক্তর তম্বা হৌখ্রে। উতম, মাগী স্টদিদা পূক্নিং চংখিবদগী মাগী হান্নগী মরুপশিং তিন্নবা থাদোকখ্রে। স্নাথোইসু রিমসতা ফার্স্ট ইয়ার তমদুনা থৱায় য়াওনা হোৎনবা হৌখ্রে।

মপাং কায়নরবী হেমা স্নাথোইনা ডাক্তর তমখ্রবা মতুংদা জেনেরেল লাইন্দা বী এস সি ওইনা তম্লে। মাবু পামজবা উতমগা তিন্নবা নবকান্ত মরুক-মরক্তা হেমাগী কলেজদা লাক্তুনা উতমগী পাউ তম্লে। শেম-শাবা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নদুনা হেমাবু

থাজহল্লি। উতন্না পীরকপনি হায়রগা ফুরিৎ, সলৱার কম্মিজ ফজ-ফজবা লৈরগা থোল্লি। উতমদি স্টদিদা পূক্লিং চংখিবদগী হেমাবু খরা কাউরে।

নবকান্তা, মতমসিদা লাইরিক তম্বা তোক্লগা থীকাগী, সপ্লাইগী থবক তৌদুনা পৈশা ফজনা পায়রে।

কোলকটা, দিল্লি চত্তুনা সপ্লাইগী পোৎ লৈরুই। পৈশা নৌনা পায়রকপগী হৌনবা কোলকটা, দিল্লিদা ফাইভ স্টার হোটেলদা লৈদুনা মশক ফজবী নুপী কয়া লোয়নবা হৈরে। মদুমক্না ফত্তবা মতমগী লায়না শন্দোরক্কনি হায়বদি খলহৌদ্রে। শোমদা মণিপুরদা হল্লক্লগা হেমাবু মাগী নুপী ওইনা লৌরগে হায়বগী ৱাখল হান্নদগী হেনগৎলকই।

নোংমা কলেজদা হেমাগী মনাক্তা লাক্লগা উতন্না পীরকপনি হায়দুনা হেমাগী নাপ চাগদবা নুপীগী ব্রা অমা লৈরগা নীংথিনা পেক তৌরগা চিঠি অমগা পুন্না পীরম্মী। য়ুম য়ৌরকপগা হেমা, উতমনা পীরকপনি হায়বা পেকেটতু হাংদোকই। য়াম্না ঙকপদি পোৎশক্তু নুপীশিংদা নুপাশিংনা লৈরগা পীনদবা পোৎশক ওইরম্বদুনি। ওম্ভোক্না মঙাও থিখ্রেদা, খল্লগা লিৎলগা য়েংবদা চপ্পু চারে। কদাইদগী নাপ্পু লৌরগা লৈরকপনো, ওম্ভোক্না হৈনা লৈরকখ্রেদা খল্লি। চিঠিদু অমুক হাংদোক্লগা পাই। য়াম্না শাংদবা চিঠিনি — "হোরেন নুমিদাং পুং ১১ দা পুখ্রি মপান্দা লৈরম্মু"। অসি খক্তনি। হেমানা খল্লি, — "করিগীনো মানা মতাং ইচা-চাদনা অসিগুম্বা ঈথক হৌগদবা পোৎশক অমা প্রজেন্ট তৌরক্লিবা! মাগীসিবু ঐগী অরোন-অথুপকী পোৎশক্তা মানা হেন্না মিতারকপগীরা? ঐবু হোরেন নুমিদাং মানা পুখ্রি মপান্দা থোরকউ হায়রিবসিবু য়াসিরা? পাম্মুবনা উননীংই হায়রিবনিনা থোকপদি তারেদনা"!

হেমা, নুমিদাংগী চাক চারে। মশাদু লৈফম খঙদ্রে। পুং ১১ তারকপদা উতমগী ৱাখলদা ঙাওদুনা থোক্লকই। নবকান্তা, মকোক্তা তৱেল অমনা কুপ্পগা উতম শাদুনা মখোল থোক্তনা শ্বরনা ঙাংবা ৱাহৈদা — "কদাই, ঐনা পামজনা পীজখিবা খুদোলপোৎতু নঙ লিৎলব্রা"?

— "লিৎলে"।

— "অদুদি ঐ টোর্চলাইট মচাসি কাপ্লগা পকচব্রা অমুক্তা য়েংগেদনা"?

— "তল্লি, কৈশু! মদুগী মতম য়াম্না ৱাৎলি, অদোমগী ডাক্তর তম্বদু হান্না অমুক্তা লোইশিনবীরকখো!"

— "ডাক্তর তম্বসু লোইগনি। অদুগা, ঐখোয় অনী তোয়না উনবসু ফংদবনিনা ঙসি ঐগী অপাম্বদু অমুক্তদি য়েংখিগে কৈদৌবগে"?

— "অস! ঐদি মীৎ পাংবা ঙমজরোই"।

— "নঙনা নমীৎ অনীমক উইশিল্লিঙেদা য়াম্না থুনা য়েংহৌগে"?

পঙথরকপা মতাং থোক্লুরমাল্লে। হেমা, নবকান্তবু মাগী থম্মোয়গী উতন্নি খন্দুনা নুপানা পামজবা পোৎ অমা উহল্লুবদা নুপী ওইবীগী তাংনা থমজবা ইজ্জৎকী লৈতেং পূম্বা মশক থীহনবীরম্লে।

নুপী ওইবীগী অপঙবা রাখলদগী ঙসিদি হেমাগা নবকান্তগা লুহোংদুনা মচানুপা অমা লৈরে। মতমগী মতুংইন্না নবকান্ত এইদসকী চৈথেং কন্না লাক্লে। হেমাসু নবকান্তগী লাংদা থুরুব্দগী এইদস পক্লে। মচাসু লায়নাদুনা নাবা হৌরে। খরা লৈরগা নবকান্ত শিরে। হেমাসু মপামদা মচা পুরগা হল্লক্লে। মাসু ঙসি-হয়েং তম্বা ঙমদ্রে।

হৌখিবা পূন্সিগী থৌদোক কয়াগী মতুংদা উতন্নসু হেমাবু থম্মোয় চেক্তবীগুম খনবীখ্রে। ঙসিদি উতম ডাক্তর ওইদুনা রিমসতা থবক চংলে। স্নাথোইসু ডাক্তর তম্বা লোইরে। মখোয় অনী মশা-মশা য়ানবগা লোইননা অহল মশেনসু য়ানরে। লুহোংবগী মতম লেপ্লে। ঙসি উতমগা স্নাথোইগা লুহোংবা নুমিৎনি। নুপা পালা হৌদুনা রাগ তারবা তুংদা বব থুংলরে। মরক থৎনা য়ুম্লোন্নবদা অনাবা নুংঙাইতবা য়াওরে, লুহোংবা খরা থুজিনবীয়ু হায়ররে। বর তনথোক-থোক্তুনা, কৈন্যা পুথোরক্লগা লৈ কোয়বা লোইদুনা লৈপরেং হুক্লরে। বর-কৈন্যা অনীমক ইমুংদা চঙখ্রে। বর থোরকপগা নুপা পালা লোইরে। য়ুম্লোন্নবা ইমুংদা কপ্পবা মখোল তারকই। ফনমক নিয়ম্না য়াদ্রবসু উতম, মতম অমগী মরুপকী মচল, মাগী নুংশিবী হেমাবু অমুক্তং উনীংমন্দুনা শরতখোয়গী ইমুংদা কোইয়েৎকা কবিগা চংখ্রে। মানা হেমাগী খুদাংগী মিহুল পায়দুনা য়েংলুবদা হেমানদি মাবু ঙাইবা ঙম্লমদ্রে। উতম, পূন্সিগী ইনখৎলকপা মতমগী থৌদোক মথং-মথং নীংশিংলুরগা মীৎলুদা পিবাং শীঙ্করকপদু ইন্নফি মচিদা তৈথোক্লগা থোরকই। ঙাইহাক লৈরগদি মৌ থিনবা চংখ্রে।

তাং ২৮/৪/২০০৬

# শকখঙনরুবা

অয়ুক্কী পূং নিপাল্লোম তারক্নে। প্রিতম গ্যাস লৌনবা কিউ লেপ্পা য়াওরি। য়ুমদসু লৈখিদ্রবা মপাবুংগী শোরাৎকী লাংহৌরি। মচন্নুপী অমসু পরিক্ষা চৎকদবগী ঙাইহৌরি। মানা লেপ্লিবা মফমদু মী য়াম্বেরোমগী মতুংদনি। মাগী মতুংদসু মী নিফুম্নক নৌনা লাকপশিং লেপ্লি। নুপীগী পরেংদদি মী মঙা তরুকখক্তমক লেপ্লি। প্রিতম য়ুমদা মচন্নুপী পরিক্ষাগী থিনগদবা লৈহৌবদুনা পাখৎপা হৌরকই। মাগী লেপফমদু থংনবা অমদা শিন্নরম্লগা নুপী মঙা-তরুক লেপ্লিবা কাউন্টরদুদা চংশিনখ্রে। চহী নিফুগী লোন ওইগদবী নুপী অমদা হায়রুরে। — “ইমা! ঐবু মাঙদসু মী য়াম্বেমুক লৈরি, অঙাং পরিক্ষা চৎকদবা অমসু য়ুমদা ঙাইহৌরি; ঙসিসি তাঞ্জা অমা ইচা-চাদ্রে, য়ারগদি ইমানা ঐগী সিমখক্তা রিসিপ্ত ককপা খরা য়াওবীবা য়াগদ্রা”?

— “য়ারোই ইবুংঙো! মীনা য়েৎলক্কনি; থবক লৈরবদি ঙসাই ঙন্তা লাক্লগা লেপ্লবা য়াদ্রা”?

প্রিতম, ইকায়-ইকায়না হন্দোরকই। মাগী লেপফমদা থম্লম্বা গ্যাস সিলিন্দরদু থাংলগা মাগী স্কুটর মথক্তা হাপকৎলগা গ্যাস লৌদনা হন্নবা থৌরাং তৌরে। ঙসাই নুপীদুগী মতুংদা ভানু গ্যাসকী কিউ লেপ্পা য়াওরি। প্রিতমগী চমজবা মতৌদুদা নুংঙাইত্রমাল্লে, মাগী লেপফমদগী থোরক্লগা প্রিতম্বু তান্নরগা — “তাম্মে! তামোগী রিসিপ্তু ঐ ককচরক্কে” হায়রুরে।

— “হা! ইচন্না ককপীবা নুংঙাইগদ্রনে? ঐদি অঙাং পরিক্ষা থিনগদবা লৈহৌবদুদা নংলরোইদ্রা চিংনদুনা চৎলসিরা খল্লুরবনি”।

পৈশাগা গ্যাস কার্দ তুগা লৌরগা মাগী লেপফমদা চংলক্তুনা প্রিতমগী রিসিপ্তু ককপীরে।

মী ময়াম্না লাউনরকই — “কিউ থুগায়রগা মীগী রিসিপ্ত ককপা য়ানরোইসি”। ভানুদু মমায় পুবা ঙমদনা ঙাংশিল্লকই। মাগী কিউদুনা প্রিতমগী ককখ্রবনিনা মাগীনা

মতুংদা অমুক নৌনা লেপ্লগা কক্লবা পরেং লেংবা য়াওবা হৌরে। প্রিতম, ভানুবু থাগৎলম্লগা পূক্লিং নুংঙাইনা গ্যাস লৌরগা হল্লকখি। মাগী মচন্নুপী পরিক্ষা থিনবসু কায়দ্রে।

মহাক নোংম নৎত্রগা নোংমদি ভানুগী মতেং অমুক্তংদি পাংগে খল্লি। অদুবু ভানুগী মিং, য়ুম্লাক, লৈফমদি হংহৌদে। নুমিৎ তরানিরোম হৌখ্রবা তুংদা নোংমা কালিমাই মনাক্তা রেলবে রিজার্ভেসন কাউন্টরদা ভানু, চেন্নাই চৎনবা টিকেৎ ককপগী কিউ অমুক লেপ্লম্লে। প্রিতমসু বেঙ্গলর চৎনবা টিকেৎ ককপা লাকই। হান্না অমুক উন্নখিবদুদা মখোয় অনী অমনা অমবু উবদা নোক্লে! প্রিতম্না হান্না কৌই — "আই মেম্মা! ঙসিসু অমুক থেংনরে। করি লম চৎনবা টিকেৎ কক্লম্বনো"?

— "তামো ঐ চেন্নাই চৎচগে তৌবনি"।

— "ও! তাং কয়াগীনো"?

— "তাং মঙা, য়ুমশকৈশা নুমিৎকিনি"।

— "অদুদি ঐসু য়ুমশকৈশা নুমিত্তা বেঙ্গলর চৎনবা টিকেৎ কক্কে লাকপনি ঙসিসু কিউসি ফনা ফজরি"।

— "অদু তামো! ঐ ককচরকও হায়ব্রা"?

— "খঙদ্রেদা! ইচলগী লমন মথং-মথং পাঙতোন-তোনশিনদৌরিব্রা কৈনো"?

— "মী কয়া চৎপীগদবনো"?

— "ঐখোয় মরিনি, নুপী অনীগা নুপা অনীগা"।

— "ও, ও! ঐ কক্লক্লগে, বোগীবু পুনগদবা মাল্লি"।

— "অদু, ইচনগীনা মী কয়া চৎকদবা"?

— "ঐখোয় অনীখক্তনি, ইমান্নবীসিগা!"

প্রিতম্না ঙসিসু পৈশা পীরগা ভানুনা মাগী কাঙবুগী টিকেৎসু ককপীরে। টিকেৎ ফংলবনিনা মমিং মথা হংনবা হৌরকই।

— 'ইচনগী মিংদু নহানমুকসু ফরক তাদুনা হংহৌদ্রে; করি কৌবনো, লৈকায়না কবি লৈকায়দৈনো"?

— "তামো! ঐহাক শ্বাইজম লৈরক্তগীনি, মিংদি ভানু কৌই"।

— "বাবা, ইমাগী মিংদি"?

— "বাবাদি হন্দক্তা শেনখায়গী মতাংদা চয়েৎনবা খরা লৈবদগী নোংমৈনা কাপ্লগা হাৎখিবা এদিসনেল চিফ ইঞ্জিনীয়ার ওইরম্বা ব্রজগোপাল হায়বদুনি। বাবাগী শোরাৎ কর্ম্ম য়াওরিঙৈদা থা অমগামখায় হৌখ্রবনি"।

— "অস! মণিপুরগী ঘটনা ময়ামশিংসে থোকহন্দবা য়াবা মক্তনি; মসিবু কনানা থিংবীগনি? ঐ ভাব তাদ্রে। অসিগুম্বা নুংঙাইতবা পাউ তাবসিদনি ফোবেন কন্ত্রিদা চংখ্রসিরা খল্লক্লিবা? ইচিল-ইনাওদি কয়ানো"?

— "ঐগীদি ইবুং-ইপ্পা অমত্তা য়াওদে, ইনাও নুপী অহুম লৈ; ঐনা খ্বাইগী অহন্নি। ইমানা কলেজগী ওজা ওইবনি। ইমাসু পেন্সন নকশিল্লক্রে"। ঋহৈ খরদু হায়বদা ভানু মীৎলু পিরাং পিবোইনরকই।

— "ইচন্দি হৌজিক চেন্নাইদা কবি হোৎনরিবা"?

— "তাম্মো! ঐহাক ইনভাইবনমেন্টেল সাইন্সতা মাস্টর তৌজরি। অদু তামোদি"?

— "ঐসু ইচনগী ঋরীগা হাইফেৎ মান্নে। ঐ ক্বা কৈথেন্দগীনি। ঐগী মিং প্রিতম কৌই। ঐখোয় বাবাদু হন্দক ইস্কোনগী বোম পোকখায়বদা লৈখিদবনি। ঐসু বাবা লৈখিদবগী মথৌ-মঙম পাঙথোকপা য়াওবা লাকপদগী অসুম শাংথখিদুনা থা অনীবোম হৌখ্রে। ইনাও অমগা ইচল অমগা, ইমাগা ঐখোয় মরিদা ঙাইরে। ঐহাক বেঙ্গলরদা কম্পনি অমদা ইঞ্জিনীয়র ওইনা থবক চংলে"।

— "আ.. ইনম্মদি"?

— "হাযববু ইকায়বা ঋানি - ননম্মদি লৈত্রি ..."।

— "ও। অদুদি তাম্মো! ঐখোয়গীদা চংলুখিসি, ইমাগা শক খঙনরুসি"?

— "ঙসিদি থবক অথুবা অমা লৈরে, নোংমা শোয়দনা ইমা পুবগা লাক্কে! কায়নরসি"।

তাং ৫/১/২০০৭

# মতমগী লায়না

ডাক্তর মেম্মা, মমিং য়াম্না চৎপী গাইনিগী ডাক্তর ওইরে। মণিপুরদা ডাক্তর মেম্মগী মিং খঙদবা মী পঙলৈ লৈত্রে হায়বা য়ারে। মহাক্না নুপী ডাক্তরশিংগী মরক্তা অঙাং উনবগী মতাংসিমদি খঙ-হৈবদা মপা লৈত্রে হায়বা য়ারবনি। অদুবু মীওইবদা য়াওবা নাপনগী লায়না হায়বা পোৎশকসিমদি মঙোন্দসু মীয়াম্না তোয়না থাগৎলবনিনা হীরমসিদা হৈবসি মা মতোমতা ঙায়রবোই খল্লকই। লায়েংবগী ফী হান্না লুপা য়াখ্রে লৌরম্বদগী লুপা চাম্মদা হেনগৎলকই; মশাগী ইমুংগী ফার্মাসি লিংখৎলকই। ডাক্তর মেম্মগী মপুরোইবা বীজয়সু ডাক্তরনি। ডাক্তর বীজয়দি পেথোলোজিগী ডাক্তর ওইবনা লায়েংবা য়াওদে। মেম্মগা বীজয়গা য়েংনরুরবদি বীজয়বুদি মীনা ডাক্তরনি হায়বা ফাওবা খঙবীদে।

অসুন্না মীয়াম্না পান্নরম্বী ডাক্তর মেম্মা লায়েংবদা থৱায় য়াওরম্বদগী পৈশা তানবরোমদা হেন্না মীৎয়েং চংলকই। হান্নদি যাম্না চন্না য়ুম মচা অমদা লৈরগা শঙ্গোয়দা লায়েংফম কা অমা সেম্লগা য়েংলম্মী। মতমদুদনি মানা মমিং য়াম্না চৎখিবসি। মীনা য়ুমদা লাকপীয়ু হায়রবসু অদুম চৎলম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মীনা কৌরবসু চৎখিদ্রে। য়ুমসু পৈশা পায়রবনিনা ইংখোল অনৌবা অমা শড়ক ময়াদা লৈরগা দলান মথোল অহুমগী টাইল নপ্লগা পৈশা চঙনা শাদুনা লৈরে। লায়েংফমসু য়াম্না নাম্না পৈশা চঙনা শেম্লে। হান্না কাইনেটিক হোন্দা অমা তোংলগা চৎলম্বদু মারুটি জেন অমা লৈরগা তোংলে। লম্বীদা খঙন-চান্নবা থেংনবদা মীশক য়েংলগা কৌবা হৌরে। হান্না মীকৌ-লাক্কৌ ফজে ঙাংনরম্বদু ঙম্না থাদোকখ্রে। মহাক রাজনিতিগী ৱাগসু খরা-খরা ঙাংবা হৌরক্লে। মঙোন্দা ভোৎ লেপ্লু হায়না ইনশিনবীবা মী য়াওরমগদবা মাল্লি। হন্দক মরকসি মীনা মাগী মরমদা তোযনা ঙাংনবা য়াওরে — "ডাক্তর মেম্মসিবু মহৌশাগা ইমান-মান্নদ্রে; পোঙবা চাউবগুম্বা অমা ইতৌ-তৌরে; হিদাক লৈবা, ওপরেসনগী চঙগদবা মচাক লৈবদা মানা চলাইরিবা ফার্মাসিদগী

লৈয়ু; ওপরেসনগী চঙগদবা মচাকসু হেন্না ইশিনবা য়াওরে; অসিনচিংবা"। মানা অসুন্না তৌবসি মী অতৈনা করিসু খল্লম্লোই হায়না খঞ্জরগসু মণিপুরদি অপিকপা লমনিনা লোইনা তায়, লোইনা খঙই। মানা নিয়মগী ৱাংমদা ৱাখল খল্লগা পৈশা হেন্না তাল্লে হায়বসি মতমগী পার্সেন্টেজ চাবা কাঙ্কুনসু পাউ ফংলে। নোংমা নোংমৈ উত্তুনা মাগী চেম্বরদা থাগী ইনকমগী হিসাব বয় পুথোরকউ হায়ররে। ফন-কন্না খাঙবনি, অদুবু পাউদুনা চুন্না লৌরগা হংলকপদুদা লোৎপা য়ারক্রে। ৱাংখৈদগী নুপী অমা অঙাং উনবদা চঙখিবা হিসাব; মাগী ফার্মাসিদগী ওপরেসনগী মচাক লৈদবা য়ারোই হায়খিবা; ওপরেসনগী লৌখিবা পৈশাগী হিসাব য়াওনা উৎলকপদুদা ডাক্তর মেম্মা মরাল য়াজবা তারে। মতুং তৌজররোই হায়না খবরদা শেংদোকউ হায়রে। মদুদদি তৌবীগনু মাগী ইজ্জৎ শোকই পৈশা কয়ানো পীজরগে হায়রে। পার্সেন্টেজ পানদুনা মানা তানখিবা পৈশাগী ৫০% দি পীখ্রে। অদুবু ডাক্তর মেম্মা, হনবা লৈতনা সংস্থান অমগা পৈশা পীনরগা য়ানবা লৈখিবদুনা অতৈদি লাক্লরোই খনবদগী হান্নগী থবক্তু অমুক হঞ্জিন্দুনা অদুম তৌই। অতোপ্পা সংসথান অমসু ডাক্তর মেম্মনা ওপরেসন তৌখিবা ইমুংগী নুপী অমগী হিসাব বয় পুরগা দিমান্দ তৌররে। ডাক্তর মেম্মা, মণিপুরগী ৱাংমদা বেঙ্গলরগুম্বদা চৎলশিরা খল্লকই। অদুবু মণিপুরগী ৱাংমদা চৎপা তারবসু পৈশা য়াম্না তাল্লগা ফ্লেট লৈবা তাবনা পৈশা তানবদি লেপ্পা য়াদে খল্লি। ঙা য়াম্না লৈবা লৌবুক্তা লৌ মপুনা লু থুমদুনা ঙা য়াম্না চংলবসু লম্বীদা মাবু ঙম্বা মীনা ঙাদু মুলহৌরবদি অহীং হৌগৎতুনা লু কাইরুবগী কৰি কান্নরি। অদুবু ডাক্তর মেম্মনা হন্দক মরক খ্বাইদগী পামজবসি মাবু মণিপুরগী মশক নাইবা মীনা লম্বী শড়ক্তা ব্যবহার তৌনা কৌরকপসিনি। মহাক মহৌশা অঙাং ওইরিঙৈদা লুনা তিন্নরকপা ফম চাউহৌদ্রবা মরুপ-মপাং মশক খঙলবসু তিন্ননীংদ্রে; উরবসু উশিন্নদ্রে।

ডাক্তর মেম্মগা টিজিদা ক্লাস তেন ফাওবা তম্মিন্নরকখিবী, নুংতিগী মখোয় অনী হৌনরগা হঙ্গামপাল মচুগী সুৎ অমমম শেৎলগা সাইকল অমমম তোংলগা স্কুল চৎমিন্নখিবী সখিদি ঙসি ফাওবদা প্রাইমারি স্কুল অমগী হেদ মিস্ট্রেস ওইবদগী হেন্দ্রে। ওজা সখিদি ঙসি ফাওবদা মহৌশাগী স্কুল তল্লিঙৈগী নিতিদু হোংদ্রি। স্কুল চৎপসু নুংতিগী সাইকল অমা তোংলগা চৎলি। য়াম্না চন্না পূল্সি লেল্লি। মঙোন্দদি শেনখায়গী নোংমৈ পায়বা মীসু নোংমতা লাক্তে। মানা কিজবা হায়ববু লম্বীদা নোংমৈ পায়বনা পৈশা পায়বা মী তান্নরকপদা মখোয়গী নোংমৈ মরুনা শোয়দুনা

মঙোন্দা পানগদ্রা নৎত্রগা দুকান অচৌবদা পোৎ লৈরিঁঙৈদা পৈশা দিমান্দ পীদবগী হেন্দগ্রেনেৎ লংশিল্লকপদা পানগদ্রা হায়বসিনি। সখিসু মনুংদদি পৈশা খরদি লোন্না পায়রবজাৎনি।

নোংমা ওজা সখিনা সাইকল তোংলগা স্কুল কুন্নকপদা মহৌশাগী মমান্নবী ডাক্তর মেম্মবু কার অমদা চৎলিঁঙৈদা উরুরে। সখিনা ডাক্তর মেম্মবু কৌনীংলকই। তাঞ্জাদুদা ডাক্তর বোরথাকুর মায়োক্নবা নাকল অমরোমদগী লাকই। ডাক্তর মেম্মা কার খাম্লগা ডাক্তর বোরথাকুরগা ৱারী শানৈ। ওজা সখি চংশিল্লক্তুনা মেম্মবু কৌগে খঞ্জরুই। মাগী মতৌদু উবদা ডাক্তর মেম্মা সখিনা কৌরক্ত্রিঁঙৈদা চৎহৌরগে খল্লকই। — "ডাক্তর! কোন্না অমুক উনরসি! ঐ থবক অমা লৈহৌরে" হায়রগা সখিবু হন্না য়েংলমদনা চৎখ্রে। ওজা সখি ৱাখল নুংঙাইতনা লৈহৌরে। মাগী সাইকলদু তোংলগা য়ুম য়ৌরকই। নুমিত্তু মহাক থবক অমত্তা তৌফম খঙদে; খোইদৌ শাওগৎলগা ৱানা লেল্লি। পূক্লিংদা কার অমদি লৈরগা থৌগে; মদু ডাক্তর মেম্মগী মমাঙদা লেন্নগে খল্লি। ইমুংগী নুপা অমদি মচাশিংগা তান্নবদা লোইনা হরাউরে। থা অমগী মনুংদা ওজা সখি ডাক্তর মেম্মগী কারগা চপ মান্নবা মোদেল অমদি মচু খল্লগা লৈরে। কোইরেঙ্গৈ তানা নুংতিগী মচাশিংগা চত্তুনা কার থৌবা তম্মী। থা অনী-অহুম চঙনা তম্বদগী মহাক কার থৌবা ফজনা হৈরে। ওজা সখি, ডাক্তর মেম্মনা উগদবা মফমদা তোয়না কার থৌরগা চৎলি। মাগী কারদু মমাঙ অমদি মনীংদা পম্পর অমমম থেংজিন্নবদা শোক্তনবা হাপ্পী।

নোংমদি ডাক্তর মেম্মা, মাগী কারদু খরা কন্না থৌরগা ওপরেসন অরুবা অমা নংনবা লাকই। ওজা সখিসু ডাক্তর মেম্মা উবদগী কার কন্না থৌরগা মতুংদা তান্নরকই। পোস্ট ওফিসকী ক্রোশিংদা ট্রাফিক পুলিসনা খংখাম খাম্লকপদা মেম্মগী কাবদু ব্রেক খংফা ফায়। তুংদা কন্না থৌরকপা ওজা সখিগী কারনা ডাক্তর মেম্মগী কারদা থেংলগা ঈনবদা মেম্মগী কারদু মনীংদা থীনা কোপ্লে। শাওমনখিদুনা ডাক্তর মেম্মা কারদগী কুমথরগা ওজা সখিদা ইংরেজি লোল্লগা চৈ। ওজা সখিসু কারদগী কুমথরগা ইংরেজি লোন্দা খৎনৈ। মখোয় অনীনা খৎনবদা ট্রাফিক পুলিসনা কন্ট্রোল তৌবা ঙমদবদগী গাড়ী ময়ামদু লুহোংবগী গাড়ীনা ট্রাফিক জাম ওইবগুম পরেং লেংদুনা লৈরে।

কোন্নথংদা শাওবা য়াবা শাওনরুরবা তুংদা উপাই লৈরক্ত্রদুনা মখোয় অনীমক তপথনরে। মৈতৈলোন্দা ওইনা ঙাংনরক্লে।

সখি, — "ডাক্তর মেম্মা! নঙ তশেংনা ঐবু শক খঙদব্রা? ঙসিদি ঐনা তোংলিবা কারসিগা নঙগী কারগা য়েংনবদা কন্নানা মমল হেনগনি? নঙগী কারসি ঐগী কারনা থেংবদগী কোপ্লে। ঐদি মসি মমাঙদা ওইনা থেংনীংলম্বনি। অদুবু মনীংদা ওইনা থেংখ্রে। বাই বাই"।

তাং ৩/১০/২০০৭

# লাইবক

— "থোইবী, থোইবী! তারিব্রা নঙবো? তূম্বা ফবসিনঅবা! ফমুংদা হেক তাবগা গোরো-গোরো হেক্তা তৌবা! ঐনা মরোল অমা ইচাশিংগী খনবদা ৱারিবা, নঙদি করিমত্তা খন্দমাল্লে। ইচাশিংসে ঐখোয় অনীগী মতৌ লৌরবদি লোইনা মাঙবা তারে। নঙসু খঙলেদনা! ঐগা পিশক-পিক্লিঙৈদা লাইরিক তম্মিন্নখিবা তোল্লপিশক্তো, ঙসিদি মহাক ইম্ফালদা কোর্টকী জর্জ সাহেব ওইখ্রেদনা! ময়ুম-মকৈনা কয়াদা লুনা-নান্না শারগা লৈহৌরিবা! নহান ঐ মাগী লুহোংবা য়াওগনি চৎলগা য়াওদনা হল্লকখিবদো নঙসু খঙইদনা! মাগী মমান্নবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা, ফম চাউরবা ওফিসার, উকিল ময়াম মরক্তুদা লৌমী ঐনা তরক-তরক য়াওগদৌরিনো খল্লুবদা ইকায়রকপদগী হল্লকখিবনি। মদু ইচাশিংগী মফমদদি অমুক হন্না থোকহন্নীংদে। ঐ হৌজিক্তদা নীংঙল্লক্রে। মানা ঐবু মেত্রিক পাশ তৌবা চহীদুদা ইম্ফালদা চৎলগা দি এম কলেজদা মখা তম্লুসি হায়না কন্না হৌরম্বনি। অদুবু ঐনা নঙবু থাদোক্কনি খল্লুবদা পাম্মুবনা হেনমনখিবদগী তোকখিবনি। মাগা ঐগসে ঐনা লাইরিক ফবসু হেল্লকপনি। অদুবু ঙসিদি মদু নীংশিংলুবগী কান্নবসু লৈত্রে। ঐগা নঙগদি ইনখৎলকপা মতমগী ইবাংদা কন্না তাউখিবদগী ঙসিদি চহী কুম্থ্রাদা ইচা অহুম শুরেদো। মাদি লুহোংবদা ঙাইহৌরি।

অদু, হংচিৎ লিংগদবা লৌফমদু হয়েং উকায় তক্কদবনি। ষণ অনীসিসু মঙ্গেবীসে নহান লোঙ্গুন্না মখোঙদা খজিক্তং শোকখিবদগী মখোঙসি শেকই। হয়িং ইনবদুদা মকৈনা ঙাইহাক লৈতনা লেকপসি উবদা নুংঙাইতে। হয়েংদি নঙনা হৌজিকসু পুখ্রিদগী ঈলদা লাকপা কম্মন কাপ্তো নখোয়গী ইমানা ঙসাই পীরম্বা দশকুশতুগা খরা হাউনা থোংলগা থিল্লকউকো! নখোয়গী নপামদগী লৌ লিংবা লাক্কনি হায়বদুনা মখোয় কয়ানো? হৈথা-পোৎথাসু লৈত্রি। অদুগনে, অঙাং অনীদো স্কুল ফজনা চৎহল্লম্মুকো! ঙরাংসু নাওশেক ফাবা, থরোই খুনবা চৎলিঙৈদা স্কুল চত্ত্রে হায়। নঙ অমা নচা শেম্বা হৈরোইদৌরি! থোইবা, হৌখিবা পুক্নিগী নীংঙমহৌদ্রবা থৌদোকশিং মথং-মথং নীংশিংলুরগা তূম্বা য়াদনা চবেং-চবেং ঙাংদুনা লৈবি।

থোইবী, শাওরংননা, — "করিনো, তূমগে হায়দনা অসুম ঙাংদুনা লৈরিবসিবো? পুংসে বারো তারম্লগনি। হয়েং নোং ঙাল্লগা ঙাংনবা য়াবসিবু!"

— "নোং ঙাল্লগা ঐখোয় অনীবু উনবগী মতম ফংব্রনে"?

— "অদুবু তূম্মোবা!" অসি হায়রগা থোইবীদু অমুক নাখোক্তুনা তূমথখ্রে।

মাসু নুংথিল লৌ লিংলুবগা, ইমুংগী কুপনোম ময়াম অমা হোৎনবগা ৱাজরবনি। অদুগী মথক্তা মচা অহুমগী চরা ৱান্নবা, খরা চাউবা অনীগী স্কুল চৎনবা, পূন্নমকসি মীরোল লৈজদবনিনা মানা লোইনা হোৎনজরিবনি। থোইবীনা তাদ্রবসু থোইবদি ফন্না কুইনা ঙাংদুনা লৈহৌরে। ৱারমাক্লে, মাসু ৱাখল খন্না-খন্না তূমথখ্রে। মখোয়গী খুঙ্গংগী মাইক লোইবা ইবোবীনা নুংতিগী নোংঙাল্লমদাইদা হৌগৎলগা লৌমীশিং হৌদোকপা ওইনা নোংমাইথেম পাহাড়ীনা শক্লম্বা "লৌরাং শুবা য়াম্বখোয়, হৌরো নোংঙাল্লে" হায়বা রেকোর্দকী ঈশৈদু হেক্তা খোংলকই। মদু তাবদা লৌরাং শুবা অয়াম্বা মতম চানা হৌগৎনদুনা লৌবুক মায়কৈ পাংনখি। থোইবসু ঈশৈদু তাবদা হৌগৎলগা মাগী নুপীদা তাক্লমদনা মাগা তূম্নিন্নরিবা মচা অনীবু ফৈজুপ নীংথিনা শুপ্পীরম্লগা যণ জুরা অনীদু পোৎপু পানশিল্লগা যণগী মতুং ইন্দুনা লৌবুক তঃ থোক্লকই।

লৌফম য়ৌরগা যণ অনীদু উকায় পানখত্তুনা মথংগী নুমিত্তা লিংগদ্বা লৌফমদু উকায় তকপা হৌই, লৌফমদু ঈশিং খরসু ৱাৎলি। নোং খরগা চুরক্লবদি নুংঙাইগনিদা খল্লগা নোংথক্তা য়েংই। হায়রিঙৈদা মখারোমদগী নোংহৌ অমা লাক্তুনা মায়কৈ শিনথুংনা মমশিল্লকই। লৌরীদা থল্লিবা য়েমপাক্তু মকোক্তা তূপশিল্লি। মানা য়েম্পাক তূপখৎপগা নোং মপৈদু পাইখ্রে লৌতাংশঙদা চংলগা বীরি মচৈ অমা চম্মী। য়ুমগী নুপীদা থোংউ হায়রম্বা কম্মন-কাপকা দশকুশকা থোংবদু চাক লাম্লকপসিদা মমীত্তা উরকই। মবুকসু খরা লাম্বদুদা গুরু-গুরু খোংলকই। অনৌবা নোংহৌ অমমুক লাকই। লৌবুক্তা ৱাহিগা, হারৌগা, হঙোইগা পুন্না ঈশৈ কন্না শক্লি। লৌবুক্কী উচেক খরনা উকায় তকফমদা তিন-কাং ফারগা চারি। হঙোইগী মখোলদুদি নোং শোয়দনা চুরক্কদবা মাল্লি। থোইবা, লোইগদবা ফৈদোম অনীতা ঙায়রবা লৌফমদু অমুক মখা তানা উকায় তকপা হৌই। থবক শুরিঙৈদা মচাশিং স্কুল চৎনবা শেম-শারম্লগদ্রা অমুক খল্লি। মানা য়ুমদা লৈরবদি মচাশিং লাইরিক তাকপীবসু ময়াবনি। মহাক্না নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ইম্ফালদা তোল্লপিশক্কী য়ুমদা উরকপা অয়ুক্তুদা লাকহৌবা

তোল্লপিশক্কী মরুপ-মপাং, লৈহৌরিবা য়ুম্লে-কৈরে কয়াদু মাগী মচা হাক্তক্তদি শোয়দনা ওইহন্দবা য়াদে হায়না খল্লি।

ৱাখল মরক্তুদা হন্দক অকোনবগী নোংহৌসিমদি খোং-খাকপা, মমীৎ ফাকপা তোয়রকই। উকায় তকপা লোইদুনা ষণ অনী থাদোকখ্রে। মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লগা লৌতাংশঙদা চংশিল্লগা লৌয়া য়ান্নবা য়োৎপাক্তু মখোক চেৎহল্লি। বীরি মচৈ অমা চমগে হোৎনৈ। নুংশিৎনা হুম্বদুদা হঞ্জিল-হঞ্জিল মৈখেৎতু খেৎলি। বীরি চম্বা য়াদ্রিঙৈদা মৈখেৎ মরু লোইথোকখ্রে।

অশোমদা য়ুমদা থোইবী চাক-এঙ্খাং থৱায় য়াওনা থোংবা লোইরগা মচাশিং পীজরগা মচা অনী স্কুল চৎহনখ্রে। মচা অতোনবদু অহনশিং লৈবা য়ুমগী মনেম্বোক্তা শিন্নরম্লে। মপুরোইবগী চযোম শেম্লগা ফি অমনা পুখম তেঙ্কোৎতু পুল্লগা মকোক্তা ফৈজা শারগা চয়োমদু পুরগা ছাটিন অমা তুপ্লগা থোরকই। পীরেন (খরা চাউবা লৌবী) মথক্তা প্রপ-প্রপ খোঙকাপ থুনা থাংদুনা লাকপদা লিন অমনা হঙোই অমা লাক্কদবগী তান্নরকই। থোইবীগী মমাঙদা ফৎ লাম্থোক্লগা চেল্লি। থোইবী, — “ইমা!” হায়রগা খংদুনা ফন চোংখৎলি। মখুক্তগী ছাতিন্দু নাম্থখি। ফিভম চাফাৎত্রিঙৈদুদা ছাটিন্দু লাম্বদা মকোক্তগী চয়োমদু নাম্থখ্রে।

— “অস! ওম্থোকপনিদা!” হায়বগা চয়োম হাংদোক্লগা য়েংই। চাক্কা এঙ্খাংগা তোৎশিন্নরে; চাবদি য়াগদ্রা খল্লি। থোইবী, থৱায়দি নুংঙাইদ্রে। মপুরোইবনা চৈরমগদ্রা হায়নসু চিংনৈ। য়ুমদা হনসি হায়বা চাক এঙ্খাংসু লৈহৌদ্রে। ঙাইহাক খঞ্জানরিঙৈদা নোং মমীৎ ফাক্তুনা অখাক-অরাও তৌরকই। মনাক নকপদা লৌতাংশঙ লৈব্রা য়েংই। লৌতাংশঙ অমা উদুনা মদুদা চঙলকই। নোং খোংবা-খাকপা হেন্না কনশিল্লকই। নুংশিৎসু কন্না শিৎলি। শঙদু কন্না নোম্মী। খঙহৌদনা মখারোমদা অরংবা অমা মখোল হৌনা তারকপগুম উখি। থোইবী কিমন্দুনা মমীৎ উইশিল্লগা খাঙই। ঙাইহাক লৈরগদি নোংদু অমুক হাংখ্রে। য়াম্না থুনা মপুরোইবগী লৈফম তানা লাকই। অদুক নুংশা থীনা চৎলিঙৈদুদা লম্বী মথক্তুদা নোংনা চামথোক্লবা খুদোপ অমা ইরং-লংনা তাবা উরে। মী হায়বসিগী ৱাখলসে, সনা নৎত্রগা পৈশা উবদা পামদবা কনাবু লৈবগে? মিকুপ অমগী মতমদো থোইবীবুসু সনা খুদোপ্তুনা ঙাওহল্লখি। তাইবংগী ৱাখল পুন্নমৎ কাউথোক্লগা সনাদুগী ৱাখল খল্লুই — “কদাইদগী সনা খুদোপ্নো সিদা তারল্লিবসিবো” অসি খন্দুনা খুদোপ্তু খুল্লগা খুৎনিংথৌদা চাব্রা

য়েংই। চপ হেক চারে। মপুরোইবদা য়েংহনগে খন্না খোঙকাপ হেন্না কনখৎলকই। অসুম নকশিল্লক্লগা মখোয়গী লৌতাংশঙদু নোং-নুংশিত্তুনা হুমদোক্লগা মৈখু কাবগুম উরে। লৌবুক্তা ষণসু মীসু অমত্তা লৈবা উদে। মপুরোইবদুবু কদাইদা চৎখ্রবনো খল্লি। অসুম চংশিল্লকপনা মনাক য়ৌরক্লে। থোইবা বর্জ তাখিবদুনা পাল্লগা মশা পূম্বা চাকথেক্লল্লে। জ্ঞান্দি পুরা মাঙলমদ্রি। থোইবী, চেনশিল্লগা মপুরোইববু কোল্লি। মতম্বাক্তা মপুরোইবগী মকোক্তু থাঙ্গৎলগা মমায়দা নাল্লগা কপ্পি। থোইবা অরোইবা ৱাহৈনা অৱাবা খোনফমদা মতৎ-মতৎ হায়রকই — "থোইবী! নঙ লাক্লব্রা? ঐ নঙনা থোংবা এঙ্গাংদু চাদনা চৎপা তারে। ইচা অহুমদো মী ওইনবদি শেল্লকউকো! ঐ নঙ য়ৌরকপা ঙাইরম্বনি, ঐখোয় অনীগী লাইবক্লা তম্লম্বনি, - ঐ - চৎ-লে"। থোইবা, থোইবীগী মতম্বাক্তা অরোইবা শ্বর হোনখ্রে। থোইবী, তৌফম খঙদনা লাও-খোংদুনা কপ্পী। হৌজিক্তা খুল্লকপা, মপুরোইবা য়েংহনগে পুরকপা খুদোপ্তু লৌথোক্লগা হুন্দোকখ্রে। থৱায় য়াওদ্রবা থোইবগী মমায় অমদি লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্পী। "নচাশিংসি কনানা য়োকপীদোইনো"? অদুবু থোইবনা পাউখুম অমুক পীরকখিদ্রে।

তাং ২/৯/২০০৭

# অমুরাংবা

য়েংখোমগী কুমারগী ষণবী অঙাংবীদু চহী খুদিংগী মচা অমমম পোকই। হন্দক পোকপা ষন্নাওদু লাবনি। ফ্রোজন মচা কাপখিবনি। মুকষন হাইফেৎ চঙদুনা ষন্নাওদু য়েংবদা চাউ-শাংদুনা ফিভম-মুর্ত্তি য়াম্না ফজে। মচুদি অমুরাংবনি। য়েংবা নুংঙাইবদুদা কুমারনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা মখোয়গী মমাঙগী পুখ্রি অচৌবগী মনাক্তা লম্পাক মচা অমা লৈবদুদা চুক য়ৈরগা লীশাং অমনা মপীদু পুল্লি। শঙ্গোম থকপা লোইরগা ষন্নাওদুনা লম্বীদা খাওশাদুনা নাকল অনীদুদা কন্না-কন্না চেন্দুনা শান্নৈ। য়াম্না য়াঙনা চেল্লুরগা শ্বর থবেৎ-থবেৎ তৌনা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা মপীগী মথাদা শঙ্গোম অমুক থকই। মপীনা নুংশিনা মচাবু মরৈনা লেকপী। লৈকায়গী হুইনা ষন্নাওদুনা চেন্দুনা শান্নবদু উবদা কল্লকপগুম তান্নরগা লাক্লীংই। হুইনা ষন্নাও মতুংদা তান্নবা উবদা মপীনা মচাগীদমক ৱাজবদু ময়েক শেংনা উই। পুখ্রি অচৌবদা ঈরুজবা থোরকপা মীপুম খুদিংমক্না ষণবী-ষন্নাও মমা-মচাদু উবদা কুম্মৈগুম্না ঙাইহাক-ঙাইহাক্তি য়েংনৈ। ময়াম্না ঙাংনৈ — "তা কুমারগী ষন্নাওসি ওম্থোক্না ফজরেদা!" কুমারসু মীনা ঙাংনবদু তাবদা মথম্মোয়দা নুংঙাইবা অমদি পোকচৈ। অদুবু অদুক য়েংনীংবা, য়েংবা নুংঙাইবা ষণবী-ষন্নাওগী কুম্মৈদু কুইদে, থা অহুম হায়রকপদা কাউনখ্রে। শাহৌ ফবা অমুরাংবা থা তরুক হায়রকপদা মখোম খাইরে। মপীগী মথাদা শঙ্গোম থক্কে তৌরুবদা মপীনা ৱাইবীরে। ষণবীদু গর্ভ অমুক পুরে। অমুরাংবা মমাদা ওইনজবা ফংদ্রে। মতোমতা শজিক চারগা শঙ্গোম থক্তনা মবুক থন্নবা হোৎনজরে। শা ওইরবসু মাগী-মাগী নিতি-নিয়ম লৈনরিবা ঙাক্লি। চহী ফারকপা মতমদদি অমুরাংবা মমাগী ৱাখল পূমকাউ-কাউরে। ষণগারকপা মতমদা মমাগী মতুং ইল্লগা কারক্ত্রে। মমান্নবা ষণ লমচা খরগা শঙ্গ তৌদুনা ৱাইনবা তম্মী। তোয়না ষঞ্জাবুংদা ৱাইনবা তম্বা অমদি লৈবুং লৈরম্বদা নৌনা চোংখৎলকপা মচিদুনা ৱাইখায়দুনা লৈবুং অমত্তা লৈবা য়াদ্রে। মাগী লেঙ্গা ওইবা শাহৌ কয়া ফৎলক্তবা ষঞ্জাবুং পুনবা ষণ লমচা মখে অমুরাংবা উবদা ক্নিরে। অমুরাংবা লাকপা উবদা মমৈ থাঙ্গত্তুনা চেন্নরে। খুঙ্গংদুগী মশুং মমান্নবা ষণ অয়াম্বনা অমুরাংবা খঙদবা

অমত্তা য়াওদ্রে। মানা ষণলুপ পুরে। তাইবং মীগী মতৌগুম অমুরাংবগা লেপ্না ওইরকপী ষণ হাতম কয়াসু অমুরাংবগা তিন্নবা, শজিক চামিন্নবা পাম্লকই। মাগী খুঙ্গংগী ষঞ্জাবুংদা লম্বা লৈতনা, মনীং তন্না শান্নজবদু উরগা লৈকায়দুদা লৈবা ষণ হুরানবদা মমিং লৈবা অমুয়াইমা হৌদোংনা উচি থোরকপা ঙাইবগুম অমুরাংবা চাউবা ঙাইরকপনি। মুসলিম তোয়াইগা উনদুনা ষণ লমচা ফজবা অমা লৈরে, মদু পুরক্কে, ইম্ফালগী শামু মখোঙদা শিন্নসি হায়নদুনা ৱা তান্নবা লোইখ্রে। অমুয়াইমনা অমুরাংবা ফাবা য়ানবা নুংতিগী খুনগী ষঞ্জাবুংদা খাউ অমদা চেংকুপ খরা পুরক্লগা লাক্কুনা অমুরাংবা থিরগা পীজে। অমুরাংবনা চেংকুপ হাউনা চারিঙৈদা মথাদা নানবী। থৌরী অমনা মঙক্তা অমুক পুন, অমুক লৌথোক তৌই। অমুরাংবসু অমুয়াইমনা নুংতিগী চেংকুপ পীজবদুদা করিমত্তা শাওদে। অসুন্না অমুয়াইমগা অমুরাংবগা শক ফজনা খঙনরে। মতমদু অমুয়াইমা জ্বারদা শেন মাঙদুনা মথা কন্না-শাবা মতম্নি। হায়নখিবা মতুংইন্না নোংমা অহীং নোংয়াইদা হৌগৎলগা অমুয়াইমনা থৌরী অমা পায়রগা লৈকায় পূনবা কুমারগী শঙ্গোলদা চঙলগা অমুরাংবগী ঙকশমদা থৌরী থুখ্রে। চিক্লবা অহীংসিদা অমুরাংবনা নুংঙাইনা তুমখুল তাল্লিঙৈদা চৈ অমনা মথুন্দা কক্লগা অমুরাংববু হৌদোকপীরে। দন্দিনা অমুরাংবা তূম্লম্বদগী হৌগৎলগা অমুয়াইমনা হায়বা ইন্দুনা থোঙ্গাল ৱাংমা লানখ্রে। অমুয়াইমগী চেংকুপ পান্না চারুবদগী য়ুম থাদোকপা তারে। ক্বা মতপ অমনা চিন পৈ হায়নবদু মসিনি।

অসুম লাকপনা অমুরাংবগা অমুয়াইমগা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল য়ৌরক্নে। শামু মখোঙদা তোয়াই বোরা অমদা ফম্লগা অমুয়াইমনা ষণ পুরকপা ঙাইরি। ময়ুমদা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবদা ঙসি ষণ অমা হাৎকনি, হায়দুনা পাউদি হান্না চেল্লম্লবনি।

কদোমদগীনো, নম্বুল মপান্দা তাবা চেথি-চেগুম মৈ চাকপদা করি য়াওরম্লবনো 'বাং' লাউনা মখোল হৌনা পোকখায়রকই। মুসলিম তোয়াই, খংপ্রেক খংই। অমুয়াইমনা অমুরাংবা চিংলগা লাকপদা চেকথোং লাল্লগা শামু মখোঙ হেক য়ৌবদা 'বাং' লাউবা মখোলদু তাবদা খংদুনা অমুরাংবা নাম্থোকখ্রে। অমম্বদুদা অমুরাংবা মায়গৈ খঙদনা চোংলগা হৌদুনা চেনখ্রে। অমুয়াইমা, অমুরাংবনা চেনখিবা মায়গৈদা চেল্লগা য়েংলুই। অদুবু থিফম খঙদ্রে। তোয়াইগা উনদুনা ৱা তান্নবদা নোং ঙানদ্রিঙৈদা অমুরাংবনা চেনখিবা মায়গৈ অদোমদা চৎলগা য়েংলুসি হায়দুনা অসুম লাকই। লাপ্পা ষণ অমদি উরে। মদু শোয়দ্রে হায়না চঙশিল্লকই। অদুবু মনাক নকশিল্লুরগদি অমুরাংবা ওইরমদ্রে। নোংঙানগদবগী মমি লাক্লে।

শোমদা য়ুল্লোন্নবা কুমারগী ইমুংনা খঙলক্লবদি কমদৌবা হায়বগীসু পাখৎলি। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপদুদা অমুয়াইমগা তোয়াইগা পৈশা হান্না লৌশিনখিবগী শাওনরকই। কোন্না ঙাংনরসি, নোংঙাল্লক্লে, হৌজিক্তি যন্দু ফংলবসু মীনা উরগা হুবানবনি খঙখ্রবদি লোইরে, হায়নদুনা ময়ুম-ময়ুমদা হনবদা য়ানরে। তোয়াই, নীংবা কায়না হনখ্রে।

নোংঙাল্লকপদা য়েংখোমগী কুমারগী শঙ্গোলদা অমুরাংবা লৈরমদ্রবদা ইমুংগী মী পূন্নমক মথা শানে। কুমার, চিংনদুনা অমুয়াইমগী থোঙ্গাল তানা চত্তুনা অমুয়াইমা লৈব্রা য়েংলুই। অমুয়াইমদু য়েন্নখাদা তূম্বা হৌগৎলকপদা ঙায়বা শারগা ময়া থিন্দুনা লৈরম্মী। মানা হুবা নত্তমাক্লে খল্লগা হল্লক্লে। নোংমা-নীনী থিরল্লগা থিবা ফংদদুনা অদুম তোক্লে। খুনগী যঞ্জাবুংদসু অমুরাংবা উরক্তবদা মাগা যঞ্জাবুং পূল্লম্বা যণ অতৈসু ৱাখল নুংঙাইতবগুম মকোক থাঙ্গৎ-থাঙ্গত্তুনা অমগা-অমগা য়েংনৈ। মপূং-মরৈ ফারবী যণ হাতম কয়াদি অমুরাংববু যঞ্জাবুংদা উরক্তবদুদা নুমিৎ খরনিদি শজিক মবুক থন্না চাখিদে। শঙ্গোলদা লৈমিন্নবা যণ অতৈসু মো-মো খোঙদুনা নুমিৎ খরনিদি অৱাবা খাঙখি। কুমারগী ইমুংগী মী লোইনমক যণ খোংবদু তারগা কপ্পা য়াওখি। যণবী অঙাংবী, শাওনা বাগোস্তগী শজিক্তু লৈমায়দা লোয়না ইন্থরকই। অদুবু অমুরাংবদি খুনগী যঞ্জাবুংদা অমুক হল্লকখিদ্রে।

অমুরাংবগী মমা অঙাংবী মতম খরা লৈরগা অমুরাংবগী মখাদা যন্নাও অমোম অমা পোক্লে। অদুবু কুমারগী ইমুংদা অনৌবা যন্নাওসিনা অমুরাংবনা পীখিবা নুংঙাইবদুমদি পীবা ঙমখিদ্রে।

শোমদা, অমুরাংবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী লম্বী খুদিংমক চত্তুনা শজিক হৌবা মফম থিরকই। অদুবু শজিক হৌবা মফম অমত্তা উবা ফংদে। গাড়ী কুঙনা চেনবা, গাড়ী মখোল তাবদা মকোক ঙাওই। মীৎলুদা পিরাং শীন্থরগা মচি অমদা অমুক লেপ, মচি অমদা অমুক লেপ তৌদুনা লৈ। মপাল কাংজৈবুংলোমদা অমুক লাকই। য়োৎনা খারিবা অহোবা মপাদুদা মনুংদা নাপী খরদি হৌবা উই। অদুবু চঙফম লৈতবনা মতিন য়োৎলগা তোক্লে। কৈথেন্দা হৈনবা, কৈথেন্দা পোক্লগা কৈথেন্দা চাউরকপা যণশিংদি লম্বীগী মতাইদা তারিবা খবর অমনবা, যম্ফি চে ফাওবা চাবা উই। অমুরাংবনা খল্লি, — "মখোয়না চারিবসিবু করিনো, চাব য়াবজাৎলা", অসি খন্দুনা হাইফেৎ মনম নম্লুই। চাবা য়াবা ওইরমদে। মমীত্তা মপি তারকই — "ও! ঐগী খুঙ্গংগী

ষঞ্জাবুংগী লম্বীদো খঙলবদি ঐ মফমদু তানা চৎলগা মফমদুগী মরুপ-মপাংশিংগা উনদুনা অহাওবা শজিক চাবা ফংলমগদবনি। অদুবু অহীংদা লাকখিবা ওইবনা চৎফমসু খঙদ্রে। ঐবু করন্না মফমসিদা হিংগদৌরিবনো? ঐ ঐগী নুংশিবী ইমা অমদি খুঙ্গংগী মরুপ-মপাংশিং উনদনা শিবা তারব্রা?”

অরাম-খৌরাংবনা চরাম-চাদৎনরবা মতমসিদা ঈশিং খজিক্তুং থক্কে খন্দুনা নম্বুল তুরেলদা কুমথরুই। নাতোন্না ঈশিং থেংলুবদা থাও মনমদুনা থকপা য়াদ্রে। সমুদ্রদা চৎপা যাত্রিক্না সমুদ্রগী ঈশিং থকপা য়াদবগুম নম্বুলগী ঈশিং উরগসু থকপদি য়াদ্রে। অদুবু ইম্ফালগী ষণদি থকপা উই, — “ও! ঐ শোয়দনা শিবা তারব্রা?” লম্বীগী নাকন্দা হৌরিবা নাপীদুসু ইম্ফালগী ষণশিংদি লাম-লামদুনা হাউনা অদুম চাবা উই। অদুবু মানা চাগে তৌরুবদদি মনমদুনা হেক্তা চাবা ঙমদবা। অমুরাংবা নুমিৎ-নীনি হুন্নিসিদা ৱাবা য়াবা ৱারে। অমরোমদনা ইম্ফালগী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ষণলুপ পুরিবা কাওনা উরগা তান্দুনা ৱাইবীরি। মাগী খুঙ্গংদা অদুক মথৌনা লৈরম্বা অমুরাংবা ঙসিদি পীকখ্রবা ষন্নাও অমনা ৱাইবদসু কিদুনা চেক্লে। ষণ অমোন্না ফাওবা ঙম্লে। মথৌনা করিমত্তা য়াওখিদ্রে। নুমিদাংৱাইগী মতমদা অমুরাংবনা জোন্সটোন স্কুলগী মমাঙদা হৌবা উখোঙ অমগী মনাক্তা লেপ্লগা মমীত্তা মপি চদুম-চদুম শীঙ্খদুনা কপ্লগা মাগী খুঙ্গংগী ষঞ্জাবুং অমদি মরুপ-মপিজা কয়াবু নীংশিংদুনা লেপ্পী। কনা অমত্তনা মাবু থৱায় তানা য়েংবীরুদে। পাজমা শেৎপা, খাদিগী ফুরিৎ লিৎপা, শাউনগী হঞ্জিল-হঞ্জিল ফোৎলবা বেগ অমা পায়বা রাজনিতি তৌদুনা খুঙ্গংদগী ভোৎ অনীরক কাদুনা অমুক্তি মন্ত্রি ফম পায়রম্লবা, হৌজিক্না ভোৎ কাদবদগী নাইতোম তারবা ইবোহনবী তান চাবা মরুপ-মপাংগী ভারা তিংলোইদবা কার অমত্তং লাক্লবদি খন্না গাড়ী ঙাইরিঙৈদা অমুরাংববু উরুরে। ভোৎ কাদুনা মন্ত্রি ওইরম্লবদি উররোইদবনি। মীশু, শাসু অৱাবগা-অৱাবগা, নুংঙাইবগা-নুংঙাইবগা মরুপ ওই হায়নবদুনি। মাসু খমথেংনা ৱাবা মতাং ওইরুবনা অৱাবা ফিভমদা লৈরবা অমুরাংববু উরে। অদুগী মথক্তা ইবোহনবী, খুঙ্গংদগী হৌরক্লগা ইম্ফালদা মহে-মশিং তম্লকপনা অৱাবা কোঙ্গায় থেংনবা হৈরক্লবনি। মানা থায়না স্কুল তম্লিঙৈদা ইম্ফালগী লমহেনবা ছাত্র খরনা মাবু তত্তনা “লৱায়মচা” হায়না লক্লখি, করেম্নখি, মখোয়গী লাইরিকখাউ পুহনখি। পৈশা অয়াওবা মুম্লগা মখোয়না ইম্ফাল তোকিজদা ইংলিসকী সিনেমা য়েংখি। মতমদুদা মাসু লাইরিক তম্বা তোক্লগা য়ুমদা হল্লসিরা খনখি। মানা লৈবা ইমুংদা চাক মবুক থন্দ্রবসু হায়জবা ঙমখিদে। খুঙ্গংগী শান্নবুং, মরুপ-মপাং লৈহৌবা কয়াদু

নীংশিংলগা অমুরাংবগা চপ মান্ননা ময়ুম লমদমদা মমায় ওল্লগা কপ্পা য়াওখি। অশোনবী মবোক্না — "নকোকমক্তা চিক্তনা নমান্নবগী মকোক থোংবা ওইয়ুকো" হায়না মকোক্তা নাল্লগা বর পীবীখিবদো নীংশিংলগা অৱাবশিংদু খাঙখিবনি। ঙসিনা মবোক লৈখিদ্রবা তুংদা অমুক হন্না ভোৎতা মায়থীদুনা অৱাবদা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। মীগী গাড়ীদা ভারা পীদনা তোংবা পাল্লক্লে। মীওইবগী পুন্সি অকা-অকুম নাইনা হিংনবা ঙাক্তনি। ইবোহনবী, আশাদি মাঙাদ্রি, নোংমদি লৈবাক্কী লুচিংবশিংগী মকোক ওইগনি হাযনা কন্না থাজরি। ইবোহনবীনা অমুরাংবগী মতৌ উরগা মনাক্তা চঙশিল্লগা মথাদা নাল্লুবদা অমুরাংবগী মীৎলুগী পিরাংদুনা ইবোহনবীগী খুদাংদা পোপ-পোপ তারকই। তশেংনা ইবোহনবী যন্দুগী মতৌ য়েংবদা ৱারে। মাগী হৌখ্রবা পুন্সি মথং-মথং নীংশিংলকই। মানা খল্লি — "ষণসি খুঙ্গংদগী শোযদনা ওইগনি, লম্মাংনবা মাল্লি, ইম্ফালগী ষণ ওইরবদি ষণ ময়াম মরক্তা য়াওগনি। মানা নাইতোম তারিবসি ঐনা হৌজিক নাইতোম তাবগুম্বনি।" অসি খন্দুনা ফুরিৎখাউদা পৈশা য়াওব্রা য়েংলুবদা লুপা মঙাচৎপী অমখক য়াওরম্লে। মদু পুরগা কৈথেল পোল্লকতম্না মখোঙনা লাক্লে। কৈথেল মনুংদা চঙলগা য়েংলকপদা মৌনহা অমনা পাত্তা হৌবা কোল্লন্নি মপুল খরা যোল্লম্মী। লুপা মঙাগী মপুল অহুমখক লৈরগা খবর অমনা য়োল্লগা পুরকই। অমুরাংবা মফম শুকলেঙ লেঙদনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ইবোহনবীনা কোলন্নি মপুল অহুমদু পীজবদা অমুরাংবা কয়া হাউনা চারে। ইবোহনবী, অমুরাংববু নুংশিনা নাল্লম্লগা মরুপ অমগী কার অমা লাকপদা কৌরক্তুনা কারদুদা তোংলগা চৎখ্রে।

অমুরাংবা, ঈশিং খজিক্তং থক্লগা অহীংসিমদি লেল্লগে খন্দুনা কংলা পাক্তা কুমথরকই। কংলা পাক্কী ঈশিংগী মনমদি থকপা য়াবা ওইরম্লে। অমুরাংবগী ৱাখলদা আশা অমদি লাকপগুম তৌরকই। পাক্কী মপান্দা হৌবা নাপী অমা'নী থৎলগা চারিঙৈদা ষণ চঙলে হায়দুনা অমুক তাম্থোকপীরে। অমুরাংবা, শামু মখোঙলোমদা অমুক লাকই। কৈথেল ফম্বীনা হুন্দোক্লম্বা হঙ্গাম, কোবী অপৎপা খরগমুক থেংনরুৱে। মদু চারিঙৈদা ষণ খরা চঙলক্তুনা মাবু ৱাইরগা তাম্থোকপীবক্লে। অহীংদুমসু শামু মখোঙদা কুল্লগা লেল্লে।

অসুন্না নোংম-নোংমা হৌখিবনা হাপ্তা অমা, হাপ্তা অমদগী অনী ফারক্লে। অমুরাংবা, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা মনা-মশীং য়োনবীনা শীৎলরোই খন্দুনা হুন্দোক্লম্বা মনা-মশীং হুন্দোকফম মফম খঙলে। মফম অদুৱাইদা নৈশিল্লগা মবুক থনবা হৈরক্লে। হান্না খ্বাইরম্বন্দগী ষন্নাও অমনা ৱাইবদা কিদুনা চেল্লম্বদু ঙসিদি চেনদ্রে। কৈথেল

পোৎলক্তা চঙদুনা মনা-মশীং পীয়ু, পীদ্রবদি মুল্লগা চাগনি হায়না ধমকা তৌবা হৈরক্লে। মানা তোয়না চঙলিবা মফমদি মৌনহা পৈশা চাউনা পায়রগা কারবার চাউনা তৌবা কাঙবুগী মনাক্তনি। মাগী চানবা হঙ্গাম মপুল অমা, কোবী অমা পীদ্রবদি মনাক্তা অদুম ঙাইগনি। মদু হেক পীবগা চারগা অমুক চৎখিগনি। হনুবীশিংগী পোৎফমদা চঙলগা পোৎ মুন্দুনা খক চাদে। মাগী মতৌদুদা মবুক-মপাও ফবী ময়ামগী লুচীংবী, কৈথেন্দা অহীং য়াইরেকপী, ময়ুম লৈত্রবী ইমা লেম্বীনা নুংতিগী মাবু থিরগা মাগী চানবা হঙ্গাম মপুল অমত্তং ওইরবসু পীজে। অমুরাংবগা মখোয় অনী য়াম্না চান্নে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল মনুংদা অমুরাংববু খঙদবা মী য়াওদ্রে। ময়াং দুকান ফম্বা ইমুংগী মীওই খরদি নুংতিগী অয়ুক্তা অমুরাংবগী লাইবক্তা শিন্দুর নম্বীবা, পুজা তৌবা ফাওবা য়াওরকই। গবর্ধন পুজা নুমিত্তা অমুরাংবগী ঙকশমদা শিরবা সনারৈ পরেংশিংদু উবদা কয়াদি ফজৈ। তান্নদুনা ফোটো নম্বসু য়াওনৈ।

খাইরম্বন্দ কৈথেন্দা নৌনা মনা-মশীং য়োনবা লাকপী মুসলিম মৌনহা অমনা মনাক্তা বোরা মথক্তা ফি অমা থারগা খোমগী মচাদু হিপহল্লি। শোমদা মানা পোৎ লৈবা লাকপা মীগী পোৎ তল্লি। খঙহৌদনা থংনবা পোৎয়োনবীশিংদুনা লাওরকই — "অমুরাংবা লাকএ, পোৎ লাক্লগা চাজখিনি।"

খঙহৌদনা নুপীদুগী মনাক্তা অমুরাংবা লেপ্লগা লৈরম্লে। নুপীদু ফুক হৌগৎলগা পাখত্তুনা "ইমা" হায়না কন্না লাউরগা চেষ্ণোরকই। অমুরাংবনা মাগী পোৎশিংদু মনম শুৎ-শুৎ নম্মী। অঙাংদুদা মরৈনা শৎ-শৎ লেকই। অমুরাংবগী মতৌদুদা নুপীদু পাখৎপনা মিহুল শুদ্রে। অঙাংদুসু অমুরাংবগী মরৈনা লেকপদা খংদুনা কপ্লগা হৌগৎলকই। মন্দু উবদা অঙাংদু অমুক্কা হেন্না পাখৎখ্রে। মমাদু তৌফম খঙদ্রে। ঙাইহাক্তংদি মফমদু পূম্নাং হেক লাঙই। লফোই য়োনবী ময়ামগী ইমা লেম্বী ময়াম্না লাংনরকপদু তাবদগী মাইকৈ অদোমদা চেল্লকই। ইমা লেম্বীনা অমুরাংবগী মনা পায়রগা চিংদুনা পুথোকখ্রে। মৌনহাদু মচাবু কোল্লগা কপ্লগা পঙচুপ্তা চুপ্পী। জ্ঞান মাঙলুরবীদো, অমুক পোৎ-চৈদু শেম্লগা য়োনবা হৌরে।

অউবা কাঙবুনা ঙাঙনৈ — "অমুরাংবসি শিংবজাৎনিকো।" খরা অমনা — "ইমা লেম্বীগী ইমুংগী ষণ ওইরমগনি।" অমনা হায় — "ইমা লেম্বীদি ময়ুম লৈতে কৈথেন্দা অদুম লৈরবনি।"

অমুরাংবা, ঙসিদি নোয়বদা অমদি ফজবদা মপা লৈত্রে। মচি অনীদুসু চপ মান্ননা কাপমুক শাংনা হৌরে। নোংমা খুঙ্গংগী তা কুমার খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা লৌ

য়েনবা ফক অমা লৈবা লাকপদা অমুরাংববু হেক উরুরে। অমুরাংবগী মশক-মচুদু মুন্না য়েংলগা মাগী চহী অনীগী মমাঙদা মাঙখিবা ষণ লমচা অমুরাংবদু নীংশিংলকই। অদুবু ষণগী ব্বারীনিনা মীগুম্না ব্বা ঙাঙনবা য়াদবনিনা অতোপ্পা মান্নবা ওইরমগনি খল্লগা ফক লৈরগা হল্লকখি।

বাজনিতি তৌবা ইবোহনবী, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা কাও ওইনা মমিং কন্না চৎলক্লিবা অমুরাংববু মরক-মরক্তা উবদা পূক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই। মরমদি অমুরাংবনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা মমিং লৈররিবসি খুঙ্গংদগী হৌবক্লগনি। মহাক হৌজিক খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী ষল্লুপ পুবা ঙল্লে। অদু ওইববদি ঐসু নোংমদি ভোৎ অমুক হন্না কারগা লৈবাক্কী লুচিংবা মকোক অমুক্তং ওইরবদি খুঙ্গংদা পোকপা ওইরবসু লৈবাকসিগী মপুদি ওইরনিদনা মসিনি। অমুরাংবসি মপান্দগী মরূনা হায়বদি ফ্রোজন সিমেন্না কাপ্লগা লোকেল ষণবীদা মীরোলহল্লগা মুকষন ওইনা পোকহনখিবদুনা হেন্না মশা-মউ ফবা অমদি অশিংবা ষণ ওইবনি। মহাক মীগুম্না লৌশিং লৈবা ষণ অমদি ওইরে। মহাক কৈথেন্দা মী ফুনবা উবা য়াদে, ব্বাইরগা হেক্তা তাল্লি। কৈথেল ফম্বী নুপীশিংনা ফমফম মুন্নবগী খৎনরম্লবা, মানা হেক্তা তানগনি। নুপীশিংসু অমুরাংবা লাকএ খৎনবা তোকও হায়গনি। ট্রাফিক পুলিসনা রিক্সো থৌবদগী পৈশা লৌনগদবা মফমদা পুং তারকপগা হেক্তা লাক্কনি। পৈশা লৌবা ট্রাফিক পুলিসতু নুমিত্তুমদি অমুরাংবা উদনবা কোয়লোৎ লোত্তুনা খাঙই। মাবু ফুরুরগা অমুক হেল্লি। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী পৈশা চাবা পুলিস অমুরাংবা উবদা কিনৈ। তশেংনা মহাক তুপী উপ্পা উবা য়াদে। মীচমদা নত্তনা পুলিস ফাওবা খুদোং থীগদ্রা খনবদগী মা উরবদি তুপী লৌথোক্নে। কৈথেলগী মচি-মরুমদা দ্রগ চাবা, জ্বার শান্নবা, অরোন-অথুপ অমুরাংবা উরবদি কোয়তান-তাল্লি। অদুদি লায়রদনা সিনেমা শো উৎলমদাইদা কালা বাজার তৌবা ফাওবা অমুরাংবা লাক্লবদি টিকেৎ লোৎশিন্নে।

অব্বাং দুকান পরেংদা মরব্বারি দুকানশিংদা অমুরাংবা লাক্লগা চাননবা, মানা পামজবা কোল্লম্নি মপুল খর-খরদি লৈরগা থন্নে। অমুরাংবনা মদু খঙদুনা দুকানশিংদু থিরগা চঙলক্লগা মপা য়ৌরকপগা খোংগনি। দুকান মপুনা থোঙ হাংদোক্লগা কোল্লম্নি মপুলদু পীজরগা অমুরাংবদা লাইবক কৎলি। মমৈদু পায়রগা মকোক অমদি মশাদা নাল্লি। মখোয়না তৌবা খুদিংমক অমুরাংবনা লোইনা য়াই। ইমুংগী নুপী-অঙাংশিং ফাওবা থোরক্তুনা অমুরাংবগী মমৈনা নালহল্লি।

ফি কৌনা শেৎপী নুপী, নাতৈ চাদবা ফিজেৎ শেৎপী, মচিম্বালদা মচু য়াক্লা শঙবী নুপী উরগা অমুরাংবনা মমীৎ খানা-খানা য়েংই। চিম্বাল য়াম্না ঙাংনা শঙবী, ফুরিৎ অঙাংবা লিৎপা উরবদি ৱাইগদবগী তাল্লি। রেদিও হৌনা খোংবা, কারগী হোর্ন হৌনা খোংবা মাগী অশাওবীনি।

নোংমদি আলু গলিগী দুকান মমাঙদা হেন্দগ্রেনেট লংশিনবদগী বোম পোকখায়দুনা মী ময়াম কায়দুনা চেন্নরকই। অমুরাংবদি বোম পোকখায়ফমদুদা চেনশিল্লকই। চৎপা হৈত্রিবা ট্রাইবেল মচা অমা কন্না কপ্তুনা লৈরম্মী। মমাদুনা দুকান মমাঙদা চম্প্রাগা, উ মোরোক্কা য়োনবনি। বোম পোকখায়রকপদুদা থৱায় হিংনবা চেনবনি। অমুরাংবনা চঙশিল্লগা অঙাংদুগী মথক্তা চপ লেপ্তুনা লৈরুরে। মী ময়াম চেন্নরকপদা অঙাংদুবু থেংবীদ্রে। খরা ইংথরক্লবা কান্দা মমাদু হল্লক্লে। অমুরাংবনা মচাগী মথক্তা লেপ্লম্বদু উবদা মমানা অমুরাংববু লাইনি হায়না খনখি। চীংগী মীনা ষণ হাৎলগা চাবীবসি ফত্তে হায়না খনবা হৌখি।

অমুরাংবগী মিংচৎ নোংম-নোংমগী লেপ্তুনা হেনগৎলক্লি। ইমা কৈথেলগী ইমা-ইবেনশিং অহীং য়াইরেকফমদা অমুরাংবসু লাক্কুনা কুল্লগনি। ইমাশিংনা নুংশিনা তূল্লমদাইদা চেথি-চেগুম থাদুনা অমুরাংবগী কাঙমৈ খুবী।

খুঙ্গংদগী রাজনিতিৱালা ইবোহনবী নৌনা ভোৎ অমুক কারে। মানা নীংজবদু মপা অমা চারুদুনা লুচিংবা ওইরে। ঙসিদি মণিপুরগী লুচিংবা পূন্নমক্কী মকোক খুঙ্গংদগী ওইরে। অমরোমদা খ্বাইরম্বন্দ পুবা কৈথেল কাওসু খুঙ্গংদগী অমুরাংবনা ওইরে। অনৌবা থৌরাং ওইনা লৈকং থোং অমসু শাবা লোইরে, শঙ্গাগদবদা ঙইশিল্লক্লে।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা খ্বাইরম্বন্দ মনুংদা ইন্দিয়ান আর্মিগা লমদমসিগী নীংতম লালহৌগী খুৎলায় পায়বা কাঙবুগা থেংনদুনা নোংমৈ কাপ্পরকই। নীংতম লালহৌগী লান্মী অমগা ইন্দিয়ান আর্মিগী লান্মী অমগা শড়ক ময়ায়দা শিরগা তাদুনা লৈ। অদুক য়াম্না লাংলম্বা মীয়ামদু লম্বী শড়ক্তা মী অমত্তা উখিদ্রে; খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল উন-ৱাইমুক চিকখ্রে। অমুরাংববুদি কনানসু থিংবা ঙমদে। অশিবা অনীদুবু মানা উরে। নীংতম লান্মীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ঈখেং তারক্লিবদু মখোঙনা শাউনা খোৎলি। অশোকপা মফমদা মরৈনা লেকই। মিকুপ খরগী তুংদা ইন্দিয়ান লান্মীগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লগা য়েংই। মীগী মী অমহানি, শান্তিনা ফরোইদ্রা হায়বা মাল্লি, শাউনা মখোঙ খুমাঙ অনীদুনা ঈদু য়েংনীংদে হায়বগুম খোরো খোরো খোৎলি।

কদোমদগীনো অমুকসু "দাং, দাং" মখোল অনীখক তারকই। অমুরাংবা, কন্না চেনশিনখি। নীংতম লালহৌগী লান্মী অমখক পিল্লর মরুমদগী ফাওরগা চেনথোরকই। সিফাই অনীখক্না নোংমৈ এইম তৌরগা কাপকদবগী থৌরাং লোইরে। অমুরাংবনা নীংতম লান্মীদুবু মাগী নাকন্দা চেলহল্লি। সিফাই অনীদু অমুরাংবদা খুৎ থাবা ঙমদ্রে। নীংতম লান্মীদু কাংজৈবুংগী চেকপল মরুম য়ৌবগা অমুরাংবগী মচিন্দা নুংশিনা চুপ্পীরল্লগা নাম্থোকখ্রে। মাগী কেম্পতা থুংলগা অমুরাংবগী ৱারী পূন্নমক মরুপশিংদা তম্লুই।

— "ঐবু ঙসি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী অমুরাংবনা কনবীরকপনি। ঐ শিরুবদগী হল্লক্লবনি। অমুরাংবা হায়বদো ষন নত্তে, মীদগী হেন্না শিংবা শানি।"

নোংমৈ কাপ্নখিবা থৌদোক্তুগী নোংঙানবদা মণিপুর বন্দ তৌখি। কৈথেল, দুকান মী অমত্তা ফমখিদে। অমুরাংবা, বন্দ নুমিত্তু মচিন্দা ঈশিং ফাওবা থক্তনা লেনখি। কৈথেল ফম্বীশিংনা নোংমগী শিঙ্খা লেপ্নবদুনা ময়ুমদা চরা হেনবা য়াওরমগদবদু খল্লুবদা চাদবা মাল্লি। ইমা লেম্বীনা কোবী মনা খরা মনাক্তা থম্লবদু অমুরাংবনা হন্না ফাওবা য়েংখিদে।

মথংগী অয়ুক্তা দুকান থোঙ হাংনরকপা, মনা-মশীং য়োনবীশিং কানরকপা উবদা অমুরাংবা হরাউনা অমুক চাবা হৌরে। স্টেট কেবীনেটনা মতম লেপখিবা মতুংইন্না লৈকংথোং শঙ্গাবগী নুমিৎ য়ৌরক্লে। কেন্দ্রগী লুচিংবী অমসু য়াওগনি হায়রি। লৈকংথোং মথক্তা নুমিদাংদা স্ট্রিটলেমপ পরেং শানা ঙানবদু য়েংবদা ওম্থোক্লা ফজরে। অচৌ-অশাং, লৈবাক্কী ফম্নাইবা, মশক নাইবা মীওই, পাদ্মশ্রী ফংলবা কয়াসু বার্ত্তোন তৌই। ইমা কৈথেলদা ময়ুম ওইবী, নুপী লুপকী-লুচিংবী, ইমা লেম্বীসু বার্ত্তোন ফংই। শঙ্গাবা য়াওনবা কেন্দ্রগী লুচিংবী অমা লাক্তুনা গভর্নরগী বঙ্গলোদা লৈরে। ইমা লেম্বীগী ৱাখলদা মণিপুরগী মীয়াম্না মতম কুইনদগী তান্দুনা লাক্লবা 'অফসপা' লৌথোকপগী ৱাফমদু হয়েংগী কেন্দ্রগী লুচিংবীগী মমাঙদা খরদি ফোঙদোক্লীংই। নোংঙাল্লমদাইদা ইমা লেম্বীনা চে অঙৌবা অথাবা অমদা অমুবা ময়েক্না ইংরেজিদা "রিমুভ অফসপা, বি ৱান্ট পিছ" হায়না খুৎহৈবা অমবু ইহল্লগা চেদুগী মতাইদা থৌরী মচা অনীনা চেৎনা ফারগা অমুরাংবগী মচি অনীদা পুনশিনবীরগা অমুরাংববু থেল্লগা লৈকংথোংগী খ্বাইগী অৱাংবা মফমদা মনা-মশীং খরা পীজরগা থম্লম্মী।

অয়ুক্কী পূং নিপান তারকপদা মণিপুরগী অঙম-অথৌ পূন্নমক মাগী-মাগী কার তোংদুনা লাক্নরগা জোন্সটোন স্কুলগী মনীংদা কার পার্ক তৌরগা পরেং শানা লৈরে।

রেদ কারপেৎ মথক্তা স্টেজ শাদুনা ফীজং খন্দুনা শঙ্গাবগী থৌরমগী ঘোট পুজা কত্তুনা, ধুপ-থাওমৈ থাদুনা ব্রাহ্মান্না শোনবা হৌরে।

কদোমদগীনো, সন্ত্রি অমখক্না লৈকংথোং মথক্তা লাপ্না ষণ অমা লৈরে হায়না পুলিসকী মকোক থোংবা ওফিসারদুদা পাউ তম্মী। পুলিস ওফিসারদুনা যন্দু তানথোকউনবা পুলিস কন্সটেবল অমা থাই। পুলিসতু কন্না চেনখি। অমুরাংবা, হান্নদগী তুপী উপ্পা উবা য়াদবনি। পুলিসতুনা মা তন্না চেনশিল্লকপা উবদা য়াম্না শাউনা মমায় ফৎ লৈরগা পুলিসতুবু তান্নরকই। পুলিসতুনা বটনা শুগে তৌরুবদা অমুরাংবা অমুক্কা হেন্না শাউদুনা পুলিসতুবু মমৈ থেক্কৎলগা থায়নগী খুমন মচা খম্বনা ফাখিবা ইকোপ পাৎকী অঙাওবা কাওনা অঙোম নোংবান তানবগুম তাল্লক্লে। অসুম তাল্লকপনা শঙ্গাবগী থৌরম পাঙথোক্লিবা, মীয়াম ফল্লিবদুগী মনাক য়ৌনা তানশিল্লক্লে। ময়াম পূন্নমক অমুরাংবনা পুলিস তাল্লক্লে হায়না কোয়রাঙ লাঙই। ময়াম কায়রগা চেন্নবা য়াওই। কেন্দ্রগী লুচিংবী ফাওবা ফল্লম্বদগী হৌগৎলকই। অদুবু অমুরাংবা, কা হেন্না চঙশিল্লক্তনা চপ লেপ্লগা মঙক থাঙ্গৎলগা ময়ামদা ওনশিন্দুনা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। ফোটোগ্রাফর, প্রেসমেন চেনশিন্নরকই। ময়াম পূন্নমক অমুরাংবগী মমায়দা থেৎলিবা চেদুদা ইরিবা ময়েক্তু লোইনা পানৈ। কেন্দ্রগী লুচিংবীদুসু পাই। ময়াম ইরাং-লাঙই; হরাউবসু, নুংঙাইবসু, অৱাবসু, ইকাযবসু পূল্লপ থম্মোয়দা ফাওনৈ। পুলিস মকোক্তুনা কন্সটেবল অমদা অমুরাংবগী মচিদা পুল্লিবদু লৌথোকউ হায়। পুলিসতু য়াম্না কিন্না চঙশিল্লকই। অমুরাংবনা লৌথোক্লগনু হায়না মকোক্না নোম্লগা সাইন তৌরকই। ময়াম, ৱা লাউনা নোকই। কুম্মৈ অমদি ওইরে। পুলিসতুদি কিবনা থক-থক নীক্লে।

ইমা লেম্বী, ফমফমদগী ফুক হৌগৎলকই। অমুরাংবগী মনাক্তা করিমত্তা চিংনদনা চঙশিনখ্রে। অমুরাংবগী মথাদা নুংশিনা নানবীবদা অমুরাংবনা ইমা লেম্বীগী খুদাংদা লেকই। ময়াম্না ঙাংনৈ — "ষণসি ইমা লেম্বীদদি করিসু তৌদেনে"। কেন্দ্রগী লুচিংবীদুসু কুম্মৈগুম মঙক থাঙ্গৎলগা নোক্লগা য়েংই। ইমা লেম্বীনা অমুরাংবগী মনা পায়রগা চিংলগা মীয়াম্বু লম্বী খরা থাদোকপীয়ু হায়রগা লৈকংথোং মখা তানা পুথখ্রে। মখা য়ৌরগা — "শামু মখোঙলোমদা চৎখ্রো, অমুক শোমদা লাক্লনুকো" হায়রগা চৎহনখ্রে।

মণিপুরগী লুচিংবা মকোক ওইরবা ইবোহনবী, ৱাদি ঙাংদনা অমুরাংবনা ঙসি তৌথোরক্লিবা মওংদু অচুম্বনি খল্লি। পূক্লিংদা হাইফেৎ নুংঙাইবগুম তৌই। অদুবু মদু মানা শীল্লগা তৌহনবা ওইনা কেন্দ্রগী লুচিংবীনা চিংনরমগদ্রা হায়নসু হাইফেৎ খল্লি। কেন্দ্রগী লুচিংবীনসু মণিপুরগী প্রজাশিংদা নত্তনা শা-ষণ ফাওবা 'অফসপা' লৌথোকহনবা পাল্লবোইরে খল্লি। মতৌ অসুম্না কেন্দ্রগী লুচিংবীনা রিবোন কক্কুনা লৈকংথোং শাঙ্গাবা লোইরে। ময়াম পূন্নমক নুমিত্তু লৈকংথোংগী মহুত্তা অমুরাংবগী ৱারী ঙাক্তা শানখ্রে। অদুবু নীংশিংবা য়াবা অমদি মীয়ামগী লুচিংবা ওইরবা ইবোহনবীনা অমুরাংবগুম্বা করম্বা অতোপ্পা ষন অমা চরা হেল্লগা কৈথেলগী চিদাইদা লেপ্লিবগে হায়নদি খক য়েংখিদ্রে। নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদে হায়নবদু চুম্বগুম লম্বী শড়ক্তা কার মনুংদা সন্ত্রিনা ঙাক্কুনা চৎলবনিনা চরা হেনবা ষন য়েংবা শংদ্রে।

নুংথিন্দা কেন্দ্রগী লুচিংবী মপাল কাংজৈবুংদা মীয়ামগী মিতিন অমদা ৱা ঙাংগনি। নুথিলগী পূং অনীদা মপাল কাংজৈবুংগী স্টৈদিয়ম মীনা চোন্না তিল্লে।

থৌরাংদু মায় পাকহন্দনবা লালহৌবা কাঙবু অমনা খ্বাইরম্বন্দগী মতাই-মতাই মীচম প্রজাদি শোক্তনবা নম্বুল অমদি নাগ তুরেলগী মপান্দা ঙরাং নুমিদাং শক্তি লৈবা বোম পরেং শানা রিমোৎ কন্ট্রোল তৌরগা মতম অমত্তদা পোকখায়হন্নবা মফম চানা-চানা ফুম্নল্লে। কাংজৈবুংদা মিতিং হৌবা মতম চপ-চানা বোমশিংদু মথং-মথং মখোল হৌনা-হৌনা পোকখায়রকই। মখোলদু তাবদা ইম্ফালগী খ্বাইরম্বন্দ মনুংদা লৈরম্বা মী মখে কায়-কায়দুনা পঙচেন্দা চেন্নে। মপাল কাঙজৈবুংগী স্টৈদিয়মদা তিল্লম্বা মীশিংসু কায়-কায়দুনা চেনথোক্লরকই। অমগা-অমগা নেৎশিন্নবা, নেৎখায়নবা কয়াসু য়াওরে। সিফাইশিংসু পাখত্তুনা নোংমৈ এইম তৌর-তৌরগা পঙকাপ্তা কাপ্পী। মী ময়াম মথং-মথং চেন্নবদুদা অমুরাংবসু মফম খুদিং মমৈ থেক্কৎলগা চেল্লি। স্কুলগী ছাত্রী খরা লাইরিক খাউ য়াল্লগা শড়ক ক্রোশিং তৌই। মখোয়গী মরক্তা লালহৌবা অমা নোংমৈ পায়রগা য়াওবা উরে। সিফাই অমনা নোংমৈ রাউন্দ অমা কাপ্পা হৌরকপদা অমুরাংবনা সিফাইদুগী মথুন্দা খংৱাই-ৱাইবদা সিফাইদু উপথুননা তুরে। সিফাইদু য়াম্না শাউনা হৌগৎলক্লগা অমুরাংবদা ওনশিল্লগা নোংমৈ মরু খরা কাপশিল্লি। অমুরাংবনা সিফাইদুবু তান্নরগা মখোঙনা হঞ্জিল-হঞ্জিল নেৎখাইরগা হাৎতোক্লে। অমুরাংবা, নোংমৈ মরুনা পানবগী চৈনাদু করিমত্তা নাচুংদনা কংলা মমাঙলোমদা কন্না চেল্লি। মানা চেনবা মফমশিংদু মশাদগী অঙাংবা ঈনা পরেং শানা তাদুনা লৈহৌই। অমুরাংবা, অসুম চেল্লকপনা গভর্নরগী

বঙ্গলো মমাঙ ফাওরগা বর্ম্মা মার্কেত্তা ফাওজিল্লগা মখাতানা চেল্লকপনা নাগ মপাল য়ৌরে। মশাদগী ঈশু তাবা লেপ্পে। মীদি খুন্তাক লানশিবগুম লম্বীদা অমত্তা থেংনদ্রে। অমুরাংবগী মশাদু চোকথবা হৌরক্লে। খোয়াথোংদগী অৱাং দুকাল্লোমদা চেল্লক্লে। গান্ধি এভেন্যুদসু মী অমত্তা উদ্রে। ধর্ম্মশালা ফাওরগা অসুম লাকপনা ইমা কৈথেল য়ৌরক্লে। অমুরাংবা তপ্না চৎপা হৌরে। মখোঙ তপ্না-তপ্না থাংলগা উচিন-নাচিন্না মানা ইহান-হানবা অমুয়াইমগী মখুত্তগী নানথোকখিবা শামু মখোঙ য়ৌরে। মফমদুদা মশাদু ৱামনখিবনা কুন্থরে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী মফম খুদিং শীনবা থুংনা চেল্লুবদা মশাগী ঈদু অয়াম্বদি লোইখ্রবনি। অদুবু লেমহৌবা ঈ খরদু চেনবা লেপ্পগা কুল্লগনা হেন্না চেন্থরক্লে। অমুরাংবা উবদা মচা শিবগুম তেংথাদুনা ইমা লেম্বী চেনশিল্লকই। ঈ চেন্থরিবা নোংমৈ মরুগী মখুলশিংদু মখুৎ অনীনা মেল্লি, অদুবু য়াদে। ইমা লেম্বী, অমুরাংবগী শকফমদু উবদা কপ্পী। অমুরাংবা, মমীত্তা তোংলিবা হয়িংদু মনা অনীদুনা হুম্বা ঙমদ্রে। ইমা লেম্বীগী ইন্নফিদুনা অমুরাংবগী মমীত্তা তোংবা হয়িংদু হুম্মী। অমুরাংবগী মঙক্তু নাকন অমদা মশাদা পক-পক্লা নপশিনখিবদগী লেংদ্রে। মনাতোন্দা তারক্লিবা মনপ-মরৈনা লেকপা ঙমদ্রে। মচিন্দা মতিল চেন্থরকপদুনা তাকপদি অমুরাংবা মতিন য়োৎপা ঙমদ্রে। নুমিদাংৱাইগী পুং মরি তারকপদা অমুরাংবা শ্বর লেপখ্রে।

ইমা লেম্বী, তৌফম খঙদদুনা কপ্না-কপ্না ইলেকট্রিক পোস্টা নুঙ অমনা কন্না খীংই। য়াম্না শাউনা মখুত্তু ঈ থোকপমখে পোস্টুদা নুংদুনা খীংই। থৌনা ফবী ইমাশিং মৈরা পায়বী খরা অততাই ওইনা চেনথোরকই। মখোয়সু অমুবাংবগী মতৌদু উবদা লোইনা কপ্পী। অমুরাংবা শিরে হায়বগী পাউ মথং-মথং শন্দোকখিদুনা তানরকপদগী নুমিদাংৱাইদু মীনা মফমদু চন্দ্রে। গাঙ্গা প্রসাদ, থঙ্গাল বজারদা দুকান তৌবনি। মাগীদা নুংতিগী অমুরাংবা চরা ৱানবা ওইনা চানবা নিবা চৎলি। মাগী ইমুংগী মী লোইনমক্লা অমুরাংববু লাইগুম্না খল্লি। পাউদু তাবদা লৈ-শু, চেং-থোইদিং পুরগা ইমুংগী মী লোইনা পুরগা অমুরাংবা বীদাই পীবা লাকই। মখোয় লোইনা অমুরাংবনা লৈরম্লিবা ফিভম উবদা মীৎলুদা পিগী ঈরিক শীন্থরকই। হন্না-হন্না নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলম্লগা অবোইবা বীদাই পীরম্লগা শকফম হঞ্জিল্লগা চৎখ্রে। ইমা লেম্বীনা অহীং চুপ্পা ধুপ থাদুনা অমুরাংবগী মনাক্তা শঙদুনা লেল্লি। অশোমদা গভর্নরগী বঙ্গলোদা অহীং য়াইরেক্লিবী কেন্দ্রগী লুচিংবী, নুমিদাংগী দিন্নর মতমদা ময়াম পনন্নরকপদা অমুরাংবা শিবগী পাউ তাবদা নুংঙাইখিদে। নোংমা অমুরাংবনা থৱায় কন্নবীখিবা নিংতম লালহৌগী লাম্নীদো রেদিওদা অমুরাংবা শিবগী পাউ তাবদা কপ্পী।

নোংঙাল্লে। অমুরাংবগী মনাক্তা মীনা চিক্লা-চায়নবা ঙমদ্রে। প্রেসকী, মেদিয়াগী, ফিল্মগী লোইনা শুনা তিল্লে। সংস্থান কয়াগী লুচিংবশিংসু য়ৌনরক্লে। ময়াম পূন্নমক অমুবাংবগী মথৌ-মঙম পাঙথোক্লবা খন্নরকই। সংস্থানগী লুচিংবা, লেবাক মীয়াম্না মশক-মমিং ফজনা খঙনরবা মশম পোক্লা পুমঙৌ ঙৌরবা, মতম চুপ্পদা অঙৌবা ফৈজোম, অঙৌবা ফুরিৎতমক লিৎপা, থম্মোয় ফাওবা ঙৌবা, সাইকল অমনা মরুপ ওইব., চহী মবিফুত্তব শুববা, সোসিএল বার্কর ওইনা পুন্সি লোইগদৌরব। অহল অমনা ফোঙদোরকই — "ময়াম পূন্নমক্কী মফমদা ব্বাফম অমখক্তা থমজগে"! তিল্লিবা ময়ামদু চেক-মোক লাউনদে। মফমদু উন-ব্বাইমুক চিকই। — "অমুরাংবসি অচম্বা যণ অমা নত্তে। মণিপুরদা মাগী মশক উদবা, মমিং তাদবা মী পঙয়াম-য়াম্না লৈবম্লবোই। মসি মানা তৌথোরকপা অমদি তৌখিবা থবক ময়াম্না সাক্ষিনি। ঐদি অমুবাংবসি লমদমসিগী অনীশুবা নেটানি হায়না লৌজে মাগী শিরিবা মওংশি অশেংবা সহিদ অমগী মওংনি। মাবু ঐখোয়না মতম কুইনা নীংশিংবা যাননবা মশা লৈবোল চল্লবা তুংদা মাগী মোংফমদা ফুরা অমদি শাশি। অদুগা মাগী লৈরোল চনগদবা মফমসিনা কেক্রু পাৎকী অথৌবা অথৌবী তবানিপালগী মনাক ওইবপ্না অহাঙবা মফম অমা য়েংলগা লৈরোন চনবনা ফগদ্রা খল্লি"।

ময়াম — "য়ারে, য়ারে, মদু য়াম্না ফজবা ব্বাখলনি"।

মীযাম্না ব্বারেপ লৌবা লোইরগা থেলাগাড়ী অমা ব্বায়রগা থেলাদুগী মথক্তা অমুরাংববু ময়াম চঙদুনা থাঙ্গৎলে। মণিপুরগী মেপ য়েকপা, অপাকপা, অমুরাংবগী মশা কুপ্পা থুংবা ফি অমসু পুরক্তুনা অমুরাংবগী মথক্তা কুপ্লে। লৈ পরেং ময়াম্না অমুরাংবগী মশাদু পূময়োম য়োম্লে। লমদমসিগী জাতি খুদিংমক্কী মী মখল অব্বাৎপা অমত্তা য়াওদ্রে হায়বা য়ারে। অমুরাংববু অসুম্না শামু মখোঙদগী কংলারোমদা মায় ওল্লগা মীয়াম্না চিংদুনা পুরকই। লম্বীগী নাক য়েত্তা মীনা চোন্না তিল্লে। দলান মথক্তসু মীগী-মী ঙাক্তনা মীৎলুদা পিরাং শীনথদুনা লৈ খুবাম-খুবাম চাইথরকপা য়াওই। "অমুরাংবগী আত্মা শান্তিগী" হায়না লাউরগা "জয়" হায়না খুম্মী।

কাঙবু অমনা লৈবোন চনগদবা মফম শেম্বা লোইরল্লে। মরকসিদা পুলিস টিম অমা লাক্লগা মফমদুদা অমুরাংবা লৈরোন চনবা য়ারোই হায়ররে। ঙাইহাক লাউনদুনা খৎনরে। ময়াম্না চিংলগা পুরকপা অমুরাংবগী প্রোসেসনগী মীয়ামদু উবদা অঙকপা অমদি ওইরে। মপোক ফৈদা! অমুরাংবা! শাগী জাত্তা পোক্লবসু মিংচত্তি মতম কুইনা লৈহৌরনি।

নোংথক্তা ঙরাং লৈকংথোং শঙ্গাবা লাকখিবা কেন্দ্রগী লচিংবী অমদি মাগী খোঙবু হেলিকোপ্তর অনীদা য়াম্না নেম্না পাইরি। মখোয়সু মীয়াম পুন্না থেলাদ' হাপ্লগা চিংদুনা পুরিবদু অমুরাংবনি হায়বা খঙলে। মহাক্না খল্লি — "মণিপুর হায়বা লমদমসিগী তোপ-তোপ্পা চৎনবী, সংস্কৃতি চাউনা লৈবনা মরম ওইরগা চুম্নগী ষণ অমা শিবা ফাওবদা লৈবাক্কী লুচিংবা অমা শিবদগী করিমত্তা তাদনা ব্যবহার উৎলি। মসিদি মালেমসিদা অহানবা ওইগনি। অদু, হন্দক্তি ঐ দিল্লি হেক য়ৌবগা ইউনিয়ন কেবীনেটকী অথুবা মীফম অমা কৌরগা 'অফসপা'গী মতাংদা খন্নরুদবা য়াদ্রে।"

শোমদা ময়াম পূন্নমক কেক্রুপাৎ য়ৌরে। পুলিসনা লৈরোল চনবা য়ারোই হায়রি হায়বদু তাবদা ময়াম পুল্লপ মমায় ওল্লগা লৈবাক্কী লুচিংবা মকোক্কী বঙ্গলো মমাঙলোমদা লাউরগা হল্লক্লে। মীগী তুরেল অমা ইম্ফাল শড়ক ময়ায়দা চেনবগা চপ মান্নখ্রে। হান্নদগী টেলিফোন্দা পাউ তাদুনা করম তৌসিগে খন্দুনা লৈরিবা, লৈবাক্কী লুচিংবা, মাসু অমুরাংববুদি য়ান্না নুংশিজবনি।

লুচিংবা মশা থোরক্লগা হায়রকই — "ময়াম পূন্নমক ! ঐহাক ইতোমতনা ৱারেপ লৌবদা খজিক্তং লুবদুদা তৌজবনি, কেবীনেট মিতিং অমা য়াম্না থুনা কৌরগ মফম অমা পীজরগে ? ৱারবসু ৱানা পূংমুক্কী মতম লৌজগে" ? নুপা অমনা, শাউনা লাউরকই, — "লৈবাক্কী অরুবা ৱাফম্নি খনবীয়ু ! ঐখোয়দি অমুরাংবসি লৈবাক্কী লুচিংবনা তৌবা ঙমদবা থবক কয়া পাঙথোক্লম্বনা মাবু লাইনি খঞ্জে। কেন্দ্রগী লুচিংবা লাক্লমদ্রবদি অমুরাংবা শিরমদবসু য়াই" অসি হায়না নুপাদুনা মখোল নীক্লগা কপ্পা-কপ্পা ঙাংলকই। ময়াম ঈংথনরগা ঙাইহাক ঙাইনরে। খুদক্তা কেবীনেট মিটিং তৌদুনা খন্নবদা লুচিংবা অয়াম্বনা অমত্তা য়েত্রে। কেক্রুপাৎ মনাক্তগী খরা চৎথোক্লগা অমুরাংবগী লৈরোল চনবা য়ারগনি হায়না লাউথোরক্লে। লৈবাক্কী লুচিংবা মশামক য়াওনা অমুরাংবগী লৈরোল চনবা য়াওররে। ময়াম পূন্নমক মীৎলু পিরাংগা লোইননা অমুরাংবদা অরোইবা বীদাই পীরম্লগা ময়ুম-ময়মদা হন্নখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী নুংথিল পূং বারো চপ-চানা কৈথেল ফম্বী মৌনহা অমা মাইবী চঙলে। কৈথেল মনুংদা লাইরোন-তিল্লোন পাঙলোন্দা লোক্লে। ইমা লেম্বীদি মশাদু চোকথবনা হৌগৎপা ঙমদ্রে। ময়াম তান্নবদা নুপীদুগী লাইরোন খরা তাশি হায়নরে। নুপীদুনা ঙরাং থোকখিবা থৌদোক্কী মরিকচুম্বা ৱারম পূন্নমক ফাওরক্লে। "অমুরাংবসি মীগী শায়োন্নি, মহাক মীওইনা পোক্লগা মণিপুরদা শান্তি হঞ্জিলহন্নবা

অমুক লাকখিদৌরি। ষণ ওইনা শায়োল্লগা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবদা ঙম্লমদবা থবকশিংদু মী ওইনা অমুকহন্না পোক্লগা হোৎনরখিগনি; অমুরাংবগী থরায়না মণিপুরগী চীং-তমগী নোংদোল থক্তা কোয়না পাইরগা অফবী মমা অমা কন্না থিবি। মমাদুগী গর্ভদা চঙলগা তাইবং মী ওইনা পোক্লগা অমুক হল্লক্কদবনি" হায়না ফাওরক্লে। ময়াম পুন্নমক্না ঙাঙনৈ — "নুপীদুগী লাইফাওদু অচুম্বা ওইগনি"।

মরকসিদা যাম্না চান্নবা থৌদোক অমসু মণিপুরগী মোরেদা থোক্লম্লে। চয়োল অমগী মমাঙদা লৈখিত্রবা মীয়াম্না যাম্না ফজদনা ঙাংনখিবা লালহৌলুপ অমগী লুচিংবা চীংলেনগী ৱারীনি। ঙসি নুমিদাংৱাই চীংলেন্না লৌরম্বা আই পি এস ওফিসাব ওইনা মণিপুরদা চহী অমগী পোস্টিং লাকখিবা দি এস পি. পাঞ্জাবী নিংঙোল শুনন্দা দত্তা বীদাই পীবগী থৌরম অমা ফাস্ট এম আর গ্রাউন্দা পাঙথোক্লবা থৌরাং লোইবম্লে। বীদাই পীবগী থৌরম লোইশিল্লকপদা শুনন্দা দত্তনা মশাগী মোৎ খরা থম্মোই শোক্না ফোঙদোরকই — "ঐহাক মণিপুরদা পোকপনি; ঐবু পোকপা অজয় দত্তা মণিপুরদা চহী তরেৎ পোস্টিং তাদুনা দি আইজি ওইনা লৈরম্মী। ঐহাক লাংজিংগী সেন্ট্রেল স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্লকখি। মণিপুরগী কলচরবু পামজবা অমদি লমদমসিগী মীয়োক-মীচান ফবা. শান্নবদা হৈ-শিংবা কয়াবু পামজবদগী অমদি লমদমসিগী তং তাদবা ফিভম অমা লৈবসিদা ঐহাক লমদমসিদা পোস্টিং তারগা করিগুম্বা খরদি পাঙথোক্কে খনবদগী মণিপুরদা পোস্টিং লাকখিবনি। অদুবু ঐহাক্কী মীসন্দু মায পাকপা ঙমদ্রে। ঐহাক্না লালহৌলুপকী লুচিংবা চীংলেনবু ফাখি। মহাক ঐগী কস্টদিদা মতম খবা থমখি। লাইবক ফবনা মহাক ঐগা লাংজিংগী সেন্ট্রেল স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্মিন্নখিবা কম্মিস্নার শেখবগী মচানুপা চীংলেন/ঙানবা ওইবমখি। ঐনা ঐখোয় অনীগী অঙাং ওইরিঙৈদা এক্সরসন চৎপা মতমদা খুদোল তৌখিবা; অরোইবা মণিপুব থাদোক্লমদাইদা পূক্লিংদা ফাওখিবা ৱাবী কয়াদু লীবদগী ঐখোয় অনী নুংশি মরীরোমদা নকশিন্নবকখি। ঐনা চীংলেনবু নমদুনা সরেন্দর তৌহনখি অদুগা মাবু দিল্লিদা লোন্না পুরগা ঐখোয় অনী লুহোংখি। দিল্লিদগী অমুক হল্লক্লগা মোরেগী পোস্টিং মফমদা চৎপদা লালহৌবশিংনা অরোনবা পাউ ফংবদগী এম্বুস তৌরকপদা মহাক লৈখিদ্রে। ঐবুসু হাৎকদবগী মখোয়না শেন্নরি হাযবা ঐ তারে। ঐসু হৌজিক্তি দিল্লিদা অমুক হল্লগে লেপ্লে। হৌজিক ঐগী পুক্নুংদা চীংলেনগী ঈনা মিতম্বা অঙাং অমগী খুদম ফংলে। ঐনা অঙাংসিবু চেকশিন্না শেন্নদুনা অশোয়-অঙাম য়াওহন্দনা পোক্কে খল্লি। ঐ য়ুম অমুক পাল্লরোই; অদুনা

পোক্লক্কদৌরিবা অঙাংসি মণিপুরী মচানি। ঐনা অঙাংসিবু চহী কুনগী মতুংদা নীংথিনা মণিপুরী লোল, মণিপুরী-চিঞ্জাক, চৎনবী, ফিজেৎ অমদি কলচরগা লোইননা শেন্নগা ইমা লৈবাক, ঐগীসু পোক্লফম ওইরিবা মণিপুরদা শোয়দনা পুরক্কে খল্লি। মদু ফাওবদংদি ঐ দিল্লিদা লৈজরুগে? ঈশ্বরনা পূন্নমক ফনবা শীনবীরসনু”।

শুনন্দগী মীৎলুগী পিরাংদু ৱাহৈ খুদিংগী লৈমায়দা পোপ-পোপ তারকই। মাগী মতৌ অমদি ৱাঙাংশিংদু তারগা ফল্লিবা ময়ামদু মপি তাবা য়াওই। অসুন্না বীদাই পীবগী থৌরমদু লোইশিল্লে।

ঙসাই নুংথিল মাইবীগী লাইপাউ তাহৌবা মীওই খরনা ঙাংনৈ — “ঙসাই মাইবীনা ফাওখিবা অমুরাংবগী থৱায়না অফবা মমা অমগী গর্ভদা চঙগদবগী থিরি হায়খিবদো শুনন্দগী গর্ভদা চঙবা শোয়দনা ওইগনি। মদু চুম্বা ওইসনু!” অসুন্না বীদাই পীবগী থৌরমদু লোইশিল্লে।

অসোমদা অমুরাংবগী হৌরকফম খুঙ্গংদা মতম অমগী যন হুৱানবা অমুয়াইমা মখোঙ নাম্মা চিংলে। মহাকসু অমুরাংবা শিবগী পাউ তাবদা থৱায় নুংঙাইত্রে। মহাক অশেংবা অমুরাংবগী ৱারীদু তন্নিংমন্দুনা য়েংখোমগী কুমারগী য়ুম [illegible] চৈশু অমা পায়রগা য়াম্না ৱানা লাকই। কুমারদা থম্মোয় শেংনা হৌখ্রবা অমুরাংবগী ৱারীদু মথং-মথং লীদুনা তম্মী। কুমার, নোংমা মানা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা ফক লৈবা চৎপদা উরম্বা অমুরাংবদু মাগী শঙ্গোন্দা পোকখিবা অমুরাংবনি খঙলকপা মিকুপ্তা ওন্থোক্লা চাউথোকচৈ। অদুবু মাদি খঙদবনা অমুরাংবগী মথৌ-মঙম পাঙথোকপদি য়াওখিদ্রে। অমুয়াইমনা থম্মোয় শেংনা মাগী মরালগী দন্দি পীরবসু মহাক য়ারে হায়। অদুবু কুমার, অমুয়াইমবু ফু চৈবগী মহুত্তা চেৎজেৎ কোল্লগা নুংঙাইবনা কপখি। মানা খনখি — “অমুয়াইমনা অমুরাংবা হুরাল্লমদ্রবদি লৈবাক্লা অমুরাংববু মশক খঙলমদবসু য়াই। ঐগী ইংখোলদা নৎত্রগা য়ুমফমদা অফবা ইচা ধারা পুথোকপা ঙমদ্রবসু অমুরাংবগুম্বা অশেংবা সহিদ ওইবা ঙম্বা যন অমা পোকখিবা হায়বসে কয়াদা চাউথোকচনিঙাইনো”? অসি খল্লগা কুমারনা অমুয়াইমবু ময়ুম য়ৌনবা থিল্লকখি।

তাং ৯/১০/২০০৭

# খোঙথাং অমা শোয়খিবদা

ওজা নোরেন হায়স্কুলগী ওজা ওইরি। মহাক হৌজিক চহী নিফুগী মথক্লি। বী এ পাশ তৌরগা ওজাগী শিনফমদা চংখিবনি। চীংদা ওজা ওইরিঙেদা ঙাংখৈদগী ময়ামগী ইনে চাউবীনা শীল্লক্কুনা নোরেন লুহোংনবা থৌরাং লোইখি। মমা ঙন্না শিখিবা অমদি অপোকপা মপানা পাখ্রা ওইনা লৈবগা নোরেনগী পুন্সি য়াম্না ৱানা হৌরকখি। চাউবী লৈকায়গী মনেনি। নুপী শেম্বদা য়াম্না হে-শিংই। নোংমা কেশোনা মচানুপা নোরেনগী নতৈ চাবা, মশকসু কাবক-কাবক য়েংবা য়াবী, মরম মোকপী নুপী অমত্তা য়েংঙকউ হায়খি। চাওবী, মখোয়গী লৈকায়গী মচা নুপীঙাক্তা মরি পোকপা, হাইফেৎ নুংঙাইনা পানবা এস আই লোকেশ্বর অমদি গম্ভিনিগী য়ুমদা লাকখি। গম্ভিনি উনদুনা নুপা অফবা অমা লৈরে হায়না ৱা হৌদোকখি। ৱারী শান্নবদা ইবেমহলগা নোরেনগা লুহোংনবা তৌরসি হায়নৈ। চাউবীসু ইবেমহলগী মশক হান্নদগী খঙবনিনা য়ারে, য়ারে হায়। অদুবু মশাগী অয়া-য়াদা খঙদোক্লবা চাউবী নোংমা লোকেশ্বরগী য়ুমদা লাকই। ইবেমহলগী মনাও য়ায়মা কুঞ্জরানীনা চা পুথোরকই। চাউবীদি কুঞ্জরানীবু ইবেমহল ওইরবোই নীংলুরে। কুঞ্জরানীগী মশক্তু ঈং-তপ্না ফজে। চাউবীনা গম্ভিনিদা হংই — হৌজিক চা পুথোক্লম্বীদুনা করম্বনো"?

— "হৌজিক্কীদুনা মনাও নুপীনি"?

— "ঐদি হৌজিক্কী মনাও নুপীদুনদুম হেন্না পাম্মী"। চাউবীনা হায়বনি।

— "য়াইদা, মনাওসি ওইরবসু কায়দে"।

গম্ভিনিনা খল্লি, — "ইবেমহলদি তলব চাবা থবক অমসু তৌরে, ইমুংগী মতেংসু চাউনা পাংলি, মাগীদি নুপা থিবসু থোইনা ৱারোই, অদুনদি মনাওসিদুম পীখ্রসিরা"?

চাউবীদি থবক তৌবা-তৌদবগীদি থোইনা খল্লুদে। মানা খল্লিবনা নুপাসু থবক তৌরবনিনা মশক খরা ফজবী মনাওসি য়ারক্লবদি হেন্নবু ফরে, মকুগী সেবা তৌজনবা"। অসি খন্দুনা নুপী য়েংবা চৎলুবগী পাউদু হল্লক্লগা কেশোদা তল্লরে।

কেশোসু ইচন্না ফৈ হায়বদু ইবুংসু য়ারে হায়রে। অদুবু মচা নোরেন চীংদগী থোরক্লগা নুপীদুবু অমুক্তংদি য়েংহনখিসি হায়। মতম খরা নোরেন য়ুমদা থেক্লকপা ঙাইরে। অদুবু নোরেন্দু পাক হেক থোক্লক্লে।

মরকসিদা কুঞ্জরানী, মচে ইবেমহল হান্না লুহোংগদ্রা হায়রগা মাগী ওইনা কন্না ঙাংনরকপসিদা নুংশা থীরে। মাগী নুংশিনজবা বীরেন্দা ৱাফম পূন্নমক কপ্লগা তল্লুরে। বীরেনসু কুঞ্জরানীনা কপ্লগা তম্বদুদা নুংঙাইতদুনা মখোয় অনী চেল্লে। অহল-লমন পাউ হায়দোকপা লাকপদা ইমুং অনী খৎনরে। নুপী থিল্লকউ হায়বদা য়াদ্রে। পুলিস টিম অমা চত্তুনা কুঞ্জরানীবু মপামদা পুরক্লে। ইকায় খাঙদগী বীরেনগী অহল-লমন্না কল্লক-মাঙ চাং তাবা য়াদে হায়বগী নমাদা য়াম্না থুনা শীল্লগা বীরেন অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখ্রে। কুঞ্জরানী, তৌফম খঙদদুনা কপ্লগা লেল্লি। থা ফারকপদা কুঞ্জরানী বীরেনগী মচা মীরোনবগী খুদম লাক্লে। মা অমুক্কা হেন্না নুংশা থীরে।

মীওইবগী লাইবক কনানা তম্বা ঙম্মী। নোবেন চীংদগী ছুটি থোবক্লে। মপানা হাযবদগী মনে চাউবীগা উনবে। চাউবীনা শীন্দুনা নোরেন নুপী য়েংবা লাকই। গর্ভিনি, মচা কুঞ্জরানী চেল্লুরে হায়বসি চাউবীসু তারবনিনা পাম্বীররোই খনবদগী মচা ইবেমহলগী ৱা ওইনা চাউবী উনবদা হান্না হায়খ্রে। শোমদনা কুঞ্জরানীগী ৱাখলদা মাবু চেল্লুবা বীরেনগা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখ্রবনিনা, মাগী লুরবা তাঞ্জাসিদা যাব্বদি হন্দক্কী লুহোংবসি মচেগী মহুত্তা মাগা ওইনা হোংজগে হায়না মচেদা হায়জৈ। মচেনসু মনাওগী অৱাবদু উবীদুনা য়ারে। অমরোমদা নোরেন্নদি চীংদা লৈরুবগা লৈকায়গা লাপ্নবগা কুঞ্জরানী বীরেন্দা চেল্লুরে হায়বসি খঙদে। মপা অমদি মনে চাউবীনা শীনবদু অদুম য়াই। চাউবীগা নোরেনগা লোকেশ্বরগী য়ুম য়ৌরক্লে। ঙসিসু কুঞ্জরানীনা য়াম্না কেনা চা পুথোরকই। তৌবগীদি কুঞ্জরানীনা মচিন-মনাও মরিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মশক ফজে। চাউবী, কুঞ্জরানী থোরকপা উবদা শাওনীংই। মবুক্তা খল্লি, — "করিগীনো মচে য়েংগে হায়রগা মচে থোক্লক্তনা চেল্লুরবী ওইনা থোরক্লিবসিবো"? নোরেন্না অমুক খল্লি — "নুপীসিদি মশক্তি ওম্থোক্না খুৎফজ অমা তৌইদা! ঐখোয়গী ইনে চাউবীনা নুপী থিবদা মমিং চৎলিবসি সিননিদনা!"

চাউবী, ৱাদি ঙাংদে। কুঞ্জরানী চা পুথোক্লম্লগা অমুক চংখ্রে।

চাউবী, — "শোম্থাংননা - "ইবুংঙো নোরেন! নঙবু হৌজিক্কীদুবু পাম্ব্রনে"?

— "ইনেনা শীনবদা করিগী য়ারোইদগে"?

— "নঙনবু পাম্লবদি মখোয়গীদি য়ারবনি"।

চাউবীনা খল্লি, — "নোরেন্না কুঞ্জরানী পাম্লবদি নুপী ময়ুমদগী পৈশা খরা হেন্না লৌহৌবা য়ারগনিসে"।

নুপী য়েংবা চৎলুবা হল্লক্রে। কেশোসু মচানা য়েংবা চৎলুবা নুপীদু পাম্মে হায়বদুদা মমৌ লাক্লবদি মহাক চাক-ঈশিংগী থবক খরদি কোম্লগনি খল্লি। চাউবীনদি নোরেনগা লুহোংগদৌরিবা নুপীসি চেল্লুরবীনি হায়দ্রে। য়াম্না থুনা লোইশিন্নবা শীন্নদুনা কুঞ্জরানী নোরেন্দা অমুক চেল্লে। চেনবা মতুং ইকুই-কুইদনা লুহোংলে। কুঞ্জরানীগী অৱাবদি কোক্লে। নৌনা লুহোংলকপা মাগী নুপা নোরেনবু সেবা ফজনা তৌই; মকুবোক্কী সেবাসু নীংথিনা তৌই। কেশো, মমৌ অফবা অমা চাউবীনা শেম্বীরকপগী চাউবীবু থাগৎলি। অদুবু কুঞ্জবানীগী ৱাখলদদি মাগী অরোনবা মীরোল্লিবা মচা অমদি মহাক হান্না বীরেন্দা চেল্লুরে হায়বসি নোরেন্না খঙখিগদ্রা হায়না তত্তনা পাখৎচৈ।

নোবেন, চৎন-থোক্ন তৌদুনা চীংদা থবক তারকপা চহী মঙারোম শুরক্লে। শোমদা মাগী লুহোংখিবসু থা মাপল হায়রক্লে। মানা য়ুমদা থোক্লকপা তাঞ্জা অমদা কুঞ্জরানী অঙাং উনবা মতম য়ৌবন্লে। হোসপিটালদা পুখত্তুনা মচানুপা অমা ফংজরে। নোরেন, মানা লুংহোংখিবা থাগা কুঞ্জরানীনা অঙাং উনবিবা মতমগা পাবদা খরদি ঙনমনৱা হায়না মবুক্তা চিংনবগুম তৌখি। অদুবু কুঞ্জরানীনা মাবু নীংজবা, লুনা তৌজবা, মাগীদমক ৱাজবা কয়া অমদি অপোকপা মপাগী সেবা ফজনা তৌবা পূন্নমক্তুনা ফত্তবা লমচৎতু কৈদৌঙৈদা চৎলমগনি থাজরুদে।

অসুম্না য়াম্না নুংশিনবা য়ুম্বাল পুন্সি অমদা লেল্লকপনা চহী কুনমঙারোম শুরে। কেশোসু অহল মতম ওইরক্তুনা লৈখিদ্রে। কুঞ্জরানীনা পোকপা মচানুপা ধীরেন চহী কুনমরি মপূং ফারে। মহাক লাইরিক-লাইশুদা য়াম্না পূক্নিং চংবদগী বী এস সিদা ইউনিভর্সিটিগী মকোক তাখ্রবা তুংদা হন্দক অমুক এম এস সিদা মকোক তারে। মখাদা মনাও অমদি মচন য়াওদবনা মমা-মপানা ধীরেনবু য়াম্না লুনা তৌই। মচানসু মমা-মপাবু লুনা খঞ্জে। মখোয়গী লৈকায়দা মখোয়গী ইমুংসে পীকতক্লা

য়াম্না নুংঙাইবা ইমুং অমা ওইরে। মীনা ফৱকপদা কনাগুম্বা খরদি খাঙবা ঙমদে। মীৱা ঙাংনবা, করম তৌরগা মাঙনবা, অমদি মিংচৎ থীনবা শীনসিগে খনবা য়াওরকই। কুঞ্জরানীগী ৱাখলদসু মতম চুপ্পদা কাউবা ঙমদবা মতাং অমদি লৈরি। মদুদি মা অমদি নোরেন্না লুনা তৌদুনা য়োক্লিবা মচাসি বীরেনগীনি হায়বসিনি। নোরেনগী মরুপ-মপাং খরনা মচানা বী এস সি অমদি এম এস সি অনীমক্তা মকোক মথং-মথং তারকপসিদা চাক অমদি পীজবা য়াবনি হায়। নোরেনসু ময়াম্না হায়বদু য়ারে। লৈকায়গী অহল-লমন, ওজাশিংসু য়াওনা ধীরেনগী মমান্নবা খরগা পুন্না বার্ত্তন তৌদুনা চাক পীজনবা থৌরাং লোইরে। ঙসিগী মীয়াম চাক-পীজবগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা বীরেনগা লুনা তিন্নবা ওজা থোইবা য়াওরি। থোইবা, হিদাক খরা থক্লগা লাকপা মাল্লি। মানা কুঞ্জরানীসি বীরেন্দা চেল্লগা লুহোংগনি তৌরম্বনী হায়বগী মতাংদু ওজা কুল্লা অমদি অতৈ তানবা ঙাংলকই। ওজা কুল্লদি নোরেনগা ওজা ওইমিন্নরিবনি, লুনসু তিন্নবনি। কুল্লনা মদুগুম্বা ৱাদু মফমসিদা ঙাংগনু হায়জে। থোইবা খাম্বা য়াদনা — "অদুদি হায়রে" হায়না খরা হৌনা হায়রকই। কুল্লা, য়াম্না শাউনা হৌগৎলগা থোকখ্রে। নোরেন্না কুল্লবু চৎলব্রা হংই। কুল্লা, — "ঐ থোইবা য়াওরবদি চাক চাররোই" হায়রকই। নোরেন্না কুল্লবু থেম্লগা পুশিল্লকই। থোইবনা কুল্লনা হায়গনু হায়বা ৱাদু অমুক হন্না হায়রকপদা নোরেনগী য়ুমলোন্নবগী মনাওশিং অমনা তাবদগী য়াম্না শাওনা থোইববু কিন্না থিল্লগা ফুরুরে। থোইবা, লাউর-লাউরগা — "কুঞ্জরানী বীরেন্দা হান্না চেল্লুরবনি, চেল্লুরবনি" হায়রগা থোকখ্রে। মীয়ামদু ঙাইহাক্তং মফমদু পূমনিল নিক্লে। কুঞ্জরানী, ফমুংদা চংলগা কপ্লগা লৈখ্রে। নোরেনসু মমায় ঙাংশং-ঙাংনা ইকায়বা খাঙই। ময়ামদুগী মরক্তা খ্বাইদগী ৱারিবদি মচানুপা ধীরেন্নী। মাগী মরালবু করিনো? মীওইবগী পূন্সিদা অশুক ৱাবা পূংফম অমা লৈরমখিগদ্রা? নুংঙাইবা থিরিবা পূন্সিদা অৱাবা মপৈ অমা কোকথোঙ পুরগা শাংলবা পূন্সি অমা লেনবা তারিব্রা? মমাঙদা পূন্সিগী খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোল অমদা লেপ্লুরগা মিকুপ অমগী তুংদা চীংদোলদগী খঙহৌদনা ওন্থরক্নুনা চীংখোঙ অমুক য়ৌরকপসিবু করি মতৌনো? নুংশিনা তিন্নবা মমান্নশিংদুগী মমাঙদা মহাক হু চাদুনা শিরশিরা খল্লকই। নুংশুক-নুংজানবা থম্মোয় ময়ামদু চাক চাদনা হন্নখ্রগদি অমুক্তা হেন্না ৱাগদবদু উবদগী লৈকায়গী অহল মঙ্গোলজাওনা — "ময়াম পূম্নমক চাক তাক্লে" হায়না শমজিল্লকপদগী ময়াম চাক চাবা চংনখ্রে। কুঞ্জরানী ইমুংদগী থোরকপা ঙমদ্রে। নোরেন, থম্মোয় পুবা য়াদনা ৱারগসু ৱাদবা শানা — "ময়াম চাবা য়াদ্রব্রা" হংই।

ধীরেনদি মাগী কাদা মপান থোরক্লনা লৈরি। ঙাইহাক্কী মনুংদা ময়াম চাবা লোইদুনা চৎনবা হৌখ্রে। অহল খরা অমদি ধীরেন্দা বর পীবা চংঙকই। ধীরেনগী শকফম উবদা মী অমত্তা ৱাদবা য়াওদ্রে। ধীরেন, মমা-মপা অনীবু পুন্না উজবা ফাওবা ইকায়জরে। জগৎ সংসারসিদা অসুম্না ৱাবা অমমুক লৈরমখিগদ্রা? মহাক্কী তুংগী খোঙথাং কন্নানা লমজিংবীগনি? ওসিগী খ্বাইদগী ৱাবা পূংফমসি মখোয় অহুম অমত্তা উনদনা তোঙান-তোঙানবা কাদা ফম্নগা ৱানা নোংমগী মতম হৌখিবা ঙাইহৌই।

তাং ৮/১০/২০০৭

# থাজদবা কোমদা ঙা লৈরম্বা

হয়েংসি তুরেলফ ক্লাসকী অঙ্কগী পরিক্ষা থোকই। ঙসি নোংমাইজিং নুমিৎনি। অয়ুক্কী পূং নিপাল্লোম তারে। জয়মতি ত্রিগোনোমিত্রিগী অঙ্ক অমা ফল তাদদুনা হঞ্জিল-হঞ্জিল হোৎপা লাক্লরি। মমা ইবেমপিশক কৈথেলদা মনা-মশীং খরা লৈবা থোকখি। মপাবুং বীজয়না মিতিং অমা চৎখি। য়ুমদা লৈরিবসি জয়মতি মতোমতনি।

তাঞ্জাদুদা খুঙ্গংদগী মখোয়গী লৌউবা উত্তরগী মচানুপা ইবোচৌবা খাউ অমদা লৌদগী লুদা চংবা ঙা খরগা ইংখোলগী মনা-মশীং খরগা হাপ্লগা পুরগা চংলকই। মাগী ফিজেৎসু কয়া নান্দে। শুমাঙদা সেন্দল থম্লগা মাঙ্গোলদা কাখৎলকই। মী কনা অমত্তা উদবদুদা ইমুংগী মী কৌরকই।

— "ইমা'বেম্মা লৈবীদব্রা? হো! ইমা'বেম্মা লৈবীদব্রা"?

— "লৈয়ে, কনানো? অঙ্কনা মরোল অমা ফল তাদবনে, ওহ্তোক্লা ফরক তাখ্রেদা!" শোম্থাংনবা ৱাহে খরা ঙাং-ঙাংলগা জয়মতি মপাল থোরকই।

ইবোচৌবনা খল্লি, — "মখোয় ইম্ফালগী নুপীশিংসে ওহ্তোক্লা ৱাঙাং কনখ্রেদা"!

জয়মতিনা থোরকপদা ইবোচৌবা হেক উরে।

— "করি হায়গে, ইমাদি কৈথেল চৎখি"।

— "মেম্মা! ঐবু খঙদ্রব্রা? নখোয়গী লৌউবা উত্তরগী মচানি। ঐনদি নঙবু খঙই। এঙ্গাং খরা ইমা-পাবুং পীজনবা পুরকপনি সে! খরা থমজিল্লু!"

জয়মতি খাউদু লৌরগা ইমুংদা পুশিল্লগা চংখ্রে।

জয়মতি, হান্নদগী ইবোচৌববু মশক খঙবনি। অদুবু খরা নৱাংবগুম তৌদুনা "ইমা লাক্লনি ঙাইহাক ঙাইবীখো, চা থকখিসি" হায়বা ৱাহে অমত্তা ফোঙদোরক্তবদুদা ইবোচৌবা ইকায়দুনা "অমুক চৎলগে" হায়রম্লগা থোরক্লে। মাদি মাবু পোকপা

উত্তরনা হার লৈনবা লুপা লীশীং অমতং পীবীয়ু, হয়েং পোইনুদা ফৌ ওইনা পুন্না পীরক্লগে হায়য়ু হায়না লাকপনি। অদুবু মতাং চাদদুনা থোরক্লে।

মানা ৱাখল নীংহন্ননা থোবকপনা থোঙ্গাল খরা হেন্দোরকপদা ইবেমপিশক থেংনরে।

ইবেমপিশক, — "হায়মা! ইবোচৌবা! নঙদি-হৌজিক লাকপ্রা"?

— "ঔ, ইমা বেম্মা! ঐ য়ুমদা চংজরুরে। মেম্মদা মনা-মশীং খরা শিন্নরম্লগা ইমাখোয় লৈরম্দবদুদা বজার য়ৌরুৱগা কোন্না অমুক চংলক্লসিরা খল্লবা"!

— "চাক চাবগা নঙগী পাবুংগসু উনরগা চৎলোদনা! ঐদি ছুটি ওইরিঙৈসিদা কৈথেলদগী করি-করি অহোং-অচাও খরা য়েংবা চৎলুবনি; লাকও-লাকও চংলুখিসি"।

মমাবেম্মগী ৱাহৈদুদা ইবোচৌবা অমুক হঞ্জিন্দুনা চংলক্লে।

জয়মতি মমাগী মনাক্তা চংলক্লগা কেশিন্নৈ, — "ইমা! অঙ্ক অমা ফল তাবা শুকঙম ঙমদ্রে, কনাদা হংঙুদোইনো? পরিক্ষাদা য়ান্না হঙ্গনবা অঙ্কনি; ঐখোয় ওজানা শোয়দনা হংলক্কনি হায়বনি। নহান মানা তাকখিবা মতমদদি খঙখিবনি। অদু, হয়েং পরিক্ষা য়ৌরবকানসিদা অমুক কাউরে। ইমা! কমদৌসি হায়রিনো"?

— "নঙগী পাবুং লাক্লগা নঙগী ওজাদুগী মনাক্তা চৎলুবা তারেদনা!"

ইবোচৌবা, — "ইমা বেম্মা! ঐখোয়গী মেম্মবু করি ক্লাস তম্লবগে"?

— "তুৱেলফকী পরিক্ষা থারিয়ে; হয়েং অঙ্ক থোকই, অঙ্ক অমা ফল তাদ্রে হায়রিসিনি।".

— "ও! করি অঙ্কনো ঐবু অমুক্তা য়েংনীংখ্রেদা!"

জয়মতি, ইমুংদগী — "ঐখোয় মাসিমা কান্নদবদা ৱারেম ঙাংই, ওইসু ওইরোইদবদা!" শোম্থাংননা হায়বনি।

শোমদা ইবোচৌবগী থৌনা হেনগৎলকই।

— "মেম্মা! অঙ্কদো অমুক্তা পুথোরকউ, ইবুং য়েংগেনে"?

— "ঐনা চাম্মরক হোৎপদা তাদ্রবনি, ঐখোয়গী ওজাবু তাকহল্লগে"?

ইবেমপিশক — "হোয়নহে, নবুংসে বী এস সি থাগদৌরিবনিনে, ঐদি কাউবু কাউরুরে, অমুক্তং য়েংহল্লুদনা!"

— "ওইসু ওইরোইদবদা, নখোয়গী লৌগী ৱারীদুদুম শানৌ!"

— "মসিগী অঙাংসিদি! কদায়নো ঐঙোন্দা পীরো, নবুং হোৎহনগে"? অসি হায়না ইবেমপিশক্না মচাগী অঙ্কগী বয়দু লৌরগা ইবোচৌবদা কলমগা পুন্না পী। অঙ্কদু উবদা ইবোচৌবা পূক্লিংদা নোকই।

জয়মতিদি কয়া থৌশাদনা ইমুংদা চংখ্রে।

ফোর্মুলাশিংদু মাদি ময়ুমদা তুরেলফকী অঙাং অনী-অহুম নুংতিগী প্রাইভেৎ তম্বীবনিনা ইরায়-ঙায়না নীংশিংলি। কলম পায়রগা অঙ্কদু শৎ-শৎ হোৎতুনা ফল তারে।

— "ইমা'বেম্মা! মেম্মবু অমুক্তা কৌথোকপীয়ু! অঙ্কগী ফল তারে"।

— "এ! ফরেদা! হায়, নঙবু থোক্লকউ লাওনে, নবুংনা অঙ্ক হোৎপা লোইরেনে!"

জয়মতি, কয়া থাজদবগুম তৌনা থোক্লকই।

ইবেমপিশক, — "খঙদ্রগা নবুংদা খঙদবা মতাংদু হংহৌরোদনা"?

জয়মতি, ইকায়রপ তৌনা চংশিল্লক্রে। মহাক ইবোচৌবগী হেন্দ রাইটিংদু উবদা কল্লকই।

ইবোচৌবনা মচা খায়না অমুক তাকপীরে। তাকপা লোইরগা ভাব তারগদ্রা হংই।

জয়মতি, মানা ঙসাই হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ইবোচৌবনা তারমগদ্রা হায়না মতোমতা চিংনরকই। খল্লকই, — "ও! ঐনা খুঙ্গংদগী লৌমীনি খল্লুরগা মাদি অশুক লুবা অঙ্কসি কয়াদা লায়না হোৎলিবা!"

জয়মতিগী নাপল খুদক্তা ময়া কুমখ্রে।

মমানা চাক-ঈশিং থোংলগা ইবোচৌববু পীজরে।

বীজয়সু হল্লক্তুনা ইবোচৌবনা লাকপগী মরম হংই। ইবোচৌবা, মপানা হায়রকপা হার লৈনবা পৈশাদুগী ৱাফমদু ইকায়-ইকায় হৌদোরকই।

ইবেমপিশক্লা, — "পৈশাদো খরা পীবিখো মোয়পাবুং! ইবোচৌবনা নচানুপীগী অরুবা অঙ্ক অমসু ফল তাহল্লবনি"।

— "হা! চুম্বনে, ইবোচৌবা? পীসু ঙাইদনা"। অসি হায়রগা লুপা লীশীং অমা লৌথোক্লুরগা পী।

ইবোচৌবা হরাউনা পৈশাদু পুরগা য়ুমদা হনখ্রে।

জয়মতি, মরক-মরক্তা অঙ্ক ফল তারক্তবা মতমদা ইবোচৌববু হেক্তা নীংশিংলকই। থা খরগী তুংদা খবরদা নোংমা বী এস সিগী পরিক্ষাগী ফল য়াওরকই। ইবোচৌবনা চহীদুগী বী এস সি পরিক্ষাদা বেস্ট গ্রেজুএট তারে হায়না য়াওরম্লে। জয়মতি খবরদু থাদোক্নিংদ্রে। য়েংদুনতা লৈনীংবগুম তৌরে। মমাদা পাউদু পীসি পীঙমদা। বীজয়সু পাউদু তাদুনা য়ুমদা হল্লকপগা ইবেমপিশক্তা তম্মী। ইবেমপিশক মচাদা পাউদু তমগে চংলকই। মচানা খবর য়েংলগা লৈরম্বদা করি য়েংলিবনো হংই।

— 'ইমা! তাইবোচৌদো কুমসিগী বী এস সি পরিক্ষাদা য়ুনিভর্সিতিগী মকোক তারে।

— "হৈমা! নঙসু পাউদু তারবোইরে!"

তা ১৩/৯/২০০৭

# নুপী

নুমিদাংবাইগী পুং মঙারোম তারে। ফৌ চরোংনা মরু চংবা হৌরকপগী য়েংবা নুংঙাইরকপা মতম্নি। বীরমনি, নুংতিগী স্কুটর তোংলগা ইম্ফালগী পি ডবলিউ দি ওফিসতা অয়ুক্কী পুং ৯.৩০ তাবা মতমদা চৎলগা পুং মঙাদা কুম্লকই। ময়ুমদগী মাগী ওফিস তানা স্কুটর তোংলগা চৎপদা পুংখায়মুক চঙই। ঙসিসু মহৌশাগুম স্টেট হায়রেদা স্কুটর কন্না থৌরগা হল্লকই। মী কনামত্তা চত্তবা লমহাং মতেক অমা ফাওদুনা চৎপা মপাদুদা নুপী অমা শড়ক মতাইদা মবুক পায়রগা চৈনা খাঙদুনা লাউরগা লৈরম্বা থেংনরে। মী কৌবনিনা হেন্দোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। মাগী স্কুটরদু ব্রেক ফারগা স্টার্ট মুথৎতুনা খাম্লগা নুপীদুগী মনাক্তা চংশিল্লকই।

— "অয়ো ইমা, ঐ শিরে, ঐবু ডাক্তরদা অমুক্তা থিনবীয়ো! পুক থিনবনা খাঙবা ঙমদ্রে"।

মাগী মতৌদুদা পুক নমগে করম হায়রুদৌরি? অতোপ্পা মী লাকপ্রা য়েংবসু কনামত্তা লাকপা উদে।

বীরমনিনা নুপীদুদা হংই — "য়ুমদি কদাইদগীনো"?

— "থংনবা খুলসিদগীনি"।

— "অদুদি য়ুমদা থিঙ্গরম্মু হায়ব্রা"?

— "থিনবীগে হায়রগদি হোসপিটালদা ওইনা থিনবীরম্মু"।

— "গাড়ী তোংবদি ঙমগদ্রা"?

হংলিবা ৱাহংদুদগী খজিক্তং থৈদোক্লগা "ঈশিংগা য়াওবীরিব্রা" হংলকই। "ঈশিংবুদি য়াওরি ঈশিং পীয়ু হায়ব্রা"? অসি হায়রগা মাগী বেগতগী ঈশিং বোটলদু লৌথোক্লগা পী। নুপীদুনা মনাক্তা লৈবা বেগতু হাংদোক্লগা টেব্লেৎ অমা লৌরগা চায়। চাবা লোইরগা ঈশিং খরা থকই। ঈশিং য়োৎপা লোইরগা — "খরহেক ফৈদা" হায়রকই।

— "ফরবদি ঐ চৎচবা য়ারগদ্রা"? নুপাদুনা হায়বনি।

— "শোন্না ঐবু হোসপিটাল ফাওবা থিনবীরমগে হায়বীখিবা নৎত্রা"?

— "থিল্লম্মু হায়রগবুদি থিনবা তারেদনা!"

বীরমনি, গাড়ীদু ইম্ফাল্লোমদা মমায় লৈরগা স্টার্ট তৌরে। নুপীদু নুপাদুগী গাড়ী মনীংদা কাখৎলগা সিত্তা ফল্লে। খরা চৎলগদি বেগতগী জর্দা ময়োম অনীখক লৌথোক্লগা মানা অমা চারগা অমনা বীরমনিদা লাল্লকই।

— "ঐদি ক্বা চাদে"।

— "হৈমা! অদুদি য়ান্না অঙাং ওইরিনা! হঙ্গোইগদ্রা খরা কোনগেকো! নপ্পসে হৈতদনা তাহৌগে তৌবদুদা তৌবনি"? অসি হায়রগা বীরমনিদা কোল্লগা নপশিল্লকই।

বীরমনি, পূক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লকই। অদুবু হায়নখিবা মতুংইন্না অসুম লাকপনা রিমস য়ৌগদবা নকশিল্লক্লে। নুমিৎসু মমশিল্লক্লে। নুপীদুনা হায়রকই — "গাড়ী অমুক্তা খাম্বীখো!"

বীরমনি, গাড়ী খাম্মী। নুপীদু কুমথরগা — "মিনিট অমখক্তা ঙাইবীরম্মু!" হায়রল্লগা য়ুম অমদা চংখ্রে। নুপীদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থাদোরকই। মহাক মশাদি থোরক্তে। অনৌবা নুপীদুনা বীরমনিবু অমুক্তা চংবীরকউ হায়রগা য়ুমদুদা পুশিনখ্রে। নুপীদুগী ভারাগী কাদা নুপাদু চংহনখ্রে। চংখিবগা থোঙদু মপান্দগী অতোপ্পা নুপীদুনা লোনশিল্লি।

ফোরেন লিক্কর লিক্লি অমা পুথোরক্তুনা গিলাসতা হৈরগা মানা গ্লাস অমা থক্লগা শোমসু গিলাস অমখক্তা পায়বীয়ু হায়রকই।

বীরমনি, য়ান্না শাউনা — "নঙনা তৌরিবসি করিনো? মসিবু হৌনব্রা? ঐ নুপী, অঙাং লৈরবনি। মপান্দগী থোঙ লোনশিনখিবসিনা করিগীনো, ঐ চৎলগে, থোঙসি হাংদোকহল্লু!"

— "করিগীনো নুপানবু অদুক পাঙদ্রিবা? নঙ ঐগী নীংবা থুংহল্লমদনা চৎখিবা শুকয়া য়ারোই।"

যান্না শাউনা — "ওক, থুই! নঙনা অদুম্না ফাবা য়াবা নুপারা ঐসে! ওক্তবী"!

নুপী — "নঙনা ঐঙোন্দা শীঙনরবদি নঙগী অফবা খক ওইরোই, ঐনা হায়বা য়াও। ঐগী নীঙবা অমুক্তং থুংহল্লম্লগা নঙ লেম্না চৎখিবা য়াগনি"।

— "অস! নঙনা হায়রিবসিবু করিনো, ঐ ভাব তাবা ঙমদে। ঐনা নঙগী নফমদা করি ইরাল লংজখিবা লৈদুনা নঙনা ঐবু ৱাহল্লিবনো?"

— "ও! নঙ মদু খঙনীংব্রা? নঙনা ঐগী মাঙনবা তৌখিবদু হায়রকউরা? ঐগী ইমিং মেমচৌবী কৌই। য়ুম্নাক্না মাইস্নাম্নি। ঐগী বাবাগী মিং নিংথেমজাও কৌই। ঐখোয় অনী মতম অমদা হায়না-শীংনদুনা লুহোংগনি তৌখিবদু নঙ নীংশিংলিব্রা"?

— "ও! নঙবু মখা লৈকায়গী মেমচৌবী"?

— "মানি, মতমদুদা অদোম্না ইম্ফালদগী রাধাপ্যারিগা নুংশিনরম্বদগী ঐগী ইশক য়েংনীংদে হায়খি, মরমদুনা ঐগী লুহোংবা কায়খি। ৱারোইপোৎ পুদ্রিঙৈ, অউনপোৎ লাংদ্রিঙৈদা অদোম্না ঐগা লুহোংবা ঙম্লোই হায়খিদে। ঐবু চাউনা ইকায়বা পীরম্লগা নহাক্না ইম্ফালদগী রাধাপ্যারি চেল্লকখি। ইমা-ইপানা ইকায়খাঙদগী ঐবু মশক মুন্না খঙদবা য়ু ঙাওবা, দ্রগ চাবা, ইরাবত্তা লুহোংবীখি। ঐগী নুপাদুনা ঐবু ঙসিদি ওক্তবীগী কোমদা থাদরম্লগা মশাসু এইদসনা নাদুনা শিখ্রে। ঐসু এইদসনা নারব্রা হায়না চিংনরক্লে। মসিগী মরুওইবা হৌরকফমসি নহাক নৎত্রা"? ঐবু অদোম্না লুহোংদুনা লৌবীরম্লবদি ঐসু ঙসি রাধাপ্যারিগুম্না নুংঙাইবা পুন্সি অমদা নঙগী নরুম থুপ্না হিংজরমগদবনি। অদোম হৌজিক করি খল্লি"?

মরূ লুকথরগা — "মেমচৌবী! ঐ নঙোন্দা তশেংনা লানথ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু! ঐগী ইজৎ য়েংলগা নহাক্না ঐবু অমুক্তা কল্লু!"

— "নুপী অমগী ইজৎপু করিসু লৈতনা খনখিবা মতমদা তুংদা অসুম্না থোক্লকপা য়াই হায়না খক খনবীখিদ্রগা হৌজিক্তদা ইজৎ মাঙবা কিবিরিবা করিগীনো? ঐহাক্তি ঙসি ইজৎ হায়বদু করিসু ওইনা খনদ্রে"।

— "মেমচৌবী! নহাক মুন্না খল্লগা ঐবু অমুক্তা কল্লু। ঐ ইরাল লৈতবা মীনি।"

— "অদোম্না লম্বীদা ঐনা তাৎ তৌদুনা নাশিন্নবা মতমদা ইতেং পাংগে চংলকখিবনিনা ইতেং পাংবীরমদবা শুকয়া য়ারোই। যণ অশিবা মনাক্তা লেপ্লুরবদি প্রাইচিৎ তৌদবা য়াররোই"।

—- "ঐ মদু ঙম্মোই, ঐ নুপী অঙাং লৈরবনি। মদুগী মহুত্তা পৈশা ওইনা কয়ানো হায়য়ু, ঐ পীগে! ঐ ইজৎপুদি তশেংনা কি।"

— "নঙ তশেংনা ঐঙোন্দা পৈশা কয়া য়াম্না পীবা ঙমগনি; ঐবু এইদস হায়বা লায়নাসিদগী লায়েংলগা ফহনবা ঙমগদ্রা"?

— "বীরমনি, খুম্বা ঙমদ্রে"।

মেমচৌবী, — "নঙ খুম্বা ঙম্লরোই, মরমদি এইদস লাযনাবু লয়েংবা ঙম্বা হিদাক শাবা ঙমদ্রি! অদুবু ঙসি ঐবু এইদসনা নাহনখিবসিদি নঙননি হায়বসি নহাক য়াফম থোকপনি।"

— "মেমচৌবী! নহাক্কী অশেংবা ব্রাফমদু ঐহাক লোইনা য়ারে। অদুবু ঐবু অরোইবা ওইনা ঙসিদংদি থাদোকপীয়ু। ঐ নঙবু লায়েংনবা হোৎনগে, কনানা খঙগনি, অনৌবা হিদাক অমা কোক পুথোরকপসু। ঐ হয়েংমক নঙগী ননাক্তা ঙস্তা লাক্কে"?

মেমচৌবীনা বেলগী শুই নম্বদা মপান্দগী থোঙ হাংদোরকই।

বীরমনি — "ঐ চৎলুখিগে", হায়রম্লগা কাদুদগী থোকখ্রে।

মেমচৌবী, খুকউ অনীদা মমায় উপশিল্পগা পূক্লিং নুংশিনা কপ্লগা লৈহৌই।

তাং ২/৯/২০০৭

# ইতৈ ইবুংঙো

— "ইচে ! চাক লোইরে; পুখমসিবু করম-করম্বদা কনা-কনাগী থিদোইনো" ?

— "মপান খরা নেম্বদুদা নতৈ বুংঙোগী থিবীরো, অদুগা মপান খরা ৱাংবদুদনা শান্তগী থিবীরো !"

— "ইতৈ বুংঙোবু কয়াম থেঙনা হল্লক্কদোইনো ? পুংদি তরেৎমখায় তারে। ঙসাই অয়ুক বার্তন ময়াম অমা পুখিবনি। বার্তন তৌবা চত্তুনা লৈরবজাৎলা" ?

শান্তা থোঙ হাংলগা চংলকই — "ইতৈমা ! তামো হল্লক্রব্রা" ?

— "হল্লক্তি ! খঙদে, বার্তন তৌবা চৎপদা মমান্নবগীদা লৈথোক্লবজাৎলা ? ইবেম্মা, শান্তি ! শান্তগী চাক্তু খরা থাংদোকপীরো !"

ঙসাইদগী বেলানা ঙাংলিবা ময়ামসে মৈনীং কুপ্লিবনি ফমুংদগী ঙাংবনি।

শান্তিনা চাক থাংদোক্লগা থম্মী। শান্তগা শান্তিগা খরা হঙ্গোইনবগুম ৱা ইঙাং-ঙাংনদে। শান্তি, শান্তদা চাক চাররো হায়বা ফাওবা ঙমদে। শান্তি, মচে অঙাং উনদুনা লৈবদুদা মচেগী মীরোল লৈতবগা ইমুংগী থবক-ইনখাং, চাক-ঈশিং থোংবা মতেং পাংনবা থারকপনি। গোজেনগী মমা ইবেলৈসু লাই নীংলিবনি হায়দুনা মমাঙগী মন্দির মনাক্তা মালা চত্তুনা লৈ। তুম্বসু মন্তিরগা থংনবা কা মচাদুদা উবাক থারগা বোরা মথক্তা তুম্মি। মমৌগী মখুৎকা চাদে। মশানা থোংলগা মাগী লাইদা কৎপা লুক্তু লাইগী প্রশাদিনি খল্লগা চায়।

হংচিৎ গোজেনগী অহানবা পোকপা মচানুপাগী ষষ্ঠি পুজানি।

শান্তিনা মচেগী মনাক্তা ফমদুনা লৈবদুদা বেলানা মনাওনুপীদা হায় — "নঙবু শান্তগী অৱাৎ-অপা খরা হংবীরুবা য়াদ্রা হায়বনি"।

— "ইকায়জে কৈশু ! মাদি ৱাসু ঙাংদনা !"

— "ৱা ঙাংদবগী ৱানি, মবুক্তি য়াম্না ফবনিদা !"

হায়রিঙৈদো শান্তনা লাউরকই — "ইতৈমা ! উয়ান্দা এঙ্খাং খরা লৈহৌরিব্রা" ?

বেলানা মনাও নুপীদা হায়রকই — "চৎলোনে নঙবু ! নঙোন্দা হায়বা ঙমদদুনা ঐঙোন্দা ওইনা লাউরকইবসে তাদ্রা হায়বনি !"

শান্তি, চাকশঙদা চংলগা উয়ান্দগী এঙ্খাং খরা হাপ্পী। এঙ্খাং হাপ্পা লোইরগা অমুক থোকখিগে তৌই।

শান্তা — "ঈশিং খজিক্তা হৈবীরম্মুবা" ?

শান্তি, খুজাই অচৌবদু পায়রগা শান্তগী খুজাই মচাদুদা ঈশিং হৈ। ঈশিং হৈরল্লগা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদনা মচেগী মনাক্তা অমুক চংখ্রে।

বেলা, — "চৎলো ! নতৈবুংঙো হল্লক্লনি, ফমুংদো কম্থোক্লগা কাঙখল খরা থাবীরম্মু !

শান্তি, মতৈবুংঙোগী ফমুংদা চংলগা কাঙ হুমদোক্লগা, ফমুংদো নীংথিনা কম্থোক্লগা কাঙখল থাবীরল্লে। ব্রারমাল্লে, মচেগী মনাক্তা থারিবা ফমুংদুদা চংশিল্লগা তুমখ্রে।

গোজেন, য়ু ঙাওফিং-ঙাওফিং হল্লকই।

বেলানা — "য়ু অমুক থক্লক্লব্রা ? ইমা খঙখ্রবদি চোপচনি"।

— "থক্কেদা"।

— "মনম নম্মিসিদি" ?

— "ঐখোয়গীবু করি এঙ্খাং থোংবগে" ?

— "ননাও নুপী শান্তিনা কোবী লৈগা ঙা অয়াইবগা থোংবনি"।

— "নঙগীদি ঐনা লৈরকপা উকাবী অয়াইবদু চারব্রা ? অমমমদা লুপা তরামঙা, তরামঙা চিংবনি, হাউরমদৌ মাল্লি"।

— "হাউই, নঙসু অমা চাগেরা" ?

— "সুম হংবৈ ব্রানি, চাবীরোইদা ! অঙাংদি কপত্রব্রা ? অঙাং উনবা মতুংসিদা নহাক্কী নশকসে খরা হেন্নবু ফজথোক্লমাল্লে"। ব্রহৈদু হায়রগা বেলাগী ঙাংলৈনবা খজাইদুদা মখুৎ য়েংথংবদুনা নাল্লুরি।

বেলা — "ঐসে মৈনীং কুম্লিবনে !"

গোজেন, চাকশঙদা চংলগা শান্তিনা চাক্কুপ্না কুপ্লগা টেবল মথক্তা থল্লম্বা চাক্তু চারে। চাক তোক্লগা অমুক বেলাগী মনাক্তা চঙলক্লগা ৱারী শায়। ৱারী শানা-শানা উইনীংলকপদগী ফমুং চংলগা তুমখ্রে।

বেলাগী মমা ইবেতোন, নোং ঙানবগা য়ৌরক্তুনা ফি-রোল শুবা, চাক থোঙনবা লাকই। শান্তিসু চাক-ঈশিং থোংবা লোইরগা মচাগী কলেজ চৎনবা মফি হোংদোকই।

মাদি চাক্তি হল্লক্লগা চারগে হায়দুনা চাদ্রে।

শান্ত্র, মাগী মোটোর সাইকল তোংলগা হৗঞ্জিল্লকই। ইমুংদা চংলকপগা বেলানা হায়রকই — "শান্তা! শান্তিসে কলেজ ফাওবদা খরা থিনবীরুচো!"

গোজেন, মাগী নুপীনা হায়খিবা ৱাদু তারদুনা হায়রকই — "য়ানি, ঐ থিল্লম্লগে? নঙগী থবক অম'মা চৎকদবা চৎলুরো! নঙবু বার্ত্তনশিংদুবু তৌবা লোইরব্রা"?

— "লোইরে তামো!"

শান্তিদি মতৈমনা হায়রকপদুদা শান্তিবু মাগী গাড়ী মনীংদা হাপ্লগা থিঞ্জনীংবনি, অদুবু ময়াম্বগী ৱাহৈদুনা কায়খ্রে। ঙরাংদি অহানবা নুমিৎ ওইবনা শান্তিগা কৌন-ঙাংনখিদে, ঙসিদি ৱাহৈ অম'নীদি ঙাংনরগে খনবনি। অদুবু তাঞ্জা ফংলোইদৌরে। শান্তিসু মচেগী ৱাহৈ, শান্তদা মাবু কলেজ ফাওবা থিনবীরুচো হায়বদুদা মখোয় অনী গাড়ী অমদা পুন্না তোংমিন্নরবদি কমদৌগনি হায়না খঞ্জরুই। অদুবু মতৈ ইবুংঙোনা লম কনশিনবগী মওংদা মা ওইনা থিল্লম্লগে হায়বদুদা ৱাখলদা ঙাইহাক্কী ওইনা কারক্লম্বা ঈথক মচা অমা মদোম নেমথজখ্রে। শান্তদি চাকখুমদা চংদুনা শান্তিনা থোংলম্বা চাক্তু চাবা চংখ্রি। খাঙঙমদবা ৱাখল অমনা শান্তি চাকখুম ফাওবা চংলক্লগা শান্তনা করি হাপ্পু হায়রক্কদগে হায়না মিকুপ অমত্তং লেপ্লম্মী। অদুবু হংলক্তবদুদা অদুম থোরক্লে।

গোজেন্না শান্তিবু মাগী থবক কাবদা কলেজ ফাওবা থিল্লকই। লম্বীদা গোজেন্না শান্তিদা হায় — "নঙগী অপাম্বা করিনো অমদি হায়যুদনা! ইতৈ লৈবীগে"?

— "ঐগীদি করিসু ৱাত্তেদা! ইচেগী ওইনা লৈবীয়ু!"

— "করিনো নঙগী লৈবীগে হায়রগা নচেগী ওইনা লৈবীয়ু হায়রিসিবু? নচেগীদি করিসু ৱাংহন্দেনা! হোরেন ওফিস কুম্লকপদা লৈবীরক্কে। নঙগী থবাক্কী অকোনববু কয়ানো"? মতৈগী ৱাহৈদুদা শান্তি মমায় ঙাংশিল্লকই।

"চো ! অসিবু ৱানেনা ! ... !"

কলেজ মপা য়ৌদুনা শান্তি কুমথহৌরে।

নুমিদাংৱাইদু শান্তা য়ুমদগী চৎথোক্তুনা লৈ। শান্তি, কলেজ কুল্লক্তুনা মচেগী য়ুমগী থোঙ্গালদা চংলকই। শান্তিনা চংলকপদু শান্তা থোঙনাওদগী য়েংই। শান্তিগী শকফমদু উবদা শান্ত্র পূক্লিংদা হায়ফম-তৌফম খণ্ডদবা অনৌবা ৱাখল অমা লাকই। মতৈমগী মনাও নুপীবু মাগী ওইনীংবগী ৱাখল অমা খনবা হৌরকই। সুম ৱাখল অমদা উংদুনা লৈরিঙৈদা শান্তি মফি হোংদোক্লগা চা লোল্লগা চা কপ অমা শান্তগী কাদা চংলক্লগা টেবলদা থম্মী। ৱাদি অমত্তা হায়রমদনা থোকখি। ঙসাই চাক চাদনা চৎখিবনিনা চাকখুমদা চংলগা টেবলদা ফমদুনা চাক চারি।

গোজেনদু ঙসিদি খরা ঙন্না হল্লকই। হয়েং ষষ্টিগী চাক তৌগদবনিনা শুমাঙদা মান্দব খনবা, শঙ্গোয় শেংবনচিংবা থবক তৌরি।

ষষ্টি নুমিৎসিদি থবক য়াম্বনিনা শান্তা শান্তিদা তঙায় ফদনা ৱা ঙাংদবা য়ারক্ত্রে। শান্তিনা অয়ুক্তা মী ময়াম থক্লবা চা লোল্লি।

মপান্দা চা পুরগা থোরকই। ময়ামদা চা য়েনবা লোইরগা ইমুংদা চংখিবদা ঙাইরি। শান্তগী মমান্নবা বীরেন লাকই। শান্তা ইমুংদা চংলক্লগা শান্তিদা হায়রে — "শান্তি ! ঐগী মরুপ অমা লাকই, মাগী চা কপ অমখক্তা পুথোকপীরকউবা" ?

শান্তি, অহানবা ওইনা শান্তনা মাগী মমিং কৌরকপদুদা ওন্থোকপা, অঙকপা, অনৌবা মহাও অমা লাকপগুম তৌই। চাদু য়াম্না থুনা পুথোরক্তুনা শান্তগী মরুপ বীরেন্দা পীরে।

বীরেন — "কনানো নুপীমচাসিদি" ?

শান্তা — "ঐখোয়গী ইতৈমগী মনাও নুপীনি।"

বীরেন, নোকফেৎ তৌনা শান্তদা য়েংলগা লেংবান্দা পোপ-পোপ অনীরক থাই। মানা খল্লিবা ৱাখলদু শান্তসু ভাব তাই। হায়বদি "নঙগী ওইবা য়ারে" হায়বগী মওংনি।

নুপী ময়ুমগী পোৎয়েংবা নুপী, নুপা ময়াম বস অমদা থুংলরে। শান্তি, মুগা ফনেক হঙ্গামপাল মচুগী অমা শেৎলি ফুরিৎ অমুবা অমা লিৎলি। য়েংবদা ওন্থোক্লা ফজরে।

শান্তা অমদি শান্তি অনীগী মীৎচি অনীদু ঙসিদি মরোল লোন্নবগুম তোয়না য়েংনরগা নোকমি-নোকমি তৌবা হৌরক্লে। শান্তিনা ইমুংদা চংখিবদা শান্তা শান্তিগী মনাক্তা চংলগা থকনীংবসু নত্তবদা "চাগা লৈব্রা অমত্তা থক্কেবা"? হায়রুরে।

শান্তি, তন্না চা কপ অমা হৈরগা শান্তদা পীররে। চা পীবদা শান্তিগী খুৎ অনীনা খজিক্তং থেংনবদুনা হকচাংগী তুখোঙ খুদিং য়ৌনা য়াম্না থুনা শন্দোকখিদুনা তু খ্যাও চুংনৈ।

হন্দকমুক্তি শান্তি, শান্তগী মনাক্তা চংলক্লগা চা থকপা লোইবগী কপ লৌগদবগী ঙাইররে। শান্তসু ইরাংদু খঙদুনা কপ্তু শান্তিগী মখুত্তা পী।

ময়াম ষষ্টিগী চাক-ঈশিং চাবা লোইদুনা হন্নখ্রে। পোৎ লোইশিনবগী মতাংদা শান্তনা ইমুংদা পুশিল্লকপা পোৎ শান্তিনা ঙাইরগা পুশিনবা অহুম-মরিরক শুরে। মখোয় অনী য়াম্না নক্নবা মরী অমদা ইমুংগী মতৈ-মনাও য়াম্না নুংশিনা পুন্না লৈমিন্নবগী মরীদু মাল্লে।

নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চারগা তুম্নবা মতম য়ৌরক্লে। ফমুং চংলগা মখোয় অনীমক মাগী-মাগী ফমুংদা তুম্বা য়াদনা ৱাখল তৌদুনা লৈনৈ।

মথংগী অয়ুক্তা শান্তি চাক-ঈশিং থোংবা লোইরগা কলেজ চৎনবা মফি শেৎপা লোইরে। শান্তসু মাগী মোটার সাইকল থৌদোক্লগা ঙসিদি শান্তিবু কলেজদা অমুক্তংদি থিল্লগে চপ য়ুংনা খল্লগা ঙাইরি। মখোয় অনী করম্না খন্নরকখিবনো খঙদনা থৌরাং লোইনরে। বেলাসু মখোয় অনীগী মওংদু খরদি খঙবগুম তৌই।

— "শান্ত! শান্তিসে মফি শেৎপা লোইরে, কলেজ ফাওবা খরা থিনবীরুচো"!

শান্তা, মতৈমগী ৱাদুদা হরাউনা লাকও হায়না ঈঙ্গিৎ অমা শান্তিদা পীরম্লগা থোরকই। শান্তিসু শান্তগী মতুং ইন্নরক্তুনা গাড়ী-মনাক্তা লেপ্লরে। শান্তনা গাড়ী স্টার্ট তৌবগা শান্তি মোটোর সাইকল মনীংদা কাখৎলগা ফম্লে। মখোয় অনী কলেজ তম্না লাকই।

শান্তা — "শান্তি! নঙ য়ুমদা কৈদৌঙৈ হন্দোইনো"?

— "য়ুমশেংবা নোংঙানবদা!"

— "য়ারোই"।

— "করিগী য়ারোইদৌরিবা" ?

— "ঐ নঙ উদ্রবদি লৈফম খঙলোই"।

হা ... হা ... হা ... নোক্লগা — "ঙকচরেদা !"

— "অওইবগীনি, অদো, ঐসু ষষ্টি নোংঙানবদা চংগে খল্লম্বনি। অদুবু নঙনা য়ুমসিদা লৈরম্বসিদা ঐ চংনীংদ্রে। করিগীনো খঙদে, ঐসে নঙবু উরুবদগী তশেংনা ঙাওরে"।

— "হৈমা ! অসিবু অওইবদৌনা ঙাংএ ব্বানি, ঐবু অদোমগা করি থোক্লবগে" ?

— "থোক্লদবদুদনি মরী হেন্না নকশিন্নীংলকইবা"।

— "কলেজ য়ৌরে, গাড়ী খাল্লো চংহৌরগে" ?

— "অদু, পূং কয়াদা লৌবা লাকউ হায়রিনো" ?

— "লাক্কে হায়রগা পূং অহুমদা ..." অসি হায়রগা নোকফেৎ তৌরম্লগা চংখ্রে।

নুমিদাংব্বাইদু গোজেন মনাওনুপী শান্তিগী ব্রেশর অমগা ফুরিৎ অমগা লৈরকই। মদু শান্তিনা তূম্বা ফমুংগী মোন মখাদা লোন্না থম্লুরে। শান্তিনা চাক থোংলিঙৈদা গোজেন চংলক্লগা হায়ররে — "শান্তি ! নঙগী ফুরিৎ অমা লৈরকপনি চাব্রা য়েংউ ! মোন মখাদা থম্লম্বনি"।

শান্তি, চংলগা য়েংলুরে। ব্রেশর অমগা ফুরিৎ অমগা লৈরম্বদু উবদা শান্তি, মতৈবু চিংনবা পোক্লকই। মাগী ব্বাখলদদি শান্তবু তোয়না নীংশিংবা হৌরক্লবনি।

নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইব্রে। গোজেন, লাইহৌ তৌই, হকচাং নুংঙাইতে হায়রগা ফমুং চংখ্রে। কাঙখনদি থাদে।

বেলানা মনাওনুপীদা মতৈবুংঙোগী ফমুংদু কাঙখল থাবীরুচো হায়। শান্তি, মচেনা হায়বা ইন্দুনা মতৈগী কাঙখল থাবা চংখি। পূক্লিংদা খরদি চিংনবগুম তৌই। কাঙখলদু থাদরগা য়েপশিল্লি। লাইহৌ তৌই হায়বা গোজেন ফুক হৌগৎলগা মনাও শান্তিবু কোল্লুরে।

শন্তি — 'ইমা !' হায়না খংলাও-লাউরকই। মচেসু মনাওনা লাউবদু তারে। থংনবা কাদা লৈবা শান্তসু হাইফেৎ তাদুনা মতৈমদা করিনো হংলরে। গোজেন্দি ইকায়দুনা ফমুংদা তুমিন লৈখ্রে।

বেলা — "শান্তি! করি তৌরে লাউরিবদি"? শান্তি, মতৈগী মনাক্তগী থোরক্লে।

মচেনা মখাতানা হংই — "নঙবু করি তৌরবগে"?

— "করিসু তৌদে, ইচে! ঐ হয়েং অয়ুক য়ুমদা চৎলগে"?

— "অদুবু করি তৌরবগে হায়বনি"?

— " করিসু তৌদে" অসি হায়রগা ফমুং চংলগা শুৎ-শুৎ তৌরগা লৈখ্রে। বেলা, মপুরোইবা গোজেনবু ব্লারৌখি। অহীংদু মা ফন্না কুইনা তূম্বা য়াখিদে।

নোংঙাল্লে, শান্তি, অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা ইমুংগী মী অমত্তা তাক্রমদনা থোরকই। শান্তা, ইরাংদু খঙদুনা মাসু ঙন্তা হৌগৎলগা শান্তিবু তান্নরকই। মানা শান্তিগী মমাঙদা লেপ্লগা শান্তিবু চৎখিগনু হায়না খাম্মী। শান্তি, খাম্বা য়াদনা পিরাং-পিরোইননা মখোঙনা ময়ুম য়ৌনবা চৎখ্রে।

তাং ৪/৯/২০০৭

# লাল্লিবসি কনানো

বোই, ব্রজবিধুগী য়ুমদা ড্রাইভর ওইনা লৈরকপা চহী অনীরোম শুরে। ব্রজবিধু স্পিসিএল কনট্রেক্টরনি। মচানুপা শুন্দর মুম্বাইদা এম বী. এ তম্লি। য়ুমদা তোয়না থোরক্তে। ব্রজবিধুগী নুপী রাষি ওম্থোক্লা রাষি লৈনা ফজবী নুপীনি। রাষি অমদি ব্রজবিধুনা পোকপী গীতা মমাগুম্না মশক-ফজে, রাষি লৈ। কুমসি টুৱেলফ পাশ তৌরগা কলেজ কাবা হৌরে। গীতা, মশক ফজবা অমদি ইনাক খুনবগী মতিক ফিজেৎসু তোয়না হোং-হোংদুনা শেৎলি। ফি-বোলশিংদু মঙোন্দা ওম্থোক্লা পকচৈ। মাবু পামজবা পাখং মশীঙ খঙদনা লৈববসু মঙোন্দা হৌরুবদি ইঙম-ঙম্নদে। অদুবু উকিল বীদ্যাপতিগী মচা গোজেনদি মবুং শুন্দরগা তিন্নবনিনা ব্রজবিধুগী য়ুমদা লাক্লুনা গীতাগা উনবগী তাঞ্জা তোয়না ফংই। খর-খরদগী গোজেন অমদি গীতা অনী নোংম-নোংমগী নকশিন্নবা হেনগৎলকই। মখোয় অনীগী মরীদু মমা-পাবুংনসু খঙই। মখোয় অনী মারুতি কারদা তোংদুনা পুন্না চৎমিন্নবা কয়া উরক্লে। গোজেনসু গীতাগী তোয়না হোংবা ফিজেত্তা ঙাওজৈ; অয়েৎপা অমত্তা পীরুদে। মানবু হেন্না গীতাগী পকচগদবা ফিজেৎ লৈরগা থোনবীবা য়াওখ্রে।

মখোয় অনীগী অসুম্না নকশিন্নরকপা মতৌসি উরগা থম্মোইদা খাঙঙমদবা মৈচাক ফাওরিবনা ব্রজবিধুগী য়ুমদা লৈরিবা মাগী হায়বা ইনবা ড্রাইভর বোইনি। নোংমা বোইনা গীতানা শেৎপদা পাকচগনি খনবা মেদি অঙাংবা অমা বজারদগী কোয়না চত্তুনা থিরগা লৈরকই। মদু মতৌ করম্না গীতাদা পীসিগে খনবদা খনফম খঙদদুনা মীরক-নারক য়েংলগা গীতাগী কাদা লোন্না চংলগা ফিয়ানখোক্তা য়াল্লুরে। গীতানা খল্লি, — "মেদিদু মপাবুংনা কোলকটাদগী লৈরকপা শোয়দনা ওইগনি"। অসি খন্দুনা গীতা মথংগী নুমিত্তা বোইনা লৈবা মেদিদু শেৎলগা থোরকই। লম্বীদা গোজেন্না গীতাবু উবদা ওম্থোক্লা পাকচনা উরুরমাল্লে।

— "ওম্থোক্লা পাকচখ্রেদা; নহাক্কী ফিজোলসে! কন্নানা থোনবীবনো"?

— "ঐখোয়গী বাবানা কোলকটাদগী লৈরকপনি"।

— "ও ! ঐদি নঙবু পামজবা কনাগুম্বা অমনা থোনব্রা হায়না খল্লুরে"। গীতা ৱাহৈদুদা মোমোন নোকই।

বোইসু মানা গীতাগীদমক থোঞ্জবা মেদিদু শেৎলগা গীতানা হঞ্জিল্লকপা উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা ফাওই। পূক্নিংদা গীতানা মানা লৈবা ফি পামজনা শেৎপদুদা অতোপ্পা অমগসু লৈগে খল্লকই। মানা তুংশিঞ্জবা পৈশাদু গীতাগীদমক শীজিন্নবদা করিসু পাম্মুদে। নোংমসু বোই, খ্বাইরম্বন্দ বজার চত্তুনা লেদিজ গার্মেন্টকী দুকান চংদুনা গীতানা তোয়না লিংপা ফুরিৎকা চপ মান্নবা ফুরিৎ অমা লৈরুরে। ফুরিত্তুসু লোন্না গীতাগী কাদা চংলগা ফি য়ানফমদা য়ানশিল্লুরে। মথংগী নুমিত্তা গীতা বোইনা হান্না লৈখিবা মেদিদুগা নৌনা লৈরকপা ফুরিক্তুগা অনীদু পারগা শেৎতুনা য়ুমদগী থোকখি। তশেংনা গীতাসি ফেস্সন দিজাইন্নীংগী ট্রেনীং ফজনা হৈরবা নুপীমচা অমগুম উরে। মহাক ফিজেৎকী এদভর্টাইজদা পুথোকপদা চোপ্লরোইদবা মীশক অমা ওইরে। মাবু উবদা মীৎফম হোংবা ঙমদবা মীগী মশীঙ য়াম্বা হেনগৎলকই। সিনেমা তৌবা কাঙবুনদি মাবু সিনেমাদা অমুক্তং পুশিনবা ঙম্লবদি খন্নবা য়াওরবনি। অদুবু গীতা ইনাকখুনবা, মমিং লৈবা থীকাদার ব্রজবিধুগী মচা ওইবনিনা কনানসু ফোঙদোক্লুবা ঙম্নদে।

নোংমদি গীতা য়ুমদা সন্ধ্যা মতম ফাওবা হল্লক্তবদগী মমা রাষি অমদি বোই অনীমক নুংশা থীনরম্মী। মতমদু ব্রজবিধু কোলকটাদা সপ্লাইগী পোৎ লৌবা চৎখিবদগী য়ুমদা লৈতে। রাষিনা হায়বদগী বোই, অশ্বাইফাওদং গীতা হল্লকপ্রা য়েংবা থোরকই। সন্ধ্যা মতমদুদা গোজেন্না কারদু গীতাখোয়গী গেৎ মপাদা খাম্মী। গীতা, কারদগী কুমথরমদাইদা গোজেন্দা ৱা অমা'নী হায়বা মাল্লি। মী কনাসু উদে খন্দুনা গীতানা গোজেনগী খজাইদা কিশ তৌই। বোইনা গেৎ হাংদোরকপগা মপা চপ-চানা গীতানা তৌরুরিবা অতোপ্পনা উবদা নুংঙাইতবা থৌওংদু হেক উহৌরে। গীতানা শেৎলিবা মেদি অমদি লিংলিবা ফুরিৎ অনীমক বোইনা লৈজখিবদুনি। বোইগী থম্মোইদা হায়ফম-তৌফম খঙদবা মৈচাক অমনা গোজেনবু য়েক্লবগুম উখি। গীতাবুনা মখুৎ পেন্না ফুনীংখি। অদুবু করি উপাইদি লৈ? গীতা, কারদগী কুমথরগা ইম্বুংলোমদা চেনশিনখ্রে। গোজেনসু কারদু মমায় লৈরগা থৌদুনা চংখ্রে।

বোই, ৱাখল অমদা উংলগা চংলকই।

গীতাসু মানা মী কনাসু উদে খন্না তৌখিবা মওংদু বোইনা উখিবদুদা হাইফেৎ ইকায়বগুমদি তৌখি।

রাষি, লাইগী ধুপ-থাওমৈ থাবা লোইরগা চাকখুম চঙখ্রে। গীতা, ইমুং য়ৌবগা মফি-মরোল শৎ-শৎ হোংদোক্লগা বাথরুমদা চংখি। ঙসিদি বোই গীতাবু য়াম্না কুপ্না শেন্নৈ। রাষি, গীতা হল্লক্লগা বাথরুমদা ঈরুজ্জরি হায়বা খঙই। দলান মথক্কী গীতাগী কাগী থোঙনাওদু বোইনা হাংদোক্লগা অহোবা খজিক্তুং থম্লগা হাংদোক্তবা মান্না থম্মী। গীতানা ঈরুজবা লোইরগা মাগী কাদা চংখিবদু বোইনা শেন্নবনিনা উহৌরে। গীতা, কাগী থোঙদু লোনশিল্লগা মাগী কাদা মনীং তন্না মিংশেল মমাঙদা ফম্লগা মশাদা পাউদর চাইবি। হকচাংগী মফম-মফমদা পাউদর চাইদুনা থুংনবা তৈবদু বোইনা থোঙনাও অহোবদগী হুরান্দুনা হৌদোঙনা উচি য়েংবগুম য়েংলি। উরিবা পূন্নমক বোইগী মীৎনহা মনুং য়ৌখ্রে। মহাক লৈবা য়াদ্রে। ইনখৎলকপা মতমগী কল্লবা নোংহৌ অমগী নোংজুগী ঈচেলনা লৈরাই খুদিংমক নমখায়দুনা চেন্নীংবগুম, বোইগী হকচাংগী ঈচেল লোইনা শাগৎলক্লে। কা মনুংদনা গীতাদি মী, লাই অমত্তা কিদনা ঈশৈ হুং-হুং ঙংলগা মফি হোংদোকপা লোইরগা কাগী থোঙদু হাংদোরকই। মশাদি থোরক্তনা ফমুংদা মমান্নবী লুহোংবগী বার্ত্তন অমা পায়রগা মমায় অৱাং ওল্লগা হিপ্তুনা লৈ। করি খল্লুরবনো বোই, গীতাগী থোঙদু তপ্না হাংদোক্লগা গীতাগী ফমুংদা শৎ পাইশিনখ্রে। গীতানা করিমত্তা তৌবা নংদ্রিঙৈদা গীতাগী মচিন্দা রুমাল অমনা নম্লুরে। খুদক্তা গীতা জ্ঞান মাঙবগুম তৌখ্রে। বোইনা গীতাগী কাগী থোঙ লোনশিল্লগা মাগী পামজবা মওংদা মিকুপ খরগী মনুংদা গীতাগী অমৃতগী কোমদা কুমথরগা চফু থন্না য়াওরম্বা অমৃতগী শরুক্তু লোইনা পেন্নবা থকতোক্লে। অমৃত থকপা লোইরগা গীতাগী ফারিবা মশম, ফিভম কায়রবা ফিজেৎ মওং তানা শেমজিনবীরে। তৃম্বগী মওং মান্নবা ফৈজুপ অমা শুপ্পীরগা গীতাগী থোৎন-মেঙলবা তঙাংলবী খজাইদুদা অরোইবা ওইনা নুংশিনা চুপ্লম্লগা কাগী থোঙদু হাংদোক্লগা বোই মতম চুপ্পগী ওইনা য়ুমদু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রে।

তাং ২/৯/২০০৭

# অউনপোৎ

হন্দক-মরক দোরেন্না তোয়না হায়জবা ৱাহৈনি — "মেমসাহেব! হন্দক্কী মেমসাহেবখোয়গী ইচন্নুপী লৈলাগী লুহোংবসে ঐ য়াওজগে, বার্ত্তন অমত্তংদি তৌবীরকউকো!"

— "তৌসি ঙাইহ্দনা ইনাওসিদি! অদু, নঙদি নুমিত্তুমদি রিক্সো থৌদ্রবদি নোংমগী নম্মথতি মাঙলনিদো!"

— "মাঙজসনু মেমসাহেব! ইচন লৈলাগীদমক নোংমখক মাঙববু! ঐদি লুহোংবগী মন্দব খনবদা চংগদবা পোৎ-চৈ ময়াম হোন্দোক-হোনজিন তৌগদবদু ঐ তৌজগে খঞ্জরিবনি"।

— "য়াইদা, য়াইদা, কোন্না খন্নসি ইনাওসিদি!"

লৈলাগী লুহোংগদবা নুমিৎ তরানিরোমতমক ঙায়রে। দোরেন, হন্দক-মরকসি, রিক্সো থৌবা ঙস্তা-ঙস্ত লাকই। মানা থৌরিবা রিক্সোদু লৈলাগীনি। মবুংনা মচন্নুপীগী ইনকম খরা লাকচনবা লৈবীবনি। দোরেন্নসু রিক্সোদু মশাগীগুম্না থৌই। নোংমতা ভারা ৱাৎনা পীদে। মানা পামজবদি নুংতিগী মানা ৱানা রিক্সো থৌরুবা হল্লকপদা লৈলা লৈরমদুনা লৈলাগী মখুত্তা ভারা শিন্নবনি। করিগুম্বদা মানা ঈশিং খিত্তা থক্কে হায়রুবদা লৈলাগী ঙৌরবা খুত্তুনা হরাউ-হরাউ ঈশিং গিলাস অমা পুথোরকপদু মানা লৌরগা থকপদুগী মহাওদু কাউবা ঙমদে। লৈলাদি ইচম-চম্না দোরেনবু খুঙ্গংদগী লাক্লগা রিক্সো থৌরগা ইমুং পুরিবা মীশক অমনি হায়না খনবদগী হেন্না খক খল্লুদে। অমরোমদা দোরেন্না পূক্নিংদা খ্বাইদগী পোৎথাফম খঙদনা ৱাজবসি মানা ৱানা রিক্সো থৌরুবগা হঞ্জিল্লকপা মতমদা লৈলা লৈরমদবসিনি। নুমিত্তুমদি মহাক অহীং তুম্বা শুকয়া য়াদনা ৱাজে। অদুবু মানা করিগীদমক লৈলা উদ্রগা অসুক ৱাজরিবনো হায়বসিনি অরুবা ৱাহং। কনা অমত্তনা মাগী ৱাখলদু খঙবীবা য়াওবা নত্তে। হন্দক মরকসি লৈলা লুহোংগদৌরে তাবসিদা দোরেন লৈলাগী মশক তোয়না উনীংবগী

পূক্লিংদা ঈখৌলাংবা হেনগৎলকই। অসুম নোংম-নোংমগী নকশিল্লকপনা ঙসিদি লৈলাগী হৈজিংপোৎ নুমিথনি। দোরেন, লৈলা লুহোংখিগদৌবে হায়বগী য়াম্না ৱাজৈ। মহাক, অয়ুক ঙন্তা সেমিয়ানা, কার্নাৎ, চৌক্রি হোনবা য়াওনবা লৈলাখোয়গী য়ুমদা থুংলরে। রিক্সো শেংদোকপা লোইরে। অঙাং খরগা লোয়ননা সেমিয়ানা, কার্নাৎ চৌক্রিনচিংবা লৌরুবা হল্লক্লে। লৈলা, অহলশিংগী চা কপ খরা ট্রে অমদা হাপ্লগা পুথোরকই। অহল অমদি চা থক্তে হায়রকই। চা কপ অমখক লেপ্লে। কনাদা পীসিগে খল্লিঙৈদা দোরেন্দু লৈলাগী মনাক্তা লেপ্লম্লে।

লৈলা, — "তা দোরেন ! ৱারম্মনি, চা থকসি" অসি হায়রগা চা কপ্তু দোরেন্দা লাল্লি। দোরেন, হরাউনা লৈলাগী মখুত্তগী চা কপ্তু লৌই। দোরেন, ৱাহৈ অমখক্লা হায়রকই, — "ইচল লৈলানা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি ঐসু রিক্সো থৌবসি তোক্লসিরা খল্লে"।

— "করিগীনো তা দোরেন ! ঐ য়ুমসিদা লৈররোই হায়বগীরা"?

— "খঙদে, পূক্লিংসে পঙ্নুংদা নুংশিরকই। ঐনা ভারা পীবদা ইবেম্মনা হরাউ-হরাউ লৌহৌবদো মীৎসিদা মতম শাংনা নীংশিংদুনা লৈগদবা মাল্লি। ঐনা ঈশিং খজিক্তং থক্কে নিবদা ইচন লৈলানা হরাউ-হরাউ পুথোরক্তুনা পীথকপদো ফংলরোইদ্রা খল্লকই। মদু মী অতৈনদি তৌবীগদবা মান্দে"।

—" অদু ওইবগা রিক্সোসে ঐগী অউনপোৎ ওইনা পুরগে, অশোমদা লাক্লগা থৌররোদনা !"

— "মদুনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইজদে। থম্মোই মশক খঙনদ্রিবা কনাগুম্বা অমগা নৌনা মরুপ শানগদবদুসু রিক্সো থৌবা হায়বসিদি সমাজসিনা হন্থনা য়েংবীবা কাঙবুনিনা হয়েং মরুপ্তুনা ফজনা খনবীরমদ্রগদি করি ওইনি"?

— "হৈমা ! তা দোরেন ! করিসু খল্লুনু, ঐ লৈরুদৌরিসিদি ! ঐ নুংতিগী তা দোরেন হল্লকপা অদুম ঙাইরমগে"?

— "চোংদ্রিবনিনা তারুগদৌরিবা মফমদুদা তিংখং-তুম্বৌ কয়া-য়াম্না লৈরমগদবা হায়বসু তম্বা ঙম্বা নত্তে"।

— "মদু ওইরোইয়ে, তা দোরেন ! ঐগী রিক্সোসে অউনপোৎ ওইনা পুরগে; নহাক লুহোংবা নোংঙানবদা অশোমদা লাক্লগা ভারা তাল্লু ! ঐগী নুপাদসু ঐনা

হায়গনি"। অসি হায়রম্লগা লৈলা ইমুংদা চংখ্রে। নুমিৎ নীনি লৈরগা লৈলাগী লুহোংবা নুমিৎ থোক্লে।

ঙসিদি দোরেন, পূময়াৎ-ফৈজোম শেত্তুনা, লাইবক্তা চন্দোল ঙৌনা থিল্লগা লৈলাগী লুহোংবা য়াওবা ঙন্তানা লাকই। মহাক লৈলাগী পোৎপাং অমসু পুরকই। লৈলা, পোৎলোই শেৎত্রিঙৈদা মাঙ্গোলদা থোরকপদা মতাং চানা দোরেন চংলক্লগা মাগী পোৎপাংদু লৈলাদা পী। লৈলা, দোরেন উবদা মশক খঙদদুনা হাইফেৎ ঙক্লুরে। শক খঙলবা তুংদা "ও!" হায়রগা হরাউনা পোৎপাংদু লৌই। লৈলা, নহানমখৈদি দোরেনবু অদু ম্যাইনা অমুক্তা উদ্রি। মমায়দা খুদৈ অরাংবা অমা য়েৎলগা মকোক্তা তুপী অমা উপ্লগদা উবনি। দোরেন্না পূময়াৎ-ফৈজোম শেৎলগা চন্দোল ঙৌনা থিল্লগা মনাক্তা পোৎপাং পীবা চংলকপা শকফমদু অসুম উবদগী নুংঙাইতদুনা ইমুং চংখ্রগা থোঙনাওদগী অমুক য়েংথোরকই। দোরেন, চৌক্রি অমদা মতোমতা ফল্লি।

লৈলানা খঞ্জরুই, — "হৈমা! ঐদি নহানমখৈ মানা অমোৎপা রিক্সো থৌবগী ফীজোল ঙাক্তা শেৎলগা উবা মতমদদি মাদি অসুক ফজরমগনি খল্লুদে। ঙসিগী মাগী শকফমসিদি ওম্বোক্লা মীৎফম হোংবা য়াদনা ফজরল্লেদা! মাবু হয়েং লুহোংবা নোংঙানবদা ঐগী অনৌবা য়ুমদুদা রিক্সো থৌবা লাকউ হায়বদুবু শোয়দনা লাকখিগদ্রা? করিগীনো ঐনা লুহোংগদবা মতম খজিক্তা ঙাইরবা কানসিদা মাগী মশকসিবু তোয়না য়েংনীংলক্লিবা? মানা নহান হায়রম্বা ৱাহৈশিংদুসু ঐগী নকোঙদা তত্তনা তারক্লি — "ইচল লৈলানা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি ঐসু রিক্সো থৌবসি তোক্লসিরা খল্লে"।

মখাতানা খল্লি! "ঐনা লৈরুগদৌরিবা নুপাসি এ ই নি। তলবসু চাউই, অদুবু মশক্তি তা দোরেনগুম্নদি ফজদে, মগুনসু ৱাৎপগুম তৌই। অদুগা ময়াম্নদি ঐবু লাইবক ফবীনি হায়নরি। পূম্নমকসে পৈশাদা লোইনা লৈরব্রা? নুংশিববুসু পৈশানা লৈবা য়াররা? করিগীনো মশক-মতৌ ফজবা, চুং-ফিরান চাবা খুঙ্গংদা পোকপা তা দোরেন্না এ ই চাউবা ওইরমদনা রিক্সো থৌরল্লিবা? খঙনবনা হাল্লগা নুংশিবনা কোন্না থুংঙবগুম ঐনা খল্লুরিবসিবু করিনো?"

লৈলা, ইমুং চংখিদুনা পোৎলোই শেৎপা হৌখ্রে। মথং-মথং বর লাক্তুনা দিউতি ওকপা লোইখ্রে। ঙাইহাক্কী তুংদা বর থোরক্লে। লৈলাসু পোৎলোই শেৎপীনা নীংথিনা কেবীরগা মান্দব ময়ায়দা পুথোরক্লে। মদু উবদা দোরেন, থম্মোই মনুংদা

ৱামৈ চাকপগুম ৱাজৈ। অৱাবা মৈচাক্কা লোয়ননা য়েংলিবা লুহোংবগী তাঙ্কক্না দান থাদনবা পূংফম য়ৌরক্লবদা দোরেন, মন্দব ময়ায়দা চংদুনা দান থাদবা য়াওই। লৈলাগী মীৎতুনা দোরেন্দা য়েংলকপদু দোরেনসু উই। দোরেনগী মমীৎ অনীদু তময়ানা কোরী চেল্লকপগুম পিগী ঈচেল লাক্কে তৌরকই।

অসুন্না লৈ-কোয়বা লোইদুনা লৈলাগী লুহোংবা লোইরে। লুহোংবা থিল্লমদাইদা লৈলানা দোরেনবু লৈনা-লৈনা য়েংই। অদুবু উদ্রে। দোরেন, লুহোংবা থিনবা য়াওদনা হনখ্রে। লৈলাগী থম্মোয়দা নুংশিবগী মচু অমা নৌনা শঙখ্রে। লৈলানা হায়জবদগী মাগী রিক্নোদু নুপা ময়ুমদা অউনপোৎ ওইনা পুরক্লে। লুহোংবগী অহীংদা লৈলাগী মমীত্তা দোরেন্না পূময়াৎ-ফৈজোম শেৎলগা মাগী মনাক্তা পোৎপাং পীবা চংলক্লম্বা মুর্তিদু হঞ্জিল-হঞ্জিল উরকই। অদুবু লৈলাদি অহীংদুদগী এ ই চাউবগী নুপী ওইখ্রে। লুহোংবগী অহীংদু হৌখ্রে।

লৈলা, নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা মৌ অনৌবী অমগী তৌগদবা মথৌ খুদিংমক লোইশিল্লি। অয়ুক্কী চা লোনবদা দোরেন লাক্লবদি খন্দুনা চা কপ অমা খাক্তুনা থম্মী। অদুবু দোরেন্দি লাকখিদ্রে। নুমিত্তু ৱানা লোইখ্রে। নোংম-নোংমা হৌখিবনা চাক্কৌবসু লোইখ্রে। লৈলানা দোরেন উখিদবা থা অমা ফারক্লে। লৈলা, থা ফাবগী মপামদা লাকই। মনম্মদা য়ৌরকপগা দোরেন লাকপ্রা হংই। মপামদসু দোরেন লাক্লমদ্রে। লৈলাগী পুন্সিদা দোরেনবু অমুক হন্না উখিদ্রে। অদুবু মাগী লুহোংবা নুমিৎকী নীংথিজবা শকফমদুবুদি লৈলাগী বাখলদগী লৌথোকপা ঙমদনা মমল য়াল্লবা অউনপোৎ ওইদুনা লৈহৌরে।

তাং ১৩/৯/২০০৭

# নোংদমখোল

বীদুর, ইম্ফাল-গুৱাহাটি চেনবা ট্রক অমদা হেন্দিমেন ওইনা য়াওবা চহী অনীরোম হায়রক্লে। মাদি চহী য়াম্না নৌরিঙৈদা য়াওবা নত্তে। চহী ২৪ শুরকপা মতমদা মমা লৈখিদবদগী য়াওখিবনি। মাগী খুঙ্গংদা মানা খ্বাইদগী নুংশিজবী মোনা, গোকুল কৌবা নুপা অমগা লুহোংখ্রে। মোনাবু গোকুলনা পুরগা কাংপোকপীদা লৈখ্রে। বীদুরনা খল্লি, — "মানা অঙাং ওইরিঙৈদা থম্মোই শেংনা নুংশিজখিবী মোনাগী মশক্তু অমুক্তং উরবদি নুংঙাইনিদা!" অসি খন্দুনা ভারা তিংনা নোংমা কাংপোকপিদা মোনা থেংনব্রা য়েংগে হায়দুনা চৎখি। লম্বীগী নাকন্দা ফল্লিবা দুকানশিং বজারগী মফম কয়া চংদুনা কোয়না-কোয়না থিরুই। অদুবু মোনা উনবা ফংদনা হল্লকখি। মোনাবু অমুক্তং উনগে খনবদুনা মরম ওইরগা বীদুর, ইম্ফাল-গুৱাহাটি চেনবা ট্রক্তা হেন্দিমেন ওইনা য়াওখিবনি। নোংম-নৎত্রগা নোংমদি শুকশোয় শোয়দনা মোনা উগনি হায়বসি মাগী আশানি। চহী অনী গাড়ী চৎলকপদা কাংপোকপী হেক য়ৌরকপগা মাগী ৱাখলদা মোনাবু হেক্তা উরকই। অদুবু মোনাবুদি নোংমতা উবা ফংলক্ত্রি।

ঈশ্বরগী নোংদম কনানা তম্বা ঙমগনি। বীদুর মাগী ওজা তোম্বগী মতুং ইন্দুনা গাড়ী চৎলকপদা লম্বীদা চাক থোংবগী থককসি মানা হেক-হেক তৌই। গুৱাহাটিদগী য়োৎ পুরগা লাকপা খোঙচৎ অমদা মখোয়গী ট্রক্তু কাংপোকপীগী থোং লাল্লমদাইদা লম্বীদা এক্সন তেক্কুনা অহীং লেকপা তারে। লম্বীগী মতাইদা ট্রক্তু থৈদোক্লগা মফম চাবা য়েংলগা খাল্লে। গাড়ীদু য়াদ্রে খঙনবা উশা খরা মমাঙ অমদি মনীংদা থেৎচিল্লে। অদু লোইরগা চাক থোংনবা স্টোপ, কোল-লিক থাংথরগা মফম শেম্বা হৌই।

নুংথিলগী পূং অমরোম তারকপা মতম্নি। নুংশাসু কন্না শাগৎলকই। ওজা তোম্বদি গাড়ী মথক্তা তুল্লগা পোৎথারি। বীদুর, ঈশিং শোক্লুনবা বালটিন্দু পায়রগা কাংপোকপীগী থোং লাম্থোরক্লগা তুরেল তাবা লম্বীদুদা কুমথরকই। লম্বীদগী

পাঙলাপ-লাপ্তুনা কা মরিগী জিংঘনা কুপ্পা শঙ অমখক লৈ। কা অনী অমদি থোঙ শো লোল্লি; কা অনী অমদি লোন্দে। য়ুমদুগী মনুংদা নুপী অমা য়াম্না ৱানা কপ্পগী মখোল অমা বীদুরগী নাকোঙদা তায়। ঙাইহাক লেপ্লগা খোঞ্জেলদুগী মায়কৈ লেপ্পী। অমুকসু তারে — "অয়ো ইমা, ঐ শিরে, অয়ো ইমা, ঐ শিরে;" হে ... হে.. নাহেবগী খোঞ্জেলগা লোয়নবা ৱাহৈনি।

বীদুর, খোঞ্জেলদুনা মাবু মনাক্তা ঙাইহাক্তা ওইরবসু চংলকখো হায়বগুম তৌরে। প্রপ-প্রপ বালটিন্দু পায়রগা য়ুমদু তানা চংলকই। থোঙদু হাইফেৎ হাংদোক্লগা য়েংই। নুপী অমা ফমুং মথক্তা মখুত্তুনা মোমপাক ফিদক্তুদা কন্না পায়রগা মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোংলগা লৈবা উরে। চহী অনীগী অঙাং অমসু মমানা হিপ্লিবা ফমুং মনাক্তা লেপ্লগা "ইমা-ইমা" হায়না পেরি-পেরি কপ্লি। ফিভমদু উবদা বীদুর য়েংবা ঙমদ্রে। করি তৌশিগে খল্লি। মনাক অদুৱাইদা মীশু অমত্তা উদে। নুপীদু অঙাং উনগদবগী ৱানা খাংলিবা মওংনি হায়বসি বীদুর খঙলে। পাইরক্কী লৌশিং অমনা — "কৈদৌরুগবনো অশুক লুরবা তানফমসি থাদোক্তুনা ঐনা কমদৌনা য়েংলমদনা চৎকনি" অসি খন্দুনা মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা নুপীদুগী মনাক্তা চংশিল্লকই। অঙাংদুনা মঙোন্দা য়েংই। মমাদি থরো-থরো ওল্লগা খাঙলি। বীদুর মমীত্তু অমুক উইশিল্লি অমুকসু হেক পাংথোকই। থবাক্কী মিহুলগী খোঙজেল হেনগৎলকই; মখুৎ অনীমক কন্না নীকখৎলকই। ঈশ্বরগী নোংদমদগী অঙাং থোঙদা অঙাংগী মকোক থেংনবে। মখুৎ অনীনা অঙাংগী মকোক পায়রগা মমানা কন্না শংলকপা মপা চানা হাইফেৎ চিংই। লাইনা পীবগুম অঙাংদু তারে। কন্না কপ-লাউরম্বা মমাদু মখোল থোক্লকখিদ্রে। তুমিন, য়ামপক তাবগুম, মমায় ফমুংদা উপশিল্লগা লৈখ্রে। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংদু মখোল হৌনা কপ্লক্লে। বীদুর, মখা করি তৌগনি খঙদ্রে। ফুক হৌগৎলগা — "ঐ মী অমা থিরুগে" হায়রম্লগা থোরকই। কোয়না-কোয়না য়েংই। খরা লাপতক য়ুম অমা লৈ। মদু তানা লাকই। নুপী অমা ফৌ-ফৌদুনা লৈরম্মী। 'ইমা! অসিদা নুপী অমা অরুবা ফিভমদা লৈহৌরে; অমুক্তা লাকপীয়ো" হায়রুরে। নুপীদুগা মখোয় অনী লাকমিন্নদুনা পুন্না মফমদু য়ৌরক্লে। নুপীদুবু কাদুদা থাজিনখ্রগা মাদি মপান্দা লৈহৌরে। বীদুর, নুপীদু কনানো, করম তৌরে, হায়না অমুক্তংদি য়েংনীংই। মমীত্তদি ঙসাইগী নূপীদুগী মওং, মানা হৈনদবা মতাংদু উদুনা অসুম লৈরি। য়েংনীংমনখিদুনা থোঙ অহোবদগী য়েংলুরে। নাওফম তাদুনা অহন্দুনা নাওফম হাপ্পবা চফু থিরি। অঙাং উনরিবা নুপীদু লোংনা ফমুংদা

হিপ্লগা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ। মাগী মশক্তু বীরমনিনা মতম কুইনা থিজরকপা মোনাদু য়াম্না মাল্লকই। মাদি ঙসাইদি পাখত্তুনা মুন্না য়েংখিদবনি।

বীদুর, খঙনীংবনা হেনখিদুনা "ইমা! ঐবু মনুংদা চংজরকপা য়াগদ্রা"?

— "য়ারনি, য়ারনি!"

বীদুর, কাদুগী থোঙদু হাংলগা চংলকই। মহাক মমীৎ উইশিল্লগা পোৎথারিবা মোনাবু মুন্না য়েংই। "আয়! মোনা! নঙবু মোনা নৎত্রা"? মোনা, খোনফমদু তাবদা তপ্পা মমীৎ পাঙথোরকই। নুপী ওইবীগী ইকায়জবা থৌদোক অমখকপু মথৌনা লৈনা মায়োক্নখ্রবা নুপা অমগী মফমদা ইকায়বা লোইনমক ঙাইহাক ফাজিল্লগা মোনানা পাউখুম পীরকই — "কদোমদগীনো অশুক কুইরবা মতমসিদা ঙসি খঙহৌদনা ঐগী ইনাক্তা লাকপীরগা নুপী ওইবীগী লুরবা তানফম অমবু মায়োক্নবীররিবা"?

— "নঙসু ঙক্না থোক্লমগনি, ঐসু ঙক্না থোকই। মসি ঐখোয় অনী অমুক্তংদি উনৌ হায়বা তাঞ্জা অমনা পীবনি। ঐ গাড়ী চৎপা য়াওরি। গাড়ী য়াদদুনা লৈবদগী চাক থোংনবা ঈশিং শোকপা লাকপগী লম্বীদা নঙনা নাহেবগী খোঞ্জেল তাবদা ঐ ননাক য়ৌরকখিবনি। তৌবগীদি ঐনা নঙবু অমুক্তং উনগে খনবা কুইরবনি। অদো, ব্রাফম অমনা গোকুলবু কদায়দা চৎখিবগে"?

— "মহাক থবক অমা চৎখি। পুং অনীদা লাক্কনি হায়রম্বনি"।

— "নঙগী ফিভমসিদা মানা নঙবু হন্দোক্লম্লগা চৎখিবসিমদি চুমদে। ঐনা নঙবু থেংনরমদ্রবদি নহাক কয়াম ব্রারমগনি। হৌজিক্তি ঐসু নুংঙাইরে, নঙগী নতেং খজিক্তং পাংবা ঙম্বসে। ঈশ্বরনা পীবা তাঞ্জানি! ঐ চাক থোংঙুরগে, নঙগীসু চাক হাপকে, নঙ চাক চাগদবনি।" অসি হায়রম্লগা বীদুর কাদুদগী থোরক্লে।

তুরেলদা কুমথরগা মশাদু শেংনা ঈরুজরে। ঈরুজবা লোইরগা চাক থোংনবা ঈশিং শোক্লগা কারকই। মবুক্তা মোনানা চাবা য়াগদবা কাংশোই ওইনা থোংবীরগে খল্লি। শোমদা ড্রাইভর তোম্বদি নাখোক্তুনা নিঙাইদনা তুল্লি। মদুনসু বীদুরগী থবক্তা অয়েৎপা পীদ্রে। বীদুর, থব্রায় য়াওনা চাক-এঞ্জাং থোংবা লোইদুনা চাকা-এঞ্জাংগা পুখম তেক্কোত্তা হাপ্লগা মোনাগী মনাক তানা অমুক লাকই। নুপী অহন্দু ময়ুমদা ঙাইহাক্তা ফৌ লৌশিল্লুগে হায়রম্লগা চৎখিবদগী হল্লক্লমদ্রি।

মোনানা করিমত্তা কোইদনা নৌনা পোকপা মচাদু খোম ইন্দুনা লৈরম্বদু উবদা বীদুর মোনাদা ৱা ঙাংগদবা হঙ্গোইবগুম তৌই। অদুবু মানা পুরক্লিবা চাক্তুদি মোনানা চানবনি। বীদুর য়াম্না পীজনীংনা — "ঐ নঙগী চাক পুরক্লে, চাকসি চাথোক্লসি! ঐ ঈশিং কনবীরক্লগে" অসি হায়দুনা বীদুরনা সেবা তৌদুনা মোনাবু চাক চানবা হোৎনরি। মোনা, তপ্না হৌগৎলগা ফমুংদা মখোঙ অনী তিংথোক্লগা ফম্মী। বীদুরনা ফমুং মথক্তা চাক-এঙ্গুাং থাঙ্গৎলকপদু লৌই। মখুৎ হাম্লগা চাক চাবা হৌরে। চাক চানা-চানা মোনাগী মীৎলুদা নোংহৌ অমা লাকপগুম তৌরকই। লুহোংলমদাই নুমিৎ নীনিদা ঙাইরবা থাবল ফরবা অহীং অদুদা মখোয় অনীনা মোরোক ফৈদোম অনীগী চুরিদা শেমখিবা মিলন অমগী মতাংদু মনুং থিৎনা নীংশিংলকই। চখোম অনী, অহুম হুক্লগা মোনাদু তশেংনা কপথোরক্লে। মানা কপ্লিবগী মরমদি বীদুরনা মোরাদা ফম্লগা নুংশিনা পম্লগা ৱারী শারিবী অঙাং নুপীমচাদু বীদুরগী মচানি খল্লুবদনি। অঙাংগী মমাদি মচা পোক্লিবা মমাতনা খঙঙী হায়নৈ। বীদুবনদি মদুয়৯ৌনা খঙখিদে। মোনাসু কপ্পদগী হেন্না অশেংবা ৱাফমদুমদি বীদুরদা মচিন্না থোক্লা হায়খিদ্রে। মোনা, চাক্তু খরা চারগা তোক্লে। বীদুর, ফুক হৌগৎলগা "নঙ করিমত্তা চিংনরব্ব! নশা শোনবনিনা পোৎথারো! কোন্দু ঐ ফেংলুরগে"? অসি হায়রগা বীদুর মোনানা চাবগী কোন্দু ফেংবীরুরে। তৌগদবা থবকসু লোইরে। গোকুল লাকপগী মতমসু য়ৌরক্লে। বীদুর কাদুদগী থোক্লগে খল্লে। অঙাং নুপীমচাদুবু নুংশিনা খজাইদা চুপ্পীরগা লুপা তরা চৎপী অমা পীরগা — "বাবা অমুক চৎলগেকো!" হায়। মখা তানা — "মোনা! ঐ অমুক চৎলুখিগে? ঐনা গুহাটিদগী হল্লকপা খুদিংগী নঙগী য়ুম খঙলবনিনা তোয়না চংলক্কে"। অসি হায়রম্লগা বীদুর কাদুদগী থোরক্লে। মোনাদি হিক-হিক কপ্লুনা লৈহৌরে। মতম অদু ফাওবদি গোকুল হল্লকহৌদ্রি। বীদুর, অহীংদা মোনাগী মনাক্তা চৎলগা করম তৌরিবগে হংনীংলবসু হংনবা মরমদি লৈত্রে। মথংগী অয়ুক্তা বীদুরনা য়াওবা ট্রক্তু শেম্বা লোইদুনা ইম্ফাল তম্না চৎনবা থৌরাং লোইরে। বীদুর মোনানা লৈহৌবা শঙদু নুংশিনা বীদাই তৌরম্লে। মরক-মরক্তা মোনানা নেসনেল হায়রেদা ট্রক উবদা বীদুর য়াওবা ট্রক ওইরিগদ্রা, মাবু অমুক্তং চংলক্লবদি নুংঙাইনিদা খল্লি। অদুবু বীদুরদি মোনাগী মনাক্তা নোংমতা চংলকখিদ্রে।

তাং ২/৯/২০০৭

# লাপথোক্লখিবা

মোহেন অমদি মেমথোই হৌখিবা চহীদা লুহোংদুনা মচানুপা অনী ফাইবোক পোক্তুনা ষষ্ঠি পুজা লোইরে। মচা অনীগী মমিং অমনা গোবিন্দ অদুগা অমনা গোকুল থোক্লে। য়ুমশেংবা নোংঙানবদা মচা গোবিন্দনা মখোয়না য়োক্লগা মচা গোকুলনা মেমথোইগী মপাম বীসেনপুরদা মমা পুজারিনা পুখ্রে। মোহেন অমদি মেমথোই অনীমক সরকারগী থবক অমমম তৌই। হৌজিক্কী মতমদা মীরোল লৈজদবা ওফিসকী থবক তৌবী মমা অমনা মচা অনী পুন্না য়োকপা হায়র্বসি অৱাবগী মশক্লি। মখোয়না ইম্ফালদা লৈরগা ওফিসকী থবক তৌবা অদুগা মেমথোইগী মপান্না বীশেনপুরদা লৈবনিনা মেমথোই মপামদা তোয়না চৎতুনা মচা গোকুলগা উনবা ফংদে। গোকুলনা পীক্লিঙৈদদি মচাগী মনাক্তা ছুটি নুমিত্তা হেক-হেক লাক্লমল্লবসু চহী অনী হায়রকপা মতমদদি কয়া তোয়না লাকখিদ্রে। অদুগী মথক্তা মেমথোই, অমুক মীরোন্দুনা মচা নুপী অমসু পোক্লে। মতমদি অসুম হৌখি। কুমগী হিয়াঙ্গৈগী নিঙোল চাক্কৌবা লাকপদা মেমথোই, মচা গোকুলগী অনৌবা ফি-রোল লৈরকই। অদুবু মচা গোকুলনা মাবু মশক খঙবীদ্রে। মানা লৈরকপা ফি অহনবদু শোৎপীগে হায়রুবদা মবোক্কী মনাক্তা চেনশিনখ্রে। মাদি মবোক পুজারিবু মাবু হেক পোকপিনি হায়না খল্লি। মচাগী মতৌদু উবদা মেমথোই থম্মোই পুবা য়াদনা কপ্লি। গোকুল ইম্ফালদগী লাকপা মাগা হেক পোকমিন্নবা গোবিন্দবুসু মীতোপ্নি হায়না খল্লি। মখোয় অনী শান্নমিন্নৌ হায়বা ফাওবা য়াদ্রে। মেমথোই, মচা গোকুল, পম্বা ফংদনা য়ুমদা হল্লক্লে। মপুরোইবদা উরকপা পুন্নমক থম্মোই শোক্লা তম্মী।

— "ঐখোয় অনীনা য়াম্না চাউবা অরানবা অমা তৌখ্রে; ঐখোয় অনীগী ইচানুপা গোকুলবু ৱারবসু ৱানা ঙম্ন-ঙম্নবা য়ুমসিদা য়োকচরম্লবদি ফৗরমগদবনি; ঐবু ইচাদুনা মশক খঙলমদ্রে, মোয়বাবুসু খঙলরোই; অঙাংদু নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা লৌবীরুরসি।"

— "হোয়নহে! অঙাংদু অসুম মীগীদা চাউখ্রবদি হয়েং তুংদা অকায়বা য়াম্না লাকদবা মাল্লি"। অসি হায়দুনা মোহেন অমদি মেমথোই নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা বীসেনপুরদা গোকুল লৌবা লাকই। বীসেনপুর য়ৌরগা চাক-ঈশিং চাবা তোক্লবা তুংদা মচা গোকুলবু ইম্ফালদা চৎলসি হায়রুবদা অঙাংদু কপ্পগা ইমুংদা চেনশিল্লগা লোৎখ্রে। ঙইহাক কোইথি-থিনবদা কাংখদা লৈরম্লে। থোরকউ হায়বা য়াদ্রে। মবোক্লা থেম্লগা পুথোরক্লে। মকোক্তা মিরাং ঙাক্তা ঙাইরে। মচাগী মতৌদুদা মেমথোই অমদি মোহেন অনীমক থম্মোই শোক্লে। পুজারিনা — 'ইম্ফালদা লৈগদবা নত্তে, ইমাগা চুন্না কোয়রুসি হায়বনি" হায়রগা থেম্লগা পুজারিসু য়াওনা লাকমিন্নরে। ইম্ফাল য়ৌরগদি গোকুলনা পুজারিগী মখুৎ থাদোকউ হায়বা শুকয়া য়াদনা পায়দুনা থমখ্রে। পুজারিসু গোকুল থনম্লগা করম্না য়ুমদা হনগদবনো খনবদা ৱারে। উচিন-নাচিন্না তুমহল্লগা থনম্লগে হায়দুনা ফমুংদা তুম্বা থেম্মী। মদুদসু তুম্মু হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। মোহেন, শাওনীংবা অমা য়াওদুনা গোকুলবু মনেমগী মথাদগী মুল্লগা মথুন্দা খুবাক্লা অনীরক থাদুনা যুম্বীরুরে। গোকুল, পাখত্তুনা পুজারিগী মঙক্তা চেৎনা কোল্লগা — "ইমা! ঐখোয়গী য়ুমদা চৎসি, ঐ নুপাসি কিজৈয়ে!" অসি হায়না মোহেনবু কিজবনা মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লগা হিক-হিক তৌদুনা লৈরে। য়াররোই খঙবদগী পুজারি, মশু পোরগা বীসেনপুরদা অমুক হন্নবা থৌরাং তৌরে। মেমথোই, মচা গোকুলগী মওংদু উবদা নোং খোংবগুম কপ্লে। মচা ফুরুরবা তুংদা মোহেনসু নুংঙাইত্রমাল্লে, ইমুং চংলগা লোন্না কপ্পি। পুজারি, বীসেনপুরদা গোকুল পুরগা হনখ্রে।

গোকুল, বীসেনপুরদা লাইরিক তম্বা হৌরে। মবোক্তা ইমা কৌরে। মাম্মদা তাদা কৌরে। ইমুংগী মীনসু মিংগৌদু শোয়রে হায়বীদ্রে। গোকুল, চহী তরানিথোই মপুঙ ফারক্লে। মবোকপু মমানি খন্দুনা তত্তনা ওইনজে। মবোক্লসু হেক পোকপা মচাগুম ময়াদা চাগদবা অহাওবা পোৎ অমা লৈবদা গোকুলদা পীজৈ। থবক-ইনখাং শুবদা মতেং পাঙই, মমানা লৌ-শুবা চৎপসু অদুম য়াওই। অদুবু অশেংবা ইম্ফালগী মমা লাকপদা ইম্ফালগী ইচে লাকই হায়না মবোক্তা পাউ পী। নোংম-নোংমা হৌখিবনা গোকুল কুমসি মেট্রিক থাগদৌরে। মা নোংমতা ইম্ফালগী ময়ুমদা লাক্তে। মাগী মাম্মা ইরাবতসু নুপী থিদুনা মচা অনী শুরে। ইরাবতনা মাগী নুপী নলিনিদা গোকুলসি মাগী মনাও নত্তে, মচেগী মচানি হায়না ৱারী লীথোক্লুরে। নুমিত্তুদগী নলিনিনা গোকুলদা য়েংবা মীৎয়েং খেন্নবা হৌরকই।

শোমদা পুজারি দাইবেটিস লায়নানা নাদুনা মশা য়াম্না শোল্লে। ইরাবতসু সরকারগী থবক তৌদবনা পৈশা ইপায়-পায়দে। মেমথোইনা থা খুদিংগী পৈশা পীরক্লম্বদুসু তোকখ্রে। মমাগী অনাবসু লায়েংদবা য়াদে। পুজারি হোসপিটালদা খুদক্তা পুখৎপা তারে। ইম্ফালগী মচেদা হায়বা নংদ্রিঙৈদা মাগী নুপীগী লৈদু বন্ধান থমসি হায়রুরে। নলিনি, খঙহৌদনা শাওরকই। — "মীগী মচা য়োকপদা পৈশা পুৎথরগা ঐগী সনা বন্ধান থমসি হায়রিসিবু ঐদি ঙম্মোই"। ঙাংনরিবা ৱাদুদা গোকুল, অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোকশিং মমীত্তা খজিক-খজিক উবগুম, নীংশিংবগুম; ঙাংলিবদু মঙোন্দা ওইরব্রা হায়না চিংনরকই। ইরাবত, মমান্নবদগী পৈশা খরা পুরগা মমাবু ইম্ফালদা পুখৎলক্তুনা রিমসতা লৈরে। পাউ তাবদগী মেমথোইসু য়ৌরক্লে। ফন কন্না হোৎনবনি, অদুবু পুজারি, কনবা ঙমদনা সংসার থাদোকখ্রে। গোকুল, পুজারি লৈখিদবসিদা থম্মোই পুরা কায়রে। মহাক মেত্রিক পরিক্ষাসু য়াওহৌদ্রে। ইরাবতকী ফিভম খরা শোকচিল্লকপগা মচেদা মচানুপা গোকুল লৌরনবা ৱা হৌদোক্লরে। নোংমা মোহেন অমদি মেমথোই লাক্তুনা মচা গোকুলদা হৌখিবা ৱারী পূম্বা লীদুনা গোকুলবু মখোয় অনীগী মচানি হায়রবে। গোকুল, ৱাফমদু তাবদা খঙহৌদনা অশাওবা পোক্লকই। — "ঐবু য়ুমসিদা লৈতনবা লৌতুনরিবসি কনা-কনানো? ঐনা ইমা লৈতবগী অশুক থম্মোই কায়রিঙৈসিদা নখোয়না অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিল্লরিবা করিগীনো? অদুগা ইম্ফালগী ইচেগা ইবায়না ঐগী ইমা-ইপা ওইরগা করিগীদমক নশা কোম্না, নুংঙাইনা হিংবা পাম্বদগী ঐবু মফমসিদা য়োকহনখিবনো? ঐগী ইমা-ইপা, মরী-মতা অমত্তা লৈত্রে। ঐগীদি লৈখিদ্রবী ইমাদুখক্তনি। মাতনা ঐবু পোকপী ইমানি। ঐদি মাগী মথাদা, মনঙন্দা চাউরকপনি। নখোয় অনীনা ঐগী ইপা-ইমা ওইবা তারবদি ঐ নখোয় অনীগী নতম্বাক্তা নৎতনা ননঙন্দা তোংলগা চাউরক্কদবনি। নখোয় অনী ঐগা মরী থোক্লদে। ঐ নখোয়গা লৈবা শুকঙম-ঙল্লোই। নখোয় হল্লো!"

মচাগী চুল্লবা ৱাঙাংদুদা মোহেন অমদি মেমথোই ৱা-মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা তুমিন মরু লুকথদুনা লৈখ্রে। মখা তানা গোকুলনা হায়রকই, — "য়ুমগী তাদগা ইতৈমগনা ঐবু লৈহন্নীংদবদুসু ঐ খঙই। ঐ য়ুম থাদোক্তুনা শোয়দনা চৎলগনি। নখোয় অনীসু ৱারুরনু।"

মোহেন অমদি মেমথোই থম্মোই কায়রগা হনখ্রে।

ইরাবতসু গোকুলগী মমাঙদা ইকায়রে। নুমিত্তু গোকুল, চাক-ঈশিংগা অমত্তা চাদনা মাগী কাদা থোঙ লোনশিল্লগা কপ্পুনা লৈ। অহীংদুগী নোংঙাল্লমদাইদা গোকুল য়ুমদু থাদোক্লগা চৎখ্রে। চহী অহুম হৌখ্রবা তুংদা নোংমা গোকুল লালহৌবা সংস্থান অমগী সর্জন মেজর ওইদুনা মরৈবাক্কীদমক অচৌবা থৌদাং লৌরি হায়না খবরদা ফোটোগা কোন্ননা ফোঙলকপদু উবদা মোহেন অমদি মেমথোই মচাগী ফোটো য়েংলগা কপ্পি।

তাং ১৫/৯/২০০৭

# নোংমৈ অমা ঙারৌ অমা

মণিপুর হায়রিবা লৈবাক মচাসি থোইনা পঙচাউ-চাউবা লম অমা নত্তে। মমাঙঙৈদা লমদমসিবু মপাল্লমগী মীওইশিংনা য়াম্না ঈং-তপ্পা, ফজবা, শান্তিগী লমদন্নি হায়নরম্মী। মতম অমগী চাউরবা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইখিবা পন্দিত জবাহারলাল নেহরুনা লমদমসিগী ফজববু শীঙথাদুনা জ্বেল ওফ ইন্দিয়া — 'ভরতকী মণি' কৌবীরম্মী। চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খঙনখিবা অৱা লান্দা পোক্লফম লমদম থাদোক্কুনা লমদমসিগী মীওই কয়া মপাল্লমদা লাঞ্জেন্নখি। মদুনা মরম ওইরগা মতমদুগী মীওই চা কয়া মপাল্লমদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবা তাহনখি। চহী কয়াগী তুংদা মণিপুরগী ফিভম ফগৎলক্লবা, শান্তিগী লমদম ওইরক্লবা মণিপুরগী মপাও তারগা মপাল্লমদা তঙাইফদনা খুন্দাদুনা লৈখ্রবা মীওই চা কয়ানা লাপ্না মপা-মপুগী লমদমসিদা অমুক হল্লক্লীংবগী মঙলান কয়া শাগৎনখি। অদুবু অদুক নুংশিরম্বা অদুক পামজরম্বা মতম অমগী মণিপুর তপ্না-তপ্না মীহাৎ-মীপুন, মীশি-মীনাগী পাউনা নোংমা কাংদনা থোকপা হৌরকখি। লুট-পাট, হুরান-চিন্থি, মশীঙ খঙদনা থোরকখি। চহী নৌরিবী নুপী-অঙাং, মমা ওইবী কয়া য়াওনা নমজা-নমথেক্লদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীবা, হাৎতোকপীবগী পাউ তারকখি। পাউ ময়াম অসিনা ঙসিদি মপাল্লমদা খুন্দাখিবা মণিপুরী কয়া মণিপুরগী পাউ তাবদা হঙ্গোইনরে; মণিপুরদা চৎনীংদ্রে হায়নরে। মপা-মমা, মচে-মচল, মচিল-মনাও, শাগৈ-নাতৈ, নক্লবা মরী ওইফম থোকপদু লাপ্লবা, পয়া কোমথোক্লবা শীঙকুনগী মতৌগুম মচোই-মচোই লোইনা তারে। মপাল্লমদগী লাক্লগা মণিপুর য়েংলবগী মহুত্তা মণিপুর মনুংদগী চেনথোক্লগা মপান্দা খুন্দাবা য়াগদবা মফম য়েংনরক্লে। মসিনা অদুঙৈগী অৱা লান্দগী শরুক কয়া হেন্না শাথীবা হেনবগুম উরে। হায়নবসু লৈ — "শঙ্গোলগী যণ ৱাইনবদি লুই"।

লালহাবা, মেট্রিক অহুল্লক থাবদা পাশ তৌবা ঙমদবদগী ঙাওশিন্নবা হৌরক্কুনা ফত্তবা শঙ্গ তৌবা য়াওরকই। খর-খরদগী য়ুমদা হল্লকখিদবা চহী ফারক্লে। মণিপুরদা অশেংবা অমদি শেংদবা সংস্থান মশীঙ খঙদনা থোরকপগী পাউ লেপ্তুনা তানরি।

লালহাবসু অশেংবরা, শেংদবরা খণ্ডদবা সংস্থান অমদা য়াওখ্রে হায়বগী পাউ য়ুমদা ফংলে। অসুন্না য়ুমদা হল্লক্তুনা মীরোৎ ওইখিবা চহী অহুম হায়রক্লবা তুংদা নোংমা অহীং অমা য়ুমদা চংলক্লগা মমাদা পোৎ ময়োম অচৌবা অমা শিন্নরম্মী। শিন্নরম্বগা লালহাবা অদুম চৎখ্রে। মমা ইবেচানা পোৎয়োমদু করি পোৎ ওইরিগবা খন্দুনা মপুরোইবা লাইবদা তমদুনা মখোয় অনী হাংদোক্লগা য়েংমিন্নে। লুপা লাক্ষ অহুমগী ময়োম ওইরম্মী। লালহাবনা থনম্বা পৈশাদু থা অমরোম লেংদনা থম্মী। অদুবু লালহাবনা অমুক হন্না থিরক্লবদা লাইবা পৈশাদু শীজিন্ননীংবা পোক্লকই। মতৈ-মনাও তানদুনা চেক্কী য়ুম অমা শাবা হৌরে। ফাউন্দেসন হৌবা লোইরবা কান্দা নোংমা নুমিদাং অমদা অমুক লালহাবা য়ুমদা হল্লক্তুনা অহীং অমা লৈরম্মী। ইবেচানা হান্নগী পৈশাদুনা য়ুম শাবা হৌরে হায়দুনা মচাদা তম্মী। মচানসু ইমাগা বাবাগনা ফন্নবা অদুম শীল্লু হায়। অহীংদুদা লালহাবনা মমাদা লুপা লাক্ষ মঙা অমগা পীরম্মী। লাইবা অমদি ইবেচা মচা লালহাবনা শেনফম চাউনা-চাউনা পুরক্তুনা পীরবসিদা মশাদা নাপন হাইফেৎ লাকপগুম তৌরকই। য়ুম শানা-শানা কার অমসু লৈরগা তোংলে। লৈকায়না ঙাংনরকই — "মখোয়গী লাইবসি শেনফু থেংনরুরব্রা কৈনো, য়ুম্বু শাগৎপনে, কারবু লৈবনে, মতা অমা তৌরে"। অসুন্না মচা পোকচবগী মপান চাদুনা নুংঙাইবা ইমুং অমা হায়বদু ওইরে। অদুবু মচা লালহাবগী মশক্তি নুংথিলগী মতমদা অমুক্তা ফজনা উবা ফংলক্তবা চহী মঙারোম হায়রক্লে।

নোংমদি লালহাবা য়ুমদা পৈশা মরি পুদনা মহৌশাগুম অহীংদা হল্লকই। মানা হল্লকপা খুদিংগী পৈশা চাউনা-চাউনা পীরম্বদুদা মমা ইবেচানদি লুপা লাক্ষ খরদি পুরক্লমগনি খল্লি। লালহাবদি চাক লাম্বনসু লোইরবজাৎনি। থবক তৌমিন্নবা মমান্নবা অমগসু থবক মঙ্গল ওইরক্তবগী শাওনরকপা মাল্লি। ময়ুমদা চংলকপগা মমাদা চাক পীয়ু চাক চাগে হায়ররে। ইবেচানা চফুদা লৈরম্বা চাক খরগা হঙ্গাম থোংবা এঞ্জাং খরগা পুখম-তেঙ্কোত্তা হাপ্তুনা থম্মী। মচাবু চাক চাররো হায়না কৌশিল্লি। লালহাবা এঞ্জাংদু য়েংলগা শাওনা পুখম-তেঙ্কোত্তু ইল্লোরকই। ফুক হৌগৎলগা পুকচেপ্তগী নোংমৈদু শৎলগা মমাদা নম্মী। মখোল হৌনা — "সিগুম্বা এঞ্জাংসিবু ঐঙোন্দা চানবা পুথোরক্লিবা করিগীনো? এঞ্জাং অহাওবা পুথোরকউ! নৎত্রগা অহাওবা ঙারৌ অমা পীয়ু!" ইবেচোদি মচাগী মতৌদুদা নোংমৈদুনা মঙোন্দা কাপ্লগদবোই খন্দুনা মিহুন শুদ্রে। মশাদু থক-থক নীক্লে! — 'ইবুংঙো! ইমা ঙারৌ থিরুগে, ঙারৌ লৈ" হায়রম্লগা লেত্রিন্দা চেনশিনখ্রে। লালহাবগী মচম্নুপী কুমারি

হৌগৎলক্লগা য়ুম্লোন্নবা মন্দোমচাখোয়দা চেল্লগা এঙ্খাং লৈব্রা খরা পীয়ু! ইমাদা ঙারৌ পীয়ু হায়দুনা নোংমৈনা নমহৌরে" হায়না তম্লুরে।

তাঞ্জা চানা ফ্রিজদা ঙারেনগী থম্বা অহাওবা এঙ্খাং লৈরমদুনা মদু পুরক্লগা লালহাবদা পীররে। মদু হেক উবদা লালহাবা ফান্দা ফম্লগা চাক চাবা হৌরে। খুদক্কুদা লাম্থি ফায়রুবা ইবেচা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। মচাগী মনাক্তা চংলক্লগা মখুৎ লোন্নরগা হায়রে — "ইবুংঙো! নঙবু কুইনা উনদবদগী অপোকপী নমাফাওবা কাউরব্রা? ইমাদি কিবনা লোইরে"।

লালহাবনা হায়রকই, — "ইমা! ঐখোয়গী হৈনবী অমা লৈ। ঐনা হৌজিক ইমাদা তৌরিবদো হেক তৌদবদা ঐখোয়বু মীনা উশিত্তে। মসি নৎত্রবদি অহাওবা চাবা ফংদে, ফজবা ফি শেৎপা ফংদে, মমল য়াম্বা খোঙুপ তোংবা ফংদে। ঐনা শেৎলিবা ফি, খোঙুপ, শাউনগী জেকেৎ পূন্নমকসি খুঙ্গংগী ইনাকখুনবা ইমুং থির-থিরগা নোংমৈ উৎলগা লৈহ্নবা ঙাক্তনি। পূন্নমকসে নোংমৈসিগী মপান্ননি। মখোয়দা তৌবা মওংদু ইমাদা তৌবদা ইমাসু, ইচনসু এঙ্খাং অহাওবা থিবা চেন্নরিবদুনি। মসি উৎলমদ্রবদি ঐ হঙ্গাম থোংবা চারম্বা তাবনি। য়েংঙু ইমা! ঐদি মেত্রিক ফাওবা পাশ তৌদবনিনা সরকারগী থবক তৌরবসু পিওন, তৌকিদারদগী হেল্লোই। হৌজিক্তি সংস্থান অমদা য়াওবা ফংবদগী চাউর-চাউরবা মী কয়ানা ঐখোয় উবদা ব্যবহার তৌরি। মসি নোংমৈসিগী মপান্ননি। ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়র, থিকাদার, ইনাক-খুল্ল-খুল্লবা মী ফাওবা নোংমৈসিবু কিদবা কনাবু লৈরিবগে? মখোয় খরা অমদি ঐখোয় কিবদগী মপান্দা চেন্নখিবা ফাওবা য়াওরবনি। ঐনা য়ুমসিদা পুরক্লিবা পৈশা ময়ামদো নোংমৈসিনা তাল্লকপা ঙাক্তনি। ঙসি মন্ত্রিগী মনাও, সপ্লাই চাউনা তৌবা অমা উনবা চৎলুবদা মশা কোলকটা চৎখিদুনা লৈরমদবদগী পৈশা ফংলক্তবগী শাউনা লাকপনি। ঐখোয়সে অশেংবা কাঙবু খরনদি উবগা হাৎকনি হায়না কোয়থি থিরিবনি। ঐখোয়না শীজিন্নরিবা চেং-চাং, লেটরহেদ মখোয়গী অশাবা ঙাক্তনি। নাকন অমরোমদনা পুলিসনা তান্নবা, নাকন অমদনা অশেংবা কাঙবুনা অমুক তান্নবা, ঐখোয়সু ৱাখ্রবা জাৎনি। মসি তৌদ্রবসু করম্না মীমান্নবা ঙমগনি। ঐখোয়না শাহৌরিবা য়ুম, লৈহৌরিবা কারসি পৈশাদুননি। লুপা লাক্ষ তরাগী শেনফম অমদি ফংগদবা লৈরে। ঐ মদু পুরগা ঙসি মঙানিগী মনুংদা অমুক লাক্কে। ৱা ঙাংনা-ঙাংনা চাক চাবা লোইশিল্লক্লে। খুৎ হাম্বা লোইফাৎত্রিঙৈদা থোঙদা মপান্দগী কোক-কোক তৌরকই। লালহাবা, মনীংথোঙ ফাওরগা নোংমৈ এইম তৌরগা চেনথোকখ্রে।

মানা থোকখিবগা নোংমৈ পায়বা নুপা অহুম চংলক্লগা লালহাবা লৈব্রা হায়না হংলরে। থিবা য়াবা থিবদা ফংদবদগী মখোয়শিংদু অমুক থোকখ্রে। ইবেচাদু অহানবদা পাখৎপগুমদি তৌই। অদুবু মাসু তোয়না থোক্লবনিনা খরদি হৈনবগুম তৌরক্লে। ইমুংদুদা থোক্লিবা থৌদোকশিংদু উরুবদা লাইবা অমদি ইবেচা পৈশা ফংলবসু থৱায়দি ৱারে। ফমুংদা হিপ্পা চংখ্রগা উইবা য়াদদুনা ৱারী অমুক শানদুনা লৈরে। ইবেচানা হায়রকই — "মোইবা! ইচা নুপানা ঐঙোন্দা ফাওবা নোংমৈ উৎলগা ঙাৱৌ পুথোরকউ হায়বা ঙম্লবসিনদি মীঙোন্দদি কয়াম কন্না ধমকা তৌরমগনি। মানা তৌরিবা থবক অসে তোক্লো তৌরুরনু হায়রুবদা মীনা ঐখোয়দা তৌরিবা ব্যবহারসে অমুক ফংলোইদৌরি। মোইবানা পিওন ওইনা চহী কুন থবক তৌরকপসিদা করিবু তৌবা ঙম্লবগে"? লাইবা — "অদুসু চুম্মিনে! ঐদি মাগী থবকসি তোকও হায়নীংলবনি। অদুবু মথং লাকপদা পুরক্কে হায়রম্বা লুপা লাক্ষ তরাদুদং ফংলগা য়ুমশি শাবা লোইশিলহৌরবদি ঐখোয় অনী চংদুনা থেল্লগা তোকহল্লসি। অদুগা নুপী অমা থিবীরসি!"

— "য়াবু য়াগদ্রনে? পুলিসনা অমুক ফাবীরবদি"?

— "য়াদ্রগনা খরা চাউনা পৈশা তাল্লো হায়বা তারেদনা! পুন্নমকসে পৈশাদা লোইনা লৈরম্লে। পৈশানা ঙমদবা অমত্তা লৈরমদ্রে। ভোৎ লেপ্পসু, কাবসু পৈশা ঙাক্তনি। অদুদগী মন্ত্রি ওইবসু পৈশা পীরগা ওইবা; খ্বাইদগী চাউবা মন্ত্রিগী মকোকসু পৈশানা লোইনা ওইখ্রিবদুদি। নঙগী নচানা তাল্লিবা পৈশা খুৎতানসিদা লুপা ক্রোর কুন-কুষ্থা তানবা ঙম্লবদি মাসু ভোৎ কারগা মন্ত্রি ওইবা হেক্তা য়াগনি। অদু ওইরবদি সেক্যুরিটি গার্দসু ফংলনিদনা!"

— "লাইরিক্তি য়াওদনবু"।

— "লাইরিকসু পৈশানিনে। মানা তাল্লকপা পৈশাদুনা ওপনগী সার্টিফিকেট মথং-মথং লৈরগা এম. এ. গী সার্টিফিকেট অমগা লৈরগদি লাইরিক হৈবা হায়বদু অদুম য়ারেদনা! মানা লৈবাক্কী লুচিংবা ওইরবদি ঐখোয় অনীসু নোংমদি মন্ত্রিগী মমা ওইবদি শোয়দ্রেদনা!"

— "অদুবু মখোয়গী শেন্দানসে থৱায় য়োল্লগা তানবনিনা তম্বদি ঙম্বা নত্তেদা মোইবা!"

— "অদুসু চুম্মিনে"।

ৱারী শানা-শানা লাইবগা ইবেচাগা তূমথখ্রে। নুংঙাইনা তূমথখিবা অনীদো নোংঙানবদা ৱাখল মোন্দা নুংঙাইনা হৌগৎলকই। হোকরনা থোঙ্গালদা খবর থাধরম্মী। লাইবা খবর পায়রগা হেদিংদু পাবা হৌই। "বোরোই মখোঙদা অনী হাৎলম্লে, মশক মমিং খঙদোক্নবা রিমসকী মোর্গতা থম্লি"। লাইবা, চিংনরপ তৌদুনা রিমসকী মোর্গ তানা চৎখি। মানা চিংনবদু চুম্লম্লে; মচানুপা লালহাবগী মমায়দা পানবা নোংমৈ মরূ অনীখক লুখমদা ফাওদোক্লগা চৎখিবগী দাগফমগা লোয়ননা লোংনা তাদুনা লৈরম্লে।

তাং ১৮/২০/২০০৭

# কোম্বীং ওপরেসন

দাং দাং দাং! নোংমৈ কাপ্পবগী মখোলনি। সন্ধ্যাগী মী চিকপা মতম্নি। বসন্তি, সন্ধ্যাগী ধুপ-থাওমৈ থাবা লোইরগা চাকশঙদা চাক থোংনবা হোৎনরি। মমাসু চীংমৈরোং কৈথেল কাখি। মবুং বীরেনসু ইঞ্জিনীয়র গোপালগী য়ুমদা মচা লাইরিক তাকপা চৎখি। পোইনুগী য়াম্না ঈংবা মতম্নি। চাকখুমদা হঙ্গাম চাম্লিঙৈদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবদগী ফুক হৌগত্তুনা মনীংথোঙদু য়াম্না থুনা লোনশিল্লি। মানা মনীং থোঙ লোল্লিঙৈদা ইমুংদা মী চঙলকপগী শাহুম অমা হাইফেৎ তাখিবগুম তৌই। থুনা চাকশঙগা য়ুমজাওগা ফাওনরিবা থোঙদু হাংদোক্লগা ইমুংদা চঙলকই। কনামত্তসু লৈবা উরমদে। মমাঙ থোঙদু চেৎনা লোনশিল্লগা চাকশঙদা অমুক হল্লক্লগা চাক থোংবদা পূক্লিং চঙখ্রে। ঙাইহাক কান্নরবা তুংদা মমাঙ থোঙদু দং-দং থীল্লকই।

বসন্তি, য়াম্না পাৎখৎপগা লোয়ননা চাকশঙদগী চেঙ্গোরক্লুনা থোঙ্দু হাংদোকই। কমান্দো মঙা তরুক মাঙ্গোলদা নোংমৈ এইম তৌরগা লেপ্তুনা লৈরম্লে।

— "সিদা মী অমা চেনশিল্লকপ্রা"?

— "কনাসু চঙলক্তে"।

— "শেংনা খুম্মু!"

— "অশেংবনি! ঐনা চাক থোংলিঙৈদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবগা থোঙ থুনা লোনশিনবনি। শোমদদি কনাসু চঙলক্তে।

বসন্তিনা করিমত্তা পাখত্তনা হায়বদুদা কমান্দোশিংদু থাজরমাল্লে, থংনবা য়ুমদা অমুক চঙখ্রে। পূংখায় অমরোমগী মতুংদা মবুং বীরেনসু মাগী সাইকলদু থৌরগা চঙলকই। মমাসু পাউ তাবদগী পাখত্তুনা য়ুমদা থুনা হল্লক্লে। য়ুমগী মী পুন্নমক শুরবনিনা মখোয়গী ইমুংগীদি থোইনা ঝানিঙাই ওইদ্রে।

পূংমুক লৈরগা মাইক্তা লাওথোরক্লে, — "লৈকায়সিদা লালহৌবা খরা চেনশিনখ্রে; অদুনা লৈকায়সিদা হৌজিক কোম্বীং ওপরেসন চৎথবা তারে। লৈকায়সিগী য়ুম-য়ুমদা লৈবা নুপামখৈ য়াম্না থুনা স্কুলগী লম্পাক্তা থোরক্লুনা মাগী-মাগী মশক তাক্লগদবনি। করিগুম্বা হায়রিবা ৱাফমসি ইন্দদুনা য়ুমদা চঙদুনা থিরকপা কান্দা থেংনবা থোক্লবদি পামদবা থৌদোক থোরকপদা মশানা য়াজবা তাবনি"। অসুম্না লাওথোকখ্রবা তুংদা ইমুং খুদিংগী নুপামখৈ মথং-মথং থোক্লরক্লুনা লম্পাক্তা পরেং লেংবা হৌখ্রে। চিংনবা নহা অনীখক য়াওরমদুনা মখা তানা ৱাহং-পাউহং তৌনবগীদমক তোঙান্না খন্দোক্লগা থমখ্রে। নুমিদাংগী পূং তরা মখায়দা ওপরেসন লোইদুনা লম্পাক্তা পূল্লম্বা নুপা মখৈ ময়ুম-ময়ুমদা অমুক হন্নখ্রে। বীরেনসু ময়ুম য়ৌরক্লুনা মমা অমদি মচন্নুপীগা পুন্না নুমিদাংগী চাক চামিন্নরে। চাবা-থকপা লোইরদুনা বসন্তি কোল-লিক ফেংবা, ৱাই-রম তৈবা লোইরগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লগা মাগী কাদা চঙলকই। মমাগা মবুংগদি হান্না তূম্বা চঙখ্রবনি। বী এ ফাইনেল ইয়ার তল্লিবী বসন্তি ইলেক্ট্রিক মৈ লাকপদুদা লাইরিক ঙাইহাক ঔরাইখিগে খন্দুনা টেবল চৌক্রিদা ফম্লগা লাইরিক হাংদোক্লগা কলম লৌথোক্লুনা বয়দা শিনবা হৌই।

ঙসাই সন্ধ্যাদগী বসন্তিগী কাঙখদা চঙলগা অয়িংবা খাঙদুনা শ্বর পিক্লা ফাজিল্লগা ৱানা মখুত্তা নোংমৈ অফবা মখলগী অমা পায়রগা পাকথদুনা লোৎলিবা জোনসন সিমরে য়াম্না তপ্না কাঙখদগী থোক্লবা হোৎনরি। শোমদা বসন্তি পূক্লিং চঙনা লাইরিক ঔরাইখিবনা জোনসন্না মাবু তাদনবা হোৎনরিবদু করিমত্তা খঙলমদে। জোনসন কাঙখদগী য়াম্না ৱানা থোরক্লগা য়াম্না চেকশিন্না ফম্না-ফম্না লাকপনা বসন্তিগী মনাক য়ৌরক্লে। মানা অদুম হায়না ইমুংদা লৈরমগনি হায়বদি খঞ্জরুদবা বসন্তিগী মতুংদা জোনসন খঙহৌদনা হৌগৎলগা বসন্তিগী মচিন্দা মখুৎ য়েৎনা ৱা ঙাংবা ঙমদনবা তাপ ফাজিল্লি। বসন্তি, মিকুপ অমগী মতমদা ঙসাই মানা চাক থোংলিঙৈদা শাহুম অমা ফংখিবদুগী মরম নীংশিংলকই। জোনসন্না সাইন তৌরগা মখোয় অনী হৌগৎলগা পুন্না লাক্লুনা মমাঙ থোঙদু হাংদোক্লে। জোনসনগী মশাদু ঈংবনসু থক-থক নীক্লে। থোঙ হাংদোক্লগা পুন্না থোরক্লুনা শুমাঙ য়ৌরক্লে। মদু ফাওবদা জোনসন্না বসন্তিগী মচিন মেল্লিবদু থাদোক্লমদে। মথং-মথং থোরকপনা থোঙ্গাল য়ৌরে। মতাংদুদা জোনসন্না বসন্তিগী মচিন মেল্লম্বা মখুত্তু থাদোরক্লে। অদুগা হায়রকই — "নঙনা ঐগী চাউরবা মতেং অমা পাংবীরে। পূম্নিদা চীংগী

মবুং অমনা তমগী মচল অমবু কৈদৌঙৈদসু কাউবা লৈররোই। নঙগী পূন্সিদা মঙ্গল ওইবা মতম চুপ্পদা ঈশ্বরনা পীনবীসনু ! ঐ অমুক চৎখ্রগে ? নঙ ঐবু শাওগনুকো !

বসন্তি, থক-থক নিক্লগা লেপ্লিবা জোনসনবু য়েংবা ঝারে। — "ইবুং ! চাক চখোম অমত্তং চারগা চৎখ্রবদি নচন্না কয়াদা পেঞ্জগনি। ইবুংগী হকচাংদো য়াম্না ঈংনা উরে। সে ! নচন্না ইল্লিবা ফিসে ইবুং ইনবীখ্রো !" অসি হায়না বসন্তিনা মানা ইল্লম্বা ইন্নফিদু মশাদগী লৌথোক্লগা জোনসন্দা পীরে। মাগী পূকচেলদুদা পেল্লদুনা জোনসন্না হায়রকই — "চীং-তম অনীগী মরীসে মতম পূম্বগী ওইনা তত্তবা ওইসনুকো ! ইবুং চৎলগে" ?

জোনসন্না লম্বী ময়ায়দা চত্তনা লম্বীগী মতাইদা য়াম্না থুনা চৎখিবদু বসন্তি থেংলবা থাবলগী মঙান্দুদা য়েংদুনা লেপহৌরে।

তাং ২২/১২/২০০৬

# ঐবু খাঙেনফমদা হাৎপীরম্মু

বীদুর, চিফ ইঞ্জিনীয়র ওইরম্বদগী রিটয়ার তৌদুনা লৈরে। মহাক মণিপুরগী কাং শান্নবা, চেশ শান্নবনচিংবা এসোসিএসনগী প্রসিডেন্ট ওইদুনা মতম লেপ্লি। সংস্থান কয়াগী থাগী শেনখায়সু অদুম চাং নাইনা পীরি। য়ুম-কৈ, ফজনা শাবা, কার লোইবা, মচা নুপা, মচানুপী অচৌ-অশাং লোইনা ওইবনা মতমগী পৈশা খায়বা মীনদি ইঞ্জিনীয়র বীদুরগী মমিংসি মন্ত্রি অমগুম রেৎ চাউনা-চাউনা পাল্লি। মাসু মতম-মতমগী থৌদাংদি অদুম য়ারি।

নোংমদি লিংবা কুইদ্রিবা নোংমৈ পায়বা অনৌবা সংস্থান অমা থোরক্লে, হন্দক্কীসিদি খ্বাইদগী শেংবা কাঙবুনি হায়বগী পাউ বীদুরনা খবরদা রুল অমসুং রেগুলেসন পাকশন্না ইদুনা ফোঙলকপা থেংনরে। মঙোন্দা হান্না লাক্লরনি খল্লিঙৈদা মখোয়গী কাঙবুদু য়ুমদা য়ৌরকপনা হাল্লম্লে। কদায়দগী কমদৌনা ফংলিবা নোংমৈনো খঙদে, শুমাঙ লীলাদা তৌবগুম নোংমৈ অমমম শৎ-শৎ পুথোক্তুনা হেক্তা উৎপা হৌরকই। "পাবুংগী মিং ঐখোয় হান্নদগী তাজরে। পাবুংদি য়াম্না পূকচেল চাউবা, মরৈবাক-মরমদম্বু য়াম্না নুংশিজবা, শান্নববু য়োকখৎপীনীংবা মীওইনি হায়বসু খঙজরে। পাবুং! হন্দক ঐখোয়না ইনৌ-নৌবা, পান্দমসু য়াম্না ফজবা সংস্থান অমা লিংখৎচরে। মসিগী হৌদোকপগী ওইনা শেন-থুম খরা দরকার লৈরে। মরক-ময়াদা পাঙখায়-খায়বসু পামদদুনা পাবুংগীদা য়াম্না থাজনা লাকচবনি। লুপা লাক্ষ মঙাদংদি হাপ্পীয়ু"! বীদুরনা মখোয়শিংগী মশকশিংদু মুন্না য়েংবদা হান্না মাগীদা শেনখায়বা তোয়না লাকপা মীওই অমা অনী য়াওরে হায়বা তশেংনা খঙলে।

বীদুর, — "ইবুংঙো! ইপাসে মশক মান্নবা মী কয়ানা হঞ্জিল-হঞ্জিল শক ওল্ল-ওল্লগা অমদি মিং ওল্ল-ওল্লগা লাক্তুনা পৈশা লৌবীখ্রবনি। রাজনিতিগী দল হোংবগা নখোয়গী দল হোংবগা করিবু খেন্নরিবগে?

নখোয়গী পান্দমসি ইপানা খবরদা উবদদি নীং তম্বগীনি হায়বা ঙাক্তা ওইনা থেংনৈ। পৈশা খায়বগী পান্দমসু ইমান অদুম মান্নে। পান্দম মান্নরবদি সংস্থান অমত্তদা

পুল্লগা পুন্না পান্দম ফংনবা হোৎনমিন্নবদা করি কায়বগে ? নখোয় ময়ামসিনা পৈশা খায়বা য়াওখিদবা মীদি নীং তম্বা য়াওবা য়ারোই হায়রক্কদববু মাল্লে ইপাদি। নীং তম্বদি অতোপ্পা লমগী মীনা পুরক্কদবা নত্তে নখোয়না, ঐখোয়না, লমদমসিগী মীপুম খুদিংমক্না অমত্তা ওইনা লিংজেল মান্নরগা ফংগদবনি। ইপাদি পেন্সনসু ফংলে, অহলসু ওইরে, নীংতম্বা ফংবা-ফংদবা অনীগী খেন্নবসু থোইনা পাম্লক্তে। নখোয়না তাল্লিবা নীংতম্বসে ইপাদি-য়াওবা নংগদবা মান্দ্রে। নখোয়না ঐবু নীং তমহনবীগে হায়রগদি ঐগী দাইবেটিস লায়নানা নারিবা বী. পি. ব্বাংলিবসে ফনবা খরা লায়েংবীরম্মু! ইপাগীদি মদুনি, নীংতম্বা হায়বদু। জগৎসিদা হকচাং ফবা, তুম্বা-চাবা নুংঙাইরিবা, বোম-তোপকী মখোল তাদনা হিংলিবা মীশিংদো নীংতম্বা ফংলবনি। অহাওবা অমত্তা চাবা য়াদ্রবা, শিবা ঙাইনা হিংলিবা ঐবু নীং তম্বগী পৈশা চাউনা খায়বগী অহানবা মিংগী লিস্টতা য়াওরকপসে ইপা নখোয়বু থাগৎলি। অদুবু নখোয়গী পৈশাদু ঙসিদি ইপা পীবা ঙম্নরোই। নখোয়গী দিমান্দগী পৈশা পীদবগী হাৎপা তারবসু ইপা য়ারে। ইপা ফি অশেংবা অমত্তা হোংদোকখিগে" অসি হায়রম্লগা বীদুর ইমুংদা ফি হোংদোকপা চঙখ্রে। য়াম্না থুনা ফৈজোম অমা শেৎলগা থোরক্লে। খাঙ্ঙেনফমদা ফক অমা থারুরে। ফক্তুগী মথক্তা লা থারগা হিপ্নবা থৌরাং লোইরে। "কাপ্লরো, ইবুংঙো! ইপা থৌরাং লোইরে"। হায়রকই। বীদুরগী মতৌদু উবদা নোংমৈ পায়বা নহা অহুমদো করিমত্তা হায়রমদনা থোঙ্গাপ্লোমদা থোকখি।

তাং ১৮/১০/২০০৭

# মী অচৌবগী পূকচেল

বীরমঙ্গল, মতম কুইনা কলেজগী ওজা ওইরক্তুনা ঙসিদি সেনিওরির্টিগী মতুংইন্না ইদুগেসন ইউগী দাইরেক্তরগী ফম পায়রে। মহাক য়াম্না কিগনবা মীদানি। মতমগী নহারোলগী শেনখায়, খুকউদা কাপ্পীসি মহাক য়াম্না কিজে। অদুবু অচৌবা ফম পায়বা অমদি পৈশা চাবদি য়াম্না পাম্মী। পাল্লবসু মানা চাবা পৈশাদু অতোপ্পনা খঙথ্রগা পাউ মথং-মথং তাখিদুনা থিগৎপা কাঙবুনা থিগৎলব্রগা মখোঙদা কাপ্পীগদ্রা হায়বসিমদি তত্তনা খল্লি। অদুনা মহাক পৈশা চানীংলবসু চাবা ইঙম-ঙমদে। মরুপ-মপাং, ওর্গেনাইজেসন কয়াগী, শান্ন-খোৎনবগী শেনখায়দি নুংতিগী লেপ্পা লৈতনা মাগী ওফিসতসু লাকই। ময়াম্না আশা চাউনা লুপা লীশীং অনী অহুমদি হাপ্পকদ্রা খন্দুনা য়াম্না থাজনা মাগী মনাক্তা চঙলুবা মতমদা মানা লুপা য়াঙ্খে চৎপী অমা মনিবেগ হাংলগা শত্তোরকপদু উবদা পৈশা খায়বা লাকপা কাঙবুদু "য়াজরে সার" হায়রল্লগা পৈশা লৌদনা চৎখিবদু মহাক করিসু খন্দে। মতুং লাক্ত্রবদি ফরে খল্লি। মীগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম, লুহোং-খোঙদোংবা চৎপা খুদিং, মাগী পোৎয়েংগী চাংশি লুপা চাম্মদগী হেন্না খক পীদে। মীনা মাগীদা লুপা লীশীং অমা পীখ্রবসু মাদি চাম্মদগী হেনদে। মহাক মন্দির ময়ায়দা চঙদুনা পৈশাসু খক থাদে। মাগা খরা-নক্কা তিন্নবা কাঙবু লোইনমক্কা মাগী হৈনবী ফজনা খঙনরে। মহাক লৌশিনবা, লেপশিনবা য়াম্না পাম্বা অদুগা পীথোকপদি য়াম্না পাম্মুবা মীদানি। ওফিসকী পিওন, চৌকিদারদা মীগী পোৎ বন্ধান থমগে হায়রবদি তাক্লকউ তোয়না হায়। ওফিসকী পিওন, চৌকিদার, কেজুএল ৱার্করশিং তোয়না কৌরগা ময়ুমদা থবক শুহনবগী হৈনবী লৈ; থবক শুবগী পৈশাদি অমুক্তা পীবীদে। মাগী য়ুমগী গোদাউন্দা মানা থায়না শীজিন্নরম্বা সাইকল, লুনা, কার অমনবা, হান্নগী য়ুম অমনবা শীদোকখিবগী থোঙ, থোঙনাও অমনবা কয়া অরেম্বদা তাদুনা মাঙলি। মদু মানা মাগীদমক থৱায় খুবাক্তা হাপ্পুনা থবক শুজরিবা, ময়ুম শাবা ঙমজদবা, পাখন্দা লৈবা কেজুএল ৱার্করশিংদুদা পীবীগে খন্দে। ময়ামদু মশা শিখ্রগা লোইনা মাঙহৌগনি হায়নসু খন্দমাল্লে।

মান্ন-মান্নবা নুপা-নুপী য়ুম্বানমিন্ননবা ঈশ্বরনসু ফম-হৈনা শীনব্রা খল্লি। বীরমঙ্গল, মাগী নুপী ইবেমহলগা ওঙ্গোক্না চান্নজে। ইবেমহলসু ঈরোম্বদা মোরোক মশীং মঙাদগী হেন্না খক থাক্তে। থুম ফাওবা চামচতা ওল্লগা 'তমদুনা থাকই। মী কোয়রক্লবসু থোঙ্গালদা পুথোক্লগা ৱারী শানবগী হৈনবী লৈ। মদুনা ইমুংদা চা লোনবগী অৱাবা লৈতনবা। বীরমঙ্গল, মাগী শোঞ্জবা মতৌদুনা মাগী ওফিসতা মাগী মখাদা কেজুএলদা পিওন ওইনা লৈরকপা চহী তরুকোম থবক তৌজরক্লবা বীমোলবু রেগুলর তাহনবা ঙমদ্রি। বীমোলনা মাগীদা থিল্লক্তুনা চাখিবা ঙাসি কে. জি. ফম্না য়াম্লম্লর্গনি। বীমোলদি বীরমঙ্গলগী মীনাইগা চপ্পু মান্নরে ঙাংনরবনি।

বীরমঙ্গল, থবক্তগী পোৎথাগদবা কুইরক্রে। বীমোলসু মাগী থবক্তু রেগুলর তাহৌনবা কন্না হায়জবগা মাগী দাও য়াবা মতম লাকপগা রেগুলরগী ওর্দর থোক্লে। অমরোমদা হন্দক্কী ফাইরেনগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিত্তা বীরমঙ্গলগী মচানুপী-প্রেমিলা ইঞ্জিনীয়র লুখোইগা লুহোংনবা হায়না-শীঙনবা লোইরে। বীমোল, ফজবা পোৎ অমদি পাংগে খঞ্জে। অদুবু পৈশাদি লৈত্রি। শোমদা বীরমঙ্গল, মতৈ-মনাওনা মচানুপীগী উন্নবা লাঙলিবা পোৎ খুদিংমক খরা হোঙবা থিবদা মণিপুরগী উশঙ মশীঙ শুরে। মখোয়না চঙদবা দুকান লৈশিল্লক্রে। গুৱাহাটিদগী ওকসন তৌরম্বদা হোঙই হায়না লৈরকপা ৱাশিং-মেছিনদুসু শেমদ্রবদি য়ারোইদৌরি। অসুম্না বীরমঙ্গলগী অমত্তা য়াওজবী মচানুপী প্রেমিলাগী লুহোংবা লোইখ্রে। মানদি মীগীদা লুপা চাম্মদগী হেন্না পোৎয়েং পীখিদবনা পোৎপাং, পোৎয়েংসু ইফং-ফংদ্রে। পৈশা লেমগদ্রা খল্লুবদু ফম-য়াম্না পুৎথরে। নুপা ময়ুম্না ডাইরেক্তরগী মচানুপীনি, অমত্তসু য়াওবীনি, ইনাক খুনবনি খনবদগী চাক্কৌবগী পৈশাসু পীরক্রে। বীরমঙ্গল, চাক্কৌবদা মী চাম্মদগী হেন্না বার্ত্তোন তৌদ্রে। নুপা ময়ুমগী মী য়াঙখৈ, নুপী ময়ুমগী মী য়াঙখৈ।

অশোমগী নুপা ময়ুমগী বরগী মপাদি মণিপুরগী দি. জি. পি. গৌরকিশ্বরনি। গৌরকিশ্বরনা খল্লি, — "করিনো, নুপাসিদি ঐবু উশিত্তুবজাৎলা"?

নুপা ময়ুমগী বার্ত্তন চত্তি। মীশীং খরা হেনগৎহনবা য়াররোইদ্রা হায়না মী থারুবদা জগা চাউদে হায়রক্লে। গৌরকিশ্বর, ৱা অমত্তা হায়রমদনা ইবোয়াইমা শঙলেন ৱায়রগা মদুদা মচা-মমৌ চাক্কৌবা শীন্নবা থৌরাং তৌরে। বীরমঙ্গলগী মী য়াঙ্খিদুসু মদুদা ওইনা লাকপীরো হায়খ্রে। বীরমঙ্গল, ইকায়বগী মহুত্তা মদুনবু হেন্না ওইজরে খন্দুনা হরাউনা য়ারে।

লাইবক ফবা হায়গদ্রা, মাগী মখাদা পিওন ওইবা বীমোলসু লুপা লাক্ষ মণ্ডাগী চিঠিখেলা অমা হেক ফাওরে। মাসু চাক্কৌবা নুমিত্তা প্রেমিলাগী গোদরেজ উপু লীশীং তরানিপাল পীবা অমা লৈরুরগা পোৎপাং ওইনা পীররে। বীরমঙ্গেল, গোদরেজদু মচাদা উনবগী মহুত্তা মাগী কাদা থাংজিনখ্রে। বীমোলনা খল্লি — "অরেম্বগী পীজরুরে, মসিবু মী অচৌবগী পূকচেল হায়বদুরা"?

তাং ১৭/৯/২০০৭

# মায়থীবনা জয় ওইবা

ঙস্থোই অমদি নিংথৌ পিক্লা অপোকপা, অপোকপী কায়নখিবনা মমাগী মপামদা চাউরকই। মখোয় অনীমক মবুদ্ধি-মরৌশিং য়াম্না ফৈ। লাইরিক-লাইশুদা থব্বায় য়াওই। মমাগী মপামদা লৈরবসু মখোয়গী অশেংবা য়ুমফমদা নোংমদি শোয়দনা হনগে হায়বসি মখোয় অনীগী অনীংবনি। মবুবোক্লা মশু অনীবু য়াম্না লুনা তৌবীরবসু মাম্মগা মনেগনদি কয়া নীংথিনা লোইনবীদে। ইমুংগী মকুপ-মতা, থবক অয়াম্বা নিংঙোল মচা অনীবু তৌহল্লি। ঙস্থোই অমদি নিংথৌগী মরাইবকসি ওস্থোক্লা থীনসু তম্বীরম্মী। ঙাস্থোইনা মেত্রিক পারিক্ষা হৌগদবা নুমিত্তা মবুবোক লৈখিদ্রে। শিরমদাইদা মচা নুপা চাউবা অমদি মমৌ বালাদা মশু অনীবু লুনা তৌবীয়ু হায়না শিন্নরম্মী। অদুবু চাউবা অমদি বালানা ওন্ন-তৈনবা মওংদা চৎথবা হৌরকই। নুপীনা ঙম্বা নুপা হায়বসিমক্তবু মথৌ ফজনা তৌবা ফাওবা ঙমজদে। মাম্মগা মনেগা অনীগী হোংলক্লিবা মওংদুদা ঙাস্থোই অমদি নিংথৌ লোন্না তান্নরগা মখোয়গী হান্নগী ভারা শন্দোক্রুল্লবা য়ুমদুদা চৎলসি ঙাংনৈ। মখোয় অনীনা শীল্লগা তৌবদি ফজররোই খনবদগী নম্বোলদা লৈবা মবোক্কী মনাওনুপী পীশক্কী য়ুমদা লাকই। মশু অনীগী ব্বাদু তারগা পীশক্লা চাউবদা ব্বাফমদু হৌদোকই। মাগী নুপীগী মোৎ লৌরগা চাউবসু য়ারে হায়রে।

অসুন্না ঙাস্থোই অমদি নিংথৌ মখোয়গী অশেংবা য়ুমদা লাক্লে। ভারাদা লৈরম্বা কাঙবুদা কা অমা পীরগা চন্ন-চন্নবা লৈমিন্নরে।

নিংথৌ, অশেংবা ময়ুমদা লৈবদা পুন্সিগী অনৌবা মহাও অমা ফংবা হৌরে। লাইরিক কন্না পাদুনা হোৎনবা ঙম্লে। ঙাস্থোইদি লাইরিক তম্বা তোক্লগা পৈশা খরা তানবা ঙম্নবা ফি শাবা তম্বা হৌরে। য়ুম্লোন্নবা মন্দোমচা অমগীদা চত্তুনা নুংতিগী তম্বদগী লংচাক চাকপা, ফি-শাবা লোইনা হৈরে। মতম খরদি নম্বোলগী মবোক্লা মনাক্তা লৈদুনা মতেং পাংবীরম্মী; হৌন-লোনচৎ কয়াসু তাকপীরম্মী। অদুবু

নম্বোলগী মবোকসু য়ুমদা হল্লক্লো হায়না পাউ লাকপদগী অমুক চৎখ্রে। চান-থরূবদি মবুবোক্লা শিরমদাইদা লোন্না শিন্নরম্বা পৈশা খরদুনা শীনবা কোন্নরি। থরায়-য়াওনা লেপ্তুনা হোৎনজবদগী ঙাম্লোই, ফি শাবা হৈদুনা মানা শাবা ফি য়োনবা হৌরে। ফি য়োনবী লাক্তুনা মনাক্তগী ফি খোন্নরে। মানা তাঞ্জবা পৈশানা মৌপ্পাগী মহৈ-মশিং তম্বা কোন্নদুনা নুংঙাইবা পুন্সিগী মহাও খজিক্তং ফংবা ঙমজরে। নিংথৌসু মচেনা রাজবদু উরগা মচেবু নোংমদি নুংঙাইহনগে হায়বসি মাগী থম্মোয়গী অচেৎপা রাখল ওইরি।

কুমসিদি নিংথৌ মেট্রিক থাগদবা চহী য়ৌরক্লে। মানা মখোয়গী ক্লাসকী ছাত্র ময়াম অমা নমথরম্লগা রোল নম্বর টুদা লাকপা ঙমলে। মানা খঙহৌদনা ফগৎলকপদুদা হান্না মঙোন্দগী ফবা হেল্লম্বা ছাত্র অয়াম্বা মাবু কল্লকপা নুংশিদবা হেল্লকই। মখোয় পুন্না নিংথৌবু অমুক্তং ফুসি খন্নে। হায়রিঙৈদা মেট্রিক্কী টেস্টকী পরিক্ষাদা নিংথৌনা রোল নম্বর রান তাবা বীক্রমদগী মার্ক ১২ হেন্দুনা ফার্স্ট তারে হায়না ফল লাওথোক্লে। বীক্রম, দি সি কুবেরগী মচানি। মমাসু কলেজগী ওজানি। মখোয়দি মচানা চহী খুদিংগী মাগী ক্লাসকী মকোক ওইরি হায়দুনা মীমাঙদা নাপন তৌরিবনি। হন্দক মচানা অনীশুবদা লাকপা অমদি করিসু লৈতবা নিংথৌনা মচাদগী হেনখ্রে হায়বগী পাউ তাবদা য়াম্না শাওনীংলম্মী। মচানা চাও-থকউ হায়বা য়াদনা লৈবদু উবদা স্কুলগী হেদ মাস্টর উনবা লাকই। হেদ মাস্টরনা দি সি কুবেরবু য়াম্না কি। অমরোমদা নিংথৌদি কুবেরগী মচাগা য়েংনরুবদি কবিসু নত্তে। কুবেরনা তৌরকপা কমপ্লেন তাবদা হেদ মাস্টরনা ওজা অচৌদা অমুক্তা য়েংশিনবীয়ু হায়না শিন্নে। ওজা অচৌনা দি সি কুবেরগী য়ুমদা চৎলগা পুন্নমক মানা ফনবা শীঞ্জরগে হুইসকি বোটল অমদি লৈবীরো হায়রুরে। মার্কতু অমুক শেমদোক-শেমজিন তৌরগা কোরিজেন্দম অমা থোক্তুনা বীক্রম্বু ফার্স্ট অমুক তাহল্লে। পাউদু তাবদা নিংথৌ থরায় নুংঙাইতবনা কপ্পী। পরিক্ষাগী ফোর্ম ফিল্লপ তৌবা লাকপদা নিংথৌবু বীক্রম অমদি মাগী মমান্নবা মঙানা লম্বীদা থত্তুনা লৈরম্মী। অমনা ফাগি ওইনা লক্লরকই — "নিংথৌ! ঙাইখো! নঙনা ওজা কনাদা রানোম্লগা টেস্টা ফার্স্ট তারম্লিবা? হৌজিক্তি হুরানবা ফারবনিনা চোপ্লেদো! ইকায়দ্রা"?

অকোনবগী রাহৈদুনা নিংথৌবু খমথেংনা শাওহল্লে। মা খাঙবা ঙমদদুনা ছাত্রদুগী গলা পায়রুরে। মখোয় মঙা চঙদুনা নিংথৌবু তুরেল তোর্বান তানা চিংথখ্রে। চুম্না ফুবতা নত্তনা মখুৎ য়েৎথংবদু মখোয় অনীনা ফারগা নুঙ অমগী মথক্তা থম্লগা

বীক্রম্বু নুঙ অমা পায়হল্লগা কলম পায়বা য়াদনবা শুদংহল্লে। চৈনাদু খাঙবা ঙমদদুনা নিংথৌ কন্না-কন্না লাউই। মখুত্তু ঈহিং-নাহিং শাবে। লাউবদু তাদুনা ওজাশিং, ছাত্রশিং চেম্ণোরকই। মখোয় য়ৌরকপা মতমদদি মখোয় মঙাদি লোইনা চেনখিরল্লে। নিংথৌগী মখুৎ য়েৎকী খুবী, খুদোম্বী, খুৎয়াই লোইনা কায়রে। করিগীনো লমদমসিদা চহী অসুক নৌরিবা অঙাংশিংগী মকোক্তা অশুক ফত্তবা র্‌াখল লাক্লিবসিবো? নিংথৌনা কনা লৈজদবা অতোনবা ইমুংদা পোক্লুবগীরা? ফিভম্না লুশিল্লক্লবনিনা সাক্ষি ওইয়ু, নিংথৌবু ফুরম্বশিংদুগী মশক-মমিং তাকউ হায়রক্কনি কিবদগী মী অমত্তা দাইত্ব পুনীংবা য়াওদ্রে। নিংথৌদি অশিবগুম লৈমায়দা তাদুনা চৈনা খাঙলি। ওজা হেদ মাস্টরনা অততাই ওইনা ওটোরিপ্লো অমা ফারগা নিংথৌবু রিমসতা পুখৎখ্রে।

য়ুমদা ফি শারিবী পম্ণোই পাউদু তাবদা পাখত্তুনা হোসপিটাল য়ৌখ্রে। মৌপ্পাগী ফিভম উবদা হিক্লা-হিক্লা মৌপ্পাবু কোল্লগা কপ্পী। মাসু খঙই, মদুদি মৌপ্পানা ক্লাসকী পরিক্ষাদা মকোক তারুবদগী থৌদোকসি থোক্লিবনি। ঐখোয় কদায়দা চেনগনি? ঐগী ইপ্পাগী খুৎ য়েৎ থংবগী খুবী, খুদোম্বী, অমদি খুৎয়ায় লোইনা কায়রবা? মেট্রিক পরিক্ষাদি থা অমরোমতমক ঙাইরে। ঐ লোইরে, ইপ্পাগী হোৎনজবা পূম্বা লোইনা মাঙলে। মীৎলু অনীদা তারক্লিবা পিদু তৈথোকপসু লেপ্তে।

পাম্ণোইনা কপ্পা-কপ্পা হায়রকই, — "ডাক্তর বাবু! ঐগী ইপ্পাগী খুৎ য়েৎ থংবসিবু ইবা শুকয়া য়াররোইদ্রা"?

— "হৌজিক হায়বা ঙমখিরোই"।

— "কৈদৌঙেদি ঙম্বীগনি ডাক্তর বাবু"? তন্না অমুক হংজরুই।

শাওরংননা খুল্লমদনা চৎখ্রে। ময়াম পুন্নমকসু ঙাইহাক লাংলম্লগা মাগী-মাগী মথৌনা মরু ওইবনিনা লোইনা চৎনখ্রে। ফমুংদুদা পাম্ণোইগা নিংথৌগা অনীতা ঙাইহৌরে।

অতোনবগী মরুপ লৈতে হায়নবগুম ঙাম্ণোইনা কমপ্লেন তৌদ্রবনিনা নিংথৌবু ফুবদা চেন্নবা অঙাংশিংদু অমত্তা পুলিসনা ফাদ্রে। অদুবু অরানবা অমা তৌরুবনিনা মখোয়-মখোয়গী ইমুংগী মী লোইনমক নুংঙাইনা তূম্বা-চাবা অমত্তা য়াখিদ্রে। অঙাংশিংদু পরিক্ষা ময়াদুদা লাইরিক পাবসু অমত্তা য়াদ্রে। মা-মাগী মমীৎশিংদা

মরাল লৈজদবা নিংথৌনা মমা কৌরগা কপখিবা, খুৎশাশিংদা নুঙনা থাবদা "অয়ো ইমা" হায়খিবা খোঞ্জেলদু মতম চুপ্পদা তাদুনা লৈখি। পুলিসনা ফারগা হেন্না ফরম্বা য়াবদু ফাদবদুনা হেন্না ৱারে। মরমদি মতমগী নহারোল লাক্লগা ফারগদ্রা চিংনবদগী। মসিনি অচুম্বগী দন্দি হায়বদো। মখোয় টেনসন্দি লোইনা ৱাংলে।

মেত্রিক পরিক্ষা হৌরে। নিংথৌ, মচেবু কোল্লগা পেন্না কপ্পী। মচেসু মৌপ্পাবু নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্পী। মখুৎ য়েৎথংবদু মতম চুপ্পা রুমালনা পুল্লগা লৈরে। কলম পায়বা য়াদ্রবনিনা মখুৎ ওইনা ইদুনা প্রাক্তিস্ট তৌবা হৌরে। মাবু মীনা নমথনবা হোৎনবসিনা মঙোন্দা হেন্না কনবা শক্তি অমা পীবগা চপ মান্নরে। মহাক থা তরুক্কী মনুংদা খুৎ ওইনা ইবদা হান্নগী য়েৎকী পাঙ্গল, শক্তি চপ-চানা ফংলে। নিংথৌগী মীৎ নহাদা মাবু ফুখিবা ছাত্র মঙাদুগী শক্তম নুংতিগী উরগসু মহাক লমন খুমগেদি নোংমতা খল্লুদে। নোংমা ফাদোক লম্বীদা থেংনবদা মখোয়না নিংথৌবু উবদা ইকায়রে; উদনবা লোৎলে। মখোয় মঙা মেত্রিকী পরিক্ষাদসু ফজনা পাশ তৌবগী পাউ তাখিদ্রে।

শোমদা নিংথৌ য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মথংগী চহীদা মখুৎ ওইনা ইরগা মেত্রিক পরিক্ষা অশোয়-অঙাম য়াওদনা থাবা লোইখ্রে। মচেনা মৌপ্পাগী মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা নুংতিগী নিজে। থা অহুমগী মতুংদা পরিক্ষা হায়দোক্লে। কুমশি চহীগী মেত্রিকী পরিক্ষাদা মণিপুর পূম্বগী নিংথৌনা মকোক ওইরে। ঙাম্লোই, হরাউবনা মশা পান্দুনা পাইবগা চপ মান্নরে। নুংঙাইবসু পি, অৱাবসু পি হায়বদুনি। মখোয় অনীমক নুংঙাইবনা কপ্পি। মথংগী অয়ুক্কী খবরদা, রেদিওগী পাউদা, টি ভি নিউজদা নিংথৌগী ৱারী ঙাক্তা, পাউ ঙাক্তা ঙাইরে। মনা-মথুম পীবা, মাবু ওকপগী পাউনা থা অমরোমদি মণিপুর পূম্বা পুমনিল-নিলহনখি। খঙদে, হন্দকমুকসু মখুৎ ওইথংবসে অমুক্কা থুগায়বীগদ্রা?

তাং ৮/৮/২০০৭

# অরোইবা গাড়ী

নুমিদাংগী পুং মাপল্লোম তারে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল মী চিকপা হৌরে। জীপ পার্কিংদা লিলোং তানা চৎকদবা মী তরামঙারোম য়াম্না পূক্লিং লাংতক্লনা অরোইবা জীপ অমদি লাকপা য়াই খন্না ঙাইনরি। জীপ ঙাইরিবা ময়ামদুগী মরক্তা মেমচা কৌবী লিলোংদগী মৌনহা চহী কুনমঙারোমগী লোন ওইগদবী অমসু য়াওরি। মথাদা মচা নুপা চহী ফারবা অমা পল্লি। মনাক্তা পোৎ য়োল্লুবগী থুমোক অমগী মনুংদা প্লাস্টিক বোরা-অহাঙবা অমগা শিংপা লোইরক্তবা দশকুশ মরি-মঙাগা কৈথেল ফম্বদা থাল্লুবা মোমবর্তি মতেক অমগা পান খরগা য়াওরি। ব্রেটিং শেদকী উখোঙদুদা ঙারগা মচাদু খোম পীথক্লি। নাকল অমদা, বল্ব ঙাল্লিবদুগী মনাক্তা তাই পুনবা, মশা নানবা নুপা অমগা নুংথিন্দা কেবা য়াবা কেরবী মশা নানবী, ফনেক ময়েক্নাইবা শেৎপী, সনগ্লাস উপ্পী, সারি তংখায় শেৎপী, পীশুম ফোইবী, চিম্বাল ঙাংনা শঙবী, শম্বুল চাউনা পুনবী, মশমদা লৈ চিনবী, নুপী অমগা ৱারী চিকথনরি। মচিন্দা ক্বা জরদা অমমমসু শায়রি। তাঞ্জাদুদা অৱাংলোমদগী লাইট অমা ফৎ কাপ্লকপদুদা ময়ামদু জীপ লাকএ, জীপ লাকএ হায়দুনা ফম্লম্বদগী ফুক-ফুক হৌগৎনরকই। ব্রেটটিং শেদকী উখোঙদা ঙাদুনা মচা খোম পীথক্লম্বী মেমচাসু ফুক হৌগৎলগা মচাদু মনঙ্গন্দা থোক পোখৎলি। অঙাংদু য়াম্না হাউনা মমাগী খোম্লাং চিংলম্বদগী মবুক থন্দনা শত্তোকপীবদুদা শাউনা কপ্লকই। মমানা থেম্বদু শুকয়া য়াদনা মখোল হৌনা কপখৎলকই। জীপ য়ৌরকপদুদা ময়ামদু নংহৌররোই মতাগুম ফন-ফন চোংখৎনৈ। মীদু য়াম্মনবদুনা জীপ্তু চন্দ্রে। শোমদা মেমচা মাগী থুমোক্তুদি ড্রাইভরনা জীপ মথক্তা থাঙ্গৎখ্রে। অদুবু মশাদি কাখৎফম লৈত্রে। মচানা মরোল অমা কন্না কপখৎলক্লি। ময়ামদুনা মাগী মতৌদুদা নুংশিবীবগী মহুত্তা নুপীসি থনম্মো, গাড়ী থৌরো, চৎলসি হায়না লাউনরকই। ড্রাইভরদুনদি মাগী নুংতিগী খুৎফা ওইবনা নুপীদু মরক্তা খরা য়াওহনবীয়ু হায়না লাওরকই। উচিন-নাচিন্না মনীংদা কাখৎলগা নপ্তুনা ফমজরে। গাড়ীদু থৌবা হৌরে। মী চিনবদুদা হৈনদদুনা মচাদু হান্নদগী খরগা

হেন্না হৌনা কপখৎলকই। মাগী মনাক্তা ফন্নিবা অমদি জীপ মনীংদা য়াল্লিবা কাঙ্বুদুসু লোইনমক মঙোন্দা ওনশিল্লগা লাউরকই। "নচাদু থেম্বা য়াদ্রা, কপ্পদু তানীংদে।" মাসু তৌফম খঙদদুনা মচা থেম্বগী মহুত্তা মথুন্দা খুবাক্লা শেৎ-শেৎ অনীরক থারুরে। অঙাংদু কপ্লম্বদগী ৱাম্থখ্রে। গাড়ী মনুংদা শ্বর থিংখ্রে। মেমচা য়াম্না পাখৎপা খোনফমদা লাউরকই — "গাড়ী অমুক্তা খাম্বীয়ো! ইচাসি করিনো'মা তৌখ্রে"।

ড্রাইভরদু খরা শাউনা গাড়ীদু খাম্মী — "করি অমুক তৌরে? ময়ামসিনা ঙাংলিবসি তাদ্রা"? মেমচাদি ড্রাইভরগী ৱাদু তাদনা শ্বর থিংলিবা মচাগী মকোক্তা শ্বরনা ফু-ফু কাম্মী। "ঈশিং-ঈশিং" হায়না লাউরকই। অঙাংদু গাড়ীদগী পুথরগা নুংশিৎ খরা লাংহল্লে। মকোক্তা ঈশিং খরসু থাবীরে। জ্ঞান খরা লাক্লে। ময়ামদি পূন্নাং-লাংই "নুপীদো থম্বীরম্মো! মরাইনা তুংদা লাকপা গাড়ীদা লাকচরনি"। অমনা অমা ঙাং, অমনা অমা ঙাং, মশাগী শোয়দ্রগা লোইরে, সিদনি খন্নরিবা! তাঞ্জা চাদনা গাড়ীগী মনীংগী য়েৎথংবা চাকাদু নুংশিৎ শু ... লাউনা তারক্তুনা পঙ্কচর ওইরে। মমাঙদা ফম্বা তাই পুনবা নুপাদুনা লাউরকই — "মসিগী অঙাং চেনবী নুপী অসি অফবা ওইরম্মোইয়ে। মা য়াওরকপদগী গাড়ীফাওবা পঙ্কচর ওইরে"। ময়াম ক লাউনা নোকই। মেমচা, নুপাদুগী খোঞ্জেলদু হায়ফেৎ খঙবগুম, কনাগুম্বা অমা মানবগুম তৌখি — "নঙগীসু মতম লাক্কনি" মতোমতা খনবনি। খুম্বদি তৌরুদ্রে। ড্রাইভরনা — "ময়াম অমুক্তা কুমথবীয়ু, চাকা অমখক্তা শিঞ্জখিগে" হায়রকই। ময়াম লোইনা কুমথনৈ।

শোমদা মেমচা লম্বীগী মতাইদা ফন্নগা মচাদু খোল্লাং অমুক ইনবী। অঙাংদু ৱারমাল্লে, হন্দকমুক্তি চাননা মমাগী মতম্বাক্তা নুংঙাইনা তূমথখ্রে। ড্রাইভরনা গাড়ীগী চাকা শিনবা লোইদুনা — "ময়াম অমুক চৎনবা তৌরসি কাখৎপীরো" হায়রকই। ময়ামদু ফৎ-ফৎ অমুক কাখৎনখ্রে। হন্দকমুকসু মেমচাদি অঙাং পোৎখৎলিঙৈদা ফমফম ফংদ্রে। মহাক হান্নগী জগাদু ফাওবা ফংদ্রে। কনা অমত্তনা মাবু সিদা ফমহল্লু হায়বীদ্রে। কদায়দা পায়রগা কাগদবনো হোৎনরিঙৈদা ময়াম্না — "গাড়ী থৌরো, য়ারে" হায়বদগী ড্রাইভরনা গাড়ী থৌরে। গাড়ী মখোলদুনা মেমচানা মা তোংদ্রি ঙাইখো হায়বদু ড্রাইভরনা তাবীদনা গাড়ীদু য়াংনা থৌরগা চৎখ্রে। মেমচা, মফমদুদা লেপ্লগা গাড়ী চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌরে। মথ্বাই নুংঙাইতনা অমম্বা লম্বীদুদা লিলোং তানা চৎপা হৌরে। জীপ্তু খরা চৎলগা কোনা অমা লৈথোরকপদা মাঙলোমদগী লাকপা কন্না থৌরকপা সিফাই গাড়ী অমগা থেংজিন্নরে। জীপ থৌবা ড্রাইভরগা

মাঙদা ফম্বা নুপা অনীগা মফমদুদা শাথিনা শোকপদগী শিরে। তাই পুনবা নুপাদুগা য়াম্না কেবী নুপীদুগসু মমায়দা, মখুত্তা য়াম্না থীনা শোক্লে।

মেমচা, লেপ্তুনা চেনবগুম লাকপনা এক্সিদেন্ট থোকফমদু য়ৌরক্লে। মফমদু মৈ ফজনা ঙাল্লি। মীসু ময়াম অমা পুল্লম্লে। মেমচানা খল্লি, — "ও! ইরাল কবিসু লৈজদবী ইমা-ইচা তোংবদগী মখোয় ময়াম মঙ্গল ওইদ্রে হায়রম্বা পুন্নমক গাড়ী এক্সিদেন্ট থোকপদা শিবা অমদি থীনা শোক্নুনা অৱাবা নংলবা? মঙ্গল ওইহন্দ্রিবসিবু মখোয়নরা নৎত্রগা ঐনরা? ইচানা নহানমখৈগা মান্নদনা কপখিবদু মাদি থৌদোক থোক্কনি খঙবদগী গাড়ীসি তোংলবদি ঐখোয় খুদোংথীবা নংলগনি তোংলগুমসি হায়বা ওইরবোইরে। অঙাংদি ঈশ্বরনি, মখোয়বুদি ঈশ্বরনা মনাক্তা মতম চুপ্পদা শেন্নবী হায়বদু চুম্বা তাই"। মেমচা, মচাবু মথাদা চেৎনা কোল্লগা হন্না-হন্না চুপ্পী। মীকুপ্তুদা জীপ্তা য়াওখিবা মাগী থুমোক্তু নীংশিংলকই। থুমোক্তু লৌথগে খন্দুনা চংলকপদা উরুরে — ঙসাই মা য়াওবদগী গাড়ী পঙ্কচর ওইরে হায়খিবা তাই পুনবা নুপাদু মাবু লৌরম্বা নোবিন ওইরম্লে। মহাক মেমচা খায়নরবা তুংদা বজারদা ওক্তবীগা শঙ্গ তৌরিবা মীশক্নি। ঙসিসু মশা নানবী নুপীদু পুরগা মখোয় অনী অরোনবা থবক তৌরুরগা হল্লকপা তাঞ্জাদা মতা চাদবদগী জীপ্তুদা য়াওরকপনি। মেমচা, নুপাদুবু নুংশিনা য়েংবগী মহুত্তা মাগী থুমোক্তু পায়রগা — "শক্তাশিংসিগা, ফিজেৎনা নাঞ্জরিবা! থিদা! অচুম্বা শাবদা কোমায় উপ্পশিংসিদি নশক্তু য়েংনীংদে"! হায়রল্লগা মমায় লৈথোক্লগা ফৎ থোরকই। মানা মমায় লৈথোরকপদা ওটোরিক্সো অমদা লৈকায়গী ওজা কুল্লনা মেমচাবু উদুনা কৌরকই, — "আয়, মেমচা নৎত্রো"?

— "মানি, তাদা"।

— "লাকও, লাকও! নঙসু জিপসিদা য়াওরকপ্রো"?

— "ঐ তাদা"। অসি হায়রগা মেমচাগা মমা-মচা ময়ুম য়ৌরকখি।

তাং ১/৯/২০০৭

# অরোইবা খোঙচৎ

— "ইবেম্মা, কুমারি! বাবা হল্লক্রব্রা"?

— "হল্লক্ত্রি ইমা!"

— "ইচাদি মরম মোকই, অদুনি ইচাসিদি অদুন্না নুংতিগী স্কুল হল্লক্লগা লাইরিক ঔরাইগদবনি। নঙবু হোম-ৱার্ক লোইরবরো"?

— "লোইদৌরে"।

— "হোম-ৱার্ক লোইরগা চারা ৱানথোক্লো। অদুগনে সন্ধ্যাগী ধূপ থাবা কাউগনুকো"!

— "ঔ ইমা! অদু ইমা, ঐগী শেনফুদা থাদনবা হোরেন নঙনা হল্লকপদা পৈশা অচোয়বা খরা য়ান্না পুরকউকো!"

— "ইচাগী শেনফুদুবু পৈশা কয়া য়ান্না য়াওরল্লদগে"?

— "য়ান্না য়াল্লম্মনি কৈশু! নহান মাম্মনা পীরম্বা লুপা মঙা চৎপি অমসু থাদখ্রে। নোংমা ইন্দোমচা পীশল্লা পীরম্বা অনীচৎপী অনী অমসু থাদখ্রে। বাবানা নুংতিগী পুরক্লগা থাদখিবসু য়ান্না য়াম্মে। ইমা! ঐগী শেনফুসে কুমসিগী নিংঙোল চাক্কৌরমদাইদা কায়থোকসিকো! ঐগী স্কুলগী ইউনিফোর্ম অমা লৈরবা, খোঙুপ অমগা মোজাগসু লোইনা লৈবা কোন্নগদ্রা ইমা"?

— "কোন্ননবা ইমানা খরা অমগা হাপ্পীরগা লোইরে। নঙগী পাড়াদু ফানবা পাউ, স্কুলগী ওজানা পীরকপা হোম-ৱার্ক তৌবদু কাউগনু! ইচানা হয়েং চাউরগা ডাক্তর ওইরগা ইমাগা বাবাগা অনীমক নুংঙাইদোইনি। অদু ইবেম্মা! ইমা কৈথেল চৎলগেকো! বাবা হল্লক্লগা হোরেন নুমিদাংগী থোংননবা চেং ইমানা থুমোকসিদা খৈরগা থল্লবনি। হঙ্গামসে মনবদি লোইরবনি, চাল্লমদ্রে হায়য়ু! ইমা চৎলুখিগেকো! ইরেঞ্জনা লৈরম্মু!"

— "ঔ ইমা!"

ইবেনৈ, মানা নম্বোল কৈথেন্দগী নুংথিন্দা তিকউবা মনা-মশীং, হবাই-থরাক, হবাইমুবী, কৌথা, থম্বৌ, মরোই-মপাংশিংদু মাগী বোরাদুদা হাপচিল্লগা মকোক্তা থোনগৎলগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে। শড়ক য়ৌরগা জিপ ঙাইরিঙেদা মঙলেম হল্লকপদুদা থেংনরে। ইবেনৈ, মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলক্লগা য়ুমদা পীক্রিবী মচা কুমারিদা শিন্নরম্বা য়ুমগী থবকশিংদু তম্মী। ঋরী শাবা লোইফাৎত্রিঙেদা জিপ লাক্লুনা ইবেনৈ জিপ তোংদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল পাঙখ্রে।

মঙলেম, চৈঙাক অনীদু পায়রগা ময়ুম তানা লাকই। ঙসাই অয়ুক্কী চাক চারগা য়ুগেগী সাইকল ঋর্কশোপ্তা থবক শুবা য়াওরুবনি। য়ুম য়ৌরগা মচানুপী কুমারীনা চারা ঋাল্লিবদু য়েংদুনা মখুৎ মচাদুনা লুখাক শেংবা লোইরগা চাবগী কোন মচা অনীদু অমুক ফেংলি। মচাগী মতৌদু উরগা মঙলেম্না খল্লি — "ঐগী ইচাসে মমা-মপানা খরা ঋাবসিদা নমদুনা নৌনা মীরোল খঙবী ওইহনবীরে। মাগুম্বী মমান্নবীদি লাইধি শান্নদুনা, চেন-চোংদুনা শান্নদুনা য়ুমদা হনগনি ফাওবা খঙখিরোই। ঐখোয়না মীরোল লৈজদবসিদা মাদি নৌনা অৱাবা মায়োক্লরে। ইচাগী মরাইবকসে ওম্থোক্লসু থীখ্রেদা!" মঙলেম মচাগী মতৌ উবদা মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই।

নুংশিনা মচাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা — "ইবেম্মা! সে.. সে...! নঙগী পৈশা অচোইবা হায়বদু লুপা অনীখক লৈরেসে!" কুমারি হরাউনা মপাগী মখুত্তগী পৈশাদু লৌরগা শেনফুদা থাদখি। সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লবদা মমানা ঙসাই হায়রম্বা ধুপ থাবগী মতমদু নীংশিংলক্লুনা মখুৎ মচাদুনা খুজাই অমা পায়রগা লাইনিংথৌ, মাঙ্গোল অমদি তুলশিবুংদা ঋাই মথং-মথং তৈবা লোইরগা মপাগী মনাক্তা চঙলকই। মপাদা মৈখেৎ উপুদু পীরগা খেৎহল্লগা ধুপশিংদু চম্মী। ধুপশিংদু পুরগা লাইগী জগাদা চঙদুনা মথং-মথং শুনা থারুরে। মচাগী মতৌ য়েংলম্বা মঙলেম চাকখুমদা চংলগা চাক থোংবা হৌরে। ইবেনৈনা মনবা লোইরম্লবা হঙ্গামদু চান্নগা উয়ান্দা হাপ্লুনা মুকাকঙা অয়াইবদু থাক্লগা থোংলি।

মঙলেম, মশক-মতৌ ফজে, চুং-ফিরাল চানা হৌরকপা পাখংনি। মচিন-মনাও মরি পোকপগী মনুংদা মানা য়ায়মনি। খরা ঙাওনা হৌরকই। মমা-মপানা পামদবা য়ু য়োনবা, লৈকায়গী ইমুংগী নুপীমচা, মশক্তি ফজবী ইবেনৈ চেল্লকপদগী মপানা শাওদুনা মাবু ইনথোকখি। শাওনরবনিনা মঙলেম্না মপাবুংদা মাগী দাবী

তানখি। মঙলেম্বু মপাবুংনা তোঙান্না ইংখোল অমা লৈরগা অতোপ্পা লৈকায়দা লৈহনখি। মঙলেমগী ময়াম্বা, মনাও লোইনমক নুপী থিরে। মখোয়দি মমা-মপানা হায়বা ইনবদগী থবকসু লোইনা তৌরে।

মীমান্নদ্রিবসি মঙলেম মতোমতা ঙাইরে। ওম্বোকপা লাইবক হায়বদুনি। মঙলেম ইবেম্লেনা মীরোল্লিরিঙেদা গাড়ী এক্সিডেন্ট থোক্কুনা মখোঙ য়েৎথংবা খুকউ মথক্তা ককপা তাখি। মখোঙ ককপগী হোসপিটালদা লৈরিঙেদা ইবেমৈ মচানুপী কুমারি পোকখিবনি। মঙলেম, মচাগী ষষ্টি য়াওবা ফংখিদে। মঙলেম্বু পোকপী জাতি নোংমা মচাগী মনাক্তা মচাবু য়ুমদা পুন্না মখোয়গা লৈরুরসি হায়বা লাকখি। মতমদুদা মঙলেমগী মচিন-মনাও লোইনমক নুপী থিরে, অমদি থবকসু লোইনা তৌরে। অদুগা মখোয়গী নুপীশিংসু ইনাকখুনবা ঙাক্তা ওইবনিনা মখোয়গী মরক্তা লৈবা পামখিদে। মহাক হৌজিক সাইকল ব্রার্কশোপ্তা টিউপ ফোৎপগী থবক তৌদুনা নোংমদা লুপা কুন-কুষ্টাদি তাল্লি। মাগী নুপী ইবেমৈ অব্রাবা খাঙবা হৈরেকপা ইমুংদগী হৌরকপনা করিমত্তা ইকায়বা ফাওদনা নৌরিবী চহী কুনমঙাগী লোন মানা এঙ্খাং য়োনবা চৎলিবনি। মশক ফজবনিনা মানা য়োনবা পোৎশু খরা মশিংথলি। নোংমতা লেম্লগা হল্লক্তে।

মঙলেম্না চাক থোংবা লোইদুনা মচা কুমারিবু চাক পীজরগা লাইরিক ঙাইহাক তাকপীরি। কুমারি, উইবা হৌরক্কুনা ফমুংদা তুমহনবীখ্রে। ইবেমৈ, নুংতিগী হল্লকপা মতম য়ৌরবা ফাওবদা কৈথেল কুম্লক্রে। মঙলেম, চিংনবা অমা ফাওরক্কুনা মাগী চৈঙাক অনীদু পায়রগা থোঙ্গাল য়ৌখিদুনা জিপ চেল্লিবা শড়ক য়ৌখ্রে। গাড়ী ঙাইফম সেদতুদা ফম্লগা জিপ লাকপা ঙাইরি। জিপ অমা-অনী লাকপদা ইবেমৈ য়াওরক্রে। ব্রাখল নুংঙাইতনা অসুম ঙাই, অসুম ঙাই তৌরিঙেদা মারুটি কার অঙাংবা অমথক কন্না থৌরকই। গাড়ী সেদতগী খরা হেন্দোক্লগা কারদু খাম্মী। মীরক-নারক তাঙ্গা য়েংলগা ড্রাইভরদু কারদগী কুমথরগা কারগী মনীংগী থোঙদু হাংদোক্লগা মী অমা চিংথরকই। মীদু চিংথরম্লগা কারদু য়াম্না য়াংনা থৌরগা চৎখ্রে।

মঙলেম, হাইফেৎ চিংননা মনাক্কুগী চৈঙাক্কু পায়রগা মফমদুদা চংশিনখ্রে। মুন্না য়েংলুবদা মীদু মাগী নুপী ইবেমৈ ওইরম্লে। মহাক জ্ঞান মাঙবগুম তৌরম্লে। মী অতোপ্পনা উখ্রবসু মাগী ঈজ্জৎ মাঙগদৌরি। মা ঙাইহাক্কুংদি শাওনীংবনা করি তৌগদবনো খঙলমদে। তন্না লম্বীগী মতাইদা ইবেমৈবু চিংলগা পুরক্কুনা হিপহল্লে।

খল্লকই — "মাগী নুপীবু অসুন্না তৌরল্লিবসি কনা ওইরিগবা ? ঐনা ইমানা হায়বা ইন্দুনা য়ুমদা লৈরম্লবদি মসিমক্তি থোক্লম্লোই। ঐগী হকচাংগী অশোনবসি উবদা মীনা ঐবু উশিত্তদুনা ইবেলৈগী ঙসিগী অশোয়বসি লাকখিবনি। ঐবু হিংলুবগী করি কান্নরি"। মঙলেম, মীৎলুদগী পি মতুম-মতুম শীষ্টরকই। মনাক অদুৱাইগী পুখ্রিদগী ঈশিং খরা লৌরুরগা ইবেলৈগী মমায়দা চাইশিল্লি। ইবেলৈ, জ্ঞান খরা লাক্লে। তপ্না হৌগৎহল্লগা ইবেলৈবু শৌরগা য়ান্না ৱানা য়ুম তানা পুশিল্লক্লে। ইবেলৈবু ফমুংদা নীংথিনা থাঙ্গৎপীরগা ফৈজুপ অমা শুপ্পীরগা তুমহল্লম্লে। মচা কুমারিগী মমায়দা নুংশিনা নানবীরম্লগা কুমারিনা লুনা লাৎচরিবা শেনফুদা য়েংলকই। শেনফুদা য়াওরিবা পৈশাদু পুরগা খরা লাপ্পা মফম অমদা চৎথ্রসিরা খল্লকই। ঙাইহাক ফম্লগা মতোমতা হিক্লা-হিক্লা কপ্পী। হান্না থাংদোক্লুরবা মচাগী শেনফুদো হান্নগী মফমদা অমুক থম্লুরে। মঙলেম, কাঙখল হাংদোক্লগা নুপীগা মচাগা অমুক্তং য়েংলম্লগা তপ্না-তপ্না য়ুমদগী মপাল থোকখ্রে।

তাং ৪/১২/২০০৬

# অরোইবা পরা

ওজা কুবের, হায়স্কুলগী ওজা ওইবনি। ঙসি মাগী মতম কুইনা ওজা ওইরকপদগী পোৎথারগদবা নুমিৎনি। অশুক কুইবা মতমসিগী মনুংদা মহাক্না চীংগী অমদি তম্পাক্কী মফম কয়াদা ট্রান্সফর চত্তুনা সরকারনা পীবা মতম-মতমগী হুকুম ইন্দুনা ওজা ওইরকই। ঙসিদি মানা তম্বীখিবা ছাত্র-ছাত্রি বী এ, এম এদা নত্তুনা ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়র ওইবা, লৈবাক্কী অচৌবা ফম পায়বা কয়া য়াওরে। মানা ওজা ওইরগা ফংলকপা তলবকী শেনফম্না মচা নুপা অনীগা মচানুপী অনীগা লাইরিক-লাইশু তমহন্দুনা নীংথিনা মীমান্ননবা শেম্বা লোইশিল্লক্রে। চুরুট, বীরি, য়ু, নিশা মখল অমত্তা শোক্তবনিনা মশাসু ফরি। মানা নিশা চাদ্রবনিনা মচাশিংসু অমত্তা চাদে। য়ুম অনৌবা অমসু শাবা লোইদুনা শঙ্গাদুনা লৈরে। মচানুপা অহল অমদি মচানুপী অহল অনীদু লুহোংবীদুনা মশু অমমম ফংলে। মাগী ইমুংগী য়ুম্বাল ফজে। খৎন-চৈনবা, থোইনা য়াওদে। মাগা য়ুম পানমিন্নরিবা মাগী নুপী-ইবেমপীশকসু মচাশিংবু চিক্কোন-নাওকোনবা হৈবী, ঈং-তপ্পী, মনেম-মকু সেবা হৈবী য়ুমগী মৌ ওইনা হৌরকপনা ইমুং মহী লাংদবনি। য়ুম্বাল ফজবা ইমুং অমা প্রমান পীবা তারগদি ওজা কুবেরগী ইমুং শীংথাবা য়াই। মাগী তোপ-তোপ্পা খ্বাখল, ময়ামগা মান্নদবা অমা লৈ মদুদি মানা করিগুম্বা ময়ুমদবু ওইরো, মীগীদবু ওইরো, ফজবা উহৈ, চাবদা হাওবা উহৈ মখল থেংনরকপদা মরুদু অমত্তা মাঙহন্দবা অসিনি। মীগীদা ওইরগদি মা পুজখ্রগে, হাপ্পা য়াবা খাউ অমত্তা পীয়ু হায়রগা মরুদূ খাউদুদা হাপচিল্লগা ময়ুমদা নৎত্রগা মানা লৈবা কাটরদা পুরক্লগা থাগনি। কনাগুম্বশিংনদি — "মসিগী ওজাসি পামখ্রবা জাৎনি" হায়না ঙাংনবীবসু য়াওই। মদু মাগী মনানা তারবসু থোইনা লুনা খক খনখিদে। মসিগী মরুওইবা মরমদি মানা ময়ুমদা য়ান্না পান্না পুখিবা উহৈ মরুদু নীংথিনা হৌননবা মফম চাবা য়েংলগা লৈহাও অমদি হার হাপ্তুনা থাগনি। উহৈ চারাদুনা নীংথিনা, মনা চোংদুনা হৌবা হৌরক্লবা মতমদা মানা ওজা ওইরিবা স্কুলগী কম্পাউন্দা মফম চাবা য়েংলগা থাগনি। যন্না, লম্লক্কী শানা শোক্তনবা নীংথিনা

শম্বল খাদুনা শেমগনি অদুগা ঈশিং ৱাৎপা মতমদা ঈশিং ফজনা চাইবীগনি। অসুম্না ওজা কুবেরনা থাখিবা অফবা মখলগী হৈ-লৈ, চারাসি মানা ওজা ওইরম্বা স্কুলগী কম্পউন্দদি মরাং কায়না হৌরে হায়বা য়াই। মচা নিংঙোল, পিবা লোইনমক্তসু অফবা মখলগী উহৈ, উপাল অমদি লৈ চারা থাননবা অমসুং থানীংনবা পাউতাক তত্তনা পীবী।

মতৌ অসুম্না মানা ওজা ওইরম্বা স্কুল খুদিংমক্কী কম্পাউন্দ খুদিংমক্তা ঙসি মানা ওজাগী শিনফমদগী পোৎথারগদবা মতম লাকপসিদদি মহাও লৈরবা অফবা মখলগী উহৈ পানবা উপালশিংনা মনীং তম্না হৌহৌরে। স্কুলগী কম্পাউন্দশিংগী অকোযবদা হৌরিগা মনা পূংলবা উহৈগী উপালশিংদুগা মাগা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরীদি মানা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রবসু মতম চুপ্পগী ওইনা মুৎনাইদনা লৈহৌরে। তুংদা লাকপা ছাত্র-ছাত্রিশিং, ওজাশিংনা উপালশিংদুগী উহৈ শোয়দনা চাহৌরগনি। মদুনি ওজা কুবেরগী অপাম্বা। অদুবু লমদমসিগী মীয়ামগী ৱাখলদা অসুম্না কনাগুম্বা অখঙবা তুংগী উবা ঙম্বা ওজা-গুরু খরনা তুংগীদমক খল্লগা উহৈপানবা উপাল কয়া থারমদুনা ঙসি মখোয়না অহাওবা উহৈ লেম্না চাবা ফংলবসু মদু কনানা থারম্বা উহৈনো হায়বসিমদি নোংমতা হংনদে।

ওজা কুবেরগী হৈনবী ৱাখল অমদি থৌরাংসিনা অফবা তুংগী পরা অমদি শোয়দনা ওইহৌরগনি। ময়ুমদা উহৈ চারা শেম্লগা স্কুলগী কম্পাউন্দা থাবগী হৈনবী লৈবদুনা ঙসি মানা অরোইবা পরা তম্বীবা কারক্লিবা স্কুলগী কম্পাউন্দসু উহৈ পানবা উপালশিংনা হরাউনা জগোই শাদুনা মাবু ওক্লম্লি। মদু উবদা কুবেরগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী পিরাং লাক্কদবা মতম ঙাইহাক্তা ঙায়রে। মতম অমদা ওজা কুবেরনা স্কুলদা উহৈ চাবদা উহৈ মরূ ময়ুমদা য়োল্লগা পুখিবা মতমদা "মসিগী ওজাসি পামখ্রবা জাৎনি" হায়খিবদো ঙসিদি মদুগী পরিক্ষা হায়দোকপা নুমিৎ লাক্লে। স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রি অমদি ওজাশিং ঙসিদি ওজা কুবেরবু অরোইবা বীদাই পীননবা শেম-শাদুনা কানরকই। অঙনবা শরুক্তা ক্লাস খরা তৌরগা স্কুলগী হোলদুদা ওজা কুবেরবু কায়ন-থৌরম পাঙথোক্লবা সেম-সাবা লোইহ্রে। ওজা হেদ মাস্টরগা ওজা কুবেরগা দাইজদা ফমহল্লগা ওজাশিং মথং-মথং ওজা কুবেরগী মফমদা থাগৎ ৱাহৈ য়াওবা ভাযন পীবা হৌরে। পীনখিবা ভাষনশিং অদুদা ৱাঙাংলোয় অমত্তনা ওজা কুবেরনা হায়হন্নীংবা ৱাফম অমত্তা পল্লক্তে। মরমদি ওজা কুবেরনা তৌখিবা খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি খঞ্জবা ৱাফমদুমদি ওজাশিং অমদি ছাত্র-ছাত্রিশিংনা অমত্তা খঙবীরমদ্রে।

অরোইবা ওইনা ওজা কুবেরবু মাগী ওইবা পূক্নিংগী ৱাফম খরা ফোঙদোক্নবা কৌথোরকই। ওজা কুবের, ফমফমদগী হৌগৎলগা তিল্লিবা মীয়াম অমদি ওজা হেদ মাস্টববু মখুৎ লোন্নদুনা থৌরমদু শীনবীবগী থাগৎ ৱাহে থম্মী। মথংদা ওজা কুবেরনা ৱাফম অনীখক থমজরমগে হায়বগা ৱা ঙাংবা হৌরকই।

"অহানবদা ওজা অমা ওইবা তারবদি ঐদি ঈশ্বরচন্দ্র বীদ্যাসাগবগী মতৌ তমহঞ্জনীংই। মহাক্কী ফিদম্নিঙাই গুন্দি শীংথাদুনা লোইবা নাইরোই। অদুক লাযরনা হৌরকখিবা, শকফমসু কুলিগী মশক মানখিবা, মহাক্কী থম্মোয় মনুংগী ফজবদি তুংগী মীরোল কয়ানা তানবদা ৱানা থোক্লগদবা ঙাক্তনি। মহাক্না লাইরিক্তি পানীংবা অদুবু লায়রবনা মরম ওইরগা হিংননবগীদমক থবক শুরিঁঙদা লাইরিক পানবা মতম ফংখিদবা; নুমিদাংগী মতমদা চাক থোংবগী মৈঙান্দা অমদি অথেঙবদা শড়ক্তা থানবা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙালদা লাইরিক ঔরাইরগা লাইরিক মথং-মথং তম্লক্তুনা এম এ ফাওবা তম্লকখিবদা কয়া য়াম্না ৱাজরমগনি। অসুম্না ৱানা হৌরকপা ঈশ্বরচন্দ্রনা কোলকটাগী প্রসিদেনসি কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইখিবসি অরায়বা অমদি নত্তে। নুমিৎ তারুম-তারুম তৌরকপা মতমদা নোংমা কলেজ হোস্টেল মনাক্তা লেপ্লিঁঙদা মাগী কলেজদা মহে তম্বা লাকখিবা ইনাকখুনবা জামিন্দারগী মচা ছাত্র অমখক্লা টেক্সিদা পুরকপা মাগী ট্রঙ্ক থাংবীনবা কুলি কুলি হায়না কৌরকপদা ঈশ্বরচন্দ্রনা তারুরে। হান্নদগী ফিজেৎ কয়া নান্দবা ঈশ্বরচন্দ্রনা ছাত্রদুগী মতেং পাংগে হায়রুবদা ছাত্রদুনা ঈশ্বরচন্দ্রবু কুলি ওইরবোই নীংদুনা মাগী ট্রঙ্কতু হোস্টেলগী কা ফাওবা ঈশ্বরচন্দ্রনা থাংজিনবীখি। ঈশ্বরচন্দ্রনা করিমত্তা চিংনদনা মাবু মীনা কুলি ওইনা উরবনিনা কুলিগী থবক পাঙথোক্তুনা ছাত্রদুগী ট্রঙ্কতু মানা লৈগদবা হোস্টেলগী কা য়ৌনা থিনবীরমখি। অদুবু ছাত্রদুনা পোৎ থাংবীবগী মমল পীবদদি লৌ হায়বা য়াখিদে। ছাত্রদুনা পুকচেল চাউবা কুলিসু লৈবোইরে খলহৌখি।

মথংগী নুমিত্তা কলেজ কানরকপা মতমদা ঙরাং মাগী ট্রঙ্ক থাংবীখিবা কুলিদুনা কলেজদুগী প্রিন্সিপাল ওইরম্বদা ছাত্রদুনা ইকায়জখিবদু ঙসিদি মালেমগী অফবা, স্কুল, কলেজশিংগী তুংগী মুৎনাইরবোইদবা পরা ওইহৌরে। ঙসি ঈশ্বরচন্দ্র বীদ্যাসাগর লৈখিদ্রে, অদুবু মাগী বীদ্যাসাগর হায়বা মহেগী সমুদ্রগী ঈপাক্তুদি ময়েং করিসু তাবা লৈত্রি।

ঐনা মতম অমদা ওজা ওইজরম্বা স্কুলশিংদা মতম-মতমগী থেংনখিবা চাবদা মহাও লৈবা উহে কয়াগী মরূ খোমজিল্লগা চারা শেম্বগী থবক্তা হৈনবী ওইনবা

হোৎনজখি। ওইসু ওইখি। ঐনা উহৈ মরু য়ুমদা অমদি কাটরদা পুরগা চৎখিবা মতমদা উহৌবা কাঙবুনা ঐবু বরাম চাউই, ওইজ-ওইথক য়াম্না পাম্মী হায়না খনবীখিবসু য়াওবীরমগনি। অদুবু ঐনা উহৈ মরুশিংদু লোইনমক চারা শেম্লগা ঐনা ওজা ওইজবম্বা স্কুলশিংগী কমপাউন্দ খুদিংমক্তা লোইনা থারম্মী। ঙসি ঐনা থবক্তগী পোৎশারগদবা নুমিৎ অসিদা ঐনা থাজখিবা উহৈ পানগদবা উপাম্বী খরসিনা ঐগী মহুৎ শিন্দুনা স্কুলশিংদা তুং-কোইনা ঙসিগী অমদি তুংগী ছাত্র-ছাত্রিশিংদা চহী খুদিংগী অনৌবা মনা শিল্লগা পাল পোমদুনা উহৈ চরোং-চরোং পাল্লগা মখোয়না থৱায় তানা চাহৌবদু ঐগী অপাম্বনি। লোইজরগে।

ৱাহৈদু ফোঙদোকপা মতমদা ওজা কুবেরগী মীৎলুদগী পিরাং শীন্থরকপদু ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকই। অতাবা কয়াগী মরক্তসু থম্মোয়গী অশেংবা পিবাং শীন্থরকপা য়াওই। অসুম্না ওজা কুবেরগী অরোইবা পড়াদু লোইশিনখি।

তাং ১২/৯/২০০৬

# ঈখৌলাংবা

হামোম রাজখোয়গী মখা থংবদা মতম কুইনা হাঙলক্লবা ইংখোল মচা অমখক লৈ। চহী খরগী মমাঙদা বংকিম কৌবা ডাক্তর অমখক্না ইংখোলদু লৈরগা য়ুমগী ফাউন্দেসন হৌবা হৌরম্লে। অদুবু খঙহৌদনা ডাক্তর বংকিম কার এক্সিডেন্টতা থীনা শোকপদগী লৈখিদ্রে। বংকিম্না লৈখিদবদু ইংখোলদুগী মহী-ময়াই কনবদগীনি ঙাঙনখি। মীগী পাউনিলখোলনা কনবদগী ডাক্তর বংকিমগী ইমুংগী মীশিংনসু চিংনবদগী য়ুম অদুম শাখিদ্রে। অসুম্না মী লৈতনা হাঙলকপা ইংখোলসি হন্দক খবরদা 'ইংখোল য়োঞ্জরি' হায়বা কলম অমা পারুবদা থাংমৈবন্দগী প্রমোনা ইংখোলসিগী মফম চপ-চাবা হান্নদগী খঙবনিনা য়াম্না পামখি। মানা খঞ্জবদুমব চুম্লম্বদগী লৈবা-য়োনবগী দলিল ইনদুনা রেজিস্টার তৌবা, নাম জারি ওনবা পুন্নমক লোইশিল্লে। অনীঙবা, অপাম্বা অমনা কন্না ইনশিল্লগা লৈবা ইংখোল ওইব্দুদা প্রমো, য়াম্না থুনা যাত্রা হুন্দুনা য়ুম শাবা হৌগৎলকই।

রাজ, মতমদু উখুলদা পোস্টিং তাদুনা লৈবনি। মানা য়ুমদা থোক্লকপা নোংঙানবদা থংনবা ইংখোলদুদা অনৌবা য়ুম শাবগী মখোঙ হৌবদু উরুরে। অয়ুক ঙন্তা য়ুম শারিবা মফমদুদা চংলকই। মতম কুইনা উনখিদ্রবা প্রমো মফমদুদা লেপ্তুনা হেক লৈরম্লে।

রাজ, প্রমো উবদা ঙকপগুম তৌই। মীৎনা কুপ্পদা শাংলবা মতমগী কাউরুববা থৌদোক কয়া মথং-মথং নীংশিংলকই।

খঙহৌদনা রাজগী মচিন্দগী থোক্লকখি

— "হায়! প্রমো! প্রমো নৎত্রো"?

প্রমো, ইকায়-নুংশি হাইফেৎ য়ান্নবগুম,

— "মানি, তামে!"

— "এ ! ইংখোল লৈরিবিসে নঙগী ওইরেকো ! ঐদি য়ুমদা লৈতবনা খঙহৌদ্রে। য়ুম অনৌবা অমা খঙহৌদনা শাগৎলম্বসিদা মপুসিবু কনা ওইরবনো, পৈশা য়াম্না পায়মাল্লে, শক অমুক্তা খঙনরুগে খন্দুনা চঙলকপনি। নঙদি কমদৌরি ? ইমাখোয়, পাংবুংখোয়দি অহল ওইরম্লনি, ইচে পিশক্লা কমদৌরিবা ? মখোয় ময়ামদো অমুক্তংদি উনগে খন্না-খন্না হেক্তা ঙমদবা ! ঐনা নঙগী মরমদা নুংঙাইতবা পাউ অমা তাখিবদো, ঐ হংবা লাকপা ঙমখিদে, নঙনসু পাউ অদুম তাক্লকখিদ্রে। নঙ মদুগীদমক ৱারৌরমগদবা মাল্লি"।

— "তামোবু ঐনা কৈদৌবগী ৱারৌরুদগে ! ঐগী লাইবক্লা শুম থোকউ তম্লকপননি। মীওইবগী মপোক-ময়িগী মরমদা কনানা তম্বা ঙম্বগেনে তামো" ?

— "অদুবুদি চুম্মীদা ! অদু, নখোয়গী তামো ভোগেন্না থম্লম্বা য়ুম, ইংখোলদুবু য়াম্না চাউই হায়নবগুম তাখিবনি, নঙগী পেন্দবা করম্বা ৱাখল লৈবদগী ..." ?

— "য়ুম, ইংখোলবুদি য়াম্না চাউই, অদুদা তামো ! ইরাইবক ফংলক্তবনা মী তিন্নবা কয়া হৈতবগা শোমদা তোঙান্না লৈজরগে খনবদগী ইংখোলসে য়াম্না পান্না লৈজবনি"।

— "নহাক্কী অঙাংদি কয়ানো" ?

— "অহুন্নি তামো, নুপা অমগা নুপী অনীগা" ?

— "ও ! য়াম্বদি নত্তে, অহনদুদি কয়াম চাউরে" ?

— "নুপানা অহন্নি, মহাক হৌজিক দিল্লি পব্লিক স্কুলদা ক্লাস সেভেন তম্লি। চল অনীদুদি ঐগা লোইননা লৈমিন্নরি"।

— "নঙগী থবক মফমদি কদায়দা তারিবা" ?

— "তামো ! ঐহাক রামলাল পাউল হয়ার সেকেন্দরি স্কুলদা পুজরে"।

— "এ ! অদুদি মফমসিগদি নক্লরেদনা !"

— "হোয়, তামো ! তামোগী য়ুমগসু নক্লবদুদা নচনগীসু পাঙ্গল খরা ওইগদ্রা ঙদুনা ইংখোলসি পামনা লৈজবনি"।

— "নঙনা ইংখোলসি লৈরগা ঐগী য়ুমগা থংননা লৈরগনি হায়বসিমদি ঙফাওবদা থাজরুদে। ঐ য়াম্না নুংঙাইরে। ঐখোয় অনী অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনবা

হায়বদুনি, অদু প্রামো ! ঐখোয় অনীনা মতম অমদা লোয়নরম্বা মওংদু খল্লুরগা ঐদি পুমঙকপু ঙকই, নঙদি নীংশিংদ্রব্রা" ?

— "করিগী নীংশিংদনি, তামোনা ঈশৈ তম্বীগনি হায়না ঐখোয়গীদা নুমিৎ খবনি লৈরম্বদা তামোগা ঐখোয় অনী ঐখোয়গী মনীংগী তুরেল মযাগী লৌবুক্তা লৌহোন ঙাকমিন্নখিবদো !"

— "হোয়নহে, ঐখোয় অনী ষণ ঙাক্ল-ঙাক্লা ঐনা ঈশৈ অনৌবা অমা শুর পানবগী ঙংলিঙৈদা নঙনা হৌগৎলগা ষণ তানবা চেনখিবদো !"

— "অদুদগী অমুক হল্লক্লগা তুরেলদা থাবা ঈনদু ঐখোয় অনী চঙদুনা শোনগৎমিন্নবদা কম্মন কার্প ফজবা অমা লকপদা হরাউমিন্নখিবদো !"

— "মদুগী নুমিদাংদা ঐনা কম্মন কাপ্পু থোংলগা চাখিবদো !"

— "নঙসু মদু কাউদ্রিবোইরে" ?

— "কাউদ্রি তামো !"

নঙনা চীংয়াদা হৌবা ঙাংশং-ঙাংনা মুল্লবা হৈজামপেৎ খুবাম থন্না হেক্লক্লগা ঐনা ঈশৈ শুর পাল্লিঙৈদা তুংলোমদগী লোন্না ঐগী য়াদা ইল্লকপদা ঐনা হাখিবদো ! মতমদুদা ঐগী কোকথক্তা নঙনা নোনথরকপদা জ্বাই-লাওনা তারকখিবা নঙগী য়াম্লবা শম্লাংশিংদু, মদুগী চেংহী মনমদুসু ঐদি কাউদ্রি"।

— "অদুবু তামো ! অদুক নুংঙাইহমিন্নখিবা পুন্সিদো খঙহৌদনা তামোনা ইম্ফালদা হনখিবা তরুক্নি শুবা নুমিত্তুদগীদি অদুম লোইখ্রে।

ঐখোয়গী লৌগী কেশ অমগী মতাংদা বাবাগা খঙনখিবা তামো ভোগেন্না বীসেনপুরদা এস. দি. ও. ওইনা পুরিঙৈদা ঐগা ইচে পিশক্না মরক-মরক্তা মাগী ড্রাইভর থারক্লগা কলেজ কুম্লকপা মতমদা লৌহল্লে। ঐদি মানা ইচে পিশকপু পাম্বগীরা খল্লুবনি। অদুগদি মানা ঐবু পাম্বা ওইরমখি। মানা ঐবু ফাগদবা নুমিত্তুদি ইচে পিশক কলেজ চৎখিদে। মদুনা ঐগী লাইবক থীবা থৌদোক হায়বদু ওইখিবনি। ঐনা য়ানীংদ্রবসু ইমা-বাবানা ফম চাউবা নুপা অমগী অতোম্বী ওইহনবা পাল্লবনিনা ঐসু য়াবা তাখি। মদুমক্না তামোগা ঐগগী অচেৎপা মরীদু তৎহনখিবনি। মতমদুদি অমুক হল্লক্লরোই তামো ! ঙসি মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংসিদা নুংশিরবা ইচা অহমগী

মমা ওইরবা ফাওবদা ঐগী থম্মোইদা ঈখৌলাংবা অমদি ঙসিসু কোকপা ঙমদ্রি। তাঞ্জা হায়বসিসু পাক্লা লাক্তবগা শিরগা অমুক হন্না পোক্কনিসু খঙদবা! নীঙবা থুংদ্রবা হন্দক্কী মপোকসিদা ঐনা মনাক নাকচনীংবা মীশক অমখক্কী হেক থংনবদা হাঙদুনা লৈরবা ইংখোলসি য়োল্লকপদা ঐনা পামদুনা লৈজবনি। য়ুম মচা অমত্তং শারগা তুংগী লেমহৌরিবা পুন্সিসে মাগী মরুম থুপ্না লেল্লগে খঞ্জবনি। শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙো কৃষ্ণগী মনাক নকচনীঙবগী রাখলবু শাগৎলগা ঈশৈ ওইনা শকপদা মীয়াম্না পান্না তানরি। ঐসু ঐনা শ্রীকৃষ্ণমক্তি খঞ্জরিবা মহাক্তুগী মনাক নক্লা লৈজবা অমদি মাগী মশক য়েংজরগা পুন্সি লোইবা ঙাইজবসিবু পাপ ওইফম থোকপ্রনে তামো রাজ"?

রাজ, পাউখুম পীবা ঙমদনা মরু লুকথখ্রে।

প্রমোনা মখা তানা ফোঙদোরকই, — "খঙদে, নীঙজবসে থুংদনা অমুক তোকপসু তম্বদি ঙমদে। মথোৎ কারকপা মতমগী হকচাংগী লৈতেংবু নমজা-নমথেক্লবীদুনা মৌগী শীঙদা চলহনবীখিবা মতমদা পামদ-পামদা চাখিবা মথেলনা পুকসে নমদুনা থলহনবীখি। মদুনা ঐগী গর্ভনুংদগী ইচা অহুম মথং-মথং ফংজখি। জগৎ সংসারসিদা মমানা মচাবু নুংশিদবদি লৈতবগুম, ঐসু ইচাশিংসিবুদি চপ মান্ননা নুংশি। মখোয়বু মী অমমমদি ওইনবা শেন্নীঙই। অদুবু তামো! ঐবু মতমদুদা খৌরাংবা পোকহনখিবা তরু-তরু লুনা উখিবা ঈশিংগী মচুদি ঙসিসু ঐগী মীৎসিদা হোংদনা উবগুম তৌরি। থকপা ফংলবোইদবা ঈশিংগী মহাওসিবু করিগা প্রমান তৌসিগে? লোক অমদা কুনবা কৈ অমগা অতোপ্পা লোক অমদা কুনবা কৈ অমগা মশক মচু অমদি মপাঙ্গল মান্নদবগুম; লোক অমগী ঈশিংগা অতোপ্পা লোক অমগী ঈশিংগা মনীগী মহাওসু মান্নরোই। ঐগী থম্মোইনসু খেন্নবা লোক অমগী ঈশিংবু ঙসিসু খৌরাংলি। বসন্ত কয়া চৎখ্রে, থানিল কয়াসু লোইখ্রে, তুরেলগী ঈচেলসু হোং-হাংদুনা কয়া চেল্পখ্রে, ঐগী বসন্তসু লোইশিল্লক্রে। অদুবু থম্মোইসিনদি য়েন্নীং থা মমখক, শুপ্নগী অমখকপু লাংতক্লনা ঙাইজরি। তামোনা মতম অমদা ঐখোয়গী নুংশিরবা খুঙ্গংগী মনীংগী তুরেল ময়াদা লৌহোন ঙাক্লা-ঙক্লা পানখিবা ঈশৈগী মরদো অমুক্তংদি খেঞ্জেল থোক্লা শকহন্নীংখ্রেদা! মতমদুদা থম্মোইদা তাখিবা শক্তম মমগী মমিনা ঙসিসু ঐগী থম্মোইদা তত্তনা ইরাং তৌররি। মদুমক্লনি তামোখোয়গী পাংনবা মীনা কিনরিবা ইংখোলসিদা ঐগী অরোইবা শ্বর হোঞ্জগে খল্লক্লিবা!"

— "নঙবু মদুমক য়ৌনা খল্লবনে প্রমো"?

— "খনবদুনবু অকিবা পুম্বা তুংওইনরম্লগা মফমসিদা লৈরগে খল্লক্লিবসিনি। তামো উবদা ঐ কয়াম নুংঙাই, পাঙ্গলসে খরবু হেন্না কনখৎলবোই নীংই"।

— "খঙদ্রে, প্রমো! চহী মতাংসিদা নঙগী থোং-মেঙলবা নৱাহৈশিংসে তারুরগা ঐসু থম্মোইসিদা অনৌবা ময়োল অমা চোংলকপগুম, মহৌশা নখোয খুঙ্গংগী চীংয়াগী অচিকপদা ফম্লগা ঐখোয় অনী শুর পানমিন্নখিবা ঈশৈদো ঙংনীঙলকপগুম তৌরক্লেকো!"

প্রমোগা রাজগা ৱারী চিকথনরিঙৈদা শোমদা য়ুমশাবা মিস্ত্রি য়ৌনরক্লে। অশোমদা রাজখোয়গী যুম্লোমদা মেমসাহেব লাতানা চা কপ অমা পায়রগা মপুরোইবা থিবি।

— "হো - মোয়'বা! শোমদা চা অহাউবা লৈরে। চিকথনখ্রবা করিনো! হো! মী অনৌবসে হান্না খৎনবগা কোন্না চান্নবনা ফবনিকো, হান্না চান্নব্রবদি কোন্না খৎনবা শোয়ররোই। হন্দক্কী ইংখোল লোন্নদৌরিবীসে মগুন য়াম্না লৈ ঙাঙনবনিকো। ঐনা লোনবা চাসে হান্না থকপিরখো লাও-ও!"

— "লাকএ, লাকএ! নঙসিমা, লাউনা-লাউনা ঙাঙগনবসিনঅবা!"

রাজ, ঙাঙ-ঙাঙদুনা প্রমোগী মনাক্তগী থোরকই।

তাং ২৬/৯/২০০৬



— ঃ লোইরবা ঃ —

মিং ঃ ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

অপোকপগী মিং ঃ ময়াংলম্বম অঙৌবী সিংহ

লৈফম ঃ শিংজমৈ চীংঙামখোঙ চোংথাম লৈকায, ইম্ফাল

পোকপা চহি ঃ ১৭-১২-১৯৫১

মহৈগী থাক ঃ বী এস সি, এল এল বী

ফম ঃ সেনিয়র টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট,
লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্ট, মণিপুর যুনিভর্সিতি,
কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

| | |
|---|---|
| **অরোইবা বিচার** (বারী মচা) | - মাচ, ২০০৩ |
| **কংথোক্রবী** (বারী মচা) | — ওক্টোবর, ২০০৩ |
| **খোঙ্গুলদা তারুরবী** (বারী মচা) | --- জুন, ২০০৪ |
| **রোমোনি** (উপন্যাস) | — ডিসেম্বর, ২০০৪ |
| **পুকচেল** (উপন্যাস) | —- জুলাই, ২০০৫ |
| **শম্বল** (উপন্যাস) | — ডিসেম্বর, ২০০৫ |
| **ইমা** (ৱারী মচা) | — জুলাই, ২০০৬ |
| **লুংনিলৈ** (শৈরেং) | — ডিসেম্বর, ২০০৬ |
| **ঈচেলদুগী মতাইদা** (উপন্যাস) | — জুন, ২০০৭ |
| **অমুরাংবা** (ৱারী মচা) | — জনুৱারি, ২০০৮ |